


# শিঙেঙন ইন্দু

হিজম অঙাংহল সিংহ

রাজকুমারি সনাজাওবী দেবীনা কোংজবা
য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল।






মঙাশুবা খুংমম—১৯৯৩ ইং
কোপী মশিং ২০০০ তনি।
মমল লুপা ৫৫.০০ খক্তনি।

নমখুম —

[illegible] প্রিন্টিং ৱার্কস
[illegible]বুং, ইম্ফাল

# শিঙেঙন ইন্দু

## অহানবা পন্দুপ

১

ইস্থম থাদি মমৈনি ভাইবং পানবা পুখনা
মতু মমান খিংসকপা লমতা থাজ কৌবনা
নিন্দুং হুম্নি কোনবদি পুক্লিং হুবা অহিংনি,
থাজ মাগী মঙাম্না লুপা মচু মানবনি।
নোংপোক থংবা অতিয়া চাইথংলক্লে মঙাম্না,
হায়না হায়না থাজদি উরক্লেদো তশেংনা।
ভৌরুনবা কুচুনা মালেম পুম্বা লৈতেংলে,
মহৌশাদি কৌবিনা মোমোন মোমোন নোক্লক্লে।
হুমদাং থাবল অতুদা নোংপোক থংবা ভোর্ব্বান্দা,
শিলচরগী মনুংদা বোরাক তুরেল মপান্দা,
কোল্লুপ কোল্লুপ কয়কই মীগী কাংবু কয়ানা
হয়াওননা য়ারি শাই পুক্লিং মকপা লৈতনা।
ভোরোক ভোবা চাংজোনা য়েংকা ওইগা চপ্তুনা,
লংনা থক্‌ থক্‌ নিক্তুনা ইচেন য়াইদি থংহুনা,
মখা পাংনা চেম্বুরি বোরাক তুরেল ইচেম্না,
তারি মাগী ভোবর্বান্দা মালু কৌবা গ্রাম-হুনা।
তুরেল ইথক শিংহুনা ফাগে ফাগে তাম্নরি,
থবান-মিচাক শিংহুনা ইথক শিংবু লংনরি।
থাগী ফ্রাংজি অশংবা গালিচাবু মাল্লবা
কাদা [illegible] [illegible] ভোর্ব্বান ভিংথৌ মোল্লবা।

মতম কুইনা মাংখ্রবা মনি-মুক্তা হী-য়াই-বু
অমুক হন্না ফংবগুম হরাওনরি খ্বাই-ছুবু।
ময়াম ইকোই-কোইনা—"কৈদৌঙৈদি লাকপনো
মতম কুইনা উরুদ্রে কয়া মুংশিগ্রবনো,
উন্নগনি হায়বদো মতৌসুম্না ঐখোইনা,
থাজরুদ্রে তশেংনা রাখন পুক্লিং অসিনা।
লন্নাই ওইনা তাবদি পোইরৈ-লৈ-দা মুংঙাইরে
সনা থাংগুম মঙান-নাই নিংথৌ কীগুম লাখরে।
চহি তরা তরেংতা মরুপ নংনা চংখিবা,
নোংমৈ মুমিং অমত্তা যাত্রা নসক উদবা,
চহি কুম্থ্রা হেল্লেদো পুন্সি ময়াই চনখরে,
নংবু ঙসি উবদি ইবুক নিংসি নৌখরে।"
ইকোই-কোইবা ফম্বনা মাবু সংত্রিক য়েংঙকই,
মঙোন্দদা ওন্সিল্লি ময়ামছুনা হংলকই,
মুংশিরবা রাহৈনা পুকচেন ইত্তিং তিংলকই
মতোমদনা মহাক্না ময়ামছুদা খুম্নকই:—
"ইয়াম্বা ইনাও মরুপশিং খ্বাই লৈরিবা পুম্নমক,
ঐগী ইবুক অসিদা কাওদে মীপুম অমমক,
কম্না মতম অমদা অমুক্তুংদা উর'দি,
খন্দুনদা লৈরকই মতম অন্থক কুইবদি।
ময়াম অসি উবদা ঐগী অরাবদি ওই,
ছুগী শরুক তুবুদি উদবনা ফদৌ ওই।
'করি তৌরুরগবা' 'সি খন্দুনা লৈরুরে
নোংমতবু লাকচদ্রে লোইদাম কয়া ওইরক্লে।
উদ্রবস্থু কাওজদে মুংদা য়েকপা মুর্ত্তিগুম,
অমাং অত্তা লৈখিদে মুং-দা হুকপা ময়েক-কুম

খোইরাংখিবা অহুনা চাকই অহিং মুংথিন্দি
কাওরগেদি হায়হুনা হোংনবনি কয়াদি,
কাওবা কৌবা ঙমজদে মরুপ শিংগী প্রেমহুবু,
ঐগী থমোই অসিবু চাকই খ্বাইগী মৈনবু।
ঙসি হৃমনি সুররক্লে পোইরৈ সনা লৈ-দগী
থোং-শাল্লকপা অসিমক যাত্রা কৌবা ঐসিগী।
পোক্লকমদি লমদম্সু কাওন-হৌনদমাল্লে,
পুন্সি অহু কোল্লনা মাগী মৈবু লৈ-মাল্লে—।
চিংলোন-মাপন থন্দুনা লৈথরবা অসিবু,
পোকপদগী চংলকপা পাখং মতম ফাওরবু
ইথুংগংগী মঙুংগী লৈরক থুল্লক পুম্ববু
মতম অমুক কুইববু লৈজরক্তে কাওববু।
বোন্দা পোকপা চেক্লানা বোনগী মাইকৈ য়েংবগুম
সনায় পোন্দা লৈনমু চেক্লা খোইদৌ-ভাদগুম,
লমদম সোমদা ওল্লগা মতম খুদিং লক্কই,
মাইকৈ সিবু য়েংবদা মিৎতা পিবু ও ারকই।"
মতম ওহাক অমুম্না ময়াম রারি শ নরে,
লাকই লাকই থৃদিংগা লোইনা কৌন খোংনরে।
মাগী মরুপ অমনা—"মতম কুইরে ইতাওবু
কুমৈ ঙাহাক য়েঙঙু সি মরুপ নংদি য়াওনবু।"
ময়াম চংসি হায়হুনা চংনরক্লে হৌহুনা,
কুমৈ মকম য়োনবা রারি রাতাই শাহুনা।
মান্না মানা পোকপ-দৈ চহি তরা তরেংমুবা ফাও
মালু থুনগী শকফমদো উরি ঙাল্লি ঙসি ফাও।
ঙসি উবা মালুদি শকফম কোংগাই হোংলগ্লে,

ওন্নরব্রা হাযদুনা চাওরাক চাওরাক হংলক্লে।
মাগী মরুপ পুম্বনা 'সিনৈ চুনি" তাক্লক্লে,
যাত্রা মাগী মবুক্ত মথং মথং নিংশিংলে।
"ঐনা নাব্রা ওইরিউ চরৈ হোংদ্রিউদৈনা,
অথাক-চাওর-ফাওবদা পামেল সংগ ওইদুনা,
পামেল নথক কাদুনা তলা নহৈ হেক্তুনা,
শান্নরকপা পামেন্নি কোরৌ নুংথিন চুপ্পনা।
নুরা ওইবী শিংদুনা লৈরাং নংগী নখোংদা,
পাখং ওইবা ঐখোইনা শিঙেন নথক অহুদা
লৈরাং হেক্লা শান্নবা পামেল কৈদা লৈখ্রবা
কাওজদরি ঐসিনা লৈরাং নপান মুরবা।
লমদম নংগী নখক্তা লাক্ল ফানা শান্নবা
নংগী নশক হোঙ-ভস্বা লমদম করি তৌরব্রা
নুরা পাখং কয়ানা নোক্ল-হায়না শান্নবা,
সঙ্গু-সঙ্গু কমদুনা লাওনা খোংনা চৈনবা
পন্নেম পন্থো ওইবনা রাক্লক ব্রাক্লেম থোন্দাক্লা
তাদবেদো ঙসিদি মঙ্গ্ল্বা রারকপা।
ইমা ইন্দোন কয়ানা লাইজ ওইনা ইংদুনা
ইচা ইস্মু হায়বিবা নুংশিরবা রাহৈনা,
ঙসি ইন্নুং অসিদা লমদম করি হোং-ভস্বা
'তুম্বা মতম অহুবু করমদৌনা চংশ্রবা।
হিদেন নংগী থাক তুদা মুজা ওইরী কনানা,
মাইথোং থাজ লৈথোকপা মুরা পুক্লিং শাওদুনা
মত্তা ওইবী কয়ানা লুজা হুবু লংনবা,
মীচং মীচং নাইদুনা ঐখোয় ময়াম খৎনবা,
ইকাইথিবী মহাক্লা খৎনবস্থু য়াওদবা,

থংলেন শকপু উনবা কুইরুমেদা ইথংঙো।
ফুরা কৈনা কৌবিগা থংলেন নংগা অনিনা
সৈত্তে রাশক নথিবা থৌত্থু থক্তা কমছুনা—
'শাবী মাঙ পামুবা থংলেন শিমিননসিকো,
লৈরাং ওইবি ইবেম্মা মুক্তা মাংমিননসিকো'
হায়নবদাই ইবুঙো ফুরা পাথং কা-ছুদা ॥

খোয়ুম নোংদম থিবনা লৈরাং মাগী মকাথা,
পামু নাক্তা য়েৌদনা মুংশি কাদা থ্রুরেনা,
হৈয়াং মহে য়ান্দনা তাওজিং মহে চাদনা,
তাইবং তুং ওইনখরে মালং খোংপাও-নথরে,
লৈচিন খোংনেং নথরে থমুং সৌরা তানখরে।
ফুরা মাগী দমক্তা পাখং নংনা য়ারকপা,
শিঙেঙন মহাক থক্তদা মাঙ নংনা নংলকপা
পাথং ওইবা নংনম্থু মাঙ কোংবা য়াখিদা
ফুরা থমী শাগ্নকপা খোংনাং মনা নিকপথা
অয়ো মঙুং চন্দুনা পন্থৌ কমেন খোংপাংবা
ফুরা তুম কান—ছুদা চাকপ্রুছুনা ইথ্রিবা
থংলেন কাওরবরমে অহুঙৈগী থৌরোকতো'
খা-য়াইদি থংদনা পাথং নংনা চেনবদো।
পন্থৌ মোংবা ময়ানয়াই কাইরেন লাওবা কনাংজিং
নূজা লমদম লান্দুনা মিশা তাথা নুকচিং
খোকতাকনিদি অশি-থেম নূরা মাইকৈ পাঙ্ছুনা,
মকোই নূংঙব মচিংথেং মনাও তনবা লান্দুনা
য়াইবী থরাই মতানা চংথরবা মজনবা,
পন্থৌ নুমাং মথৌবোম লমদম মতা কনবা;
চরৈ মায়ুথ--ওইছুনা চৎবি লায়াক অমবা,
নূজা মোলাং শজুবা মহু মফুল অমমা,

নিঙোল শাংবা য়াতাবা খোয়লেন চুমথুন অলবা,
মাঙ- চুপী মহৎমা পাখং কয়ি থোকখিবা।
থংলেন নংনা ঙাওছনা ইকাই সংগোই হাংবদা
থংনরকই নৈপাক্লা পাখং মতম অছুদা
হৈয়াং লোনচংনরম্বী তাওজিং লোলহাইনবিদো,
পলেম পম্মৌ ময়াম্মা, থংলেন কাদা পিখিদো।
নূয়া পাখং অনিগী য়াশক য়াদি পুম্বদো
ঙাই ওইবদি অনিনা সেগা-মাইগা লোইনৈদো
কোয়ৌ পুংজা অছদা তোর্বান য়াংবী থকতুদা
শিংখু-য়াংনা পৈরগা কাইরেন কাইজাও থকতুদা,
ফিয়ান চাঁদয়া মথাদা নূজা মাবু থমলগা
পাখং ওইবা নহাক্লা নূজা নাক্তা কমলগা,
মৈকোই চকু অছুনা কুজ পোংপু শরুখি,
মুজা ওইবী অছুবু পাখং থুংতা শিননখি।
'নংগী ওইয়ো' হায়রুনা মুয়া মাবু পিথোকখি,
'ঐগী ওইরে' হায়রুনা মাঙ-নংনা লৌজখি।
নৌজরবী হকচাংদা থাম্বী য়াইয়কলবদা,
মৈগী মৈয়ী অছুনা ঙাংনা ফাওরকলবদা,
নংনা মৈশা থাংখিবা ইথোং সিদা কমছুনা,
থুংতা পায়বা ছোড়ৌদি 'গিরা' থাওদি অছুনা,
থমোই লাইয়ুম তুমগে ইমু ফীয়াক থাইয়গে,
হৌজ হৌজ তৌবদো থংলেন করম কাওবগে?
জৈগ-কৈশা অছুনা খোংনাং ইনা কাবদো,
পাখং মৈশা থাংবদা জৈগ-মৈশা কাওইদো,
কোয়ৌ শিংখুম ময়িনি পাখং নংনা শিননৈদো,
মাগী 'চিত্তামনিদো' ইথোংসিদা ফুমখিদো।
'অদা নমু খাবনা মুনা মরূপ ওইরুকো,

কিহন খংইনবিগনু মিপাই চাওবা. দানিকো,
থংলেন কাওবিবররা, পাখং হায়বিথিবদো,
ইতাই মাঙ্গ নংনিদো ঐগু থংলেন কৌরিদো
খোইনৌ ইতা মহাক্কা ঐগী নাক্তা লৈজরে,
ইতা ইতা হায়দনা কয়া লুনা তৌনরে।
মরিনিগী অয়ুক্তা মুক্তা মাবু থিল্লিদো,
পলেম পন্থো যাওইদো মুবা পাখং-মুখিদো।
অওং অউন তনমিদো লৈপাক কুম্মৈ ওইথিদো।
মুরা ওইবা অদুবু পাখং কাদা যৌথিদো।
ইতাই মৈনা চাকপনা মংলু খুংগং অসিদা
সংগ শিংসি যেংথুনা লৈবা ভম্মকত্রবদা,
অভাওবগী পান্দমগুম চৎপনিদো খংলেম্না,
মাঞ্জ নংগীদমক মমনখিদো ঐখোইনা!
নংগী নত্তৌ উবনে চরন মনাই ওইবনে
হৌমিন কামিননবনে মপু খোজান হৈবনে,
'মাংবা তারে কাওরবোই উদ্রবদি ফগনি,
মালু কৌবা খুমসিগী সংগ মযাম সিননি,
পুরগেদি' হাযথুনা পোইরৈ লৈপাক তানবু
মপু সনা চরননা চন্দ্রকির্তি কৌববু.
পুথিবনি নহাকপু মুরা মৈবু কোক্লবা,
ঐখোয়পুম্না অসিবু পাখং কাওখিননবা।
উদরগা কাওববু মাঞ্জ মুংশি কৌবরা
থংলেন ওইবা নহাকপু লোযুম কাওদ কাওবরা
ইতাই 'সোসান' মফম্মি মুংশি কাওরবরা,
য়েংউ য়েংউ ইবুংঙো মাঞ্জ মুংশিত্রবরা।
মফম অসি য়োৎবদা বোরাক তুরেন মপান্দ
খোংনাং অদু ভবানী থাত্রা ভাগী অনিবা,

থমোই ইপাকংতুদগী ইথক অমুক ছোয়ক্লে,
ইথকতুনা য়েন্থুনা লাইজ নুংদা লুপথরে।
খংহৌদনা যাত্রাদো লখী থক্লা ফমথরে
যাত্রা কৌবা নিপাদো খোয়েন মংবু ওইখরে।

২

মথোন কারকপশিংনা ফজবনা শক-তুদি,
অথোই নাপন ইরোইনা ফজবনি মহাক্তি,
তয়াং ওশোই ওইবনা শকফমতুগী মওংনি
লাইজ মাগী মতৌগুম তনিক তনিক লংবনি।
পুনসি নুমিৎ চাইরবা পুক্লিং রাখল লেপ্পবা,
অতুগুম্বা শকতুদি ভক্তি ইরোইনরবা,
চিংনা লেম্না নিংথিজৈ রাখল মঙাল ফাওহুনা,
মাইথোং থাজ অতুনা লেম্মি লোইবী চীং-গুম্না।
নিন্দুং হুম্মি কোনবনি লোইদাম লমতা কৌবগী,
পুকচেল লেপ্পা শকুম্বা থাজ শকতি মহাক্কী
থোরক্লেদো খাজনা অতিয়াগী মকোইদা,
অঙৌবদি মঙান্না থারে পৃথি থকতুদা।
পাংচাও'মগী মনুংদা লাইজ মচেং অমদা,
থরোশিংনা শাৎপগুম লৈরি মফম অসিদা,
মালু খুনগী মৈতৈনা হরাওজরি ওসিবু
নুপী অঙাং মীপুম্বা য়েংজহুনা কুম্মৈবু।
অশিল অরাং তৌবনা লাংই লম্মাং অমদা,
কুম্মৈ অহু তৌরকই উজাও 'মগী মখোংদা।
পামেন চাওথোইরবনি কোলোই খোংনাং তরুংনি
থুৎনা শেমগুম নিংথিবা খোংনাং মাগী মওংনি।

পামেন মশা অত্থনা মাগুবকুম্না খম্হরি,
অত্থক য়াম্বা মীয়ামদো ফম্লি মখৈ মচল্লি।
নিংথিরবা তিংথৌনা ফদাগুম্না হৌবনি
থাবল পুংদি ফাংপদা ফজরবা লমদমনি।
ব্রাহ্মন বৈষ্ণব খবগী থারি ফীদা খরদা,
অতৈ মীয়াম অপুম্বা ফীদা য়াওদে অমতা।
মৈতৈ রোমগী কাংবুনি "খম্বা থোইবী" মতাংনি,
ওসি লাকপা যাত্রানি নিংথিজবা লীলানি।
মাগোব ময়োল খরদা কোহরপ কোইনা মখাকই,
মীনা পুমভো ভোত্থনা মায়কে মরি ফম্লকই।
চৌকি অনি অল্হুমদং ময়োলত্থদা মথমই,
লীলায় কাংবু অত্থনা খোরক খোরক ভাংওকই।
মীয়াম অত্থক য়াম্বদো চেক-মাক মক্তা লাওনদে
তুমিন তুমিন তারকই ব্রারক্লবা নাইনদে।
নোংয়াই-ইচিক হুম্লক্লে নিংথিবদা থেংলক্লে,
লীলাত্থনা মুংভাইবা মতৌ অমা ওইরক্লে।
লাপনা চেক্লা কনাগী চেরক খোনফম তারকই,
খোনফম অতৈ তাখিদ্রে উন-ব্রাইমুক্তি চিক্লকই।
লীলায় সূত্র ওইত্থনা চেক্লা খোমফম নিংথিরে,
মতমত্থগা য়েংবদা পুক্লিং লোইনা হুনরে।
মরক মরক অত্থদা ব্রা-ব্রা হেক্তি নোক্লখি,
খাম্মুবকা নাইনদে মদোম তুমিল লৈনখি।
ব্রাহৈ 'মতং তাহৌদ্রে! শিনি হায়বা মতানি
ভাবোক অত্থক য়াম্বদো মিংকুপ্তুবা তাঙ্গানি।
মতম অত্থ মক্তদা নরা মিকপ খোম্লিদো,
ভাবোক মরক অত্থদা তাবক্লেদো মীয়ামদো।
শম্লাং খাকচরক্লবী মুজা ওইবী অমদি,

লৈরাং মতম ওইত্রিদো পাখংখরে মগাক্তি,
মাংঙেদনা ইচেমদে, ইতু নিংথৌ ইবুংঙো,
নংদি তুমপ্রে হায়তুনা লাক্লবনি ইবুংঙো!
লৈপাক মীয়াম মমাংদা ইচেম করমদোগনি,
নংনা কপ্পা তারগা ময়াম সনা চৈরনি,
তোকওগবা ইবুংঙো নানগে সমজা ইচেম্না,"
মতু নিংথৌ থেম্লক্লে রাখল অসি তৌতুনা,
মুবা থরাই শাবনা মুজা পান্দোন লোমখরে,
মুম্না তৌনা থেম্বব লমজা কপ্পা তোক্তরে।
সেগা লৈথরদনা হৌগৎলাক্লে মচেম্না,
সভা মমাং অতুদা তিঙক তিঙক য়েংতুনা
অঙাং তুনা মচেমগী সেগাদুদা মচিন্না,
হম্না হম্না নৈতুনা কপই খংকপ খংকপনা
অঙাং অনি অতুবু লৈপাক মীয়াম অতুনা,
ওন্নখিদে য়েংবদি নোংদম থিবা থন্দুনা।
ভাংলৌ ইচিক তুনবদা অমুক হেন্না চিকখরে,
মারা মীকপ খোন্দুনা জগৎ পুম্বা নিনখরে।
মত নিংথৌ অতুবু মুজা মানা থেম্বদা,
মখোন থোক্লা তোকওত লমজা হায়বসি হায়ঙমদা,
'তুম'সু হায়সি কদায়নো মীযাম মরক অতুদা,
তুমাই-তুম-গুম কপসন্নক মতু নিংথৌ সেগাদা,
লাইবক থীবী লমজাদো মুবা পাখং লৈতরে,
মুজা মথুৎ পাপ চেনবী মতু নিংথৌ নাল্লক্লে।
মুজা থেম্বা ওমদরে নারা মানা কপ্পদো,
মচেম ওইবী অতুদি মীয়ামবুসু কিরেদো,
মপান থোক্লা থেমজগে মুবা ওইবী খঞ্জরে
মুজা ওইবী মরমচৎ থোক্লে হায়বা ওমদরে ।
মাংদা ত্তা মুংগুম তি'দম্নদি লেপ্তুনা

লমজা লৈরে ঙকতুনা মুজা তৌফম খংদনা।
ভাবোক অহুক য়াম্বদো লীলা অহু উদরে,
লমজা অনি মৈখুনা 'সভা' অহু মমখরে।
সভাতুগী লক্তগী মুজা ওইবী অমনা,
হৌগৎলক্লে মুপীদো লমজা অনি য়েংহুনা
"লমজা নংদি লাকপোইরে মুরা ইমা উরুদে,
ঐনা চৎসি হায়বদি লমজা নংনা য়াহৌদে,
'পলেম ওইবী চৎলরোই ইহু নিংথৌ হৌরনি,
তুমথবদা মঙাইরি লেংউরগা কপ্পনি।
পন্থৌ হঞ্জিল্লকপম্ব ইমুং মতম ওইরক্লে'
মুজা অসি হায়বগী নমা ঐস্থ থোরক্লে,
ইমোম করি কৌবগে মুজা নংগী নংতৌসে,
নং পোকপী পলেম্না, 'নহু নিংথৌ পিশকসে
নমোম লাইবকথিবীনে, য়োকহৌরোকো' হায়হুনা
লমজা নখোই অনিবু শিন্নরম্লে ইতানা।
পলেম পন্থৌ অনিদো লৈচিল খোংনেৎনখরে
থম্মং শারা তানখরে অমং-য়াইথোং কুমখরে।
মুজা ওইবী নহাকপু হন্না হন্না থেম্মিদো,
'ইমাগীদা চৎলসি ইমায় য়ুমদা লৈসিদো,
পন্থৌ মোংবা মরান-য়াই নুজা লেপ্পা ওমমরোই,
মহু নিংথৌ অসিগা' হায়জে 'থুদোং চাররোই"।
নুজা লিংজেল খাবরা ইমোম নিঙাই-চাওবরা,
পলেম পন্থৌ অনিবু হল্লকখিনি নিংবরা,
নমা ইতা মহাক্কী লমজা কাদি অহুবু,
থাদোকউদি হায়বদা য়াদে নুরা নংনবু।
নংনা য়াদ্রবহুদা ইতায় কাদা হিপ্লেদো,
লমজা নখোই অনিবু অহিং মুংখিল সংলেদো,
লৈকাই নমা ঐসিনা য়ুমথোং অনি চেন্দুনা,

মুজা কোঙবনিদো লমজা নংগীদমক্লা।
ইমায় তুংদা ইবেমমা লমজা করম লাকপও
লমজা মীরাই হাযখ্রনি ইকাইরেদা ইমাও!
"ইমোম লাওনে অসোমদা" কৌবক্লেদো মমানা,
লৈকাই মমা উৱকলে, খল্লকলেদো লমজানা—
"পলেম ইমা ইবেম্মা। শাওবিগনু ইমানা,
ইমা থোকখ্র 'তুংতুদা ইতুনিংথৌ কোন্দুনা,
নমোম লাইবক থিবিদো হিপথকুবে পলেমও
নোংগাখ্রবী নতাম্ব নিংশিংউবে ইমা-ও।
নতা ইমা কৌতুনা নমোম ঙাহাক কপউরে
মতম অতু ফাওবদি চংলাই হায়না খল্লুরে,
লৈপাক মীযাম অসিনা চংনবকপা লমজাওদা,
'ইমা, ইচা!' কৌনবা তাবকপদা ইনাদা,
নমোম নৱা ওইবীনা নাৱা ৱাখল ওইতুনা,
চেল্লক্লেদো পলেম-ও ইতুনিংথৌ পোতুনা।
পলেম থিবা খংউদে মীনা মীয়াম ওইবনা,
পারি লমজা কপ্লেনে খোম্লাং লাম্লক্লতুনা।"
লমজা মমা মচাদো নিংনৈ ৱাদি ঙাংনদে,
ঙাহাক পুংগোঃ পল্লুরে লম্বী হেক্তি ফংউদে,
হায়নবদি নাইনদে লৈরি' মীয়াম পুম্বদে।
লম্বী অমা পিরেদো মমাই নাক্তি য়ৌবদো।
মতু নিংথৌ অতুবু থারে মমাই তমপাক্লা
হান্না পোরম্লবদি লৈকাই নমায় মনমদা
লৌরে মুজা মপুরা, সমু নমদা পোখংলে,
মতু নিংথৌ অমতু পলেম মানা থেম্লক্লে!!
মপোং য়াওদ খাংগুম্না খাম্বি থক্তা লৈরম্মি,
মতু নিংথৌ অতুবু খোম্লাং মৈনা চাক্লম্মি।
খোম্নাং চিন্দা ফংবদা নাৱা কপ্পা তোকখরে

অম্‌তবু ইল্লক্লে থম্‌মোই মৈচাক কোক্লক্লে।
চাক্ল--লৈঙোই লমদমদা লাইজ মরী তাবগুম
চুপচথরে, খোম্লাংদো ফংঙমদনা ফংবগুম।
মুপী ভাবোক মরক্তা থোদোক অসি উরকই
নিপা ভাবোক লকতুদা যাত্রা মাস্থ ফম্লমই।
ভাবোক মযাম তুদগী চহি কুন্থ্রা তাল্লকপা,
তুগুস্বামী মথৈনা থংই যাত্রা লোইনবা।
"তাদা মামা" হায়দনা মুংশিননা বৌনকই,
শক্কা শক্কা ওন সম্ন্ন রারি রাতাই শানরুই।
ময়ম অতু উবদা যাত্রা পূমতাও তাওথরে,
যাত্রায মবুক অহূদা মওন-মওন থনথরে—
"চহি মত্তা হূব-দৈ তবা তাবৎ সুবা-ফাও
মুরা কৈনা কৌবিনা মুজা ফীদোল লোম্বা-ফাও,
বিধাতাদি কৌবনা যেকথিবদি মুত্তিদো,
'চিত্রগুম' মহাক্লা ইবিথিবা ময়ামদো,
তাথ্রোইদো উথ্রোই লাক অরোইদো হন্দুনা,
মুংশিদকো রাবেদা হৌথিমৈনা চাক্লুনা
উরাং সংগ ওইবকপা চরৈ লৈরাং অনিনা,
কোরৌ কযা লথরে লুপাক মুংদা পুন্দুনা,
নোংমৈ কোবৌ মুমিত্তা উক্লবদা মখোইবু,
চুনরম্লে নখোইদি চরৈ লৈরাং অনিবু।
চরৈ নংগী ময়েকস্থ তারম্লেদো লৈরাংদা
লৈরাং নংগী ননমস্থ চুরম্লদো চরৈদা
চরৈ লৈরাং অনিদি সেৎনদবা মিরম্না
উরিরোইদো উনস্থ খল্লিরোইদো নশানা,
কাইনবনা তাক্লুনা উরে নখোই থরাইবুস্থ,
নাহোযবুস্থ তাকইনি উরক্লিনি ঐবুস্থ—।
লৈরাং লৈমন উরগা মিংতা পিবু তাবদি,

ঙসিগীদি নত্তেদো পায়ম নুংদা খনবদি
যাত্রা কৌবা নিপাদো লেপ্লে তাইবং ৱাংমদা
মাংলমচৎপ্ খন্দুনা মুমদাং থাবল অতুদা।
স্বর্গ খেৎনা চাক্লবা খাম্বী মৈরী অতুনা,
জৈগ কুণ্ডনুংদগী তামখুবদা মৈরিনা,
খাম্বী মৈতান তাবদা কুণ্ড নুংদা চাকহৌবা,
ফংহৌইদো যাত্রাদো অতুগুম্বা অশাবা!!
কুম্মৈ অতু লোইতুনা হন্নরক্লে ময়ামদো,
যাত্রা কৌবা মহাক্না হংলক্লেদো ৱাফমদো—
"ইতাও কবি মতৌনো অসাই ভাবোক মরক্তা
অঙাং অমা পোরকপী নুরা সমু থক্লুদা
কনানোনে মাতুবো কবম তৌবা মতানো,
খংবগুম মতৌই নুপীতুনা কনানো?
খুমক্লেদো "মকুপ্লোই-ইতাও নংদি কাওরবোই,
নুজা পনবু পন্নিংদ্রে কাওনবদি হৌনবোই।
থমোই লৈরাং অনিগী শিঙেঙন লংজা ওইৱিদো
লৈরাং খোইমু ওইবগী 'খংগোন' ফীবম শকপিদো
নুরা মাগী মতারোই পায়ম-ফবী মহাক্নি,
তোনসিজদি কৌজবী নুরা মাগী মচানি।
মরুপ নংগী তুংতুদা যুম্লেপ চারা তমহৌই,
খাইদেম চাদি তোম্বগী তালোই লৈপুন ওইহৌই।
ঙসি উবি নুরাদো মাদি পুংকক চাওরেদো,
মতু নিংথৌ ওইবনি নুরা নমদা উবদো,
অনি হুন্দোক্লতুনা লাইগী খুযা তানখিদো,
খাইদেম চাদি তোম্বনা মচা অনি যোকহোই
থাবুম খরৈ মতুংদা পস্থো মাস্থু লৈখিদে
অঙাং অনি অসিগী হন্না য়েংবা উখিদে।

অসাই মুপী অমদো তম্পাক হায়বি অত্থুনি,
তোনসিজদি কোৱিনা মচা শিন্নরম্বীনি।
লমজা অঙাং অনিদো তমপাক সিনা য়োকহৌরে,
অঙাংশিংসি য়েংবদা ওহৌক্লমক ৱাখরে।
হংদ্রিঙৈনা ঐসিনা তাক্লিংদুনা লৈবনি,
"হায়দোক্লরোই ইতাওদা ৱানবনি কৈদৌনি"
মরুপ! অসি খন্দুনা হাযদবনি ঐহাক্লা
মালু খুংগং অসিমা লৈরবনি চাক্লুনা।"
মত্তাও মৱা তাবদা খংহৌদনা মকোক্তা,
বজ্র হুমফু তাবগুম কোক-তৈ খোংদি ফাওবদা
মন্থুং লখা থোক্লনা শিংনা শানা খাইবগুম,
ৱাখ্রে যাত্রা কৌবদো লোহবী চিংনা ননবগুম।
লাইজ তুরেন মপালদা হৌবা পামেল মহাক্লা
নোংমা তলা ত্থুনা ইচেল মানা পুত্থুনা,
তাওথখিবা মহাক্লি লুপ্লে লাইজ মুংদুদা
য়োখ্রে লাইজ ইপাক্তা সমুদ্রগী লৈখাদা।
পামেন থক্তা মতুংদা নোংমা নোংমা ৱাম্নক্লে,
পামেল পুবা ওমথৈ-দৈ লৈঙোই মপৈ হাখরে।
লাইজ ইরোনমুংদা পামেল মশক মাংবগুম
যাত্রা শকফম ওনখরে পামেল মানা তৌবগুম,
মতুং কোরৌ কয়াদি মরুপ শিংগা লোয়ননা,
মালু কৌবা খুংগংদা লৈরমইদো যাত্রানা।
মানা নাৱা ওইরিঙৈগী খাইনরকপা হুদগী,
মথং মথং নিংশিংলে ওসি কোরৌ ফাওবগী।
পুন্সি তুরেন তৌরৈদা কাইনবগী ইরৈনা,
বিধি মাগী নোংদম্না যাত্রা কাদা থিবনা,
অৱাবগী কাওশিংনা লৈঙোই মপৈ মপৈনা
মুক্লা মুনা লাকপনা পৈশিল্লকপা অত্থুনা

যাত্রা থমোই সমুদ্র ফুনখরেদো ৱাৱনা,
নোংমৈ কোরৌ মুমিত্তা হায়রক্লে যাত্রানা,
ময়াম অসি ফম্বদা লৈকাই মমা তমপাকনে
তমপাক্কীনা মথংলেন কেশ কৌবা মপানে।
"মালু থুনগী মমুংদা চান্নথোইবা মরুপ-লোই
মুজা ওইবী মহাক্কী চান্নজবী মতারোই,
অতোনসিজ কৌবিগী মহু নিংথৌ মমোমলোই—
লাইবক থিবা নারাদি তাবিযুকো মরুপ্লোই—
পারি মমোম শকুনা য়োক্লম্লেদো নথোইনা,
হায়দোকপদি ঙমদরে ৱাখরেদা ঐহাক্না।
নহোই খ্বাইগী কাসিদা কবন্নদি হায়সিবা,
মাহু ঐনা হায়রগা খ্বাইনা করি খনগবা।
শাওরে ফরে কমদোনি মরুপশিংগী ননিংনি
ঐনা পাম্বা পোংশক্লি খ্বাইগী কাদৈ নিরনি
যাত্রায় ৱাহু তাবদা 'করি ৱানো ইত্তাওবু
ননিং তৌনা হায়দোকউ চিংনরুনু নংনবু।
নংগী কাদা ঐখোইনা করি পামুখিদগে,
হাইযুগবা মরুপলোই করি থঞ্জানবগে?
তালোই মচা শেংলরা পারি নমোম পাম্বরা
যাত্রা নংগী নকাদা পাম্মুগনি খনবরা?
মত্তাওশিংগী মৱাদা যাত্রা মখোই নৌখরে,
মুজা মমিং পন্দ্রিঙৈ মিৎতা পিবু তাদৌরে।
"নিংশিংবিয় নখোইনা লৈরাং পুকচেল ফজবা,
লৈরাং মাগী লমনবু নতাও কাওবা ঙমদ্রিবা,
নাদা চিনবা মাবুদি শিঙেন থোইনা খল্লুদা,
লৈনম তাবা মাতবু খনখিবদি ইবুক্তা
পুক্তা তাবা লৈরাংদি তাওজিং মগাও খংখিদা,
চিন্দা হান্না লৈরাংজন ইল্লি অসি পেনখিদা,

মতা লৈত্র তুংত্নদা মুজা মানা ঙাওখিবা
ঐনা মৈতৈ চৎপদা মুরা মানা চাকহৌবা।
ইত্তাওশিংগী কাসিদা ইরৈসিনা থত্তুনা
করমদৌনা পনগনি হন্না হন্না নত্তাওনা,
অতোনসিজ কৌবিবু কাওগদবা ঐসিনা,
মাগী লমন শিংদনা শিগদগে করম্না।
নত্তাও ঐগী তুংসিদা লৈরমদরে লৈরাংদো,
থম্মুং লৈপাক ওংলগ্নে মুজা লাম্বা ফংত্রেদো।

× × × ×

পারি নমোম অনিসে পিনরোনে ঐঙোন্দা
"নহোয় লৈরি হায়দুনা, খল্লি ঐগী ইবুঙ্কো,
মরুপ নহোয় নখুৎতা থনমমাল্লে মহাক্না
সিগী নিংঙাই লৈতনা চৎখিবনি মুংঙাইনা।
মতম অস্মুক কুইবসি রারক্লেদো নহোয়না,
পারি নমোম অনিসি অমুক য়োককে নত্তাওনা।"
রারম অসি হায়রগা যাত্রা কৌবা নিপানা,
কেশ মাবু খুরম্লে ঙক্তো ফিবু য়েৎতুনা।
মরুপ মশেন কোন্নরে সেগা মাইগা হায়নরে
কেশ তমপাক তানরে ময়ামদুনা লেপনরে।
লেপনবদি লোইখরে যাত্রাশিংদা পিথোক্লে,
"পোইরৈ তাম্না পুরনি, পুরো" তুম্মু য়ানরে।
মতাং অসি য়ৌবদা রাখ্রে তমপাক কৌবিদো
নিপা ওইবা পুকচেন্দি অমা ওইনা মরৈদো।
মুপী ওইবী ইন্দ্রিদি পংজবনি হায়গনি
মুংশি চাওবা পুকচেনদি মমা ওইবা গুন-ননি।
অতোনসিজ কৌবিগী মাঙোন খেঙ্গং ফমনবু
পারি নরা খোম্নাং-ইন মমোম নাক্তা থংনবু

মিস্না থম্বান মানবীদা তরং লাইজ শিন্থখি,
পারি মমোম য়েংড়ুনা ইন্দ্রি মুংদা মৈহৌখি।
'ইমাইবেম্মা মুংশিবী নুজা লাইবক থিরবী
মুজা মতম চাদনা পল্লেম পন্থৌ কাইনবী!
নত্থু নিংথৌ পংইদো তাইবং মীরোন তাদরি,
নাল্লা মাদি খংঙোইদো মায়দি খর মফরি।
মুরা ওইবী নহাক্তি পায়মা রাখন তাজরে
পলেম পন্থৌ মৈ-ড়ুম্মু লৈরাং মৈশা খংজরে।
পায়ম-খাবি নহাক্তি হৌজিক মক্তা য়াত্রিদো,
'নমা ঐদা হোংজিননি পলেম পন্থৌ লৈত্রে'দা।
ইমা নংবু কোনগেনে' লমজা কয়া হায়ববু,
পলেম করম হায়সিবা য়াদরিবি নহাক্তি,
'পোইরৈ লমদম য়েৌনবা চংলো' করম পনগনি।
চিংলোন মাপল লান্দুনা ইমা করম পিখিনি
'পারি ইমোম শেংনবা, পলেম করম লৈহৌনি!
নংবু পোকপী ইতানা মুজা লৈরিঙৈত্থুদা,
থেংচরম্বা শিংড়ুম ফাও ফক্লাং চাংদোন থকতুদা,
'লৌথোকপিথু' হায়ত্থুনা ইমোম হিক্লা কপপি-নি,
'ইপায় ইমাই খুবমদি কাইবা য়াদে' নিংবী-নি।
ঙসি কোরৌ ফাওবদা পন্থৌ মরান য়াইদগী,
ইকা'মতা লেংদরি পন্থৌ লৈতঙৈদগী।
ইচায় পুকচেল অসিনা সংই খোইনা চংত্থুনা,
লৈপাক চংনা রানরি নুজা নতো অসিনা।
যাত্রা কৌবা ইবুংনা তিংজরবা পুকচেল্লা
য়োক্কে হায়রে নহাকপু মমোম শক্লা লাঙ্গোল্লা,
মুরা নংগী খনবদা ইমায় থবাক সেগাইল্লে,
মায়, হায়সিত্থু কদায়নো পন্থৌনম্থু পিথোকলে
লৈকায় মমা অত্থুনা কপ্লে ইন্দ্রি মুংত্থুদা,

মুরা মাগী খনন্দা ঙমদ্রে লেপ্পা মথন্তা।
লৈকায় মমা-মপাগা যাত্রা কৌবা নিপাগা,
তানখরে ‘মুম্ন’ মরুপ মপাং পুম্বগা।
ইপান থাদা শাৎলম্বা শিঙেন থরো পাম্বীনা,
কংশিল্লকপা অতুদ' নিংথম মতম ওইবনা,
লাইজ মতিক চাদরে লমদম লৈক্রক চৎলক্লে,
লৈতাং থরো লেম্ফুনা মরা তম্না কংলক্লে,
লৈবাং শেম্বা মহাক্কা লেম্ফুতুবু খঞ্জরে,
লাইজ ইনৌ হাপ্তুনা খরুং মুংদা থাজরে।
লৈরাং মনা পৎতরে শিঙেন ময়োন কংদরে,
ফমেন কাংখ ইংবদা লৈরাংগুম্না য়োকচরে
ইন্দু কৌবী মহাক্কী মপায় সংগাই অতুদা,
চংলে পম্থো যাত্রা লৈরে মতম অতুদা।
তাইবং মীরোন তাকপগুম চেক্লা মচা শিংতুদা,
লীরে ৱারি পুম্বদো ইন্দু মাগী মফমদা,
লৈকাই মমা-মপানা যাত্রা মাগী মরিদা,
উৎলে যাত্রা নিংথিজবা প্রেম-অদো।
যাত্রা মহাক্কা তরেৎ সেঞ্জা তিংলক্লে,
মতু নিংথৌ লৌনবা মীনাই অমা থিরুরে।
পারি মমোম অনিবু মুংঙাইনবা শিল্লক্লে,
ইন্দুই পিদোন পাদোনবা যাত্রায় থুৎনা থুমখরে;
মতা লক্কা তিঞ্জরে মুজা মৈশা ইংজরে’
পলেম পম্থৌ ফংখরে খুদোংননা য়োকখরে।
যাত্রা, থাবুম অহুমবু ইন্দুই নাক্তা লেল্লক্লে,
ইন্দুই মবুক অতুদা পম্থো মকনি নিংলক্লে!
পলেম পম্থোশিংতুনা ইন্দুই মনা তাম-বু
পোইরৈ সনা লৈপাক্কী শাগি ৱারি ৱাতায়বু
ৱারি পুম্বা তাগগা থজরকই ইন্দুনা।

"পোইরৈ লৈপাক হায়বদো কয়া নিংথিজজ্রুনা।"
খোযুম মানা ইন্সিল্লে ইন্দু মৈতৈ য়েংনিংলে,
পন্থৌ যাত্রা কৌবদা ইন্দু মানা হ'ংলক্লে -
"পন্থৌ লমদম মৈতৈদি চিংনা কোইনা পন্সাই হায়,
পল্লোন পল্লোন কোইবদা চিংলোন মাপন স্নুইস্নু হায়।
লোইবী লমদম হায়'ত্রুদি পাম্বা য়াতাই হায়নৈদো,
লাংগোই শিংনা য়াথোকই পন্থৌ ঐদি কিজৈদো
পাম্বা লাংগোই খিবিক্তি পাবুং! থোরক তবরা,
পোইবৈ লৈপাক অত্রুদি কিন-থংন দবরা?
মৈতৈ তাবা লম্বীদি পন্থৌ করম চৎপগে,
য়াংনা চাওবা চিংত্রুবু করম হায়না লানবগে?
ইন্দুই য়াচং তাবদা হরাওনরে মখোইদো,
থুম্মি লৈকাই মপানা "ইন্দু চুমমিদো,
মৈতৈ কোইনা পনশাবা লোইবী মরোন মাপন্দি
লৈদো লম্বী অচৌবা পোইরৈ লমদম ফাওবদি।
চিংদা হাওনা থল্লিদো তমদা মৈতৈ তারিদো
পাম্বা মানা কৈদৌনি মৈতৈ শনা লৈপাক্তা
ময়াম হৌনা খিরগা লাংগোই শাম্নু কানৈদো,
পাম্বা মশক উবদা ময়াম কোইনা হাৎলিদো।
পাম্বা মঙা ফাবস্নু ঙমমি নিপা অমনা,
থৌনা ফবা মৈতৈনি করি হায়নি ইপানা।
পন্থৌ-নপা ইবুংঙো থংইবদি নপানি,
মৈতৈ হায়বা লৈপাক্তি নুংঙাই-য়াইফ-লমদমনি।
কুম্ম হরাও রোমদস্নু অঙকপগী মশকনি
অরু অহেন হায়বস্নু তম্নফমগী মফমনি।
লৈকাই য়ুমথোং খুদিংদা হরি মন্দির লৈনৈদো,
মন্দির মফম খুদিংদা হরিনাম শোইন্নৈদো।
মুশী মুপা কয়ানি নূজা ওইবী লখাদো৹

কাংবু মথন কয়ানি পালা পালা থোকইদো,
শোন্নখ্রিবা শকখ্রিবা মতৌ লাংওন অমনি,
তাবা য়েংবা মক্তদা পুক্নিং হুন-মশকনি।
লাইরৈ পাকনি ইবেম্মা পুইনৈ মশক মক্তনি
হংউ পন্থৌ নপাদা ইপা করি হায়গনি।
কাংগী মেলা ঋুলনগী কৃষ্ণ জন্ম হায়রিবা
রাস লিলা শঞ্জেনবা গৌর লীলা-চিংবা,
হরাও কুম্মৈ অসিনা চহি অমৈ মন্নুংদা,
অতৎ-অখম লৈতেদো মৈত্তৈ সনা লৈপাক্তা।
লাংবন হিয়াং হায়বদো ইপায়-বেম্মা ফজৈদা,
সিবু উদরিবদো মৈতৈ ওইনা পোকপদা,
অরেম্বনি হায়তুনা পোইরৈ পাওরৌ ওইনৈদো,
হায়রি' কুম্মৈ অসিদা মৈতৈ পুম্বা তিল্লিদো।
লাইবু থোয়বা নিংথৌরেন শমু খাবক মথক্তা,
হিয়াংতুদা লেংথোকপা সনায় সেম্বাং মহুমদা,
তুগী ফজ পুম্বদো ইপা করি হায়গনি,
লাইমক-নবু থাতুনা করম মাঞ্জ-রুগনি।
মুনা নৌনা হৌরকপা নোংগী মচু মাল্লিদো,
কৌই, ধিন্দার, হেরামত, লাংগোই য়াইফ-শানিদো,
অনি খাবক লাকপদি চিংতুম অনি তা-গুমই,
ময়া মরি অতুনা চিংচেপ উরোক পাই-গুমই।
মুবা লাংগোই থক-তুদম ফ্রাংজি-ফীবুম কুপথবা
ভাংবা চরৈ থক-তুদা সনায় 'কাম'দি তৌরিবা;
লাংগোই সয়াং থকতুদা সনায় সেম্বাং মহুমনে,
সেম্বাং মহুম অতুগী রাহোং মতু অতুনে,
ভাংবা-লাংবা নিংথৌক্কী থামেন চৎপা চরৈনে,
রেসম ফুরিৎ অশংবা সনাদনা হৎপনে,
চরৈ মথল কয়াক্কা থৌগল শিংনা শেথক্কল্প,

সনা মখোক চল্লবা মশেক নুমিৎ থোক্লবা,
তারোন তাগী মখৈনে য়েংথাং-ওইথাং থৌগননে,
কাংহৈ চামোর অত্থুগা থৌগন ময়াম অত্থুনে,
শিফাই মযাম পৰেংশা মাংদা মালেম থকতা লেপ,
তুগী অমুক মাং-ওইনা 'ৰাজায়' কাংবু অমুক লেপ,
করি মনিং থিজনো ইপাই-বেম্মা ইপানা
ইমোম করি তমসিগে হৈজদৰা ইচিন্না।
উদয়াগী চিংদোন্দা মচু য়াম্বা তিনবদা,
সুর্য্য নারান কৌবনা থোরকপগী মতমদা,
নোংপোক মাইকৈ অত্থুদা নিংথিজবা অত্থুনি,
পোইরৈ প্রজা পুম্বগী থাংগৈ শেংবা নুমিৎনি।
সনা কোন্নুং লমদমদা মপুঙ মঙ্গল তৌরকপা,
তোপ-তি খব্রাং থারকপা সনা খোংলেং-থোরকপা,
তোপকী মখোন তাবগা মখোং ফুকপা মান্নেদো,
তাইবং মীনা কৈদৌনি খাবক লাঙ্গোই শানিদো।
য়েংপু ফুকপা মান্নেদো ওইস্নু অনি থাংমিন্নৈ,
মনাতোনদি অনিদো য়েংতা ওইদ্দা পুমিন্নে।
মখোং নিপান অত্থুনা মখোং মরি ওইনা উই,
লুহোং খোংথাং তাল-লোইনৈ চৎতৰগুম চৎন-উই।
হিগাসংদি য়োবদা লমদম খর অত্থুদা,
পুংখাই অমা চংইদো সামু নিগী খোংথাংদা,
নুমিৎ ওইনা ডাল্লিদো সনা মাইখোং অত্থুনা,
থম্বান ওইনা শাংলেদো পোইরৈ প্রজা শিংত্থুনা।
থাংগম পাৎকী তোর্ববান্দৈ সনা কোন্নুং তাইনবা,
চেকপন কোইনা লৈবনা অনি লমদম তাইনবা,
সনা কোন্নুং থংবদা লাইজা মাগী চাংদোন্দা,
চেকপন কোঙ্গাই অমদা লমদম মতা ফবদা,
পরেং পরেং শাব্রিৰা মীনা কুংনা লেপনবা।

হুগী তোৰৰ্বান অমদা মীনা অমুক থনখিবা,
লুম্ন-লাইজ অহুনা মরক তুদা লৈরিবা ;
মীয়াম নাকন অনিগী মমিহুনা তারিবা,
লাইজ-মুংসু মী-মক্তা মথক তম্মু লৈরিবা,
নাকন অনি অহুনা 'মগা 'মগা য়েংনবা,
অহুমকতা য়েংনৈদো মশা মশাই কুমমৈদো,
অঙকপগী মতৌনি নিংথিজবা পুম্বদো।
থাংগম পাৎকী মহুংদা লাইজ থক্তি অহুদা
তাম্ন হিদি অনিনে অহুগী মনাক অহুদা,
বিষ্ণুগিদি হি-হুনে খুনেৎ হিদি অহুগা
চিরেন লাইরেন পাল্লবা হিগী মুক্তি অহুগা
সনা কোম্হুং মহুংদৈ সনা লমজাও ফাওবদা,
মীনা ককচেং চৎপগুম সনা কৈথেল য়ৌবদা,
থাংগম পাৎকী মপান-ফাও লৈপাক মশক উদবা,
শুক চাওবদি লমদম্বু মীনা পুমফুল ফুনখিবা !
মালংবনা তাবা লম খংগোনবনা য়াহিপ্পা,
তুম্নৌ পোকপী লমজাওদা তুম্নৌ মপান শাৎলকপা,
তোৰৰ্বান অনি পুমঙৌ-ঙৌ তুরেন তুখুন অহুদা,
তাওরোই নাইনা য়াথোকপা তুখুন লাইজ থক্তুদা-
লাংবন হিয়াং লমদমদি তুম্নৌ পোকপী লমজাওনি,
থাংগম পাৎকী মরিম্ন তুম্নৌ পোকপী তুখু-ননি।
বাকয়েশিংনা তাওবদি তুজুংবগী মশকনি,
লৈপাক তিনবা লোয়রগা লেংথোরকপা মপুনি।
লেংথোরক্লে হায়হুনা ময়াম-হুনা লাংনবা,
নপুই সনা মাইথোংনা মপুংফানা ঙাল্লকপা,
অমুক থাজ মাইথোংনা শিঙেন থম্বান ওইরৈদো
মদায়-রেমদি অমুক্না চিংজাও খোইমু ওইজৈদো।
পোইরৈ লৈপাক মীয়াম্না অমৃতম্বু থকচৈদো,

শাম্নু থাবক থকতুনা থম্বান গুম্না শাবনিদো
লৈপাক মীঙৌ কৌবনা মপুই ভক্তি কৎলকপা,
অতুক য়াম্বা অতুনা ওকশম তোংদম লুকলকপা,
মালং-লোইরোই হুম্বদা তুম্মৌ পোকপী, নমজাওগুম
থৌগন দোলাই পাবনা নাওইদোংদি শাংপগুম,
অকন-অথৌ কয়ানি, অঙম-অথৌ মচানা
লাংগোই তোংবা কয়ানা-খোংবান চেনবা মখৈনা
লাংবন হিয়াং হায়হুদি ইপা করি হায়গনি
ইন্দ্র কৌবা নিংথৌগুম নিংথিজবা মহাক্নি,
থৌগন লাংগন পুম্বদো লাইয়াম সভাহুমক্নি।
লাইগী লৈপাক ওইরিবা মৈতৈ সনা লৈপাক্নি।
ইমোম ওইবি নিংথিদা নিংথৌ মানা হিগুম্বা,
তান্ন-হিদি অহুদা হিরোই ময়াম তোংলকপা,
লাইজ চোম্না লৈরবা থাঙ্গম পাংথী মচুংদা,
তোর্বান নাকল অনিদা প্রজা চোম্না তিনবদা,
হিয়াংহুবু থারকপা হিনা তাম্নরকইবা,
খোংবান চেনবা মখৈনা খোংবান থক্তা চেম্নকপা
পানা পানা নাইদনা মীচং মীচং হৌরকপা,
মপা-মচা য়েংনদে পানাইদমক লেপ্লকপা,
শিনি হায়বা কাওনৈদো অঙকপদি কুম্মৈনি,
ইপাই-বেম্মা থাজরোই উরগদা খংগনি।
মুংঙাইরবা লৈপাক্নি থাবুম তরানিথোইনি,
হাংবা লৈতে কুমৈনা মনিং তম্বা লৈপাকনি।
পম্মৌ নপা ইবুংঙো মপু মাগী মনায়নি।
য়াম্না চানবা মপুগী মম্নং চনবা নপানি।
নপা ইতাও অসিবু খুনসিদা পোকপনি
মপু সনা চরম্না পুখিবদি নপানি।
মপু কোলাই নিংথিবা চন্দ্রকীর্ত্তি ইবুংঙো,

লৈরম্মিদো ইবেম্মা পোঙইরৈ সুপ্লা মবুংঙো,
মালু কৌবা খুনংসিদা সনা থোংলেংঙকুনা
চহি মঙা সুবদৈ তরা তরেৎ ফাওবমা।
নংবু পোকপী নমানে নমাই মতা অমমনে,
অহুমসিনা চাম্লবা, পম্বৌ নপা অসিনে,
ইপা করি হায়গনি শিমিন্নসি ৱাশক্লে
খোংকাপ'মত্তা থানদে খা,ইদৈ হেন্না লুংশিনৈ।
মমায় মতা অহুমা পম্বৌ সিগী লৈপুননি,
মপু খৌগন তৌরকপা পলেম পম্বৌ মথোইনি।
পলেম নমা খোইজুবু মপু মানা চানবিবা,
মুরা পাখং লেংগানি হৌমিন কামিন্নরকপা।
ইমোম করি হায়গনি পম্বৌশিংগী ৱারমদো,
মপু মানা খংলগা হমোম নংগী নশকতো,
মমাহুগী মচানি মপু সনা চরন্না,
চানখ্রগনি নহাকপু পলেম মাবু খন্দুনা।
নৌনা নিংশিংলক্লনি মমাংঙৈগী প্রেম-অদো,
মৈতৈ লৈপাক অহুদা নংনা চৎলু য়েংঙউদো।
তৌগ্রনিদকো লূনা হমোম নংবু উর'দি
ঐনা নংবু ওইরাদ চৎকদনি হপাদি।
পম্বৌ যাত্রা কৌবনা পুশিল্লগা নহাকপু
ৱারি পুম্বা শারুনি নিংশিংগনি নমাবু।
চৎলসিদো, ইবেম্মা! মৈতৈ সনা লেপাক্লা,
পলেম পম্বৌ ৱাৎপদো ৱাৎলরোইদো মাহুদা,
লাইগী মচা শুমহুনা লৈগনিদো নহাক্লা,
মচাদগী হেন্নবু লুনা তৌনি মহাক্লা।"
ময়াম চংনা থেম্মক্লে শিঙেঙন ইন্দু কৌবিবু
লৈরাং ওইবি মহাকপু খল্লে চৎলুগেদিবু।
পম্বৌ যাত্রা অহুনা লুনগাদা তৌশিল্লে,

ইন্দু কৌবি মানস্থু মপাঙ্গবু লুংশিরে।
ইপানিদো ইচানি অমি অদ নিংনবে,
খোয়য়ুম মাপী নোংদম্না ইন্দু মচুক ওইরক্লে।
ফীজু লাইনা ওননচুম অঙৌবদি চবৈনা,
সংখ্রে ইন্দুই মবুক্তো মযাম অদু চংদুনা।।
হাম্ম মতৌংমদরে, চংলাক খোতোবক্কপদা
শাজবক্রে ইন্দুদো পোইনৌ মতারকতুদা--
''লুংশিবী ইতাশা' চংকদৌবি ঐহাক্তি,
পনৌসিগা লোইননা পোকৈরে লৈপাক য়েংবদি।"
মতাশিংনা হায়মমই—"খোইনৌ ইতা লুংশিবী,
লাইবক চাওবী ইবেমা কোলোই ইন্দু কৌজরবী!
হন্দক লেপা অসিদবু পো কৈ সনা লৈপাক্তা
হল্লক্লবোইদবরা মালু কৌবা লমদমদা?
চংখিন্নবা ইবেম্মা লুংশিদবা ঐখোইবু,
ঐখোই লৈবা পম্বদি লুংশিজেদো নহাকপু।
নংগী মৈতৈদুদি লৈরম্মোইদো থংনবা
লুংঙাইগদ্রা নংনবো ময়ামহুগা তিন্নবা?
মিংতা পিবু তানৈদো নাল্লা মশেল-অহুনা,
পলেম ওইবী অমদা তম্মকইদো অমনা।
মমা ওইবী অহুনা হংই ইন্দু মঙোন্দা—
"ঈমাইবেম্মা! চুম্বরা? চংকগদ্রা মৈতৈদা?
পঙ্গৌ যাত্রা মহাক্না পুবগেদবি হায়বরা
"নোংমা নিনি চংলুসি' পোইরৈ য়েংগে তৌবরা?"
শিঙেন মানা খুমদ্রিঙৈ খুম্মি মাবু লোইবনা,
লুবা মাদি লৈজরে খুম্বা ইনং নংদনা।
"চুম্নে নত্তে ইবেম্মা পুমচং-চংক্লদবনি,
ঐখোই, খ্বায়দি চংহুনা তানরবা খ্বাক্কমনি,
মরুপ যাত্রা কৌবসে চল্লু ভিঙেঙাল পোকচদে,

মৈতৈলৈদা লৈনব্দু সোমগী প্রেমস্থু তৎনিংদে।
ইন্দু কৌবী মাগীস্থু পল্লেম পম্বৌ লৈতরে
য়োকচরণে হায়রদুনা ঐখোই খ্বাইদা লাওজরে।
মমাংঙৈগী প্রেম-অদো শ্বাওদে থুংগং অলিনা
মাত্রা মাগী মবুক্তো উরদুনা খ্বাইসিনা
য়ানখরে ইবেম্মা ইন্দু মাগীদমক্তা
পেম্নে মাত্রা মহাকপু লৈপাকসিগী মবুক্তা।
মুংশিয়রবা অমদি মাত্রা মাগী মপাওনি,—
ইন্দু পোকপী মমাদি, মুজা মাগী মরুপনি
কৈনা হায়রবী মহাক্না হায়নখিবা লৈনৈ হায়,
'নচা ইচা পিনসি' মৈতৈ য়াশকনখি হায়।
—মংগুম্বদি থবকনি—য়াম্না ফৈদা চৎসম্নু,
মাত্রা মানা নিংবস্থু ইন্দুই কাদা থুংসন্নু।
ইন্দুই লাইবক ফবনি,—ইপা ইমায় লমদম্নি,
পোইরৈ মৈতৈ হায়বদো ইরৈপাক্লি ঐখোয়নি।
'খোইনা লৈরিবসিদি অমরোমদা মীরম—নি।
মৈতৈ মচা হায়রব্রো মৈতৈ লৈমৈ মচানি,
ফনা থাপ্পা লৈনব্দু ইমা করম কাওগনি।
'খোইনা লাইবক থিবগী ভমজদবৈ ভৌবনি,
ইমায় চরন তীর্থনি ফংজবদি পুইননি।
তখেন ময়াং লমদমদা তারবস্থু ঐখোইবু,
য়ারারোইদো ইমাও মৈতৈ নত্তে হায়ববু,
ইমাক্নুগী মচানি ইপাক্নুনা পোকপনি,
ধর্ম্মসিবু কাওরগা 'খোইনা করম মীওইনি,
করি ধর্ম্ম ফংগনি করি লেম্মি ঐখোইনা,
ইমায় সেবা ফংব্রেদো লমদমসিদা লৈদনা।—
মৈতৈ সনা লৈপাক্তি পল্লেম ইমা মহাকপু,
অরা-মথ-বাক-তদা তারবদা ইমাবু,

ইমায় সমলাং নংথিবী থুবাম থুবাম কোইববু
ইচিন ইনাও পুম্নবু শাগুম সনগুম লৈববু,
ইচন-ইচেম পুম্নগী পালেম ওইবী মহাক্কী—
যেঙম-দরে হন্দুনা অৱাবদো মখোইগী।
ইমা নিংবা ইযাম্না ইচিন ইনাও কয়ানা,
থরাই খাবা ঙম্নরি-ইমাযদমক হায়দনা;
কিরদনা চেল্লকপা পাপ্তি চেনবা ঐখোইনি;
ইমা হম্না যেংদ্রবা তোম্নবদি মচানি!
নোংমৈ কোরৌ অমতা ইমায় মংগোল ওইনবা,
রাংলেন পুংগোই অমফাও ইচিন ইনাওগী ফনবা,—
ওস্নোকপনি! ইৰেম্মা! খল্লুদবে ঐখোইদি
অসুক চাওবা পাপ-সিবু লৈরবগে কৈদদি।
ইপা মরি থিদবা ইপু মরি হংদবা
পাংদ-মচা হায়ৰদা কনা লৈবা 'খোইগম্না।—
মীগী মমা অফবা ইমা কোগে যাদেদো,
মৈতৈমচা হায়বদি কৈদৌঙৈদা কোক্ত্রেদো।
করি ঙমদ্রবমকসু নিংবদদি নিংফৈদো,
"ইমায় মংগোন ওইসমু শাহাক্তবু খন্দেদো।
ঐগী ইবুক থিবদা হৌজিক হৌজিক য়েংবদা,
ইমায় সেবা তৌদবে যেংদ্রে ইচিন ইনাওদা।
করিদগী পুইননো যাত্রা কৌবা নিপাদো;
করি লাইবক মকনো ইন্দু কৌবী নচাদো।
ইমা রারে ৰাকনি নুংঙাইরসু নোকউনি,
পুইন—কৌবা মপোক্তি মখোই মপোক অসিনি।
পাপ চেনবসু ঐখোইনি ইকাইদবা ঐখোইনি,
ইকাইদসু ঐখোইনি পাংদ বাইবু ঐখোইনি।
মীগী মমায় সেগাঙদা চাকতোন কাদোন থম্ব নি,
মীওইনাদি পোকপগী মীনি হায়না কৈদৌনি।

শিডেঙন ইন্দু যৌথবো নপাম লমদম মৈত্তেনি,
ইমায় সেবা তৌকুকো ইন্দু মংগোন ওইগনি।
লৈরিবসে তাংবনি পোইবৈ লৈপাক ইখোইনি,
ব্রারবস্নু নুংঙাইনি নুংঙাইবস্নু নুংঙাইনি।
শিডেঙন চিন্না তৌকনু খ্বাইসিগীদি খল্লুনু
পুইন — লৈদা যৌথবো পাপকী ব্রাখল তৌবনু।
ইন্নুং খোংকাপ লাকপদা কোবৌ মঙান ইংবগুম,
ইংঙক্কলবা মতমদা খংগোন তেংবাং লকপগুম,
মালংবনা তেংবাংলে ইনুং লিক্রা তাবক্লে
কোবৌ মৈশা ইংলক্লে ইন্দুই নোংদম ফবক্লে।
লৈপাক মীযাম পুস্নবা মতেং পাংলকলে,
কৈরোই লৈকাই পুম্নদা চংলো ইন্দু হাযবক্লে।
মৈতৈ লৈপাক যৌনবা ইন্দুই খুজিন তৌবক্লে,
যাত্রা মানা লৈবকপ থাবুম মরি চংলক্লে।
ইন্দু মচিন মৌপুরা যাত্রা মানা কোম্লক্লে,
যাত্রায় থমোই অতুনা ইশিং ইরেন ওইবক্লে
লেম্লে মচিন মৌপুরা লাইজসিদা তুংজবি
পারি ইমোম হাযতুনা পতৌ মানা কোঙরি।
পোইর লৈপাক লোমদগী মপু সনা য়াথংনে
যাত্রা কৌবা অভন্বা মযুম পাংওদি কয়ানে,
লাক্লে যাত্রায় মফমদা মালুগ্রামদা লৈরিঙৈ
ইন্দু কৌবী মহাকপু পুনবদি তৌরিঙৈ॥
ইন্দুই মোংবা মরানয়াই পলোম পম্মৌ লৈডৈদা
তিল্লে হুবু হেন্নদি যাত্রায় হন্দক লৈবদা।
মমাং লোম্না কৌবদা মনিং লোম্না তাদরে
মরুপ মপাং পুম্বনা নুংঙাইনবু তিনখরে।
চাবা খক্লপা ব্রাংতরে নুংঙাইনফম ওইরক্লে,
যাত্রা চংলকপদগী লমজা খুদম মুংখরে॥

ইন্দু মবুক লোইরক্লে মৈতৈ চৎকে য়ারেদো,
হয়েং ইনুংঙানবদা ইন্দু চৎপা তারেদো!
ইনুং লিঙ্গা চারবা কোরৌ মৈশা থাংববু
পালেম পম্ভৌ লৈত্রবা চেক্লা লমজা চা—নিবু
লোক্লুহনা হাপলক্লে নুংশিবগী পোন-হুদা
চেৎনা চান্না তৌতুনা যাত্রায় থমোইনুং-হুদা।
শিঙেঙন ইন্দুয় মরান-য়াই ওসি কোরৌ অসিদা
মীনা পুমথন থনখরে সুমাং মাংগোন পূম্বদা।
চরৈ পিবা য়াওবকই তরেৎ সেঙ্গা থুংনাখি
"ইমোম ওইবী লোজৌকো" কয়া কযা পিনখি।
মালু থুনগী মী পুদিং মথং মথং থুংগরে,
উনহৌসি হায়তুনা চেন্নখিবা লোইখরে।
ইন্দুই ফমেন অতুদা লৈকাই মপা কেশ-নে
ফমখরেদো অনিনা পম্বৌ যাত্রা কৌবনে।
হংনবকই ময়াম্না ;—'কনা কনা চৎকনি'
ময়াম অতু থুম্নরি 'পলেম তমপাক য়াওগনি
মপা কেশ য়াওগনি লোইরৈ য়ৌনা থিনগনি,
দোলাই অনি অসিনা মমা মচা অনি-নি।
নুজা ওইবী শিংনদি লোইবী কাবা ওম্মোইদো,
মথোইদসু নংঙরি নাব্রা পিশক য়াওরিদো।
পলেম মরুপ কয়ানা পম্ভৌ ওইবী কোঙ্গাইনা
নুরা ওইবী কয়ানি সুরে মীগী জাৎতুনা।
"থেংঙে থেংঙে" তায়নরে অহন ওইবা মথৈনা,
মথোং থাংদোক লমদাযদা রাখি কেশ কৌবনা,-
মরুপ মাগী প্রেমঅদো পুবা লাকপা ওম্মক্তে,
থমোই নুংদা চাকপনি মীয়াম তুদি উহনদে।
লৈকাই মনা অতুসু খাম্বী মৈগুম শাখরে,
নোংগাখিবী মত্তাবু নিংশিংদবা ওমদরে,

মত্তায় কাদা চংতুনা লোম্না কয়া কপউরে—
নুপী ওইবী থমোইমা পেংপ। নৌবা হেন্দরে,
তমপাক কেশ অনিগী মাইথোং অতু উবদা
লৈপাক মীয়াম অপুম্বা শোক্লখিদো থমোইদা।
কনাগুম্বা অমতা খোন্দিথোক্লা কপনদে,
থমোইনুংদা কপ্প-দৈ করি মতা হেন্নদে।
'সনা মহি লৈমরেন' খুরম্মরো হায়নরে,
চংকদবা মরিদো খুরম্মুরে চংখবে।
সুমাং মাংগোন ইমুংবু থল্লিবদি ময়াম্না
লাওনরক্লে অমুকস্ত "খেঙেঙ থেঙেঙ" হায়তুনা।
মরি অতু থোবক্লে শ্বর ফীবম য়েংতুনা.
পন্থৌ কেশ কৌবনা বৃন্দা নাকপু য়ৌতুনা
খুরমখরে অনিদি পন্থৌ যাত্রা কৌবগা,
শিঙেঙন ইন্দু লৈহৌরি লৈকাই মমা তমপাক্লা।
শিঙেঙন ইন্দু মাংদা থা থোরকলেদো তমপাক্লা,
কান্থরকে দারিদা ইন্দুই মখোং নামনা।
পলেম মমা অহুনা লৈরি মাঙ্গোন থক-তুদা
উরক্লেনে ইন্দুনা বৃন্দা নমদম অতুদা,
পন্থৌ মপা লৈরিডৈ মতাশিংগা শান্নবা,
লৈরাং মাবু হেকপদা হেকউন্নুদি চৈরম্বা,
লৈরাং যাত্তি পাম্বৌনা শিঙেঙন ইন্দু কৌরক্লে,
কায়নবগী মালংবা লৈন-লৈনা শিংলক্লে।
"শিঙেঙন ইন্দু ইত্তারোই! চান্নথোইবী! কমদৌনি
মতা লৈরাং পাংদবী নুজা কনা ঙাকপিনি!
উরি ওইনা হৌতুনা পামেল 'মদা য়েঙঙমদে
পাম্বী ওইনা য়ুংতুনা লৈরাং লেপ্পা ঙমজদে
পুকচেল চাউবা কনাদা থেংজ-ঙাজ লেনবনি,
নুরা নংনা য়োকপগী লৈরাং ঐনা হিংবনি।

নারক জঙ্গন লমদমদা শাৎঙমদবী নতানি,
শাবন য়াংবী থকতসু হৌঙমদবী ঐগারি।
লৈরাং ঐগী লমদমবু লমহাং তাহৌরগনি,
মুরা লৈতরবদি যাতি ঐদি কমদৌনি।"
ইন্দু চিংনা য়েংদুনা লৈরাং মপাও মেল্লক্লে,
ইন্দু মায়থোং য়েংদুনা লৈরাং থুরুম চনথরে।
লৈরাং মরা লোইড্রিঙৈ খোন্ফম অমা তারক্লে,
পলেম মমা কাদগী ইন্দু মাবু খাম্নক্লে,
তোনসিজদি কৌজবি ইন্দু পোকপী মমানা,
মুরা মাবু কৌববু, তারক্লেদো ইন্দুনা,—
"ইমায়বেম্মা .কদনো ইমা লৈত্রে হায়দুনা
পোইরৈ মৈতৈ তম্নবু চৎলগেরা নহাক্লা ?
পলেম পন্থৌ কাসিদি মুরা হাংহৌগদৌরে,
লমজা ইংখোন চাওগোইমুং লমজা অতাকনহৌরে।
চৎখিনুবা ইবেম্মা পলেম খুবম কাইরনি
পন্থৌ নপা অদুগী কোলোই মিংথোন মুৎথ্রনি।
লমজা ঙসি ফাওবদি পোংনা ’মতা কাইদরি,
মুরা নংগী খুজিন্না ইমায খুবম লেংদরি,
হয়েং কৌবা মুমিৎতৈ অহাংবা য়ুম কৌরনি,
নহু নিংথৌ চাওরদি ইন্দু কাইরোইদবনি,
মুজা ওইবী নংনদি য়ুম লেপ্লদি ঙমত্ররোই
লমজা অতাকনদুনা পোইরৈ-লৈদা চৎলবোই।"
মমায় খোনফম তাবদা ইন্দু খাংবা য়াদরে ;
দারি খোংকাপ নামা-থা, ইমুংলোমদা ওনসিল্লে
"হা-মা ইমা" হায়দুনা খংহৌদনা ইন্দুনা।
কপথোরক্লে ইবেম্মা কোরৌ নোংনা খোংগুম্না।
নিংথম থাগী মমৈদা ওলাংথাগী মাং-ওইনা
চিংয়া মুনা হৌরকপা বসন্তগী নোংদুনা,

স্বর্গ পুমকুপ কুপখিবা কোরৌ নোংনা তৌগুন্না
উপখ্রে মীয়াম মালুগী শিঙেওন মাগী প্রেম-ডুনা।
উনা উঁরি ফাওব-দৈ হৈপান পামেন লৈপানস্থু
ইন্দু য়েংনা কপখরে পোস্বী চেক্লা ফাওবস্থু।
মীয়াম লৈরি পুম্বদো কপ্পরমদে অসাইদি.
'লৈরাং মখোই নৌখিনি' থন্নতুনা হান্নদি।
থিঙেন ইনমখাইবগুম কপ্পরক্লে ময়ামদো,
চিংজম লাইজ ইফুৎ-থোক খাম্বা য়ানরক্লেদো।
ইঙা ইঙেন নোংগুম্না তারক্লে পিতুনা,
মালু খুংগং অতুনা থুমলে ইন্দুই প্রেম-তুনা।
মুরা ওইবী কনানা ইন্দু কৌনা কপ্লকই,
পলেম ওইবী কনানা মমা কৌনা কপ্লকই।
ইকাই সংগোই হাংতুনা কপনরক্লে ময়ামদো,
হনু হনা ফাওবস্থু ব্রাখন পুম্বা মাংঙেদো।।
মরা মখোন চাওরবা মবুক ফবা অহন্নি,
অরা মুংশি নংলবা খ্বাইগী অহন অমনি
বুধি তাবা হানখরে চেরে মানা খ্বাই-তুবু,—
"জুগোৎ চাদ বাইবু-নে, সোনোই-মচা শিংসিবু,
তুমিন-লৈয়ু! করিনো! নহোয় কপ্পিরিববো;
তৌহৈবরা করিনো, ইস্থই চৎলম-দাইদবো।
নসিন করি লৈদনা কপ্পিরিবা নখোইনা'
মীগী চৎলম-খোৎলমদায় মতা ইচা চাদনা!
খোংনা লাওনা লাক্লবা মাইকৈ ফুনবা নোং-তুবু,
নোংলৈ মুংশিং হুমখিগুম তোক্লরেদো কপ্পবু।
ইন্দুই মতু-নিংথৌনা পোরী লৈকাই মমানা,
লৈকাই মতু নিংথৌনা পোরী কেশ মপানা
কুমথরক্লে ইন্দুস্থ লৈকাই মমা অতুস্থ,
খুরুমক্লে অনিদো বৃন্দা ঠাকুরাণীস্থু।

ইন্নুং লিক্লা চারবী, শিঙেঙন ইন্দু কৌবিদো
লৈরাংশিংগী মতৌগুম মাইথোং পিনা চোংখিদো।
ইন্দু সুমাং মখোবোম তুংওই নাতৈনরক্লে,
পন্থৌ হোজং অচৌবা মুরা মাং ওইনরক্লে।।
মুরা ইংখোন চাওগোইন্নুং লম্বী মতেক অতুদা
হৌবা নাপী-শিংবীনা কৌরক্লেদো ইন্দুদা:—
“মুরা ইন্দু ইবেম্মা! চংলবোইকো নগাক্তি
মুজ্রা তুংবু ইনফদা লৈতৌরেদো ঐখোইদি.
নত্থ নিংথৌ অতুগা তিংগোই লক্লা ওনবদা.
‘লমজা’ সিবু খল্লিদো ঐখোই ইবুক অসিদা
‘পলেম পন্থৌ অনিগী ফৈবা সমু শরুস্থু,
নাপী ঐখোই থকসিদা মনিং তৌনা ওনসমু।’
লমজা ওইরে হাযতুনা মুংশিজনা খনবনি.
ঙসি কোরৌ সিদগী উন্নববোইদবনি।
পলেম পন্থৌ হাক্তক্কী লৈবক্লবা ঐখোইনি,
ঐখোই সমু থকসিদা পোরক্লবা ইচানি।
তাইবং মীরোন থোক্তেদো নাপী জাংতা পোকইদো,
চংলো চংলো ইবেম্মা! মুজা ইনফদরেদো।।—
লৈরাং ঐগী ইথক্তা মুজা নংনা কাতুনা,
শিঙেঙন ইপান হেকপদো! মুরা নখুং অতুনা!
হেকপ-ঙমদ মফমদা পামেল ঐনা রাংবনা,
ইপাল ইদোম কেঞ্জৈদো মুরা নংগীদমক্লা।
লৈরাং পানবা ঐখোইনা ইহৈ পিনা য়োকচৈদো,
ইশা থেংই শাওজদে ইউ-য়াল্লি পেল্লিদো,
লমজা নবুক থম্নবা ‘খোইনা ইহৈ পিবনি,
মুরা নচিন নৌপুরাই অরাম’ খৌরাং ঙাকপনি।
লৈরাং ইহৈ পাল্লরোই লৈরাং ইপান শাংলরোই,
কাম্নদরে ইবেম্মা! লমজা চাদি-ররোই!

মুরা ইন্দু চংলোদো। ৱারৌগন্নু ইমাও,
'খোইবু পলেম পম্থৌনা থান্নম্বনি ইন্দুও
ইতা নমা লৈতরে তুনা মীরাই-ৱবোইকো,
নাৱা নচিন নৌপুৱা খোইনা য়োকপা ঙমদ্রেকো।
ইমোম চেংলৌ উদৌবা ঙসি কোয়ৌ মঙাইরে,
মুজা পুন্সি অসিগী ইন্দু ঙসি কাইনরে।
মুরা খুত্তা শিন্নগে ইত্থু নিংথৌ পিশকতো,
মীরাইগন্নু ইবেম্মা ঙ্গমজা ওইবা অঙাংদো॥
কোলোই তমপাক কৌরবী ইতায় মরুপ ইতারোই
ঐখোই খ্বাইবু চংতুনা য়োকপনিদো মরুপলোই,
মুজা নখোই ঐখোইবু তিন্নরকপা মতমদো
নহোয় লৈশারিঙৈদৈ লোইনরকপা পুম্বদো।—
ইন্দু পোকপী মমানে নহোয় ময়াম তিন্দুনা,
ইহৈ ইপান হেকইদো. ইতারোইবী নখোইনা।
খুদোন পোত্তি ওইতুনা পিনৈ লৈরাং ইপানবু;
নহোয় নহুৎ শিন্দূনা য়ৌই থংলেন কাদবু
লৈরাং ঐবু উরগা হংবিরম্মি পাথংনা,—
'লৈরাং ওইবী নহাক্তি নুরাশিংগী ওইতুনা,
মুজা মহুৎ সিন্দুনা লাক্লিবনো করম্না?
পম্থৌ ইংখোন চাওগোইন্নুং পাখং ঐগী ওইবদা,
শাৎপা লৈরাং নহাক্না নংনা করম মতমদা
য়ৌরুরিবা লৈরাংও। নুরাশিংগী মথুত্তা?
তুগা অমুক করম্না পাখং ঐগী কাসিদা,
লৈরাং করি মরমগী হল্লকইবা হৌজিক্না?
নংবু লৈত্রে হায়তুনা থিরুই কয়া ৱাতুনা,
মুজা কনাগুম্বিনা পুরুবগে হেক্লুনা,
মুজা মমিং তাকউনে, মানা করি হায়রকই?"
হৈরাং লৈরাং ঐখোইদা তরু। তরু। হংলমই।

পাখং' অমুক পুরকই মুরা নখোই কাহ্লদা,
'কনা হেকপা লৈরাংনো পাখং ঐগী ইতুংদা ?
লৈরাং হুবা নহোযনি মুরাশিংবু ফারেদো,
মুরা ওইবী নহোয়না পাখং কাদা খুম্মিদো,—
'পাখং নংগী লৈবাংদি পাখং নাম্ল-মণ্ডাল্লি,
করমদোনা হায়রিবা মুজা 'খোইবু হুরাল্লি,
হুরবদি হুবাল্লে, পাখং কৈদৌরগনি,
লৈরাং ইমান্নবনি ঐখোই শরুক ওইগনি।
মুরা অসি হায়তুনা মুল্লি পাখং নাপ্ল-দৈ,
লৈরাং নাকোং রাইচিনবা ওইদো মুরা হাক্তকৈ।
হৈরাং লৈরাং ঐখোইবু পাখং লৈত-তুংদগী
হেকতোকপনি নখোইনা পাখং ইখোন মুংদগী।

মুরা ওইবী নখোইনা মুজা অক-শাহুনা
অমুক পিশন খিবনি খুদোন পোংতি শাহুনা।
ইখোংশোম, ইউঙাকপা, য়োকপা পাখং মাবুনা
মাগী মীচং লেপউদে হৈরাং লৈরাং ঐখোইনা।
মুরা পাখং ওইবগী পুকচেন সিবু উহুনা,
লৈজরকপা ঐখোইনি চিন্নাইদনা ঐখোইনা।
তমপাক নহাক থকতগী নচা হাক্তক কাওবদা
লোইনা লোইনা লাক্লবা হৈরাং লৈরাং ঐখোইদা,
রাগী মচেৎ অমতা মুজা তান-রমদেদো,
ফজদেদো ইতাবোই! তাইবং নংগী-নবুকতো।
শিঙেওন ইন্দু ইচাদি, মতু নিংথৌ ওইরেদো,
মুংশিজেদো তমপাকও। ঐখোই খাইবু লৈরিজা।
পোইরৈ মীরৈপাক-তুদা থাখ্রগেন্না ইজাও।
মুরা ইন্দু কৌজবি মুংশিদকো ইমাও!
ঙসি কোরৌ সিদগী উববোইদো অনুক্তি
পামেল জাংতি ওইবনা লৈহৌরেদা ঐখোইদি।"

হৈরাং লৈরাং খিবিক্লা পামেল মদোম কপহৌরে
ইন্দু কায়নরকপদা তলা খুইরুম চলহৌরে।
পঙ্খৌ খরাই থোংগান্দি ইন্দু তন্না য়ৌখরে,
মুরাই চরৈ ক্বিনাবু খরাই থোংনা পল্লুরে;
"মুরা ইন্দু তুবেম্মা! মুজা ঙাইগো" খামখরে.
খরাই থোংজিল অতুনা মুজা খুৎসু পাইখরে,
কপ্লকলিদো য়েংতুনা 'ইমোম ইন্দু মুংশিবী,
মালেম অসুক চাওবদা মুরা কনা লৈত্রবী।
পলেম পঙ্খৌ লৈত্রবা মুজা নদোম ওটবদা,
নত্থু নিংথৌ নমদাপো খরাই ঐগী লমদমদা
মুজা পুক্লিং চাক্কুনা লেপখিবদো নহাক্না,
মপুই সনা লমজাওরোম মুজা নমাই ওন্দুনা,
লৈপাক মীয়াম চৎপদা 'পলেম মানবী য়াওবরা"
মুমিৎ খুদিং য়েংবদো পঙ্খৌ মানবা য়াওবরা?"
মুজা নংনা ঙাবগী খরাই খুৎফম লৈরিবা,
নমিৎতগী নপীনা থোংগান ইশা চোংলকপা,
লমহাংদদি তারবা উকং শিংনা তৌবগুম.
কোরৌ নোংনা চোৎপদি উরাং মশা থাম্বগুম,
মুজা পিনা চোৎখি-বৈ খরাই ইশা থাম্মিদো,
মুজা নংগী দমক্তা খরাই ঐনা রাখিদো।
পলেম পঙ্খৌ অনিনা মুজা সিন্নরম্বনি,
মুজা লমজা ঙাক্লবা থনম্লবা ঐহাক্নি।
নংনা লৈতরবদি লমজা কনা ঙাকনি,
খরাই ঐনা লৈবগি করি কান্নখিগনি,
লমজা উরিঙৈসিদা ঐনা হান্না মাংহোগে,
মুজা মশক উদনা খরাই করম কৈদগে।
ফুক্তোক লম্লো লমজাও!" লাওবক্লেদো থোংগান্না,
মুজা মাবু খাম্মুরে চরৈ পনবা শাত্থুনা।

মীয়াম অতু চৎপদা খরাই থোংগান ভেকহৌরে
তুংগী অমুক য়েংদরে লক্সাং ওইহৌরে।
কোম্ফোং অতু য়ৌবদা ইন্দু' হিক্না কপ্পকই,
পম্ভৌ খরাই থোংগানবু মুজা ওইওইনরকই।
থোংকাপ মঙা তরাচৎ মুজা হন্না য়েংখরে,
পম্ভৌ ইঙ্খোন চাওগোইমুং মুজা মচেৎ উরক্লে,
হৈরাং লৈরাং পুম্বনা কপহৌবতু তারক্লে,
পম্ভৌ সংগাই মতোম্না মুজা মুনা য়েংহৌরে।
'লমজা মশক উখিদ্রে' পায়ম-মুংদা খনবনা,
কপহৌরেদো ময়ামদো লেপ্তৌরবা পুম্বনা।
ইন্দু রাবা লোমখরে মীকপ খোন্দু তাবদা,
তুদগী মুক চৎলক্লে মৈতৈ তাবা লম্বীদা।
লৈপাক মীয়াম অতুনা ইন্দু য়েংনা কপনবা;
মমাই মতা কয়ানা য়েংবা ওয়খিদবা,
পম্ভৌ মরুপ কয়ামা লমজা য়েংনা কপখিবা,
মুরা মতা কয়ানা ইন্দু য়েংবা ঙমদবা,—
মখোক লোইবা লৈরাংদি শিংগারৈগী মশাদা
কেল্লকপগুম লৈরাংনা মালংবনা য়ৈবদা,
লৈপাক মীয়াম অতুনা কপনখবে লম্বীদা,
লৈরাং মানা তৌবগুম তানরক্লে লৈপাক্তা॥
যাত্রা কৌবা মপাদা কয়া ৰিদায় তৌরকই,
তম্পাক কৌবী মমাদা কোংগাই অমা মেল্লকই।
মমা ওইবী কনানা চরৈ ফীবু পিরকই।
মুজা মমান্নবীনা শিঙেঙন লৈবু পিরকই।
তরেৎ সেঙ্গা পিরকই অথুম অহাও হাপ্লকই,
মতু নিংথৌ অতুবু কয়া অমা চুপহৌই।
থোংগান কোম্ফোং খুদিংগী মীনা পুমঙৌ ভোহোই,
"ইমোম ওইবী চৎলোকো" কয়া 'মনা লাওরকই'।

"খোইনৌ ইন্তা ইবেম্মা, ইচন ওইবী মুংশিবী
ইচেম শকপী শিঙেওল্লো, লেংগা ওইবী পাম্মুবী,
য়ৌরো য়ৌয়ো লমজাও ....." লাওনরকপা অতুনা,
লোইবী চিংগী লোক-মাইদা তাম্না মীকপ খোন-তুনা
নিল্লে মালু খুংগংদো কোরৌ মতম অসিদা ;
য়ৌগ্রে ফোগ্নৌ নোংথক্লা পলেম পম্থৌ কাতুদা !!
মপাম ইংখোন উখিদ্রে মুরা তুংওই নরম্নে,
মথং-মথং লাকপনা বোরাক তুরেল লাল্লক্লে।
মালু খুজং উখিদ্রে অসুম অসুম লৈহৌরে,
ফুলটোর য়ৌরক্লে অহোরাং-চিং লাল্লক্লে।
চিংনা লেপ্পা ওইনাম্মুং লোইবী থক্তা কারক্লে,
মালু-কাছার কৌবদি লৈচিন শাংথ-তাখরে।
মপাম লমদম মুংশিবা ইন্দু উবা ফংখিদ্রে
হন্না হন্না য়েংবদা ইন্দু মঙবু ওইখরে।
পলেম তম্পাক কৌবিনে শিঙেওন ইন্দু মহাক্লে
দোলাই লেংদা চংলকই মতুনি'থৌ অনিনে।
চিংলোন মাপন অসিবু পলেম পম্থৌ শিংতুগা,
লাল্লকলেদো মন্নামদো পোনেক ময়াম অতুগা।
মালু মাইকৈ হুপ্পুনা মুরা মাবু কৌহৌই,
মালংবনা জেবাংই ৱারা লাওনা তারকই।

৩

কেশ-তম্পাক কৌরবা লৈকাই মপা মমানি,
ইন্দুইদমক ৱারবা বাত্রা মাগী মরুপনি।
ৱাজরকপা অতুম্না হন্দক মপুক পেঞ্জরে,
পোইরৈ লৈপাক য়ৌবদা সনা চরন খুরম্নে।
মপু চরন অতুনা য়াম্না লুনা তৌবিরে,
মপুই কুপা অহুপা পোকপা মহৈ ৱানজরে।

পোইরৈ লৈদা লৈহ্নুনা মাগী মাইথোং উজরে
শ্রীগোবিন্দ মহাক্কী সনা মাংদা য়ৌজরে ।।
পোইরৈ সনা লৈপাক্কী কুমৈ মখৈ য়েংজরে
হরি সংকিরতোনগী মখন, পুম্বা তাজরে।
পাত্তা হৌবা হূপ তুনা হরি চরন য়ৌবগুম,
হনদি কৌবা তিনহুনা লৈরাং থক্তা তাবগুম
শিঙেঙন ইন্দুই সংগ-না কেশ তম্পাক পেঙ্গরে,
মৈতৈ লৈ-গী ফজবা নিংথি-পুম্বা উজরে।
যাত্রা মাগী থৌজান্না লমজা মাসু পাখৎলে,
মপু সনা চরন্না চেৎনা চান্না তৌবিরে।
ইন্দু মাগী য়ারিসু সনা কোন্নুং নিনখরে,
যাত্রা মরান য়াইদদা ইন্দু মনিং তমখরে।
হায়দোকপিরে যাত্রাদা মপু সনা য়াথংদি—
"নচামকনি অঙম্বা লমজা অনি অসিদি,
য়োক্কদবা নহাক্কি চান্ন লুনা তৌবিয়ু,
নুংশিথরে অনিসে, লৈরাংগুম্না য়োকপিয়ু।"
ঙাংনখরে মন্নুংদা মপু মনাই অনিনা,
মন্নুং মপান নাইদনা শিঙেঙন ইন্দুইদমক।
তম্পাক কেশ অনিনা থাবুম অমা ফারক্লে
শিঙেঙন ইন্দু থিনব-দৈ মৈতৈ লৈ-দা লৈরক্লে।
ঙসি কোরৌ অসিদা মালুগ্রামদা হল্লনি,
থোক্লরক্লে ময়ামদি মরুপ মাবু থিনবনি।
মুজা তম্পাক কৌবিগা যাত্রাগীদি তালোইগা
মুজা মতা শান্নরে হান্দক খোংকম অসিদা।
ইতা, ইতা, হায়হুনা লুনা চান্ন-তৌনজৈ,
মখোই মতৌ উবদা অউবনা পেন্নজৈ।
মুজা মরুপ অনিসে মমোম ইন্দু কৌবিনে,
মুপী কাংবু অমনি কৈরোই লৈকাই কয়্যানে।

লমদম খয় খিন্দোক্ল লৈহৌরোদি হায়নরে,
পাক্কি লৈহো ওন্নদে, অম্সুম অম্সুম লোইনবে।
লৈপাক্লে য়েংলগা হায়রক্লেদো তনপ্পাক্লা,—
"খোইনৌ ইত্রা মুংশিবী সিন্নগেকো নতান্না,
কবো সেন্নী লৈদগী ক্ষারকপদি চেক্লাসে,
চেকলা নারা ওইরিবা জীবমচা অনিসে,
পোম্বী মখোং অক্ষদা সনা ঝিঙুর থাংরিয়ু,
চেক্লা অক্লা থক্লদা নারা চেক্লা য়োকপিয়ু।
চেক্লা য়েংলম থংবদা ইতা! চেংগৈ খিনবিয়ু,
পোম্বী ওইরোম থংবদা খোইনৌ ফৌগৈ থম্বিয়ু।
মুতি মুমিৎ খুদিংগী পোম্বী মরোন ভম্বিয়ু
হরি মাগী জন-মুবু চেক্লা চা-দা তাকপিয়ু।
পলেম পম্থৌ ওইনমু চেক্লা শিংনা য়োকপদি
বোনগী জীব ওইবুনা মাংনতোকই চেক্লাদি,
চেক্লাশিংগী মমাদা হরি নামংবু তা-ওমদে,
চেক্লাই চেক্লা ওইদুনা হৌমৈ-হৌম লান-ওমদে।
চেক্লা সংগা ফজবী কবো সেন্নী চেক-কুমা,
য়োকপিহৌক্লো ইবেম্মা! মুজা সনা খুৎ-তুনা!!
মাগী নামবু শোনবদুই চেক্লা মচা শিংসিনা,
লাঞ্জসমু চেক্লাদি পলেম পম্থৌ ওইবনা,
দুগী পুইন অতুমু মাংদ তাদ ওইসমু,
মুজা নংগী নথুজিন্ন মানা উবি' ওইসমু।
লৈবি-হৌরো ইতারোই! ইমোম ওইবী মহাকমুং,
য়ৌজরগে ইবেম্মা! নত্তা লাইবক থিবিমু।
ইমাই-বেম্মা তাবরা, নমায় য়াথং ইল্লুকো,
নমায় সেবা কাইগনু' ইমায় ভক্তি কাইমুকো।
মচা অফ' পোকপগী ইমা পুইন ফংজগে,
মুজা নপাও তারগা ইমা পেনবা ওইজগে।

ইমাইবেম্মা! য়াম্না ইমাতম্না লাকনি,
ইমায় ইথৌ য়াম্নোই অতুদগী চৎপনি।
মুম্না পাওমেন্নরসু-থাদোক্লবা ওম্নদে,
অচৎপসু চৎখিদে অথিমবসু হলহৌদে,
থাবাং থাবাং থরচৎ, মুম্না নৈসিন্নরক্লে,
থাইনবগী মৈশানা থমোই ওমচাকনরক্লে।
মুজা মিৎলু শিংছুদা লাইক্ত ইফুৎ থোরক্লে,
মুপী কাংবু মথৈনা হিক হিক লাওবা কপনরে।
থম্মান মানবী মাইথোংশিং পিনা পুমলুপ লুপনরে
কেশ যাত্রা নিপাশিং মুপী কাওবু ফংওরে।
ইন্দুই মতু-নিংথৌবু লৈপাক লৈনা পোরিবা,
মাগী সমু য়েংলোমদা লমজা ইন্দু লেপইবা,
কপইবহু উবদা প্রানবু পুবা য়ানদে,
মহে মহে কপনরি য়াদি ভাংবা ওম্নদে।
ইন্দুই মতৌ উবদা কেশ কৌবা মপানা,
"ইচল ওইবী লৈহৌরো" হায়রক্লদো কেশনা,
"পারি নমোম অনিসে মুজা শরুক ওইহৌরো,
ইবুংথোইদি য়োরগে মবা শকপী লৈহৌরো।"
কেশ ভাংবা থোক্লক্তে, চিংনা য়েংই মচাবু;
কুইনা হৌবা লোং-দুনা ফুনবগুম্না মাইকৈবু
সোরৈ লম্মী অহুবু ফুনথরেদো কেশদো,
শিঙেঙন ইন্দু হন্দোক্লে ওনসিন্নকলে মমাইদো,
থাংপোক অমা চাকপদি থাম্মী মৈশা মথাংফৈ,
উশা অমা তেকপসু পামেন য়েংবা মগুম-ফৈ,
মুমজাও অমা চাকপদি, উজাও অমা তেকপদি
শাংবা য়েংবা ওম্নদে থাম্মী মৈশা অতুদি,
থাংবা কনবা নিপান্না থাংগুমদনা কল্লকপা,
করি অমুক হায়রগনি মাবু উবৈ অম্নাবা।

লৈপাকলৈগী নংগন-দৈ নান্না হূন্দা ওনসিল্লে,
পান্নি নান্না য়েংহুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকলে ;—
'পান্নি নংস্থু লৈহৌরো পলেম সমু থক-সিদা,
পা-গী মন্নি লৈত্তবা লৈরে পোইরৈ লৈ-সিদা,
মা-গী মন্নি খংদবা খংলরেদো নহাক্তি,
লৈহৌরোকো, ইবুংঙো ! চংলগেকো ইপাদি !"
রারম অসি হায়হুনা মচায় মচিন চিন্ন-চুপ,
মচায় মকোক খুৎনা নান, হিক্লা হিক্লা কয়া-কপ
"পান্নি নংবু পুন্সিয়ু পন্থৌ সেবা ফংজৌকো,
লাইবক থিবি নচেন্থু নান্না য়োকচ হৈয়ুকো ;—
ইপাই বেন্মা লৈহৌরো ইপা তন্মা লাকনি,
লমদম ফনা তান্নকলে ইচা হনবা রারনি,
লাকও লাকও তমপাকও ! করি কপউন্নিবনো
হয়েং অমুক লাকনি কয়া থাপ্পা লমদমনো,
ইচন ওইবী লৈহৌরো" হায়রকলেদো কেশদো
লৈপাকলৈদি মমাগা ইন্দু কৌবি মুরাদো
পন্থৌ কেশোই চরন শোক, খুরুমহৌরে অহুমদো,
লৈকাই মমা হুগস্থু খুরম্নরে মখোইদো,
অহুরাইদৈ লৈহৌরে থিনদোরকপা খুপ্পুদো
মমাই ময়াং পাংহুনা চংথরকলে ময়ামদো।
বাত্রা কৌবা অঙম্বা মাগী তালোই য়েংহুনা
'হল্লো হল্লো ইচাশা" হায়রম্নগা অহুম্না,
মরুপ কেশ থিনবগী কুমথখন্নে মতাওগা,
বিষ্ণুপুরদি য়ৌনবু মনাই মসন খরগা।
শাদানবনা ফারবা সজি অমোম শিংহুগুম,
ওক্তা থৌন্নী থুহুনা চিংখিবগী মতৌগুম,
রাদবগী মরম্না চংথ্রে লৈকাই-মমাদো,
সজি অমোম হুগুম্না কপনা কপনা চংখিদো,

মমোম ইন্দু কৌবীবু হন্না হন্না য়েংখিদো।
"ইচা লৈহৌরেদকো" হায়না খন্না কপখিদো।
ইন্দু কৌবী মমোমস্থু উরি মখৈ য়েংহৌই,
পলেম পম্বৌ অনিবু পায়ম নুংদা কৌহৌই ।
মমায় মতুং অদুদা শানা চংফম খংদনা,
ইমা চৎখ্রে হায়তুনা ইল্লু বস্থু ওমদনা,
উনা উনা মাংখিবা সজি মমা অতুনা,
কোইনা চেন্না কপহৌবা সজি মচাগুম-তুনা
কপহৌরেদো ইন্দুদো মমা উখিদ্রবদা,
উথ্ররোইদো হায়তুনা চাকখরেদো থমোইদা।
নুংশিজগ্র-মাল্লেদা লৈকাই মমা মপাদো,
মীনা খনখরববু চেপথ-চপথ য়েংইদো।
কুমথজরে ইন্দুনা উদ উবক্রবদা,
মমা য়েংগে হায়তুনা সোরোক ভনস্তাতুদা—
পামেন থক্তা শাৎচবা বাসন্তিদি লৈরাংবু
কোরৌ নোংনা নুংশিৎনা লৈরাং মাবু য়ৈববু
পামেন থক-তৈ লৈরাংনা মালেম লৈদা শোক-কুম্না
লৈরাং মাগী মাইথোংদা লাইজ পুন্না চোংকুম্না,
মমা চেপনা য়েংলকলে মাইথোং পিনা পুমথরে
পলেম উখিদ্রবদা মাইথোং ভাংভ্রা লুকথরে ॥

# ২.শুবা পঞ্জুপ

১

যাত্রায় তালোই মিংথিবী, লৈপাকলৈদি কৌথিনি
খোক্না-চন্দ্র খংগ্রবী মচু তাবী মুপীনি।
মুংঙাই য়াইক হৌরকপা পিসোন্দবী মহাকনি,
মুদি মথৌ মস্তুদে মুদোক্ষকলে মহাক্নি।
সিনা ফজৈ ফজদে মামুক খংবা মতাংই,
থৌগল-লোনগী জাংসিদা ইউ উই ইথং-থংই।
রাশী হাইফেং মরৈজৈ মূর্ত্তি ওথাক মনিংথি,
কুচু কুমেল হায়রস্তু ফজৈ ফনা মনিংথি।
তন্না মঙা তিনবদা "কনানোনে" হংনবা,
লৈপাকলৈদি কৌবীনি থি হায়সিদি য়াদবা!
মানা ওথাক লান্নফাও মীনা পাক-হেক লাকচদে,
ঙাংগে চৈগে নিংবস্তু মশক-উন্ন" চৈ—ঙমদে।
মাগী হায়বা মক্তবু—মীদি কয়া উশিংতে,
থেম্মি মথৌ মাদি—কৈ লংনবদদি য়াদে।
মাগী অরুবা 'মদি ঙমদ' লৈতে মহাক্তি,
হায়গে হায়না নিঙঙবা, শিংদ-শিংন-রবদি,
লৈম নিংথৌদ ফাওবা ঙমদ-লৈতে মহাক্না
মানা হায়রুরবদা য়াদ-ঙমদে কনানা
শাওং শাদা য়েংবদা অতুক হাক্না চাও-শাংদে,
পিকন্নবরা অতুদে পিকই মকস্তু হায় ঙমদে।
লৈরাং লৈয়াই ওইজবী শিঙেঙন মাবু মানবীনি,
পিকতক পুম্না ফজবী আগ্নি মানবী মহাকনি॥
মিংমৈ নাকচি তাবদা হাইফেং য়েংথোরকপদা,
ওয়োক্লদি মানথরে মাগী মিংফম অতুবা,
লৈরাং মাগী মিংতাদো কৈনা কৌবী হুজাদো!

লৈরাং ওইঙৈ লৈপাকলৈ, উরুই নোংমৈ কোরোম্না,
মপু সনা চয়ম্না মুয়াশিংগী পালাদা,
মপু সনা কোম্মুংদা খুবাক ইশৈ খোগন্দা।
"কনায় মচা মম্নুমো" সনা য়াথং হংলকই,
"খুরাই লমদমদগীনি" মুয়া মাবু হায়রকই,—
"চয়ন মনাই ওইরিবা অওম্বগী মচানি
পুংয়ৈবদি হিদংদো, ননাই তোনা-পোকপনি।"
মপু সনা বুদ্ধিদা লেপথরেদো "যাত্রাগী
তালোই লৈপুন শেম্মগে মুয়া মাবু" হায়রগী।
যাত্রা কৌবা মহাক্তি রাখল অহু তৌজদে,
মুরা কৈনা কৌবীবু কাওজবদি ওমথিদে,
মাবু কাইনয়কপদৈ লাইনা ওইনা চুরকই,
ময়ুম কৌবা পানখ্রুরোই পাথং রাখন লেপ্লকই।
পোইরৈ লৈপাক অসিদা তঙাই ফদৈ লাকপনি,
মাগী মৈচাক কোক্লুরা 'চিকপা লমদম থিবনি।
মপুই খোগন তৌবসু লৈত য়াদ লৈবনি,
মায় দমক্তা খন্দনা মাংখ্রগেদি নিংবনি ॥
মপু মাগী প্রেমত্থনা দোরি ওইনা ফাবনি,
মুরা কৈনাই মৈত্থনা চাকলিবদি থম্রোইনি।
স্বর্গগুখা মপু কোন মাগী মুংওাই' লৈজদে,
মপু' ফনা চাম্নসু মক্তম নাইগে থগ্লদে।
তৌদ য়াদবদগী লোইশং 'মতং পান্দুম্না
সনা খোগন তৌত্থনা লৈরিবমি যাত্রামা ॥
কনানসু থিবিদে তৌমিংবদা মতৌই
যাত্রা মাগী মবুকসু খাইনা লোইনা মথংই।
যাত্রা মাগী মওংদি ফুম গুম তাওনা লৈবমি
লৈম নিংথৌ অপুম্বা লোইনা খংবা ওাক্তনি।
পোইরৈ লৈপাক অসিদা শাগৈ নাতৈ লৈতত্রে,

শাগৈ নাত্তে হায়বস্মু মপু মানা মখৈরে ।।
লৈম নিংথৌ চংহুনা যাত্রা মাবু থেম্লরি
লৈপাক্লেদি কৌবিবু তালোই লৈপুন শেম্বিরে।
মপু মাগী দোরিনা লৈখি লৈপাকলৈগীদা,
য়াওং ইনবা নাওং ওই, খুরাই লমদম অসোমদা।
মতম অস্মুক কুইববু পোইরৈ লৈদা লৈরকই,
লৈম নিংথৌ কাহুদা তৌনিংবদা তৌরকই।
মনিং তৌবা উবদা মচিন থোকপা য়াওরকই,
অঙম অথৌ খরদি—মবুক মুংদা রারৌই ।।
মাহুবুস্মু যাত্রানা করি 'মতা রাবিদে,
চাওথোক খোতোকচনিংবা করি মতা লৈজদে,
মপু সনা কোম্মুং ফাও চংত্ত য়াদৈ চংপনি,
লৈপাক থৌদোক অচৌবা থবক খুদিংদস্মুনি,
সনা য়াথং অরুবা লাকলগদা মতৌই,
সনা হাক্তক অসিদা মনিং ইতৌ মতৌই।
যাত্রা মাগী মবুক্তা চাওথোকপস্মু নংচদে,
'লৈম নিংথৌনা চাল্লে' অদোমগীস্মু খল্লুদে।
মুরা হাক্তক চুখিবা ঙসি ফাওবা কোকতরে,
মুরা মাদি চংখরে নিংশিংবদি লেংদরে,
চৈহক্লদি নাখিবা মীওইবগী মতৌগুম,
হকচাংগীদি কায়াত্তা থাংনা শোকপা মতমগুম।
মহৌশাগী মশাগী লমচংনগা ওইবনে,
করি থোইনা হেন্দোক্তে মাগী মরাইবক-তুনে।
মীচম অমা ওইনদি খ্বাইনা অতুম মউনৈ,
'খ্বাইগা মাগা মান্নদে'হুস্মু অতুম মখংনৈ।
নোংমা যাত্রা কৌবনা লৈপাক্লেবু য়েংহুনা
হায়রকইদো— ইবেম্মা ! মচাশিংদি তাদনা
"লাইবক থিবা অঙাংদি মচিন মৌপুরা সিবু,

পুরক্লেদো ঐসিনা পোইরৈ লৈপাকসিদবু,
ঐসু লমজা মচানি পোইরৈ সনা লৈপাক্কা,
লমজা ঙাক্তা তিল্লরে, মীগী সেগা অসিদা,
য়াসি নংনা খংউকো ঐনা ঙসি হায়রবসে,
সুংশিহনবা য়াদেকো মখোই সিগী মবুকসে।
শিঙেঙন ইন্দু কৌরিনা নমোম তোম-শাৎনবিনি,
মহু নিংথৌ অসিসু নংনা ঐনা পোকপনি,
পিবা অনি মরক্তা য়াওজবদি নিঙেঙাম্নি,
নংনা পোকপা গোপালগা পিবা মখোই অনিনি”
লৈপাকলৈনা হায়রকই,—“ঐগী লাইরক ফবনি,
ঐগী ইপোক অসিগী ঐনা নিংবা থুংঙনি।
পিবা অনি, নিঙেঙান ’মা নুংঙাইজরে ইবুক্তা,
লেল্লজনি ঐসিনা ইতালক্তা তিল্লবদা।
সেমজবদা থোক্কনি শিঙেঙন ইন্দু কৌবিদি,
ঐনা সুম্না য়েংবদা নুজা মাগী বুদ্ধিদি,—
থবক তৌবা মতমদা মানা খংদ-উদবা,
মাহু মুম্না য়েংহৌই—ঐনা সুম্না উরিবা।”
মতৌ অসুম তৌদুনা মচায় য়াহু মক্তনা
লেল্লকইদো অনিদো মুংঙাইনবা ওইদনা।।

২

শিঙেঙন চিনিচম্পাবু লৈরাং মশক উদনা,
লৈনম ফংনবগুম্না; লৈরাং শাৎপা লমদম্না,
য়াকচিং থানা লোইশ্রবা বসন্তনা লাকপদা,
হৈরাং লৈরাং পাম্বীনা পামেল ময়োন-চোংবদা,
মালেম থক্তা নিংথিবা লৈরাংগুম্না ইন্দুবু,
যাত্রায় মোংবা মরানয়াই, কাগুরে লৈরাং লৈনবু।

শিঙেঙন মঠুনিংথৌনে পক্লেম পক্কৌ অনিনে,
লৈপাকলৈনা পোকচবা গোপাল কৌবা মবুংনে,
সমু মীকোক মঙানি লৈরাংশিংগী মতৌনি,
মুংশিনবা লংজানা লেংবা শিঙেঙন পরেংনি।
অঙম্বনা ওইবগী ব্রাংত পাদ থোকপনে,
লৈম নিংথৌ মঙান্না নিংথিজনা ঙানবনে,
মনাইনেদি মশন্নে পুকচেননগা ফবনে,
চাগে শেংকে নিংবদা পুক্কৈ লনগৈ চোনবনে,
পিজ পিথকনদৌরা, পাম্মু লৈতবত্তুগা
মুরা পাখং অত্থনা ইমুংসিদা লৈরগা
খুরাই মাইকৈ অসোমগী মীত্তিন ফমদি ওইরকই,
ইশিং ইরেন ওইত্থনা লেম্নে ময়াম তুংলকই।।
গোপাল কৌবা মবুংগী সংগত্থনা কয়ামা,
নিঙোন ইন্দু কৌবিগী মতারুপনা কয়ামা।
লৈত-লাইর-পুম্বনা নিন-ফমদি ওইথরে,
মীগী মখল পুম্বস্ত পোত্থানফম তাখরে।।
হৈনা লৈনা যাত্রাগী লৈতে ব্রাংপা মাগীদা,
মমাং অরাং শংগোই লৈ, নিংথিজৈদো য়েংবদা।
খরাই হোজং থোংগান্দৈ চেকপন কোইনা খাবনা,
ঙমদে হুনজিন্নবদা ইকা অমা কনানা।
কোম্লোং হোজং মচিন্দৈ সংগোই অনি মচিন-ফাও,
লৈরং-পরেং অনিনা মুমাং মচিন তাব-ফাও,
শিত্তি নান্না থাজিল্লি, ছিত্র 'মতা লৈত্তেদো,
লৈরং থর্কতি অত্থন্থ নিংথিনমক কুপইদো।
উপাক থোংদি পান্দুনা পুম্রি লম্বী ফাংলিবা,
হৈগী লৈগী পাম্বীনা লৈরং থক্তা উথ্রিবা,
চংথোক চংসিন অত্থদা হৈনা লৈনা শাংপদো,
মীত্তানৈদো ময়ান্না ইঙান ঙান্না উনৈদো।।

ঙমাং মথা থংবদা মমাং সংগোই লৈখিবা,
মনাই মশন মখৈনা মথং মথং লৈখিবা,
'ঙম্বা মাগী মরানয়াই ৱাংপা কৌবা লৈত্তেদো।
মমাং সংগোই নম্মোন্দা চিংখৈ পাংবা মাইকৈদো,
নিংথিজবা পুখ্রিনা লৈরি লাইজ নিক নিকনা,
থরো থম্বান কখানা শাংলি পন্দি থন্দুনা।
পুখ্রিদুগী মপান্দা শাংলি লৈগী জাৎতুনা,
কুম্বি কালেন নাইদবা যান্তি যুন্তি কুন্দোনা;
লৈহাও ৰোকুন নাগেশ্বর উ থম্বান্না চিংতুনা;
পুখ্রি অকোইবদগী নোংচুপ থংবা মাইকৈদা,
লৈগী পরেং হৌবনা লৈবং অতু থেংবদা
লমদম মচেৎ অতুমা পুক্লিং তুনা মশক্লি
লৈরাংশিংনা শাংপদি খোইমু ম্বাত্তা নফমনি।
থৈবোং হৈনৌ পাম্বীনা লাপুক লাপুক হৌরগা,
পুখ্রিদুগী নোংপোক্তা হৈগী হৈকোন অময়গা।
নেমতক নেমতক কয়ামা, সোলোম চন্দ্রা পাম্বীমু,
নিংথম হৈনা কয়ামা কালেন তাওজিং মখৈমু,
হৈয়াং পামেন থকুদা উদা ওংবা খোংগল্লে,
কাক্লে, মেলৈ, সঙৈরৈ, শমজি-রৈদি এল্লাইম্ন;
হৈয়াংনগী মুনবনে লৈরাংনগা শাংপনে
হৈয়াং পাম্বা কয়ানে লৈরাং পাম্বা খোইমুনে,
খোইগী জাৎনা ওংবনে পামেন থক্তি অতুদা,
চেক্লাশিংনা খোংবনে হৈয়াং 'মুনবা চাৰদা।
যাত্রা মাগী ইংখোন্দো নিংথিজবা মফমনি,
মাইকৈ সোমগী মীশিংনা মাগী সিদা তিনকল্লি।
নিংথম থাগী মতমদা সোলোম হৈজাং হেক্লক্লই,
হৈকোন্দগী হেকতুনা লৈকোন তুদা পুথোক্লই।
নিংথম পুংশা য়াইতুনা হৈকোনতুদা হৈনচালৈ

হৈ-চাবদি লোইবগা লৈরাং হেক্লা মচৎনৈ ।
কালেন মৈচাক খাংবস্থ হৈকোন সিদা লেম্মৈদো,
কৈরোই লৈকাই পুম্বনা হৈরাং চাবা লাকনৈদো,
হৈকোন লৈকোন অনিগী মপু ওইবী নুরানি,
লৈরাং মমানননবিস্থ, নুরা পাখং কয়ানি ।
পাখংশিংনা হেক্লগা নুরাশিংনা হৈ-খুল্লি,
বসন্তগী মতমদা লৈপাক সিমা মতিল্লি
পানা মরিমক্তগী নুরা পাখং চংলকই,
ময়াম ময়াম লাক্লুনা নুরা মাবু হংলকই,
"খোইনৌ ইন্তা ! লৈবরা ? লৈরাং খিন্তা হেকচগে ;
লৈরাং শাংতরবরা, নুরা করি হায়বগে ?"
নুরা মানা পাওখুমই,—"খোইনৌ ইন্তা নুরাশা,
হেকপিয়ুবা কৈদৌগে, ইবুংঙাইবা মরুপশা ।"
নুরা মানা চিংশিল্লি মীরৈকাইগী ময়ামদো,
পামেন থক্তা কাখংলি পাখং লাকপা মখৈদো ।
নুরা ওইবী মখৈনা এন্দাই থম্না লৈ-খুল্লি,
নোঙ্গগদি হায়নবা পুমনিল ওইনা মনিল্লি ।
মচেম তুংবু ইল্লকপী নারা খ্বাই-খাইনরকপী
তরাং-তশোই হৌরকপী ইকাই নুংশি থুংজিবী,
মচেমশিংনা চংপদা লোম্না লোম্না ইল্লকই,
"ইল্লকন্নু" হায়তুনা মচেমশিংনা খাম্লকই ।
য়াদে অতুম ইল্লকই মচেমশিংগী মরক্তা,
হায়মরক্তি তৌমরক মমাম্নবী মরক্তা,
হায়দ-হায়রে চৈরকই ইকাই ইকি থংদনা
ইল্লকপদি নুজাশিং য়াওরি কয়া অমনা ।।
ইকাই-ইকি থংজদে পামেন থক্তা কাখংথি
তৌওমদবী কনানা কাখংলুদি ইঙ্গিনখি ।
কৌজগনবী কনানা কাক্নুদি খাম্লকই,

ময়াম অতু হৌতুনা ৱা-ৱা হেক্তি নোল্লকই।
মচেম শাবী অমনা উশা অমা থেল্লকই
কাল্লিবীদি মহাকপু উশাতুনা লংঙকই।
কনাগুম্বা পাখংনা ম্নুরশিংবু যেংতুনা
"অঙাং ইনসিন্দবস্মু বুদ্ধি তাবা নখোইনা,
কাখৎলুবা, হেকউনে, পামেন থক্তি অসিদা,
ঐখোই মখে খুনগেনে, লৈরাং 'মতা মাঙেক্তাইদা"।।
ৱারম অস্মুম তৌতুনা ফাগি যুগাই-নতুনা,
ময়াম ৱারা পংনোক-নোক, হেকই লৈরাংস্মুম-দৌনা।।
চিনবু চরৈ ফীনা খুম খাংনবস্মু যাঙরকই,
কনাগুম্বী ম্নুরানা শাইনোন হায়না লৈথোকই।
খোইমুশিংনা লৈরাংদা, পাখংশিংনা উথক্তা,
লৈকোনমুংদা ম্নুরাশিং, থম্বানশিংনা ইশিংদা,
যাত্রাশিংগী লৈকোন্দো লেংদবস্মু লেংলক্লে,
মহৌশাদি কৌবিনা লেঙেঙ মরোন থোল্লক্লে।
লৈকোন মুংদা লৈরিবা লাইজ'তুনা নিংথিবা,
লিল্লাইগুম্বা লুরিবা চেক্লা শিরি চল্লিবা;
থুরাই পানা অসোমদা লৈতে স্নুম্বা ইশিংদি
লাইজ মাবু মতাম্লে অরু-অহেন পুম্বদি।
লৈপাক মীরক তিনবদা শেৎন-চান-চরৈবু
থম্লবা পুথ্রীনি, স্নুনা চাম্ন-নববু
অরুবমা তৌরমদায় চরৈ অমা স্নুবদা
ম্নুম্বা পাখং লৈকাইগী লাক্কে পুথ্রি অসিদা।
পম্বৌ মোংবা মরানয়াই ম্নুরা মানা থাওমৈ-ওই,
পানা মরি অসিদা শিংডেংন লৈনম চাওবী ওই;
থম্বান মাগী মনম্মা মালংবনা হুম্বনা
মৈতৈ পানা মরিগী লোইবী চিংমাই সিন্দুনা
লৈনম সিল্লা থুংনদি সিনখি মাইকৈ ফাংতুনা,

লৈগী লৈনম অদুবু ভাখি চিংজাও খোইশিংনা ।।
কৈরোই লৈকাই লৈপাক্লা ঙাংনরকই যাত্রাবু
পোৎথানফম ওইরকই যাত্রায় মরা হুনবু;—
"যাত্রা কৌব নিপাসে চানজখ্রেদা ইন্দুবু,
মচাসিনা হায়রগা লোইরে মাগী চায়ববু।
লমজা সিন ফজবা চাংদমনিঙাই লৈত্তেদো,
পোকত্তবনি হায়তুনা কনানস্থ খংদেদো।
অঙম মচায় মরক্তা মাগুম মুপী লৈররোই;
অরাম মচায়কুস্থ কৈদৌঙৈদা ফঙঙরোই।
করিগীদি মতপ্লো মরৌশিংস্থ ল্লাক্তেদো,
পোইরৈ লৈপাক অসিদা মাগুম্বদি পোক্তেদো
যাত্রা কৌবা নিপানা করমদৌনা ফংউবা,
ল্লাহৈ খোম্ফম ফজবা শরু চুনা নিংথবা,
নিঙেঙান পোকপা পামদেদি হায়নরোইদো কনাগ
মাগুমমক্তা ওইরদি তরা পোক্কে ঐখোইস্থ ।।
নোংমা ঐনা চৎখিবা লৈরাং হেক্কে চংউবা,
মপায় পুথ্রি মপান্দা চরৈ সুনা লৈরম্বা।
করি মনিং থিজনো, হুকস্থ তোইনা উদরি,
কোরৌহুগী মুমিৎতা উজবস্থ মঙাইরি ।।
লোক্তা হৌবা উগুম্বা য়োংগানৈনে শাবান্দো,
মত্তোন পুংবা পামেনগুম সম্লাং নিংথিজবদো।
মুজা ফীদি চাইরম্বা পামেন মাগী মতৌনি
মালংবনা য়ৈবদা পামেন মানা হাইবনি।
কোকসেৎ নচা অমনা অঙন শম্বুন খাত্নুদা,
মুরা লাক্লা কিরম্বি, সাইনোন লুমাং থত্নুদা ।।
হিগোক মজুনরবী মুরা মাগী খাংচেত্তা,
মুরা শাওং অপুম্বা মনাম ভাগ্না নপুমা,
মুরা মাগী শাওংদো. ম পেন্ম. বরিনে।

সংগাইনবু ইৎপরা, করি মানং থেজনো?
তুংগী শমদি অচুনা মুরা মানা থাদোকপা,
শমৈ শমকোক মাপ্নবী, নিংছু হেন্না চোম্বা,
হিগোক থাংচেং মরক্তা লেংপাক লান্না তাবদা,—
মুরা কুচু অচুগা—লৈচিন ঙাংনা থোকপদা
ধূম-কেতু থোকপগুম মুরৈনবা নোংদোন্দা,—
নিংথিজেদো মুরাদো তুংয়ান তাবু য়েংবদা ॥
লৈরাং হেক্কে হায়চুনা শিঙেঙন মাবু কৌববু
মুজা মানা য়েংঙকপা নিংথিথরে মায়-ছুবু!
অউপ-লাংগী মওংনি লুমাং তাবা শম্নাংনা
মাইথেম চেক্কী নারৈনি মুরা শাইদি অনিনা
মাইথোং থম্বান মাল্লিদো করি মনিংথিজনো,
"হেকপি-শিদি" হায়রকপা করিদগী খোম্ফয়ো,
তান্না নায়ৈ খোনগুম্মি মুজা সোর অচুনা
মুজা মথুৎতুনা পিরকইদো হেকতনা।"
মুম্না রারি শানৈদো কুপ্নৈ মক্তা মওইনৈ,
অনি তিল্লে মঙাংনৈ অচুম তিল্লে মরিনৈ।
চিম্ফেল্ ফবা কনানা "ওম্থোকপনি মহাকসে
ফনা কুইনা মতারে বিধি কৌবা লাই অসে,
মতম কুইবৈ হায়রদি থুংফম চোইবা য়ারক্লে,
অহল ওইবৈ হায়রম্মু আনোক হাপ্পা য়ারক্লে॥
ইন্দক মানা শেম্বদা ইন্দু কৌবী লৈরাংবু
য়াওদে অশোইব'মক্তা শেমখ্রে কয়া হৈনবু।
খোংদা থুংতা শাথেক্তা মিৎতা নাদা মাইথোংদা
ওম্থোকনম্মু ফজেদা করি'মতা রাংতেদো। —
রাফম অচু তাবদা "মাচু নত্তে ইন্দুদি
বিধি মানা শেম্বদা ফজনবা শেম্বদি,
মমৈ ইকোন কোনবদা ইন্দু মাবু শেম্বনা;—

ফজবসি কাম্নদে খংলহুনা বিধিনা,
ফজবা ইবা শরুকতো য়াওহন্ত্রবি ইন্দুনি,
মুংশিনবা মথৈদা খংগৎতুনা শেম্বনি ॥
বিধি মানা শেম্বদৈ ইতোন তোনবী লৈরাংনি
অতোন 'তাংনি হায়হুনা মুংশিজনা শেম্বনি।"
'মনা মুক খুমমকই "মমাংঙৈদে তাম্নিবা
লাইগী মুপীদগীনা ফজৈ ফজৈ হায়নবা,
ঙসি মুমিৎ ফাওবদা, মহোয়' করি হেনবগে,
শকতা চুদা কদায়দা ইন্দু কৈদা রাংপগে ?
মুংশিবগী মথক্তা ফজনবা শেম্বনি,
ফজরবা শকতুবু মী খ্বাইনা মুংাশনবনি"—
মরুপ 'মনা য়াওরকই—"তুদি ফরে তাজগে,
থাইনৈ ফজৈ হায়ববু করম দৌনা খংবগে ?
লৈরিকাংবু অসিবু উবিহৌবা য়াওবরা
কবি-শিংগী খুৎশেম্না 'ফজৈ' হায়বা অতুরা ?"
ময়াম অতু তারগা 'মনা অমুক হায়রক,ই—
"বিধি, বিধি, হায়হুনা কোলোই কুইনা তারকই,
খোয়ুম লাইদি ওইবনা বুদ্ধি মাংফম খোক্তেদো,
অহন ফনা ওইহুনা খুৎফম চোইফম লৈতেদো,
তাইবং মীগুম পাংদবা অনোক হাপ্পা তৌরম্মোই
হন্দক মানা শেম্নসে অনিমক্তা রাংলম্মোই।
লৈরাং হাইবা জাৎঅসি কনা' শকতা হেল্লিদো,
লৈরাং কনাগুম্বীনা রাশি লৈবা হেল্লিদো।
থম্নরিবা রাফম্না ময়েকুদি তাবনি,
শকসু লোইনা ফজবী রাশি খৈনা লৈবি-নি,
মুরা মাগুমবিসিদি মাংলম চৎতা থোকলিরোই,
তুংলম চৎতা লাকনি মতু-মসু থাজরোই।
উনায় খাংপোক সংহুদা সনায় থম্বাল শাৎপগুম

পোকচরবি লৈরাংনি, লোক্তা তাবা মনিঙুম।'
ঙাংনরকই অস্নুম্না ইন্দু মাগী মরানা
নুংঙাইবদি ওইনদি মাগী মন্না শাহ্নুনা।
যাত্রায় মচা হায়হুনা লৈপাক পুংজাও থিল্লক্লে,
চিংবু-রোইদি তম্বুরোই লৈরাং লৈনম চৎলক্লে।
অঙম মচা ওইবগী সনা কোম্নুং কারুবা,
নোংমা ফাদোক অতুদা কুম্মৈ ফীয়োং চৎচবা;
কুমৈ য়েংদে লৈপাক্লা নুরা মাবু য়েংনবা;
লৈপাক্লেনা তুংদা ইন, নুরা মাংদি থারকপা
লৈপাক কুমৈ ওইনৈদো চৎলু-চৎলু মফমদা,
অকুম অকা থিংইদো মপু সনা লমজাওদা।।
অঙম মচা ওইবনে শক্রদোর ফজরে;
মতু নিংথৌ অতুস্নু মপু কোন্দা লৈখরে;
মবুং গোপাল কৌবদি যাত্রায় মচা নিপানে
মবুংহুগী মঙাম্নে মতু নিংথৌরোমগীনে;
তাকপদৌরা রাদরে মাবু খংদ য়াওদরে;
লৈমা নিংথৌ ফাওহুনা লৈরাং ওইনা শাংখরে।।
"শিজেঙন ইন্দু কৌবিদো সজিবুগী কাংলেনস্নু,
জনম কর্ম্ম অমদা মফম মফম খুদিংস্নু,
মবুং গোপাল য়াওদনা চৎপা লৈত্তে মহাক্লা
চাংজোগুম্না লাইজগী য়োকই থম্বান মবুংনা
মবুংসিনা থরাই-ওই নুরা মাগী পাংগল্লি
মরুপ মপাং তিনবস্নু থবক খুদিং মকুনি।
মবুংহুনা য়ারগা মাগী অতু মঙাইরে;
পলেম পম্বৌ অনিদি লাইগী লাইদি মওইরে;
মীনা কিন্না তৌবদা গোপাল মানা মরোইরে
গোপাল মাগী হায়বস্নু মচনসিনা মথৌরে।
মচনসিবু য়াওনবা মবুংহুস্নু কৌসিল্লি

মবুং মাবু য়াওনবা মচনসিবু খোপচিন্সি।
হায়রুগনু কান্নরোই পলেম পস্থৌ অনিদা,
হন্দক মক্ষম অসিদি য়াওহনদবা য়াদেদো।
মচিন মপুন্নাসিনা য়াওরদদা খোইগনি,
চোপ্পা য়াদে হন্দক্তি পানা কাং শাম্নগনি।"
মতা লক্কা তান্নেদো শিঙগেন ইন্দু গোপালবু,
য়াম্না তোহনা ঙাংনৈদো যাত্রায় মচা অনিবু
অনিত্থবু য়েংবদা থাগৎনৈদো লৈপাক্না'
"মচিন মৌপুন্নানিকো ফজেদকো ওস্থোক্না।"
শোনৈ মমান্নবীনা পলেম মানবী লখানা
পাখং ওইবা কয়ানা পোইরৈ লৈপাক পুম্বনা।

৩

ন্নাকচিং থাগী থায়াইদি কোন্নৌ মাইথোং মেংলবা
উল্লেন হিনা তাবগী মাইথোং লৈচিন থাংদ্রবা
মাঙ্গোন ময়াই য়ৌন্নকপা খোইথুম্নরবা মতমনি,
কোন্নৌ মঙান-হুবু পেন্নরবা তাঞ্জানি।
পলেম লৈপাক্লেহনা থম্না খেঞ্জোং ওইহনা,
মুন্না ইন্দু কোবীনা শিঙগেন থম্বান শকুনা,
পস্তৌ অন্নাং সঙ্গোইনা পুখ্রি লমদম ওইনদি,
লংচাক চাক্লি মমানা ফীবু শারি ইন্দুদি।
মমাই অন্নাং ওল্লিদো মমা মচা অনিনা,
থুংঙরেদো কান্দুদা মুজা ওইবি অনিনা।
যাত্রা মুমাং মচিদা চেকপু মোকপু লাওদনা;
লেপগ্রে মমা মচাবু মুজাশিংনা য়েংহনা।।
মুজাওইবী অমনা লেপ্লি চিং-গুম লুমহনা

মুজ’মনা মনাইনি ফজৈ তয়াং তশোইনা।
য়াংলেন পুংথাই অমবু য়েংলে অনি অতুনা ;
শারিবদি ফিশাদো শিঙেঙন ইন্দু মহাক্না ;—
চেরেক লাওবা খোনফম্না সেন্দাং চাকয়াইবগুম্বা
মুরাই খুনেৎ কাংবনা চেক্লা মশা খপ-কুম্বা।
মুরা খুনেৎ খুদিংদা চরৈ কায়ন থোক
য়েৎনা হুল্ল ওইনা ওক ওইনা হুল্ল য়েৎনা ওক ;
মুরা মশক উবদা মপুওইবী মুপীদো
খঙ্গখিদো মবুক্না “ঐদি পিবা পোক্কেদো ;
ফজৈদকো লৈরাংসে বল্লক্তনি কনানা
হুরানতুনা করম্না পুনিংদনি করিনা।
ইতা মাগী মচানি মুমিৎ—ঐগী ইনিংনি,
পিবা পোক্লম্নবদি ঐগী ইমৌ ওইদ’নি।”
ইন্দু মিংমৈ অতুনা লৈতুনবু য়েংখিবা
মচাই মিংলৈ ইন্দুনা লৈপাকলৈশু য়েংখিবা
উরক্লেদো অনিনা অনিতুনা লেপলিবা
“হাইমায় পেম্মা ইবেম্মা। কদোমদৈনো থাজদে ?
করি মতৌ কৌযাইগে তুমিল লেপললম্মিবদে।
লেংশিল্লকউ অসোমদা, খুদা-খুদা। থ্রকউ।
থিল্লে ইবেম্মা থিল্লে। খুদোং ককা হাল্লকউ।”
মুরা ফিদা থাজরে পন্থো মাঙ্গোন থক্রুদা,
কোয়ৌ অনি থোকপগুম ফম্লে মাংগোন অতুদা।
ভাইহাক ফম্মে অতুগা “মুমিৎ সিজ” হৌরকই
লৈপাক্লেদি য়েংতুনা ইতা হায়না কৌরকই।
পিশক পিকউঙে তিম্নবা খুরাই চম্নু মশেম্নি,
মপুই মনাই ওইখিবী ‘শিজ মুমিৎ” কৌবিনি ;
মপুইবুংঙো লাইনিংথৌ চন্দ্রকিত্তি কৌবগী,

আলোই ওইবী মহাক্তি মনাও শিংদি অমগী ।।-
"ইতাইবেম্মা করম্নো নংসি চাওমনখরেদা,
করম দৌনা য়াদগে মপু মচা অমদা ;
নহোয় অনি নতৌসে মতা অমা হায়-হুনি
ঐনা মেনবৈ তৌবনি য়ান্না শাওফম থোকপনি,
নংদি নচা য়াম্বগী থোইনা খঞ্জদবনি,
ঐদি নিঙোল সিমতা হুমিং থাগুম য়েংবনি ।
তাদ দৌরা কদায়নো ; নংস্থু মীরাইরবরা ;
ঐনা পোকপা ইচাবু নহোয় পামদরবরা ?
লৈপাক্লেনা, ইতাও ! করি য়ানো ইবেম্মা ।
হুজা নংনা পোকচবী নুরা নজা ইবেম্মা,
কোরৌ খকতা থোক্লবা লোইদাম থাজ-গুম্বনি,
ইরেপ নেম্বা ঐহাক্লা থাজ মাবু ফংবনি ।
মপু মচাই হৌনৈদো নহোয় থরাই য়াওরগা
ফংগদনি ঐখোয়না সিজ নংনা চাল্লগা ।
মিপা ওইবৈ পঞ্জাওনি মাগী করি য়ারৌনি ।
ঙসি পুম্নোই লোইনসি ঐখোই ঙসি লাককনি ।
নংনা থুজিন তৌরম্মু নংগা ঐগা মান্নসি,
মপু করি খংগনি মমুং মপান নাইনুসি,
ঐহায়ববু নহাক্তি 'ঐদি চাওরে' খনগমু
চোপচনিকো নংনেদো ঐবু মীরাইজগমু ।
হান্দক পঞ্চমি সিদা হৈজিং খরাই কারসি,
শ্রীযুৎ সনা চরনস্থ ঙসি হুঙ্গংহল্লসি ।"
য়ারম পুম্নমকসিবু মমা অনি তানরে ;
মরুপ মশেন ওইবগী মমুং মপান ক্লিংনরে ;
অনি সিনা চান্নবা পান্দমলিংচাই কৌনরে
"অচৌবগী মুপীনি" হুমিং সিজ খনজরে ।

আত্রা মাগী মচাদি পাখং গোপাল কৌবগা,
লৈরেন সনায় মমোম্লোহ থাবন সনা কৌবিগা,
লৈপুন খয়োম লাক্লবা সুম্না মুম্না ঙাংনরে
থৌরাং পুম্বা তৌদুনা ওম্না পুম্লোই লোইখরে!

মবুং গোপাল কৌবগী তালোই লেপ্ল-রা হুবু
নুরা ইন্দু কৌবিনা পায়ম-নুংদা খনববু
নুকলেপ লেপ্লা ওমজদে মেনবু ইতা তাজদে,
থল্লি নুবা মহাক্লা "থাবন সনা কৌবিনা,
লাইবক ফবি ওইবরা গোপাল মানা হেন্দুনা।
লৈমাসজ ওইবগী ইবুং মানা ব্লাৎপবা
নুরা গুন্দা হেন্দুনা ইবুং লাইবক ফবরা!
পোইরৈ লৈপাক অসিদা অরূবদা ইবুংনি,
অঙম মচা লক্তগী হায়নরিবা মহাক্নি,
নিপা ওইনা পোকপগী অসি মঙাই লৈরোইদা,"
মৈ ইকোন কোনবদা লেপচরেদো, মাসিদা
নুরা খুংতি অতুনা তুলা থানা ওনবদা.
'ইবুং মানা মহেল্লে পোইরৈ লৈপাক অসিদা।"

৫

নিংথম থাগী মমৈদা শ্রীপঞ্চমী মমাংনি,
নিংথম উফুল অপুম্বা ব্লাকচিং নোংনা ফাবনি,
কারৌ মঙান 'তুবুস্থু নোংমা নোংমা কল্লক্লে
মতিয়াগী মকোইদা লৈচিন মাইহিং কাদরে।
চাইবং মীপুম খুদিংনা মাগী মগুন শরুরে;
লমা নিংথৌ অনিনা থবক পিকপা য়াম্নরে।
থাবন সনায় হৈজিংদি লৈপাক কুমৈ ওইখ্নরে,
য়াই লমজাওদগীরা খ্বাইগী লমজাও থুংখ্নরে,

মীনা কীঙৌ কৌবশুম লমজাও পুমখিং থিংখরে।
যাত্রা-সিংগী কাদদি লৈপাক নিংথৌ পুম্নকই,
নুংশিবগা লোয়ননা থরাই লোইনা য়াওরকই।
হৈরাং লৈরাং নিংথিবা হৈজিংসিদা য়াওরকই।
"ইচায় হৈজিংপুরবনি" সনা য়াথং হায়রকই!
"হৈকোন লৈকোন খুদিংগী ঐগী য়াথং থুংনা থাও
হৈরাং লৈরাং অপুম্বা ইনাইগীদা লোইনা থাও
ঙসি কৌবা মুমিন্ত্রে হৈরাং মত্তা চোইফদে
শোইরবদি দগুনি লৈরাং' মতা রাৎফদে।
কবোক হৈবোক অপুম্বা মশিং'মতা রাৎকমু
লাইরিক য়েংবম ক্ষেত্রিস্থু অরৈ-মাগী কৌথৎলু
অরানিগী মাংদগী যাত্রা মাইদা থাবিখো,
ঐগী পুক্কক সিদগী রাৎলিমখৈ হোম্বখো।
হৈরাং লৈরাং শেম্বদা অহৈ-অহৈ লোইনখো
ঐগী রাৎপা লাইবনি যাত্রাগীদি লাইমুকো!
প্রজা কনাগুম্বগী অরৈবস্থ য়াওরিনি
কজ কজ হৈ-লৈস্থ নিংথৌ ঐগীদমকনি,
মাগীদমক হায়বিখো ঐনা মমন পিগনি
মহারানী নং-ফাওবা মাইদা কুমগদবনি।"
হৈয়োন লৈয়োনবি ফাওবা সনা য়াথং সিনখরে
মপু য়াথং ওইবনা কনা চিংথখিদরে।
সনা কোমুং থবক্কি রাৎপা কৌবা লৈত্তরে;
থৌরাং স্থয়া ভৌত্নুনা হৈজিং অসি কাখরে
লৈম সিজ অঙম্বা ফম্নাই ফানাই অপুম্বা
থাবন সনায় হৈজিংদা তিল্লে ওম্না লোইনবা।
হৈজিং সভা অসিদা মীশক 'নিদা মম্নাওদে
পানা মরি মীত্নুনা চিৎথবদি লৈথিদে।
খ্বাই-লৈকাইগী ইমুংদা থাবন সনা থৈখরে;

খুরাই লমদম ইমুংদা গোপান কৌবা বাহৌরে।
মহৌশাদে তৌনরি মাগী ওইবী থবক্তো
মশা য়াওনা নোয়নে সুম্বা থবক অসিদা।
মীনম্বগী মশক্তি হরাও হরাও তৌনদে,
চিন্দা অমা পুক্ত'মা মীনম্বনি হায়নদে।
মীনা রারা লাওরকই লোইনা পবাক স্নৈনরে;
মীয়াম অতু উবদা অউবনা ওক্লরে।
হৈজিং লাকএ লাকএদি মীয়াম লোইনা থোক্লরে;
অনি থোকখি সুম্না তৌ অসুম অসুম লোইখরে।
লমজাও মপান তামখৈ খুরাই খ্বাইগী মীমখৈ
শম্বন্দদি পানখয়ে স্নুপী অঙাং লৈ-মখৈ॥
শিঙেন থাবন সনাদি ইকাইছুনা থোকত্তরে;
ময়াম লোইনা থোকখরে মুজা মদোম ঙাইহৌরে।
ফম্মিয়বী মতা'মা মিছুং মক্তা থোকউরে;
মিছুং মপা লেপ্পীবু য়েংখিবদা উক্লরে।
"ইতা লাকও" হায়তুনা মফী লাকনা চিংউরে;
শিঙেন মতা শিংজবী লৈথোক্তুনা লৈখরে,
লৈরাং থাবন সনাগী মিছুং মপা হাংহৌরে।
মতা কৌবা শাত্নুনা লোয়া কুমৈ য়েংজরে;
"য়ামখরেদো পোৎসিদে পায়ম-মুংদা খনজখি
ময়াম-লক্তি নৎচদে ইমুং-দগী য়েংজখি।
মতাক্লপসু ইকাইজৈ ময়ামত্সু য়েংনিংই,
নিংজিং-মাংজিংনতুনা হৈজিং কাবা য়েংহৌই।
হৈজিং চৎপা লোইখরে ময়াম রারা হঙ্জিল্লে
ইয়েং-য়েং'দা শাত্নুনা হঙ্জিন্দনা ফম্মৌরে;
মতা ময়াম চংলক্লে থাবন-য়েংনা লাংনরে;
'নংদি উবা ফংদেদো মীনা কয়া য়ামখরে"
"য়েংজনিংদে" হায়রকই হুরান্দুনা য়েংলগা

শিঙেন মতা অমনি নোকই মাবু য়েংলগা ;
মতা-হুদা য়েংলগা থাবন সামাই লৈথোকচৈ,
মতারক্কী মখৈদা শিঙেন ঙাইহাক চাওথোকচৈ ॥
লৈরাং থাবল কৌবিসি মপু মচা অমনি,
চাওথোক খোঙ্তোক লৈজদে পুকচেন য়াম্না তিংবনি
লৈরাং শকস্থ ৱাংচদে শিঙঙেন গুনস্থ তোঙ্গদে,
চিংনা লেম্না নিংথিজৈ ৱাঙাং ৱাতা হাজদে।
ওল্লাংথাগী মুমিংকুম মঙান মপুং কনবিনি,
য়েংবদস্থ লুমজবা লোইবী মাগুম থোকপিনি
চিংলাইবক্কী উথম্বান লৈরাংগুম্না নিংথিজৈ,
ৱাখন লৈবা পণ্ডিংকুম ৱাঙাং-ৱাতা মপুংজৈ।
মপু মচা লক্তগী মুক্তা গুপ্বী মহাক্নি,
ময়েক নাইবৈ হৌনবা সভা লক্তা শক্লেম্নি ॥
ফাগি-কাস্থ থেংনা-হৈ পিজ-পিথক চংখোল্লি,
মচা মনাই থিৱিক্তা মীস্থ য়াম্না মখোল্লি ॥
মুংশি য়াম্না চাওগল্লি মীগী ৱাবা য়েংঙমদে,
মীঙোন্দদা পীথোকই চাদৌ-পুম্বা চাজদে।
মাগী মনাই পুম্বনা থম্মোয় য়াওনা মুংশিনৈ,
খ্বাইগী পামপক অসিদা লৈরাং মাদ-মথানৈ,
লৈরাংশিংগী মরক্তা থাবন সনা মকোক্নি,
লৈকাই পানা মরিদা তাংনা শাংপী লৈরাংনি।
লৈরাং মাগীদমক্নি হৈজিং পুখ্রে তানরে ;
"লাইবক্ক কৈদা" হায়হুনা গোপান মাবু লোম্নরে
হৈজিংশিগী হৈরাংনা খ্বাইগী য়ুম্বুম থুংখরে ;
হৈন-লৈনা কবোক্না লপ্বী ফাওবা চাইখরে।
হৈজিং মীয়াম হম্নবা লৈপাক কুমৈ ওইখরে ;
লোইনা পাখং লৈশাবী কোইকৌ লোইনা কৌরুং
হৈজিংগুগী কুমদাংৱাই মুরা পাখং তিনখরে।

চান্দে কোংগাই চাইথোক্লে অমুকতোইবা লোইখরে।
'মত্তা 'মদা চাইশিল্লি হৌত্নুনা হেক মচেল্লি,
অমন্না 'মুক হেক ফাই অমদা হেক হাপচিল্লি,
লোইসিনবগা হেক চাইথোক কুমৈ মতা অমনি,
সিগী লাংখিবত্নুনা অমুক তোইবা পুন্নিম্নি।
লৈরেন সনায় সংগাইদো লোইনা চাইরে হৈজিংদা,
কবোক হৈবোক চাইসিল্লে মপুই ফমজাও ফাওবদা

৫

বসন্তগী মতম্নি হৈরাং লৈরাং শাংলিবা,
তলা পামেল পুন্বনা মদোম মপুং ফারকপা, ।
লৈরাং খোইমু কাংবুনা পুক্লিং মকা লামমকপা,
তাইবং পানবা অপুম্বা খোইকুম মোমোন নোক্লবা।
ঋতু নিংথৌ হায়ত্নুনা তাইবং কোলোই শক্লবা,
সুম্বা মতম অসিদা কনায় থরাই রাখিবা!—
ইন্দ্রক লাকপা বসন্ত রাকচিং থানা কৈদৌনি,
প্রলয় মৈবু হেনখরে মৈচাক মতা অমনি।
থুরাই লোইবী চিং-য়াইদা খাম্বী মৈবু হৌখরে;
নোংদোন লিক্লা তানমু খাম্বী মুৎপা লৈতরে।
অহিং-মুংথিল নাইদনা খোংনা লাওনা চাকথরে;
খোইমু মাগী থমোইদো খাম্বী মৈতান ওইহৌরে।
গোপান খোইমু ওইবদো তরা চাবা চংদরে
থল্লু থল্লু খুদিংদা মংগুম হাগুম থোকথরে।
থম্ব-থম্বক্লবদা অমম্বদা ওইখরে,
মরুপ মাগী পাওতাক্লা মাগী রাবা কোক্লরে।
কোরৌ শিংবুম য়াম্লক্লে পাখং কুচু ওল্লক্লে,
রাখল 'মত্তা থোক্তরে ওসি ফাওবা তান্নরে।

মাগী মরূপ অখোইবা লালা কৌবা চাদরে,
গোশালগীদমক খনবদা অহিং মুংথিল তুমদরে।-
''ইতাও নংবু কৈদৌগে লৈম-নিংথৌ-কা কৌরে
ইপা ইমা অনিনা হায়রুবগা নৎতরে
'চানবা মনাই ওইবনা মপু মাগী খৌরাংনি,
ইতাও নংগী কাত্নুদা লৈরাং মাবু কৎপনি।
লাইগী মচা ওইবনি লৈপাক সিসু মপায়নি,
মালেম থক্তা তাহৈদে মপু য়াথং কৌবনি।
কৎল-দানগা ওইবনা হন্ন-হৌন-দবগা,
তাংনা শাৎপা ওইবগী ফংঙমদবা ওইবগা,
মংদা খুনবা মনিবু তাইদং ফাওনা পায়বদা;
মপুই-মানা কৌবগী ওক্রে ফীগাও মুংহুদা।
থম্রসি মপুই মনাসে পাথং নংগী নফমদা;
ম্নেংউ নংনা খন্দুনা! কম্না হরাওরোই-সিদা,
ইতাও! লৈরাং মাবুনে, পিরকপদি নত্তেদো
শাফা লাম্ফারুবদা মপুনদি মচাদো।
পলেম পঙ্খো মরিনি নংগী—ঐগী কাসিদা,
ওম্মোই হায়না কংহোকপা য়াদরেদো-মসিদা।
মীনা ৬াওই হায়গনি; ঐখোই লাইবক ফবনি
'ওম্মোই' হান্না হায়হোদে হৌজিক করিদৌরুনি।
অসি য়ৌসিনখ্রবদা তঙাইফদ্র' মতমনি,
'পাথং ইবুক য়ানিংদে' করি হায়না হায়রুনি।
অহন অনি অসিবু লৈপাক-করি হায়গনি,
মরমসিস্থ মতোকও হাংকে তুপকে-ওম্বনি,
মপু মচা অসিনা; তিংদমশিনা-লৈহৌনি,
লৈপাক প্রজা অসিনা 'খোইবু করি হায়গনি,
মচায় মৈনা চুগনি মপু সিস্থ শাওগনি।
করি কিদে নং—ঐদি লৈপাক লান্না চেনখিনি

মহন অনি অসিদি মীহাৎ পুংদা য়োগনি।
মসুক লানবা থবকপু 'খোইনা করম তৌগনি,
বাবন সনা কৌবিবু করম লুহোংদগনি।"
পা মমায় থনবদা মরূপ অনি মম্বনি,
র্গ কিস্থরক্তনা মকোক থক্তা ননখরে;
লা গোপাল্ অনিদো চিস্তা মৈনা কাখরে।
ম্বা কৈরেন তৌবগুম কৈবন মুংদা চোংশিল্লে,
ম্বী মৈখোন থোরক্লে, পনমুং মৈবু থারক্লে।
াপ্পা-উইবা কৈরাংনে লমবু সৌবু শারক্লে,
াইকৈ লৈনা য়েংবদা পাম্বা থৈনফম লৈতারে
করাংহুবু থংকদ্রা নমবু চিনবু থৈগদ্রা
াম্বী মাবু থাংগদ্রা মৈ অদুবু মুংকদ্রা!
গাপাল, লাপা য়েংহুনা—"ইতাও নংবু মরূপলোই,
তম অসি লৈরক্রে কনা 'মগী য়েংলরোই।
ংজিং-মাংজিং লৈহৌবৈ থোকইবসি উবরা;
দগী'মুক হেন্নমু ব্রারখিনি, খংবরা!
না থোকপা তৌরনি থোক-অবমা লাক অনি,
মুম অম্নুম হৌগ্রগা ইরান-ইপোৎ ফারনি।
পু গুনমু খংঙি—ঐ, থাবন সনা কৈদৌনি,
গুম সন-গুম নৈসমু নোক্না নোক্না য়াগনি
থেন কথেন খুদিংদা, মচায় লমন শিংসমু
দপাক কুমৈ ওইসমু ঐবু খুঙ্গোইনসমু।
পাকপদগী ওসিফাও পলেম পম্থৌ অনিদা
থং-হিক্রোরক্তবা ওসি কোরৌ কাওবদা—"

াপাল মরা থদংলি—"করি রানো মরূপলোই;
খন-দোমদা থনবরা? ধর্ম্মদদি য়েঙওরোই?—

মাঙেঙ তারে কৈদৌনি কিক্ষম থোক্তে নং—ঐদি,
খন্দ্রে নংগী নবুক্তা পলেম পন্থৌ অনিদি!
কাছার মীরৈপাকতগী পন্থৌ চাওনা লাকপনি
'ছুনা ব্লাংলি ম্নংশিদে মৈতৈ 'ওম্বা পুম্বনি,
মপুন্সিগী মরুমদা লৈপাকসিদা লৈবনি,
'খুবম-কৈদা' পন্থৌবু ছুদা ভাইনরিবনি।
চোযবা লাকপা মতমদা ময়াম চাহৎ-কদনি,
নংনা ঐনা উরবা ইশোই শোইরোইদবনি।
অহল ওইবা হপাবু 'নচা ব্লাবক-তবৈনি
মতিক চানা দণ্ডি তৌ' মপু য়াথং তৌগনি।
য়ৈনিং য়াওন য়ৈগনি চৈনিং য়াওনা চৈগনি
করম য়েংন' লৈগনি লিংজেল খাবা ইপানি!
হায়দোকউম্ম য়াবোইদো য়াথং চেৎপা পন্থৌনি,
নহাক থক্কী ইপাবু—ঐখোয়না করম য়েংগনি।"
অসি ফাওবা হায়বদা গোপান পুকচেন হোংদরে,
পামদ-মৈনা কাদনা থমোই ম্নংশুম কনখরে।
পাম্বা কৈবন-ম্নংছুদা লেপ্পা শিবা তাখরে;
পলেম পন্থৌ অনিগী য়াথং ইল্লোই লেপখরে।
মীম্ম লাইস্ত কিদরে, লৈম নিংথৌ য়েংদরে,
থাবন সনা কৌবিবু হু—শুম তিন-শুম খাখরে।
গোপান পুকচেন উবদা লালা ব্লাক্ষম হোংখরে,
তৌগদবা লেপ্পরে হোয়গা মাইগা হায়নরে।
লৈরাং ওইবী অমবু লালা খুৎতা সিম্মরে,
লৈরাং মাগী মৈছুনা পাথং ইন্দ্রি চাকখরে।
'অকন মৈমাং লেপ্পমু মরুপ পাওতাক পিখরে,
পলেম পন্থৌ অনিবু গোপাল সেংন-তাখরে।—
পাম্ব-কৈবন-ম্নংদগী কৈরেন শরম য়েঙউকএ,
পাম্ব-তিল্লা কামছুনা খাম্বী মৈরী হাংলকএ।

মমৈ-লৈদা ফুহনা কৈরেন মনা থুপথরে
কৈরাংলমবু লান্দুনা কেবন চোংবা তাখরে।

৬

শরৎ থাজ-মকোইদা কনা তম্বা ওম্বনো;
থাজ মাইহিং কাবদি খোয়ুম কনায় নোংদম্লো!
নিংথিজবা বসন্ত --লৈরাং তেম্না শাৎথিদে;
চিংউ নোংদম হায়ঙমদে লাইবক লোইনা ফনদে।
লৈরাং লৈয়োন কয়াদা তিম্না কয়া চিকথংলি
শিঙেঙন লৈহেক শোইহুনা তেকপা কোংগাই অমনি।
চিংলাইবক্তা হৌবদি পামেন ওইবা শিংগিনি
কোরৌ মৈশা লাংবনি মালং চৈথা থাংবনি
মদোম নেমনেম হৌবদি পমেন তলা মউ লিংবনি
তলা মচি কাবগা পামেন মগুণ ওইবনি।
শিঙেঙন ওইবী কনানা উল্লেন মাবু নংবরা
মুরা লৌশিং তানবা রারক পিবা হায়তুরা?
মরুপ মপাং চিন্দগী পম্থৌ নাকোং য়ৌখরে;
গোপাল মাগী ময়াথং পলেম মমা তারক্লে।
লৈম নিংথৌ মনাদি ফক্লাং কোইনা থেৎপনি,
নারা কৈজোই কৈমাংদা মপুই নাকোং য়ৌখিনি।
মপা মমা ওইবনা তৌব হৌন' ধর্ম্মনি,
অফ-ফত্ত থনফদে খোইনা য়ার মংগোম্নি,
মুংদ য়াম্না নৈনরে সিগী অহিং মুংথিন্দি
পম্থৌ য়াথং ধানরে--লেপখ্রে লোইরে ঐগীদি।
মরুপ লধা অমনা হায়ন-মখে হায়নরে
মাইকৈ' নিমক য়ানজ্রে অয়েম্বদা তাম্নখ্রে।

লৈরাং ইন্দু রাখরে লাগুম লৈ-ঙম কংখরে
কালেন কোরৌ মৈশানা থম্বান মনা কাখরে।
খল্লে কোরৌ কয়ানি হায়জ কৌবদি মঙমদা
"তৌবিগন্নু ইবুংঙো পন্থৌ য়াথং ইন্নুদা
পায়ম-মুংদা খনবিয়ু তুংদা কাইবা লাকনি,
অতৈ পুম্বা তোকপিরো কৈন্নু খংদ জীবনি।
থাবন লৈরাং ওইবীদো লেপনা শিবা তারনি,
মুজা মাগী পাপ অদো কোকঅরোইদবা পাপনি।
ঙালোই ফীগে শেংবিখো নরানয়াইদা য়েৌবিখো
পুক্লিং চংদা থোক্লগা মপাম নাক্তা থাবিখো।"
অসিপুম্বা হায়জগে নিংঙ্কৈ গোপাল কৌবদা,
মচিন্দগী থোয়ক্রে লৈখ্রে মদুক মন্নুংদা।
গোপান মখোং পায়দুনা তুগে নিংই কপ্তুনা
নিংনা-নিংনা ঙমখিদে মুজা ওইবী মরম্না।
মুরা ওইবী মহাক্কী চাঙ্গরবা মবুংনি
ইন্দু হায়রম্লবদি য়ারম্বস্নু য়াবনি।
পলেম পন্থৌ রোমগীনে মুরা থেংনা রাখরে।
মীগীদমক রাবনা লৈরাং ইত্রি কংখরে।
মুংশি মুংঙন চাওরবী পুকচেন ফবী মহাক্কি
রাবা মপুং ওইবীনি মুংঙাই মচেৎ মপোক্কি॥
ঙসি নোংঙান-লমদায় রাশ্রে মাগু খনবদা
মুরা মাগী পুক্লিংদা মং অমগীদনক্তা।
—পুত্রি চাওগোয় শিরি-থক থমজৈ নুরা লিক্লাং-দে
ইমু মরোন শংজিঙে চেংছি শম্বান লাংঙেদো।
কোরৌ থক্তা পাইবা চেক উরে চেক্লা অমনা,
সনা পরেং নিংথিবা তাওজিং মচা-পোৎকুম্না।

হাইথরক্লে চেক্লাদো পুথ্রে লিক্লাং লাক্লুনা ;
কোরৌ থক্তা পাইখৎথ্রে সনায় লিক্লাং পুত্নুনা ।
মুজা গতি লৈখিদ্রে ইচোৎ চোৎনা কাখৎলে,
চেক্লা পাইবা মাইকৈদা মুজা তুংবু ইল্লক্লে ।
লংথোং লৈম লংচাককুম নিংখিজবী শাওংদো,
চুম্না ফবী শম্লাংস্থু লাইজ পুমচোৎ-চোৎলিদো,
মপুং ফাবা পাম্বীনা থম্না হৌবা পৃথিগুম
নোংজু থাগী খিক্লেম্না চোৎলবদি মহাককুম,
কোরৌ থক্তা যেংবদা নোংদোন লৈচিন পাইবদো,
পৃথি মানা চৎপগুম ইচোৎ-চোৎনা চৎলিদো ।
লৈপাক মীযাম থোক্লুনা য়েংই মাগী মত্তৌদো,
কৈনো, কৈনো ! হায়নখি উবা মীয়াম পুম্বদো ।
লমদম শর পাইরগা চেক্লা অচু তোংখরে ;
মালেম লৈপাক্ ফক্লুনা মুরা মানা লংজরে ।
লিক্লাং'চু থাদোক্লম্লে চেক্লা মদোম পাইখরে
পামেল উশা অমদা লিক্লাং অমুক পলহোরে ।
খুৎনা চৈনা লাম-ভমদ্রে পামেল কাসি ভমদরে,
মুরা তম্না হল্লক্লে, পলেম কাদা তম্মুরে ।
পলেম পম্হৌ চৎতুনা লিক্লাং অচু লৌথখি
লিক্লাং'চু হেক ফংবদা খোম্লেন মিকপ থোকচখি ।
মং-সিগী খনবদা রাবনা পন্দোম লোমখরে,
"করিথোক-অরগব," সিগী মক্তা খনখরে ॥
ভাংনিং রানা কৈয়োমশা গোপাল কৌবা মঙোন্দা,
মুজা টকাই চৈরোইনা ভাংথোকপদি মঙমদা ।
মঙ অচুগী মুমদাংরাই তময়া কোরৌ চেল্লকপা ;
ইন্দ্রি মুংদা রাবনা মুরা লৈবা ভমদরে ;
অঙাওবীগী পান্দমগুম পুখি রোমদা থোকখরে ;

পুশ্রি লৈরাং মখোংদা মুরা চুমজ্রিং লেপ-উরে।
মুরা মপাও লিরুরে—''লৈরাং ওইবী ইতারোই,
ঐগী' ৱাৰসি নংদি উত্র-বোইদো ইতারোই!
তাইৰং মীরোন থোক-ওৰা সেগা মাইগা তানসি;
অৱা-মুংঙাই খুদিংদা লৈরাং মরুপ ওইনসি॥
কুম্মৈ হরাও খুদিংদা নংবু কোইনা পুবদো,
কালেন মৈশা খাংমবা নখোং লাইজ চাইবদো!
কাওরেন কয়া কয়াবু মুজা ঐনা তাঙ্গেদো,
লৈরাং নংবু শোকনি কয়া হাকন্ নজেদো!
মচা চেনবী শনশিংনা মুজা ঐবু তানখিদো
লৈরাং নংসু-লাংগিনি নতা ঐনা ৱাখিদো!
তাইৰং নাহা খিবকপু নতা ঐনা ঙাক্লকই,
লৈরাং মপুং ফাদৱি' হায়না কয়া তাম্থোকই।
'থংলেন নাক্তা য়োসম্নু লৈরাং নংসু ফংসমু,
নংগী কাদা খল্লকই ''শিঙেঙন মংগোল ওইসমু'
লৈরাং করি পুকচেন্নো করি মুংশি হৈতবা,
নথং-কনা কাতুদা মুজা ঐনা য়েংখিবা;
লৈরাং করিগুম্বা কল্লক পেন্না লৈবরা!
লোয়ুম কনাগুম্বনা নতা ঐবু হুনবরা!
ঐনা ৱার-মতমদা লৈরাং করি নোকপগে,
ঐগী মরুপ হায়ববু, ইতা! কনা লৈবগে
শিঙেঙন ওইবী নংতগা লৈরাং সংগ ওইৰনি,
তাকপিয়ুৰা ইতা-ও! কয়া মৈ-সি মুৎকনি?
খোইনো ইতা ইবেম্মা! মুরা ওইবী মুংশিবী,
মুজা করি তৌরগে থম্বান মানবী শকক্ৰী
নংদি-নথং কাইনদে পলেম পম্বো শেৎনদে,
নূরা নংগী নৱাদি নতা ঐদি তাজদে।
নশাই কোন্দা চাওৰনি ইতা খোইগী নপাম্নি,

থাজ-মাইথোং উবদা পুক্লিং মকা লাম্বনি।
নতা ঐনা পংহুনা মুরা পুক্লিং খঙঙ্ দ্রে,”
মুরা ইন্দু মরাদা লৈরাং মমাই পুঙমদ্রে।
পুখ্রি লৈরাং মাংহুদা তরং লাইজ-সিহুরে,
হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা নূরা মপাও তম্মুরে।
ইন্দুই মরা তাবদা “নুংশি খোইবোই ইতারোই,
লাংলা লংজিন পুথোকপা নতা ইতিক চাররোই
মুরা নংগীদমকনি কপচ মখৈ মঙাইদো,
বোনগী লৈরাং ঐখোইদি যারা খোম্থাং সুদেদো।
চিন্নাইদবী নতানি কার নতেং পাংগনি,
লাকখিসন্নু খংগোম্বা ইন্দু! ইপাও চেনগনি।
চিংজাও খোইমু ইথংলেন, ইতা' মাবু কৌখিগে,
মাঞ্জ মাবু লাক্লগা রাবম পুম্বা লিজগে।
শাগন তুফাং পাল্লবা থংলেন থুংঙ-খিসন্নু,
মুরা কাদা থারক্কে মাঞ্জ মাসু য়াঙসন্নু।
লৈরাং নপাও পুনৌদো ইতায় পাঙ্গন ঙইনৌনে,
নংগীদমক খনবদা নতা ঐদি রারেনে।”—
বোনগী শিঙেঙন খোংদা লেপ, লৈরাং ইন্দু কৌবিদো,
শিঙেঙন লৈনা খুংনা নান্ অরা মপাও লিরিদো॥
গোপান কৌবা পাথংদো ওক্লেন তোমচং শা-গুম্বা,
লাকই মাইকৈ তমহুনা মুরা যানা, লেপ্লিবা,
নূরা হন্না যেঙক্কে অরাবনা মম্খ্রবোই,
গোপাম্নসু কৌওমদে ওস্তোক-রানা উথ্রবোই।
মবুং গোপান কৌবনা, কৈদৌঙৈদা কৌজদে
শিঙেঙন ইন্দু হায়দনা মচন মিংবু ফাঞ্জদে।
ঙসি কারৌ অসিদা কৌখে ইন্দু হায়হুনা,
মথা তাবা ঙমখিদে অরাবহু ফোংহুনা!

পাখং খোম্ফম তাবদা নুরা হন্না য়েং...গুমখি,
খোংবী লৈদা তক্কুনা মরু অমুক লুকথখি।
রাল্লম অতৈ হায়খিদে—"থমজিল্লুকো ইবেন্মা,
মাংখি ত্তাখিগনিকো উহনগন্ন অম্ন'মা!
কদায় মত্থ ঐঙোন্দা পিয়ু নংসি লৌহৌরো,
নংবু য়েংগুম য়েংখিগে, সিনা ঐবু শকহৌরো।
শিঙেঙন নমাননবদা হায়দোক তমথোক উন্নুকো,
লৈরাং ওইবী লৈহৌরো ইন্দু ব্লারোগন্নুকো!
লৈরাং মাবু পামজদে পোইরৈ লাম্ন-চংথ্রগে,
শিঙেঙন ওইবী নহাক্কী নপাম লমদম য়ৌথ্রগে!"-
পাখং অসি হায়দুনা খুৎকী খুদোপ লৌথোক্লে,
ইন্দু মাংদা মবুংদো লেপঃ হায়'দু মঙাইরে॥
মবুং-মতৌ উবদা ইন্দু লৈবা ঙমদরে,
ইংঙা তেরা মফোনগুম নুরা পুক্লিং য়াংখরে,
তাংজ-'লদা হাইথরে লাইজ তরং-হৌথরে,
মাইথোং থম্বান মানবীদো পিনা পুমচোৎ চোৎখরে
পোকপা মুমিৎতগীনি ব্রাহৈ কারন চন্নদে,
হায়বা ইন্নৈদো মাই·হায়বস্থ ঙম্নদে॥
নুরা মীওম্-দবীনি কবি হায়না খুমগনি,
পিদ-সিন্থ কদায়নো; পিরে মৈতৈ লানথ্রনি!
হায়নিং ব্রানা ফৈয়োম·শা হায়দোকপদি ঙমখিদ্রে,
নুরা সোর ফুনখরে করি পাঙ্গল লৈখিদ্রে।
মুজা মাইথোং খুৎনা—খুম হিক্লা হিক্লা কপখরে,
পাখং ব্লাখন লেপখরে ঙম্মোইদত্থ উরক্লে।
ব্লাখন তাবা হানখরে পাখং ইরেন-চংলক্লে
মাইথোং চেৎনা খুম্বিবা মুরাই খুৎপু লৌথোক্লে।
ইন্দু মাগী খুদোম্বী মবুং'খুৎনা থাইদোক্লে,

মাগী অত্থ শিবিরে, মচন' খুদোপ সঙ্কোক্লে।
মুরা ইন্দু কৌবিদো য়াদ-ফদ-যাখরে,
মুজা মখুৎ নামদ্দি খুদাং পিফম থুম্মখরে।—
"মুরা লাইবক চাওরবী লাইনা তম্বা লাক্কনি,
ব্লাক্লগম্মু কপ্লম্মু কপউদুনা কৈদৌনি!
পলেম পম্বৌ অনিদা ব্লাখন তৌনা চৎলুকো,
ঐদি চৎলে ইবেম্মা! ইন্দূ ব্লারৌগম্মকো!"
মচন খুৎপু নামা পায় পাখং সংত্রিক য়েংঙম্লে,
থম্মোই মৈগুম শাদুনা পাখং খোংকাপ ব্লাইখরে।।
"ইবুং ঙাইবা! ঙাইবীখো, নচন পাংমেঞ্জখিগে,"
ইন্দূ মানা নিংবনি অসি হায়গে খামজগে,
নিংজৈ হাযবা মঙাইরে মুজা পাঙ্গল নৈতরে,
সোব ফুল্লে হিকপনা মীঙমদবী তোকহৌরে।
মবুং মাইকৈ য়েংদুনা উয়ুংবগুম লেপহৌরে,
উনা উনা চৎখরে ইন্দু পুম্মম মঙ্খোরে,
মবুং হুগী মব্লাদি মনাদবু তাহৌরে
মুজা মাগী মবুকতি মবুং নাকোং য়োদরে।
যাতি কৌবী নৈরাংনা বৃন্দা দেবী মখোংদা,
লাংবন মুংশা মৈরক্তা মালেম নৈমাই থক্কুদা,
যাতি মানা কেনবগুম শিঙেঙন ইন্দু কেহ্লৌরে,
ভিম্বোক য়াংদৌ চোংবগুম মালেমথক্তা তুহৌরে।
পন্থৌ নৈকোন মুংদুগী নৈবাং মথৈ ব্লাখরে,
মুজা লব্লাই কোইরেন্দা নৈনা মথৈ হাইথবে।
মালং হুমাই থৌগল্লে—"খোইনৌ ইতা চৌগৎলো,
নবুং-তুংবু ইনখরো ইন্দু নমিৎ পাংথোক্লো!
নংবু লমদম তামখ্রগা নৈরাং লমহুকনরনি,
মুংশি-খোইরোই! ইতারোই!' মুজা মতম হেনখ্রান!!"

মুজা মাগী মতৌদা লৈরাং লোইনা কপ্পরে,
শিঙেঙন ময়াম অতুনা মুজা মাবু লাক্লরে !!

৭

খোইমু সাগন চোক-মথৈ চিংজাও খোইমু লৈপাম্বা,
যাত্রায় লৈকোন তম্নকপা লৈহি কাদা করাম্বা।
খোইমু পুক্লিং গুনথবে, লৈরাং মাইথোং-উবদা,
লৈরাং তরাম তৌবমদ্রে খোইমুশিংগী কাতুদা !!
মরুপ মৈনা কনবনা লৈবাং মখোন খোকথিদ্রে,
"থংলেন মাঞ্জ লেঙংকএ" লৈরাংশিংনা কৌহৌদ্রে !
—"লোইবী চিংয়াং লান্দুনা লমদম তাম্না লাকপনি,
ইমুং শোইবা ব্রারকপা লৈরাং নম্মুং লাংগীনি।
শিঙেঙন নাক্তা য়ৌরগা লৈরাং নংনা কৌদরে,
লৈরাং পুক্লিং হোঙঙম্মে শিঙেঙন নবক খংজরে।
মুজা পুকচেন য়াংমল্লি কনায় পুকথিন খোন্ননো,
মুরা মাগী নয়াথং কবি হোযা ফবনো।
লৈরাং নংগী মিৎয়েংনা খোইমু অমুক ব্রাবনি,
শিঙেঙন নংগী খোং-ম্না খোইমু লাইথুং শকপনি।
মুম্না তৌনি খঙঙ'দি খোইমু লাক-অম্মোইদনি,
মুরা নংগী কাদদি লোইদাম কুইজরবনি।
মুজা পুক্লিং খংদনা লৈরাং শকখংনরুরে,
'তমগী খোইমুশিংতুগী লৈরাং ওইবী! খংজরে !!
লোইবী চিংজাও থক্তম্মু লৈরাং থম্না শাংলিদো,
চিংগী লৈরাং উ-থম্বান 'খোয়না থম্বান মীরাইদো।
মালং পাওজেন চিন্দগী লৈরাং নমিং তাবনি,
লৈরাং লৈহি ভাইরকপা কোরৌ কয়া অমনি।
শকহেনবীনা লিন্দাওবী লৈরাং পুকচেন শেংদবী,

খোইমুই পাপ্তি পুহোরো তমগী লৈরাং মীনম্বি।"
—চিংজাও খোইমু শাওতুনা থংলেন খোংকাপ থাইথরে,
লৈরাং ওইবীশিংতুদি মতাই মৈনা মম্মুরে।
থাতুনগা লৈবিডৈ লৈরাং থগাই শোকখ্রে,
শিঙেঙন মমাই হায়গৎলে খোইমু য়েংনা কৌরক্লে।—
—"লোয়ুম্বও! ভাইবিখো, লৈরাং মপাও হংবিগে,
ইতা কনাই মকাদা খোইনা য়েৎচরবগে?
খোইদাদরে লে'বিখো খোইমু কনা থাম্বগে?
মাঞ্জ করি খন্দুনা পুকচেন শেংদে' হায়বগে?
খোইমু সংগ ফববু লৈরাং ইথৌ লৈবরা!
'ইতা' কোলোই শক্কেদি থংলেন পাইবিরকপরা?
লৈরাং ফ'দে হায়জদে কনা' থাংলি হায়বগে,
লৈরাংশিংবু পন্দুনা করি লেন্ন-বিবগে।
লৈরাং তরা স্থবদি খোইমু মরম চৎনিদো,
মুজা লৈরাং ঐখোয়দি লিচৎতুদি পামদেদো!!
ইতা শিঙেঙন উথম্বাল লোইবীথক্কা ওংবীনি,
লৈরাং মউ চাওবনি তলা মশা লিংবনি।
শিঙেঙন লাইনা খাংবনি খোইমু ময়াম তোংবদি,
মুজা পাঙ্গন চাওজদে লাইজ থম্বান ঐখোয়দি।
ঐখোইদদি তম্বিন্নু! ইতাশিংগী লীচৎতি।
থাঙাংতুদা খংজরে শেংদে হায়বা পুকচেন্দি!
তাংজ লীম্না তৌবগুম ইবৈ অনি সুজদে,
তোর্ব্বান হমক্রু লৈগুম্না 'খোয়বা ঙমদায় ওইজদে।
থংলেন হায়বিগন্নুদা মুক্কা তাবা হৈনদে,
থবুক শেংবা খোইমুদি মীবু মাংত্তি নিংগন্দে।"
—"লৈরাং অতু হায়র'দি শিঙেঙন করি'দমক্লো,
খাইমু ঐবু উবদা—লৈরাং করি নত্তৌনো?

নোংমা মুনিং অমতা ইমিংসিনা ছখিদে,
ঙসি নংগী শকক্ষমদো ঐবু করি কৌরমদে।
—"থংলেন তুগীদমক্তা? মাঙ্গ খনবিরুগনু!
মুজা কৌদে হায়ত্নুা খোইমু রারোবিগনু!
লৈরাং মাগী খনবদা থগ্নোয় মৈগুম শাখরে,
ইন্দু কৌবী ইত্তাদো, লাগুম লৈগুম কাখরে।
'খোইগী ইখোং অসিদা তুখি জ্জানবু মাংহুনা,
পলেম পম্নৌ অমিনা পুখি মাবু পোঢনা।
মাগীদমক খনবদা থংলেন! করি হায়গনি,
মাঙ্গ উরম্লবদি থংলেন কপথরগনি।
× × × ×
খোইমু শাগল কনবনি মাঙ্গত্নক্সু থেংদরি,
খর লেংসিনবিরম্মু খ্বাইম্ম ওম্না লৈনরি।
লৈরাং ইমাই ওইজগে মুরা মাগী কাত্নুদা,
অমুক মাগী মপাওদো তম্বিরম্মু ঐতোন্দা।"
—"শানৌ করি রানোনে খোইমু ঐদি খংনদে,
লৈরাং নংগা লোইনসি নথং ইদোম চংনিংদে।"
—"মুরা রাথন চাওবিনি মাঙ্গ করি খংদনি,
মাঙ্গ লেংদ-লেংবিয়ু লৈরাং মদোম খংগনি,
খোইমু লৈরাং লোইনবা- তাইবং মীনোক চাওবনি,
খংলেন, নোকুমক্লগা লৈরাং ইদোম ইকাইনি।"
—"মুজা করি রানোদা! লৈরাং অত্নুম খনবরা,
মুরা নপা চাদেদি লৈরাং নংনা নিংবরা।
লৈরাং নংনা হায়খিবা ঐনা করম কাওগনি,—
মবুক শেংদবদনা মুজা ইকাইথিবনি।
নত্তিক চাদে খন্দুনা ঐবু লোইননিংদবোই,
লৈরাং নংনা নিংবদি মুংশি খোইদো য়ৌদবোই।

থর়াই তাৰা মাঙৱু মীমাং উৎনিং-দবোইরে
মুংশিজবা মাঙবু লোইন-ইকাইরবোইরে!
মুংশিবগী রতীদি লেম্নিংবা মথৌনি,
শিঙেঙন লৈপাক মাংদদি পুজনিংবা মশিঙ্কি।”
লৈরাং খোইমু অশুম্না রারি তৌনা লেম্লক্লে।

× × × ×

ইন্দু মাগী মর়ানা ইনুং ঙানবা খংদরে।
মুত্তি খুদিংদগীদি হনবা মতম হেনখরে,
মথং লোইনা থাম্নরে খোইমু ’মতা হন্দরে।
কোরৌ মঙান লাকপদা খোইমু পুম্বা পাইরক্লে,
লৈরাং খুৎনা থিন্দুনা ইন্দুই মাইকৈ তালক্লে॥
ঙরাং মুমদাংদগীনা ইন্দু নমথাক তৌখরে,
মুমদাং তরা তোংলগা পলেম পম্বৌ পিজরে।
তরা লুকফম অমনা খংদ শানা থিঙ্জিল্লে,
লুকফম অত্থু শেম্বদা মুজা রাবা লোমখরে;
চারররোই হায়বদি ইন্দু মাদি খংবনি,
পলেম পম্বৌ অনিদি ইখং খংজদবনি।
মবুং গোপান কৌবদি ঙরাং খোংশানগ্রবনি,
হায়নু হায়না মবুংনা থিংলম্বগী হায়দবনি।
রাখ্রে নিঙোন কাহুদা ইনুং শোইবা কপ্লকই
ঙসি ইনুং ঙানবদা মুজা মদোম থোরকই।
মুরা মুত্তি কাইবদো মমাহুনা উরুরে,
“ইমোম ওইবী কৈদৌরে” মুজা মানা হংবিরে।
“পলেম ইমা ইবেম্মা লোকপান থোংবু চিকখরে”
মুজা মানা খুমজরে—পলেম মাম্মু থাজরে।
লমজাও খোম্না চাকপদা খাম্বী মৈখু মরমদা”

কোরৌ মানা থোকপগুম নোংচুপ থংবা মাইকৈদা,
ইমুং শোইবা কপ্পগী মাইথোং অত্থু ঙাংজরি,
ঙসি ইমুং ঙানবা ফাও শাইনোন অত্থু কংদরি।
উদয়গিরি চিংদোনদৈ কোরৌ মঙান লাকপদা,
পম্থৌ মাঙ্গোন খেঞ্জংলাং পলেম নাক্তি অত্থুদা,
মুরা মাইথোং ইঙাংঙাং থম্বান মানবী শাংলক্লে,
থম্বাল মশক উবদা খোইমু ময়াম চংলক্লে।
থম্বান নাক্তা ইকোই কোই, খোইমু ময়াম ঙংউবে,
মুরা মপাও খোন্দুব্ তক্লা তক্লা হংউরে॥—
"চিংজাও খোইমু মকুপ শা! ইন্দু লৈরাং শোকউনি,
লৈরাং মপা লৈবিনি, মুজা মবুক মুংশিনি।
মাগী 'রাবা হংবিরি—'খোইনা করম থাজনি,
চংউমু লাও! থোরকউ! খোইমু মীতা চাওবনি"
খোইমুশিংবু উরগা ইন্দু থম্মোয় চাকখিদো,
অনা থাংবা শাত্থুনা ইন্দু রানা কপখিদো!!

# তশুবা পন্দুপ

১

—"লোইবী থক্তা তোংইবা তমগী খোইমু লৈপাম্বা,"
মালংবনা হংলক্লে—"কম্বা লৈরাং থিরিবা,
লোইবী থক্তা কাহ্নবা পামেন মশা শেত্নুনা,
নংনা কাবা পামেন্দা লৈরাং শক্তি উদনা?
লোইবী তুগী মথক্তা কোরৌ থক্তা নেম্নেম্না,
অতৈ পামেন কয়াদা—তাংলবদি লৈরাংনা,
কদাম্বদি লৈনুংশি শঙ্গী-রৈন চিংহুনা,
অশং' মনা থক-তুদা অঙাং অঙৌ মচুনা,
শক্না কয়া ফজরি চুনা কয় নিংথিরি,
শাংলি হায়বা উদবা লৈরাং কনা থিজরি।"
মালং মরা তাবদা তমগী খোইমু থুম্নকই,
লোইবী চিংয়াং থক্তুদা লৈরাংগুনবু থারকই:—
"তাবিয়ুদো মালংবা লৈরাং মাগী গুনদো,
মনা শংই হায়দনা মাস্থু মচু শংইদো।
মমাম্নবা অতৈনা লৈরাং নাপন তৌইদো,
শিঙেঙন মপুং ফারগা ঙাংনা ঙৌনা শাংথিদো,
মনায় মচু মান্দেদো শিঙেঙন তোপথোরকইদো,
জাতি-কুচু কাইদবী লৈরাং মাবু পামজেদো।
শিঙেঙন কুচু হোংদবী লৈরাং মাবু থিজরি,
লৈরাং মাগীদমক্তা লোইবা থক্তা কাজরি।
মপা লৈত্তে লৈনমস্থু শিঙেঙন কোলোই নিংথিজে,
লৈরাং চিনি চম্প্পাবু খোইমু ঐনা মুংশিজে।"

মালংবনা থুম্মকই "মাহু ইচুম—চুম্বনি,
শিঙেঙন থুত্তা পাইরগা পুক্লিং পেনবা মসিম্নি,
লৈরাং মনম তাবনা খোইমু থমোই লাওডবোই,
লৈনমহুনা গুাওহুনা শিঙেঙন মাবু থিরবোই।"
লোইবী চিংয়াংহুদগী মালং খোংকাপ ব্লাইরকলে
খোইমু মাগী মবুক্তো তম-বু তম্না শক্লক্লে ;—
"তমগী খোইমু লৈপাম্বা লোইবী লাম্না পাইখিবা,
লৈরাং মাগী লোইনবা! পায়ম-ফবা মুংশিবা!
খোইমু নংগী থম্মোইনা খাম্বী মৈতান ওইখিবা।
পাখং নংগী মৈহুনা লৈরাং কাদা চাকহোবা।
লৈরাং ওইবী থোরকউ য়েংহৌ খোইমু মাইথোংদো,
লোইবী থক্কী পামেল্দা লৈরাং নংবু থিরিদো।
লোইবী থক্তে য়েংবদা পোইরৈ সংনা উখরে,
অতৈ উপান নাপীনা মৈতৈ পুমকুপ কুপখরে।
চিনি চম্পা লৈরাংও শিঙেঙন মনম থুংহোরে,
লৈরাং শকতি উখিদঃ খোইমু ইন্দ্রি কংহোরে।
খোইমু মাগী তেংথাখোন লৈরাং তাজহোরো লাও,
পোইরৈ শৈশক ওইনদি খোইমু রাংনা রাংনা লাও।
মালং ঐনা পুরকই লৈরাং নংগী দমক্কি,
খোরকউনে লৈরাংও মাঞ্জ মাগী মপাওনি!
খোইমু মানা হায়হোবা তাজো লৈরাং তম্বিগে,
তারো তারো অসিনি লৈরাং করি খনবগে :—
'মুজা ওইবী ইবেম্মা লৈরাং নংবু করিনো,
করম লৈকা শেংতুনা খোইমু পুফদবনো!
চরৈ ফীদি ওইহুনা করম শেংফদবগে,
তরেৎ সেঙ্গা শকতুনা করি লোইনফদগে!
চেক্লা চাদি ওইহুনা খোইমু মাইকৈ পাওংকও,

পোইরৈ তুংওইনদুনা নপাম লম্বী হংলকও !
লৈরাং নংগী দমক্কি লোইবী রাংমা লাল্লসি,
সম্ খুৎশমনদুনা ইমান খুবম থিরুসি !
খোইনৌ নমান্নবদা মাঙ্ঙ ঐবু লেম্নজো·
নত্তাশিংনা হংল্লগা নথংলেননি হায়নজো !
রাংলেন পুংজা অমতা লৈবাং থান-ঙমদবা,
লোইদাম কয়া কুইনদি শিঙেঙন নংবু কাইনবা !
লমদম তান্না লৈহৌবী ! লৈরাং নংবু রাহৌবী !
শিঙেঙন লাইবক চাওরবী লৈরাং লমজা ওইরবী !
লৈরাং ! লমদম অদুদা নংগী কনা লৈবগে,
শিঙেঙন কবি থন্দুনা লৈরাং লৈহৌরিবগে !!
লোইবী সিমা লাল্লগা লৈরাং লমদম উবনি,
লমদম অসি থাদুনা খোইমু কবম পাইগনি !
তাংলো লৈনা খেংলক্লে লৈরাং ওইবী লৈহৌরো,
অমুক হন্না উথ্রুরোই, নুজা ওইবী য়েংহৌরো !
নপাম লৈকোন য়ৌনবা খোইমু ওইবা পাইরগে,
লৈরাং নংবু নাওয়োকপা মখোই কাদা তমমগে !
নংবু শেম্বে কাদুদা খোইমু খোইরা ওইরুগে,
লৈরাং নপাও হংলগা ঐবু করি খুম্মুগে !!
মরুপ মপাং গিরিক্লা লৈরাং নংবু হংগনি·
'দুদা নংগী নপাওবু খোইমু করম তমগনি !!
হন্না হন্না' কৌবমগে লৈরাং নংবু লৈহৌরো ;
লৈরাং নংগী লৈকোল্লুং শিঙেঙন নদোম শাৎহৌরো !'-
চিংন্নুং চাদি নোংগৌবী ইঙাই-থকপা চেক্কুম্না,
রাশা ফম্বে থক্কা-তোং লাইজ্জ মাইকৈ য়েংদুনা—
লৈরাং নংবু থাগৌই কোলোই-নমিং পল্লোই,
নংগী মাইকৈ পাংদুনা খোইমু মানা কপহৌই ।।"

—"থৌনাইদবা মালংবা মীরা পুবা খোইজংবা
নারা মবুক য়াংবদা করি পাওদম হৈবিবা!
লৈরাং খোইমু অনিগী থম্মোয় অনি তুতুনা,
মালং করি শিংলিবা অতং অথম লৈতনা!
নংনা সুম্না তৌতুনা লৈরাং কয়া মাংলবা,
খোইমু ওইবা কয়াগী শাগন কয়া তেক্লবা।
চিম্ফেল ফবা নংতনা ময়াম অসি মাংহল্লি,
অমদ'মা হেক হায়দো নাকোং য়াইবু চিহল্লী।
তাদবসু তানবা উদবসু উৎতনা
নংনা সবা শহল্লল্লী তাদনিংঙাই লৈতনা!
শিঙেঙন চিনি চম্পাও লৈরাং নাকোং মেন্সিল্লু,
মালং মশক যেংউন্নু মুজা নমিৎ উইসিল্লু।
তাদ ওমদ থোক্লসু পুক্লিং হাক্ল চংউন্নু,
পায়ম য়াথন তৌজখো মরা লোকুখিগমু।
মুজা মপোক-থিরবী লৈবাং লাইবক চাওবিনি
নংগী উকন তাংইদো লৈবাং মিংথোন থিগনি!—
ওন্থোকপনি থঙ্গোম্ব লৈকম লৈশক খংউবা,
মাতু খংদবদগী মাঙেঙ-নগুন অপুম্বা।
নংগী মিংচৎ নিংথিবা পাম্মুই মাংহনগনুবা,
নংগী তাংল-মিংচৎনি খ্বাইনা লুনা তৌনবা!"

২

গোপান কৌবা পাখংদো মীরৈপাক্তা চেনখরে,
অহিং অমা নুংথিন'মা নোংম্র-মপুং ফাখরে।
"কৈনো কৈনো!" হায়নরে গোপান হঞ্জিল্লক্লরে,
মরুগ মপাং হংনরে খংই হায়বা য়াওদরে।

মাগী মরুপ অথোইবা, লালা তন্না থিরুরে,
মমা মপা অনিনা লালা মন্না হ'লক্লে ;—
--'পারি লালা ইবুংঙো ! নতাও থোংগুন খংধরা
ঙরাং নুমদা'ন্নাইদগী গোপাল লোইনদবরা ?
পারি নংবু খংবরা নতাও লৈরমগদবা,
মাংলম চংতা নুমদোদে মরুপ কনা লৈরিবা ?"
ন্নাবম থসি তাবদা লাল ঙকপা লোইখরে,
মাগী ন্নাখন অতুদা "শোইদ্রে" হাযনা লেপখরে।
চংবা নুমিৎ খংহৌদে—মবম ছুদি মখংজে,
পল্লেম পস্থো অনিদা খ বা খর-তু হায়জৈ।
হায়বা যাদ-মথৈদি লালা পুক্তা থমখবে,
ন্নারম অতু তাবদা অবৈ মখৈ থন্নরে।
মশোইদরে হাযবদি লেপ্পমক্তি ঙমদরে,
সিগী ন্নানখিবনা ন্নাবনবু লোইনরে।
লালা মাগী চিন্দগী ওইবা য়ারে থন্নরে,
হেকমক উহৌবা তশেংবদা মন্নাংলে।
তক তশেং খংবদি মচন ইন্দু মাদনি,
মুরা মচিন অতুনা খংগ করম হায়গনি।
খংদবগুম লৈখরে ইন্দ্রি নুংদা ন্নাখরে.
অরেম্বদা থিনরে গোপান ফংবা লৈতরে।
উই-খংই-হায়বসিদি কনা ময়াওখিদরে,
উনা অনি লোন্নবা শেৎন ফাক্না য়েংনরে।
তাদ পুন্বা তারক্লে খংদ-মথৈ খংলক্লে,
গোপান মাগী মন্নাদো লৈকাই সন্না সল্লক্লে।
লৈপাক ন্না-ন্না লাওরক্লে লৈমা নিংথৌ য়োৎখক্লে,
তাহননিংদ কোঙ্গাইনি ছুমু থিংবা য়াদক্লে।
তাইবং মীগী হৌনবা মীরা ঙাংবা হৌরক্লে

নিংথেম ময়ুম পুম্বনা মবম খিবা হৌরক্লে।
পুংজা পুংজা খুদিংগী অম্মুম অম্মুম তাখক্লে,
অফবনা কোঙাইনি ফত্তবনা মহেক্লে
নোংমদগী নিনি সু, নিনিদগী হুম্মিনি,
"গোপাল সোইদরবনি মযাং চেনখরবনি।"
মঙা তরা তানবে চৎপা, থিবা তাবক্লে,
মতাং অসিমক্তদা নিপা অমা খুঙঙবে
হাওগী লম্মু অমনা মরা সুম্না তশ্মবে,
"চুমই গোপান চৎখবে ময়াং লৈপাক তখবে
'পম্বৌ য়াথং পুতুনা মালুগ্রামদা চৎপনি
অতৈ চৎপা য়াদবে লুব-থবক অমনি।'
সুম্না দৌনা হাযরম্মি গোপান মথৎনদনি
খন্নতুনা কান্নরোই চৎখ্র ইশেং-শেংবনি।"
ঙরাং নহান মখৈদি থোইনা থাজনবমদে,
কনা 'মনা অমা হায় 'ইল্লকঅবোই' থাজদে।
গোপান হাযবা অঙাংদো লমমু অতুক হেঙ্গদে,
মরমচৎসু নিংথিবা মীনা মাবু তাংদে !!
গোপান পোকপী মমাদো সমমম ওইনা মমখরে,
মচাইংদমক য়াবনা নোং-খোংগুমদি কপখরে।
"ইমাইবুংঙো নগাকপু ইম থাজকদেকে,
লৈরমগনি মনিংউই নতাও নম্না লৌদেকে।
পম্বৌ মপাও থিবগী য়ারা-য়াবৌকরবোই,
পলেম লৌশিং থেনবিবু পারি নংনা শাওখ্রবোই।"
গোপান পোকপী মমাদো কোইনা চেন্না কপখরে,
পাবি তরা সুদেদো য়াবা পতান লোমখরে ॥
পম্বৌ যাত্রা কৌবদো য়াম্মু লানমু ঙাংদরে,
মচায়দমক খন্দুনা উতুপ তা গুম লৈখরে।

মরুপ মপাং অপুম্বা তরং লাইজ সিম্বরে,
পলেম পম্খৌ অনিগী মতৌ য়েংবা ঙমদরে।
লৈরাং ইন্দু কৌবিদো, রাবা খর পোৎথারে,
ইন্দ্রি থুংদা চাকপদো মপান থোকপা ঙমজরে।
পলেম পম্খৌ মাংত্থুদা নুজা কপপা য়াজরে।
নুজা মানা কপ্লম্বা হান্নৈ ত্থুদি রাখরে,
মবুং-মৈনা চাপ্লকপা খাংবা ঙমদ্রে-মতমদা,
নুরা মদোগ ত্থুগিন্না চংখি নিঙোন কাত্থুদা,
কাংথোন য়াইবি পাবন্তক নুরা শাংবা য়াত্তাইদো,
মোলাং ত্থুবু কোন্দুনা নুজা লন্নাই কপচৈদো॥
পলেম পম্খৌ হৎত্থগা—“লোকপান থোংবু চিকখরে,”
খুম্মি নুরা মহাক্না, “লোকপান থোংবু সাখরে।”
ঙসি কোরৌদগীদি অরাবত্থু য়েন্নরে,
কপ্লে মনিং ত্তৌজরে রারে মিপান ত্তাংজরে॥
গোপান মাগী মরানা পোইরৈ পোখানরক্রে,
লৈম নিংথৌ কুমত্থুনা রাফম পুম্বা হংনরে।
থিজিন-থিজিল্লুরগা ইকাই নুংশি য়াম্নরে,
পম্খৌ যাত্রা কৌবদো নোংমা নোংমা শাওরক্রে।
লৈপাক পুম্বা তাবক্রে নিংথৌ নাকোং যৌখরে,
নিন্দা ত্তৌবা হৌনরে গোপান চুমদে হায়নরে।
নিংথেম ময়ুম পুম্বসি মৈ-থাবগুম হৌখরে।
নুমিৎ নুমিৎ খুদিংগী ইকাইববু হেঞ্জিল্লে।
গোপান মীচং লৈরক্রে পোইরৈ অম্বুক চাওবদা,
তারে লোইনা হৌজিক্তি দোষ পুম্বা মহোম্নদা॥

৩

লৈরাং মাবু থাবদা লাইশং ময়া সনারৈ,
শিঙেঙন মমানবদা পুখ্রি মপান কবোকলৈ,

মতৌ সুম্না শীংথানৈ চাওনা ফজৈ নিংথিজৈ,,
মওং মতৌ য়েংবদা চুং ফিরান মচাজৈ।
মাইকৈ ঙানবা লৈরাংনি লৈকোন নুংদা হৌবদা,
লৈরাং মানা শাংপনা ইংবা-মেরা থাহুদা
হরি মন্দির ঙান্নরৈ পোইরৈ শৈশক পন্নরৈ
সনা কোলোই লৈতেংবী সনা মচু মানবা লৈ,
লৈরাং চিহলাও থিদবী পোইরৈ থংনা শাংনরৈ,
সুমাং কাদা হৌরগা লৈরাং থেলোং ঙান্নরৈ।
অথোম্বা স্নারৈগুম্বী নুরা কাদা শকচগে,
থাবনসনা হায়বীদো লৈরাং সিগা পাজগে॥
কুচুনসু ঙাংঙানা মাইথোংনগ ইচোন চোন,
সম্লাংনমুক্ জুম-জুম লাও মিংমৈনদি ইকোন কোন।
ময়ুং-মফেল মান্নবা তেমপেং চেংপা চরৈগুম,
শাবান অহু য়েংবদা ফুন্দ্রেনদি খেংপা গুম,
খ্বাংনা ঙকশম তোংদম তা নোংশা চরামনবনি
পুংনফবী শাওংনা নুরা মাগী ফীবমনি
কুচু মৈগুম লংবিনি সঙ্গী মৈতান চাকুম্মি
থাবনসনা হায়নরি সনা ফুদোংবগুম্মি।
নুরা মঙান কনবদা কোরৌহনবা মশেকনি
তরু-তরু অয়ুক্কী হুন্দোরকপা নুমিৎনি
সনা-সনা চুরবী থাবন সনা কৌবিনি,
লৈরাং সনারৈগুম্না চুম্না ফবী মহাক্নি—
নুবা চিন্না হৈঙমদা লৈরাং খুৎসু য়াওফদা
ইকাই নুংশি য়াম্নৈদো ইন্দ্রি নুংদা চাকইদা
সরেন নোংশা অমোম্না সারং নুংদা তাখিদা
থাবন মাইপোং লাংসিল্লী য়াদ মতাং থোকখিদা,
পোইরৈ লমদম অসিদা মাগী করি ম্বাত্তেদো!

লৈমা কাদা হৌরগা নিংথৌ কাদা রাংইদো
নূরা শক্ম রাত্তুনা লৈরাং করি মাইথিবা,
মুরা গুনসু তোঙ্গনা শিংঙেন করি পাওথোকপা !!
মুরা চিন্দা নোকসিল্লে মতা কাদা লাইথোকই,
লৈরাং মাবু উরগা মতা লুপ্পা ওলাংই।
পোইরৈ লৈপাক অসিদা থাবন ইন্দু হায়নৈদো,
হন্দক গোপান কৌবদা থাবন মমাই থিরেদো।
নূরা অনি হিদাম্লে শক্বী খন্নরকপদা,
লৈরাং অনি লাম্বানি পানা-পানা লেপ্পদা।
থাবনসনা খনথরে "ইকাইজেদা ঐহাক-তো,
নূরা মাগী মমাংদা মচন ওইবী ইন্দুদো।
শকত গুন্দা চংথোনবী ইন্দু মাগী মবুংনি,
পোইরৈ সনা লৈপাক্তা করমদোনা চৎকনি !
খল্লোই হায়বা ওমদেদো থাবন কৌবী ইকাইদা।"
মুম্বা মওন মওন্দি খল্লে থাবন মবুক্তা !
বিধি কৌবা লাইত্নুনা লৈরাং থাফম শোইবরা
পলেম পন্থৌশিংত্নুনা সিগী পাপ পুগদরা !
খোইমু লৈরাং ওইবগী মাগী মাগী দোষরা,
লৈপাক নিংথৌ পানবগী বিচারনা শোইবরা ?
শৈশক পানবা নিপানা য়েকপা খোংপা শোইবরা।
ভাবোক কাংবু ওইবনা মিৎয়েং নাকোং লেপ্পরা।—
রায়েম সংগোন শাবনা মৈতৈ পূম্বা নিনখরে,
গোপান মাগী মরানা পোথানফম ওইখরে,
কনা 'মনা হায়রকই—"ইন্দু মহাক থক্কৌনি,"
অমনা হায় "মাত্থ নত্তে চুম্বা চৎচথিবনি।
গোপান মীতা অমনি য়ুম-পানজরোই হায়বনি,
শেংনা থাবনসনাবু পামদববে চৎপনি,—

নওে—নহোয় খঙেঙাইদা ইন্দু মশক উবরা উদব্রা,
লাগুম লৈগুম কাখরে মায়-দমক্লি খংঙব্রা !—
লাল্লে মবুং ওইৰগী চুম্নদগী ব্রাবনি,
ওইথোকতবা থবক্লি নচিনত্থ নোংরোক তানি।—"
তাৰা খংবা ব্রাফমদি কনা 'মতা য়াওনদে,
মীওইবগী হৌনবা অখংবা ঙাক-ঙাংনদে'
শাবা ঙাংৰা ভাবনা সিনা শরুক 'য়াম্বনি,
মীদা থোকপা লীচংপু মী ঐখোইনা ঙাংৰনি।
চুম্বা কোংগাই অমনি শোইনবস্থ ময়াওই,
চুমদ মখৈ মুংচখি অচুম মখৈ লেপহৌই।
মুমিৎ শাংবুম কযানি লোইদাম খর ওইরক্লে,
মথং-মথং অপুম্বা অস্থুম-অস্থুম চৎলক্লে,
ইন্দু থাৰন অনিদো ব্রাবা মরা তিন্নদে,
থাৰন সনা কৌবীদি অপাম মুংশি মৈকন্দে
নূরা মাগী থমোইদা ইকাইবনা হেনখরে,
মীগী মীরা তাৰদা পুক্লিং য়াম্না ওনখরে।
খোইহী' হুবু ওনখরে পাখং মাগী কাত্থদা,
ফজদবা ব্রাঙাক্তা য়োরে থাৰন নাকোংদা।
লৈরাং মাগী কাদদি মিতাবনা কয়ানি,
শিঙেঙন কাচি থাত্থনা হেকওমদবৈ তৌবনি।
তাদ-খংদ-ব্রাঙাক্তা পংহায় হায়জিন্নখরে,
গোপান কৌবা মহাকপু ঙম মখৈ হুপ্পিত্রে
নিংথেম মযুম হৌত্থনা ব্রাগী মরূ থিনরে,
গোপান য়াদে হায়ৰসি মমৈ থংদ খংনরে,
মাগী হিরম শারুবা নিংথেম ফাওবা ইকাইরে,
নিংথৌ মচিন মনাওস্থ খাইবুং খাইবুং তৌনরে।
লৈপাক ঙম্বা অশিংবা মন্ত্রিশিংনা তাইশিল্লে,

ৱিংথৌ মচিন মনাওগী পুক্লিং চেৎনা ফাজিল্লে।
মতিক চাবা থিতুনা থাবন সনা লুহোংখ্রে,
হয়াও কুম্মৈ তৌতুনা লেন্নবগুম লোইনখ্রে।
যাত্রা কৌৰা নিপাদি পুক্লিং য়াম্না নুংঙাইত্রে,
গোপান মচা হাক্তক্কী য়াঙাং মমাই পাকখিদ্রে।
"সনা হাক্তক অসিগী গোপান তোকচরবনি,
পোইরৈ লমদম অসিদা কয়মদৌনা লাকখিনি।
মপু মচা কৌইনা, য়াখন তৌবা হৌনৈনা,
চোপহনফবা মচায়া" ঙাংনৈ লৈপাক পূম্বনা
যাত্রা ইন্দ্রি কংখরে মাগী মীচং য়াওদরে,
কৈস্মু গতি লৈখিদ্রে মচাদবু শাওখরে!
গোপান পোকপী মমাদি লৈফম চাফম খংখিদে,
মচায়দমক য়াৱনা পি-দাবনা নোংদামদে।
মচা কায়নৈ য়াসিয়া মমাই থিবৈ খনসিয়া
খনখ্রে—"পিবা পোকপগী মুংঙাইবদো অসিয়া?"
থৌতু অনি ময়ক্তা হাবু ওনবাগুমখরে,
মচা কাওগে ঙমদরে মতুং ইনস্নু য়াদরে।
য়াবা শরুক ওইখরে বুদ্ধি লাম্বা ফংখিদ্রে,
সিগী লায়না ওইরক্লে তয়া চাবা য়াখিদ্রে।
মমায় ওইবৈ হৌনবা মচায় মৈতু থুংখরে,
থাবু লৈচিন কুপ্পগুম নোংম নোংমৈ চাকখরে।

৪

হংঙা লাওবা খোংফমদা তাইবং মীশিং চন্নকপা,
লৈকাই ইমায় খোম্লাংথক মরুপ মপান চায়কপা
মমা ইমা লোইনরক মাবু ঐবু পোতুনা,
হৌনা সমু থক্তুগী লাক্লবা লোইননা॥

চরৈ ফীজেং তমখ্রিবৈঙ তাইবং মীরোন খংখ্রিবৈঙ;
তিম্নরকইবা মরুপ—মী মাগীদি নরাবৈঙ,
লৈরাং থিবা চংমিন্না হৈরাং চাবা কোইমিন্না,
হৈরু কাংজৈ পায়থুনা নহাবৈঙ শান্নমিন্না;
অপাম নুংশি খংলকপা লৈরাং খোংগুন লীরকপা,
হৈকোন লৈকোন চংথুনা চেক্লা চাগুম পাইরকপা,
তিম্নরকপা মরুপ্তো পায়ম নুংদা কাওনদে,
করিগুম্বা মতমদা "মাবু মাঙেঙা নিংনদে।
চেকসিন্নকপা কা 'মদা মিত্তা পিবু তারকই,
করি লৈবগে হায়বদা হন্থবনা হান্নকই।
মরুপ মাগী কাথুদা পুক্নিং চেৎপা হেন্নকই,
অরুবা গঙ্গাজোন—গুম মন্নুং মপান উ-ঙমই।
পুক্নিং রাখন লৈমথৈ ঙমজৈ লোইনা হায়দোকপা,
ইকাইজবা পোকুদে লৈতে চাওথোক খোংতোকপা
ঙাংথোক-ঙাংথোক্লরগা নুংশিবথুম হেন্নৈ
রাঙাং শাঙাং অপুম্বা ইমান অথুম মমান্নৈ।
থাংম-থকী মকপ্তে হেন্নৈ ইকাই খুম্নবা,
নহাঙৈগী মকপ-তৈ রাংলি নুংশি মুংওনবা!!
পোইরৈ অস্নুক চাওবদা লৈত্রে যাত্রায় মীচংবু,
মৈতৈ মীপুম থুদিংনা নোক্নরক্লে মহাকপু।
মপু কাদা কাইবগুম থোকখি মতা অমতং
মাবু রারৌ পুকলোগুম উথি খ্বাইনা অমুক্তং।
অঙম অথৌ 'য়াম্বা কৌনিংদ্রে যাত্রা উবদা,
মীনা উশিংলক্তরে মচা মনাই ফাওবদা।
অস্নুম অস্নুম তান্নকলে সনা ক্লোন্নুং কাবদো।
অত্তোং অরেম ঙইবনে মৈতৈ কম্নাই মরক্তা,

অকাইবসু লৈখিদে লোইশং মাগী মমুংদা।
মপু কাদা তমসিন্নে মাবু হুনবা য়াওরক্লে
মাগী দোষ মথৈদা পুথোক্লবা হৌরক্লে
নোংমা নিনি মরক্তা ফনা চরন থুরুমখি।
অতৈ মতম পুম্বদা চিন্তা ওইনা লেঞ্জখি।
"ঐনা পোকপা ইচাবু ঐনা হায়বা ইন্দরে"
সিগী মুংঙাইতবনা মঙন মঙন খনখরে।
"লৈপাক অসুক চাওবদা ঐগী হায়বা লৈতরে,
ঐগী থবাই ওইরিবা মপু কাদা লংজরে।
লৈপাকসিদা লৈহুনা কনা য়েংনা মুংঙাইনি,
ইন্দু মচিন মৌপুরা ঐগী হায়বু মখোইনি।
ঐগী তঙঙাই ফদবা অনি সিনা লোইজরে,
ইচা অনি সেম্মগা ঐগী ইথৌ লোইজরে।
ঐগী লৈজ-মথৈ কনায় অমুক খাক্লরোই,
লুহোংঙগা থম্লগে মীঙোন্দা মুক থিল্লরোই।
ঐনা নিংবা থুংজরে য়াওংশংসু লৈজরে,
মায়দমক শাবনি সিনহুম য়াম্না ফখরে।
গোপান কৌবা নহাদো মপোকসিগী লোইখরে,
মাগী অমুক থল্লরোই মপোক অমা ওনখরে।
মীনা হায়র ঙাইররোই থিজরগে ঐমক্না,"
—মমাক থিবা হৌরক্লে রাখল অসি লেপ্পুনা।।
মতম সিগী মমাংদো কিনৈ খ্বাইদি পুম্বনা,
হায়নিংবদি লখানি ঙমদে হায়বা কনানা।
বাংনা শাৎপা লৈরাংগুম লৈনৈ লোইনা য়েংহুনা,
বাত্রা য়াথং ঙানরে মরাং হৌরে লৈপাক্লা।
পিবা পোকপা মথৈনা মথং-মথং হংলকই,
পাথং ওইবা মথৈসু মহৈ-মহৈ থিরকই।

লোয়া কোংনা কয়ানি নাখোং শিংখোং লেংলক্লে,
অয়ুক মুমদাং পুন্নদা মতা অমা ওইরক্লে।
অনি চংখি অহুম লাক, চংখিবগা লাকপগা,'
ফীদা থাবা ওমখিব্রে হায়জবগা চৎচগা।।
কাংবু 'মনা খন্নখি "মশা য়ার-মরোইরে'"
কনা 'মনা খনজখি "মপা য়ার-মফরে"
কনা 'মনা হেক হায় "মমা' ইঙম ওস্থনি,"
কনা 'মনা মথেৎলি—''লুনা থম্বা মচানি।
মশাতগী মবানি মমা মপা চৎনদে,
মানা পামদে হায়রন্'দি নোংমুবগী কায়দে।"
লম্বী কোঙ্গাই 'মদগী লৈরাং ইন্দু য়েংনাখি
নুরা মাগীদমক্তা চাবা থকপা কাওনখি।
শক্তী মেলা ওইখরে পাখং কথেন কাখরে,
শক্তী চুগী লৈজবা ওম্বা মথৈ উৎনরে।
"ঐবু ফজে হায়সম্ন ঐবু নুংশি শোনসম্নু
মচু তাইদি হায়সম্নু শাবান ফজৈ খনসম্নু
সিবু খন্না চংলকই লৈরাং হেকপা শাহুনা,
গোপান মপাও হংবসা কাংবু কয়া অমনা।
লৈকাই মীওং খুদিংনা পাখং মপাও পুরকই,
শিঙেঙন ইন্দু কাহুদা মীপাও কয়া তথ্মকই।
পঙ্খো কাদা কয়ামা চামা থোক্না চংলকই,
পলেম মমা ওইবীদা কাংবু অমা থেংলকই।
মাগী মীগী মগুন্দো মানা মীনা শক্লখি'
থাগৎ থাদ তৌহুনা হৈবা মথৈ ভাংনখি,
অপাম্বনা খুহুমচন মভৌ লাংওন অমনি;
মত্তিক চাবা য়াওাংম্ন লথা কোটি কয়ানি।
নোক্লিং নোক্লিং য়াত্তাম্ন মত্তিক চাদ' কোঙ্গাইমা,

ইতিক চাদে হায়রবদি খংদ মীতা কয়ামা।
শিত্রি কৌবা জীব ওই ঐস্থু মীনি খনবশাই,
ইন্দু কাদা চংলকই খ্বাইগী ইরাং য়াও'শাই।
মপুং ফাবা লোইদামদি ইন্দু থাজ মঙান-নি,
পোইরৈ পাখং অপুম্বা থাজ-ইনবা নোংইন-নি॥
যাত্রা কৌবা অঙম্বা পম্থৌ মঙান হল্লিঙৈ,
মুরা ওইবী মহাক্কী পায়ম-মুংদা চাক্লিঙৈ,
বিধি কৌবা লাইচুনা মুম্না রাখো তমথ্রবোই,
কালেন থম্না খেঙ্গোং-খা থম্বান রারো-ইথ্রবোই।
"ওম্বা নচা পিযুনে ইচা শক্না য়োক্কেদো,
ইচায় ইথৌ ওইগেনে যাত্রা নতেং পাংগেদো।"
পম্থৌ মমাম্নবা অঙম মচা কয়ানি,
চাওরপ থোইরপ ভাংচুনা হায়রবনা কয়ানি।
রাহৈশিংসি তাবদা যাত্রা পুক্লিং মুংশিখি,
থৌদৌ পুম্বা খাংবদা পম্থৌ থম্মোই কাইদৌখি।
সিংজেন খাবা মপাদো লৈবা লাকপা ঙমখিদে,
লৈবু য়াবু চিক্তুনা পম্থৌ চিন্দি থোকখিদে।
মুংঙাইতবা মরমসি মপা মচা তিম্নদে,
নূরা রাধন অমদা মুমিং থাদি উখিদে।
মমচুনগা লৈরিঙৈ মবুংচুগী খনবদা,
ইন্দু চাকপা থেংখ্রে খাই-ইরাংচু উবদা।
পম্থৌ রাঙাং মরোল 'মা মমায় য়াথং কয়ামা
মরূপ মপাং কাংবুমা লৈকাই মীনা লথামা।
মমাম্নবা মথায় 'ঙাং মুরে নীগী জাংমখৈ,
মানা মানা হৈজবা য়োরে হায়নিংবমখৈ।
ইন্দু নাকোং ফুনখরে পাওগী মথন মথম্না,
নরা থরাই চাকথরে খাংজে নাকোং মেন্দুনা।

মচিন ভুম্বা ভাসোম্না ৱাখ্রে নূরা লেংবগুম,
থম্মোই লক্প্য ফাওহুনা ইমু ফীরাক থাইবগুম।
অকাই' কোনগুম মঙ্গীচং-মুংঙাইভবা থম্মোইদো,
মুজা চিল্লি থোকচদে পায়ম-মুংদা থম্মিদো।
নূরা লমচং থংবীদো কনাদস্মু শাওজদে,
শিঙ-কনবগুম কম্মোকই ভাখি সোনাই ঙাংথিদে।।
নূরা লাইবক চাওবিদো মপি তাবা নোংদামদে,
ৱাংলেন মিকুপ অমতা চিম্বান-য়ারি কাংথিদে।
তরা থোংলে মকপই লুক্কোই শেম্নে মহিকই—
"ইবুংহুবু লৈরিঙৈ তরা চেংশীং হেল্লমই।
পাথং মাগীদমক্সি লুকফম অমা থোইরমই,
ইমুং সেবা খুদিংদা ইবুং শরুক তম্মমই।
চরৈ স্মুরে য়াওরম্মি লৈরাং থিরে তম্মমই,
পলেম পম্মৌ সেবাদা পাথং শরুক থোইরমই।
ইমুং মম্নে ওইবদা নূরা মাবু কৌরকই,
পাথং লৈক্যাই কোইরুবা মতম নাইনা হল্লকই।
নূম্না ওইবী ইবেম্মা থোংগী নাতৈ কাংউনে।
ইবুং লাকএ হৌগৎলু চারা নাপোম সৎলুনে।
থোংগী নাতৈ কাংজৈদো ইবুং সেবা ভৌবনি,
মাগীদমক নোম্বনা নূরা ইথৌ ওইবনি।
হৱাও কুমৈ খুদিংদা পাথং মথৌ লাংজৈদো,
চরৈ লৈরাং শেম্বদা ইন্দু শরুক ওইজৈদো।
হৱাও কুমৈ খুদিংদা নূরা ঐনা ইঙ্গথি,
গোপাল লালা অনিনা ইন্দু ঐবু পুবিথি।
ইতা লক্রা তিনবদা মীনা ঐবু তম্নজৈ,
চংপো—খোভোরকপদা হায়নৈ কজৈ মতাজৈ।
ঐগী ইবুং কাইথরে চেক্লা শাগন তেক্লেদো।"

অসি পুম্বা নিংশিংলে ম্নুরা লৈবা ঙমদ্রেদো।
চাদ-কোরৌ য়াম্মক্লে চীম্বান লাম্বা ফংঙক্তে,
মবুং লালা নত্তুনা নুরা সংগ লৈরক্রে
নুরা মাগী সিঙ্গাংনি নুজা লৈবা ঙমখিদে
লালা মাবু উদনা ইন্দু ব্রাবা পোত্থাদে।
লাইজ ব্রাৎপা পুখ্রিদা লেরাং থম্বান হৌবগুম,
থম্বান মাগী কাত্নুদা কোরৌ মৈনা চাকপগুম,
নুরা মাগী কাত্নুদা মবুং' মৈনা চাকপদা,
নোংদোল-লাইজ ওইদনা লালা মানা কল্লিদো।
লালা কৌবা মরুপপু নোং'তা উদ' ঙমখিদে,
পলেম পম্বৌ অনিস্নু নুরা মাদা নৎচদে।
লালা কৌবা মানস্নু ইন্দু উদ-ঙমজদে,
নুরা নাক্তা য়ৌবদা নোংমতবু কাইরক্তে।
পল্লেম পন্থৌ য়াথংনা লোইবী চীং-গুম নম্লক্লে,
নুরা য়ুম্লেপ তম্বগী পম্বৌ মপাও হুক্লক্লে।
"নুজা মাংউ তমখ্রবোই" ইন্দু মচিন থোরক্লে,
হায়নি হায়রোই খংখিদ্রে নিন্দা তৌবা হৌরক্লে।
"ব্রহ্মা হায়বা লাই ভুনা লৈরাং মাবু শেম্বনি,
মুংশি-হৈদে নহাক্তি—লাইদি নংগী থম্মোইনি।
শিঙেঙন মানা পিকলিঙৈ পলেম পম্বৌ কাইনরে,
মীরৈপাক্তি লান্দুনা মরুপ মপাং কাইনরে।
পুংকক মীরোন খংজবে সিনা সুদি লোইদরে,
মবুং শেৎন-মৈদা-কা খাম্বী মৈতান ওইবরে।
নুরা মাগী লাইবক্সে অমুক করি লাকবা,
লাইম-মুংশি হৈত্তেদা বিধি কৌবা নোংদম্বা।
ইন্দু কৌবী মহাক্তি মীঙমদবী শিঙেঙম্নি।
পলেম পম্বৌ য়াথংদা মাইস্নু হায়ঙম দবীনি।

মাই হায়বদি থম্বিখো চিন্থাল-লেংবা ঙমজদে,
মান-হায়নবা মরমস্থু মুরা মাগী নৈজদে।”—
লালা কৌবা নিপাদো থৌহু লক্তা হা—ওল্লে,
মাইকৈ অনি য়েংবদা মাইকে পুম্বা মঙ্গকলে।
কোরৌ নোংমৈ মুমিংতা ইন্দু মপি ত্তারক্লে
লালা য়েংনা হায়রকই, ইন্দু হিক্লা কপ্পকলে,—
“নোংদম ওইবা ইবুংঙো! নচন কমদৌ হায়বগে,
পাখং নংগী কাদদা মুজা করি তমসিগে!!”

৫

কোরৌ শীওবুম কযানি মাগী রাখন তৌজবে
নৈপাকলৈগা যাত্রাগা তৌগদবা লেপ্পরে।
কোরৌ নোংমা মুমিত্তা কাখ্রে সনা কোন্মু'দা,
ইকাই মুংশি তুংওইনা তুখ্রে মপুই থুয়াদা।
নহাঙৈগী মনাইনি সনা বুদ্ধি তৌখরে,
যাত্রা মমাই-উবদা তরাম তরাম তৌরম্লে;
মুংশিম্নবা মনাইবু খুংলাম তোয়না কৌবিখি,
সনা বুদ্ধি তৌবদা যাত্রা রারে উবিখি।
রাফমহুগা চানবা সংগাই-মুংদা পুসিনখি,
থৌগন 'মতা য়াওদম্নে' মপু মনাই উনখি।
কৈথা নোনবা হুহগুম্না যাত্রা লোইনা হংগংলে,
ইন্দু কৌবা মচাগী রাফম পুম্বা হায়জবে,
গোপাল কৌবা মচাবু মনিং থুংদ' কপচরে।
মপু চরন হুমক্সু মাবু প্রেমদি তৌবিরে
মপুই চরন কোন্দুনা যাত্রা মানা তেংথাবে॥
থাখনসনা হাক্তক্কী শাওনবগুম নৈবনি,
যাত্রা কৌবা মহাকস্থু খ্বাইনা থাজব্রম্নি।

যাত্রামক্তু খল্লুরে "ইদোম লংজরবনি,
মীয়াম খুদিং সিনস্থ ঐবু হুঞ্জিল্লবনি।"
মীনা মাবু উররক্লে যাত্রা কোন্নুং কারকপা,
পুংগোই মতম কুইরক্লে মপু মনাই চংখিবা।
কয়া লুবা ৱাফম্লো কনা 'মতা খংনদে,
মতৌ অসি উবদা যাত্রা কিদ'য়াওখিদে।
"মামুক চানবা নিপাসি লৈতে মৈতৈ লৈপাক্তা—।
করি ৱাফম ওইগবা"—খল্লে মবুক মবুক্তা।
লৈপাক প্রজায় ৱা-নত্তে ইত্তোপ তোপ্পা ৱা-ওংনি,
মতম কুইনা হৌখ্রবা মাংলম চংকী ৱাফমনি।
মুজা লাইবক থীরবী ইন্দুই ৱাফমদগীনি,
মাবু পোকপী মমাগী থম্মোই শোকপা ৱাফমনি।
মুরা পাখং ওইতুনা লোইনরকখৈ ৱারিনি
মুংশিরবা মতমগী হৌখববা মতাংনি।
"হৈগুম লৈগুম নৌরিখৈ গঙ্গাজোনগুম লুরিখৈ,
'ঙৌবা ফীগুম পাল্লিখৈ লোইনরকপা অত্থৈ,
মুরা পাখং ওইতুনা লোইনবা লৈ-চবোংগুম,
মুংশিনবা মরমদো থরাই হকচাংনদোগুম।
শিঙেঙন থিরে থিমিম্নৈ হৈরাং তেকলে চাম্নিম্নৈ,
য়েংকা ওইগা ফাংতুনা মুরা পাখং চংমিম্নৈ।
চিঙু লাইথোং খুদিংদা হৈরাং লৈবাং কংমিম্নৈ,
খোয়ুম খুবম খুদিংদা কোইনা থিনা চংমিম্নৈ।
উনা 'মতা লৈরে-কং চিঙু লাইথোং খুদিংনি,
লাইও নোংদম হৈবিয়ু খোয়ুম নংগী নথৌনি।
পাম্মু কাদা য়োৎজগে মাঞ্জ লেংদা থুংজগে,
লৈপুন খয়োম কৎপনা মুজা মথৌ ওইজগে।
কোইনা চৎনা নিজবা লোইমা লোইনা য়ৌমবা

নোক্লা হায়না লোযনবা মুবা পাখং' হৌনবা।
খুঙ্গং খুঙ্গং লান্দূনা মুবা কাংবু শান্নবা,
হৈরাং লৈবাং লান্দুনা পাখং হেকমাই কারকপা
কোরৌ চূপ্পা ফমমিন্ন—ইনুং শোইবা নোকমিন্না,
য়াবা কোঙ্গাই পুমিন্ন—নুংঙাই' কযা ফংমিন্না।
কাইনখরে ইবুংঙো! হৌনমাল্লে লাইনিংথৌ
ননাই যাত্রায় ইবুঙ্গো কাওবা লৈত্রি ইনিংথৌ।"
যাত্রা সনা চরন্দা মথং-মথং নিং শিংলে,
মুজা কৈনা কৌবীগী কোলোইদবু পল্লক্লে,—
মাগী মতাং য়োবদা মপু মনাঘ অনিদো,
মিংকী মখে মযেংনৈ—তুমিন-তুমিন লৈনৈদো॥
শন্নাং কোইককুহনা নোংগাখিবী নুবাদো,
ইকাই নুংশি চৈবোইনা সনা মাংদা লেপ্লেদো,
"পলেম পংৌগীসুখন পাখং মাগী মাইস্থ-য়েং
পোন্দা তাবা চেকলাগুম চেকলা পোমিং কোইনা য়েং
লুদা চংব লীলা-গুম থৌনা ফসী ফঙমদা,
মপু মৈনা কনবনে লোযুম মাংদ লেপ্পদা;
কন্না নোক্নি নোক-ঙমদা খুম্নিংবসু খুম-ঙমদা
মুজা মবুকনিংগী য়া মচিন থোক্নি থোক-ঙমদা।
মোমোন-মোমোন নোত্তুনা নুরা মানা লেপচবা,
ঙরাং শাংপা থম্বান্দি ঙসি লৈকা সন্দোকপা।
লৈরাং পুক্লিং মুনবনা মাইথোং মকা লাম্নবী,
লৈরিক কোইনা তাবগুম সন্নাং মাইথোং কোইরবী।
অপাম নুংশি মাংদা লেপ, নুজা সিঙ্গাং ওইজবী
পুংয়ান লেপসি লেপ-ঙমদা নাকচেং থেক্লা লেপ্লবী
পান-ফবী শাবান্দা চরৈ ফীনা পুময়েং-য়েং,
লুতুং তাবা শগ্লাংনা ভৌবা চরৈ ফীগা-চং,

লোয়ুম মপাও খোন্দূনা ঙাইন-ঙাইন হংজিল্লক,
মুজা পাওথুম থিবদা মুরা খোংবী লৈদ-তক”
মপু সনা সংগাই মুং মাঞ্জ মাগী ওইরোমদা,
মুজা মাস্থ য়াওররে মপু সনা থৌগন্দা।—
“কোরৌ শীংবুম কয়ানি লোইদাম কুইথরবনি,
মুরা কৈনা কৌবিও! কোবৌ নোংগাখ্রবিনি,
থম্মৈং সৌরা তান্দুনা অমং শুংগুমখ্রবিনি!
লমদম তাম্না চংখ্রবী মুজা ওইবা মহাকনি,
মুজা নংনা করম্না লৈরাং নৌনা লাকপগে!
শিঙেওন নংগী কাদুদা কনা পাওজেল্লবগে।।
নথং যাত্রা কৌববু খোঙ্গুন করম খংবগে,
মফমসিদা লৈ হায়বা নংবু করম খংবগে?
মুজা নংগা চান্নবী মুরা নপাও পুজবী,
অতোনসিজ নতানা, নতা! নতুং ইনখিবি,
পোইরৈ লমদম চংলমদায় মতমতুদা ঐখোইনা,
চিংনা য়েংনা কপহৌই হিক্লা হিক্লা মহাক্লা!
ঐখোই ইতুং অদুদা নতায় মপাও তারকই,
যাত্রা কৌবা নথংনা ইন্দু নচা পুরকই।
অদুবৈদো ঙমখিদে মুরা ননিং থুংখিদে,
মুরা করি পামবগে ঐগী কৈস্থ ব্লাংচদে।”
ব্লাখন সোমদা চংখরে সনা খুৎপু তিংথোকখ্রে,
পান-চতুম লৌবদা মিস্না থম্বান মমসিনখ্রে।
সমু ওইরোম থংবনা তরং লাইজ-তৈথোকই
কৈনা ফাগাও শাদুনা পানা চতুম লৌরকই।।
মনাইদমক ব্লাকুরে ঙাহাক পুংজা ঙকউরে,
সনা খুংকী মনাদো যাত্রায় খুৎতা লৈরম্লে!
কৈনা’—মতাতোনসিজ’ অনি সিদা উরম্লুরে,
অনিসিগী লমমদি ইন্দু কাঁদা শিংদৌম্লে।

মপু সনা য়াথংদো—"পোইরৈ ভম্বা তাজোদো,
শিংখিদরে অতুভৈ মুক্তা অনি লমন্দো'
তুগী লমন শকুনা শিংসি ঐখোই' ইন্দুদা,
ঐ সেম্মগে নচাবু পিরো নংনা ঐডোন্দা।"
যাত্রা ফিগাও শাজরে সনা য়াথং ... রে,
যাত্রা হংগৎনিংবস্থ লোইনা তেংনা ... ংলে॥
মপু মনাই তানরে রাখন তৌনা ... ,
ফম্নাই মচা অমদা ইন্দু পিবা যা...'
হংনদৌ 'খৈ হংনবে য়াবে খ্বাইদি ...,
ইন্দু য়াওং ইন্দুনা যাত্রা মাবু লাং... !
গোপানগিনি শাখিবা মাগী য়াওং ...,
লুহোংলগা ইন্দুনা লৈরগনি অতুদ...'
কৈরুংবগী মচানি মমিং নোবো কৌবনি
পিনছুনা লোইনরে লেপ্প লুহোংওগনি
লৈপাক চংনা থাগৎনৈ মীপুম তিংনা ভাংনৈ;
"লাইবক ফবৈ নোবোনা ইন্দু মাবু ফংবনি।
সিপুম্বা লোইরবদা রাংলি থবক অমতং,
"পামই-পামদে" হায়বগী ইন্দুই মচিন-হংবদং!
ইন্দু মহাকস্থ তাজরে মরুপ মপাং চিন্দগী,
নোংম-নোংমৈ রারক্লে মবুক অদো ইন্দুগী!
নোংমৈ কোরৌ অমদা ইন্দুই মরুপ অমনা,—
"মুংশিখোইরোই ইতারোই হংগে রা'মা নতানা,
নুরা পুক্তা লৈবদো নতায় কাদা তাকপিয়ু
পাম্মি পামদে হায়বিনু মুক্তা নংনা খুম্বিয়ু।
পোইরৈ ভম্বা মচানি নোবো কৌবা মশাকতো।
ঐনা হায়না কান্নদে নংনা খোইনা খংডিদো।
খ্বাইদি পুম্বা য়ানরে নংগী মরা মডাইরে,
পল্লেম পম্বৌ য়াওবিরে মপু চয়ন রৌজরে।

ন্নারক্লবী নংনিদো ন্নুরা ন্নাখন তৌবিয়ু
পাখং মাগী কাদনি ন্নুজা শেংনা তাকপিয়ু
পলেম পঙ্খৌ অনিনা ফনা পুক্লিং তামাল্লে,
নতা ওইবী ঐখোইস্নু থঞ্জে তাজৈ, ফমাল্লে
ইতায় করি খনবগে ইন্দু ন্নুরা নবুক্তা
অপাম পামদা হায়বসে ইতা অরেম্বনিদা !”

৬

পোইরৈ লৈপাক অসিদা ঙমদে হায়বা কনানা,
ফম্নাই ফানাই মরক্তা চাউবা হেল্লি সিমনা,
মপুই থৌজান ফংবনা খ্বাইনা ইকাই মখুম্নৈ ॥
মাবু মীনা থাগৎনৈ নিংথৌ লাইবক যুমদিম্নৈ ॥
পুক্কৈ লঙ্গৈ পুম্বসি সিন্নৈ লোইনা মখুত্তা,
নোবো পোকপা মপানা চাওরি মৈতৈ লৈপাক্তা,
লনগী থুমগী মপুনি কুবেরনি শিংথানৈ,
নিংথিজবা নিপানি মাবু য়াম্না থাজনৈ।
ন্নুরা মাগী খন্দুনা সনা বুদ্ধি লেপ্পনি,
“ন্নাৎত-পাদ-নি পাদা ইন্দু পিগে” খনবনি।
সনা হাক্তক অসিদা ইনাক থুনবা নোবো-নি,
মাগী মনাই ঙংলগা ন্নাৎত-পাদা ওইগনি,
ন্নুজা নঙঙক-তানিনি ন্নুংশিত্নুনা তৌবনি।
ফীবমসি য়েংদুনা ইন্দু মাবু থাজবনি।
লনগী থুমগী মরিদা ফৈ হায়বা নোবো নঙে,
মশক মতৌ লমচৎতা মায়কৈ অতৈ ন্নাৎচদে
অঙম মচা অমগী ফজৈ হায়বদা নঙ্গে,
হৈশিংবম্নু লিংজেন্দা মক্কন খুদিং তোঞ্জদে।
পুক্লিং মকপা য়াজদে হায়ব্র-লোইমে মহাক্তী

খ্বাইনা ইকাই মথুম্নে পুকচেন সিগী নোবো-গী ॥
লিংজেন লৈবৈ হৌনবা কাইদে মীঙোন খুদিংদা,
লীংফম সিগী অতোবা, ৱাৎতে থৌজান মাইকৈদা।
অচৌ মচা ওইবনে নুরাশিংনা মীতানৈ,
মরন-নগা লৈবনে খ্বাইনা নোবো শীংথানৈ।
যাত্রা মাগী পুক্নিংদা পেল্লি মাবু উবদা,
নোবো মতৌ য়েংবদা লোইরে যাত্রায় পাম্বদা।
মপুই সনা পুক্নিংনে যাত্রা পুকচেন মতানে,
নোবো মাগী মীতানে ইন্দু মানা ফবনে,
মপুই থৌজান অসিদা থরা কোক্লে যাত্রাদো,
মাইথোং মকা লামজরে গোপান মাগী ৱাবদো।
পম্বৌ থৱাই ওইজবী নোমখ্রে ইন্দুই-দমকতা,
তোখ্রে থৌরাং অপুম্বা লুহোংনবেদমক্ত।
নিপা মযুম কাংবুম্ লোইরে থৱাই য়াওবগী
ইন্দু মাবু পাম্বদা লৈত্রে শিংথানবগী ॥
ইনাকখুনবা কৈকুংবা থোরাং তোবা হৌথরে,
সনা খোংনেৎনরক্লে লুপা ৱাইগুম চাইরক্লে।
ফীগে ফীরাং লেতেং পোৎ হোরে শীংবা শেম শাবা,
য়াথং থাবা লোইনবে—চৌরে ইন্দুই পোৎথিনবা।
পক্ল-ৱাইনা য়েংনরে লোইরে হায়রে পররে,
থবক পুম্বা লোইনরে হোংগদোদা মঙাইরে ॥
গোপান পোকপী মমাদো নোকপৈ মাইথোং হুঞ্জিন্দে,
ঙাংগদ'থৈ ঙাংলগা গোপান থন্দ—ঙমখিদে।
ইন্দুই য়াওং শং অদো মাগীদমক শাবনি,
লৈরি' পোংলম অয়াম্বা মচায়দমক তম্বনি,
মচায়দমক ৱাবনা ইদ্রি 'পুম্বা কংখিদো'
মীকুপ মীকুপ খুদিংগী মচায়দমক কপখিদো ॥
মুজা লাইবক থিবিদো পল্লেম মতৌ য়েং-ঙমদে,

শৈনাইরবী থমোইদো ফান-থম্বা য়াখিদে।
পলেম মতৌ য়েংবদা মমা ওইনা উখিদে,
নুজা ওইবী পুক্লিংদা অতৈ অমা খনখিদে,
মবুংহুগী মৈহুনা নুরা থমোই চাকখেকই
কম্বী থক্কী লেমৈগুম নুরা চোংনা মখাংই।
চিংজুম লাইজ ইফুংথোক হিক্না কয়া কপ্লকই
থিংঙেন লাইজ ইনমখাই মাইথোং পিনা থল্লকই।
নুরা ইন্দ্রি সুং-তুদা মবুংতুবু কৌরকই,
পন্থৌ লুখুম কাহুদা নুজা মাইথোং থমমকই।
মওন মওন খল্লকই চিংনা চিংনা য়েংঙকই।
"পাখং নংগী কানিকো" নূরা ৱাখন তৌরকই।
চিংনা য়েংনা কপ্পনা নুজা সোর ফুনখরে
ইন্দু খাম্বা য়াখিদে তুকথহুনা তাখরে।
হান্না কপ্পা মমাদো অমুক হেন্না ৱাখরে,
নূরা মতৌ য়েংবদা পায়ম-নুংদা থুকখরে,
মাগী কপ্পা তোক্কুনা নূবা মাবু থেমজিল্লি,
পলেম ফৈরা থক্কুদা নুজা মাবু কোঙ্খংলি।।

৭

খোইমু ওইবা গোপান্না কোরৌ য়াম্মে লৈরকপা
মমাই মৈতৈ পাংহুনা য়েংনা লাপ্পা কপ্লকপা।
থৱাই য়াওদ-হকচাংগুম লেল্লি মালু খুঙ্গংদা,
চাবা থকপা চংখিদে খনখি মতম পুম্বদা।
মচন ইন্দু কাইনবৈ গোপান লাইথুং ওইজরি,
চিন্তা মৈনা কাহুনা ওন্না থোইনা খাংজরি।—
"লমজাও খোন্ন-চাকপা-মৈ তাইবং লোইনা মউনৈ,
চিংজাও লান্না নাপোমতুই খাম্বী মাবু মথৈনৈ।

নোংদোন লিক্লা তারগা খাম্বী মৈশা হল্লকই,
ইম্নুং মতম ওইরগা খাম্বী মদোম মুংলকই।
অপাম নুংশি মৈশাও! খাম্বী নংনা চাকপদি,
তাইবং-ইচিক হুনখ্রগা হেল্লি নংগী মৈশাদি!
য়েংউ য়েংউ খুদিংদা তাইবং ইকং ওইরম্মি,
লাইজ-মুংদা কুম্বম্নু লাইজ মৈগুম শারম্মি।
চুম্মৈ মৈনা চাকপনা শাবা হৌনৈ মঙাইদো,
খাম্বী তাংগোই ওইরগা খংনখিদে কোকইদে।
মুংশি মৈনা চাকপদি মৈতান মক্সু ওইফদা,
লাইজনম্নু ইংফদা য়াইবী মক্সু মাংফদা,
মতম পুম্বা চাকইদো পোৎথানফম লৈনদে,
কনা কৌবা মাইবনা মৈচাক কোকউ তম্মমদে।
শানা শাবা মৈসিবু ইংনা শাবা মৈনদি,
করি হেম্না শেম্নম্বা বিধি কৌবা নংনদি।
তাইবং কৌবা অসিদা করি লাইথুং কৌগনি,
মুক-তমথিবা লাইথুংবু কনাদগী লৌরুনি!!
য়েংহৈদবা মৈচাকসে খাংহৈদবা লাইনা-সে,
লৈত্রবোইদো কোক্লবা মাবু ঙম্বা হিদাক-সে!!
মুংশিত্তগী পোকপরা ইশিংদগী হৌবরা,
অহৈ-অসিং কনাম্নু খংবা লৈত-মবরা?
লাইনাসিনা মাংবসে লখা কোটী ওইরক্লে,
পোক-ঙমদনা পোক্লবা জীব কয়া উরক্লে!
পোকপৈ কাম্ন-ফংদনা মাংনা কয়া তোকখরে,
নিংথিজবা লৈরাংশিং মাগী তিম্না চিকখরে?
ওইজ—পুম্বা মাংনরি মপোক মহৈ চাদরে,
খংনা উনা লাম্হোকপা কনানম্নু ঙমদরে!
মকোক ওইবা লাইনা-সে কৌক্লা-লম্বী লৈত্রবোই,

মাবু ওম্বা নিপানি পৃথি' মাইবা পোক্রুবোই।
ইশায় লাইথুং হায়ববু খোয়ুম লাইনা শেম্বরা;
থল্লুম্বগা ওকইদো ইথৌ-ৱাংনা ফংবরা?
ইখুজিনগী ওইর'দি মফম চানা শেমগনি,
ইনিং তোবা মতমদা লৈরাং মাবু থাগনি।
শিঙেঙন মফম চাবদা লৈরাং করি থাদবা,
মুরা মাগীদমক্তা পাখং করি ৱারুবা"!!
পাখং অসি খন্দুনা কপ্প-ৱান লেল্লক্রে—
মালু খুঙ্গং অতুদা মৈতান ওইনা তাখরে!!

× × ×

পম্বৌ'দুগী মচানি খ্বাইনা লোইনা খংনরে,
মপায় মরুপ শুম্বনা ৱারি পুম্বা শাবিরে।—
"পারি গোপান তাবরা,—নংবু পোকপা নপাদো,
মুংশি পুকচেন ফবনি নিংথিজবা মানিদো।
হঙ্গোই-দনা হায়গেকো, পম্বৌ পাখং ওইরকপা
পাখং লাইবক থিখিদো, থোকখি থৌদোক ওম্বোকপা,
ইন্দু পোকপী মমানে নমায় মতা অমনে,
য়াম্না লুনা তিম্নজে নংবু পোকপা নপানে।
সিমিম্নসি ৱাশক্নৈ মা'মিম্নসি তেমশিংনৈ।
খোয়ুম নোংদম থিখিবা—থল্লুবদা পি-তানৈ।
অপাম মুংশি থুংখিদে মুজা পুন্সি তেনখিদো,
মুরা মতম ওইনবু খম্নুং লৈপাক তানখিদো।
নংবু পোকপা নপানা মাঙ্গেম থক্তা ওহ্নৌই,
তিম্ব্রোক য়াংদৌ চোংবগুম পাখং ওইনা কপহৌই,
ইন্দু পোকপী নমাসু মরুপ মৈনা চাকহৌই,

কৈনা কৌই কাইনখি মযাম সিনা রাহৌই।
মালু খুঙ্গং পুম্বসে মৈচিন-তনা কুপখিদো,
কাইনবগী মৈত্নুনা মতম চুপ্পা চাকখিদো।
লৈরাং পলেম কাংবুনি মপু মাগী লেংগানি,
হরাও কুমৈ খৃদিংগী মাগী থৌগন তৌবনি।
থৌদোকসি উবদা মপু মাসু রাখিদো,
মৈচাক অসি কোক্লবা মপু বাখন তৌখিদো,
পাওতাক কয়া পিত্নুনা "চৌনবনি" হায়বিখি।
চহি কুমজা কয়াবু লেনখি পন্থৌ নপাদো,
অঙাও অফে মতৌগুম অতে অমা খন্দেদো।।
মুজা মাগী মৈত্নুনা খন্দুনদা লৈভেদা
সনায় থম্বান তুল্লক্লে পোইরৈ ফম্বান লাংত্নুনা।
পোইরৈ নিংথৌ মহাক্লা পন্থৌ মাবু লোইনখি
'রাবা মৈবু পুডমদা পন্থৌ মাসু ইঞ্জখি।
ইন্দু পোকপী মমানা মতাচুসু কাইনখি,
মতায় মরূপনগসু পোইরৈ তাম্না খোংদাখি,
ওন্না থোইনা কপ্তুনা খুঙ্গংসিদা লৈহৌই,
শিঙম-দবা হৌনবা যুম্লেপ চারা তমহৌই।
লাইবক-থিবী নচন-দো, নুজা মানা পোকপনি,
লমজা মচিন মৌপুরা নংনা খঞ্জিঙ্কবত্নুনি।"
রারম পুম্বা তাবদা রাখ্রে গোপাল কৌবদো,
নৌজরবা থমোইদো তুংবু হেন্না কনখিদো।
পলেম ওইবী কয়ানা মৌপুরাব হংঙকই,
নুরা ওইবী কনানা ইন্দু মপাও তানিংই।
ইন্দু মমা হাক্লক্কী রারম পুম্বা তাজরে,
পন্থৌ পাথং ওইঙৈগী থৌদোক পুম্বা খংঙক্লে।
পোকমিন শামিম্নবগুম গোপান মানা লৈরকই,
মালু খুঙ্গং অত্নুনা মাবু চান্না তৌরকই।

ইন্দু লেংগা ওইবীনা লৈরাং কয়া য়াওরকই
পাখং মাগী লেংগানা কয়া কয়া তিল্লকই ।
পুন্নমক-সি লোইননা গোপান মতম লেল্লকই,
ইন্দুই মপাম খুবম্বু মমিং শিংনা য়েংলকই ।
রারি রাকম খুদিংদা ইন্দুই মরা শানখি,
মানা শানিং-ঙম্বগা ময়ান পুক্লিং চানখি ।
সংসারগী হৌনবা মতম পুম্বা পুন্নিংই,
নুংশিবগী মরাদি লৈ-থাবগুম শোন্নিংই ।
নুরা ইন্দু-গোপানগী নুংশি মরি তৎতরি,
লোইনবগী লংজানা লৈবাং পবেং লেংনরি ।
মৈতৈ লৈবাক হায়ববু কাওবা লৈতে গোপান্না
উচেক'মতা পাইবক-ফাও খৌরাংখরে মহাক্না,
"ইচন মপাও ওইরবোই" পাখং মিৎফম থকচানৈ
পোম্বী 'মনা খোংবদা পুক্লিং রাখন লাংতক্লে ।
ইনুং কোঙ্গাই হৌগংলে থাজ য়েংনা রারি শাই,
মৈতৈ বোমদা য়েংঙকই পাখং থমোই মৈগুম শাই ।
"জাব ওইনা পোকপদা লৈবা নত্তে কনাবু,
পামু মৈনা চাক্ত'বু নুংশি মৈনা কাদ'বু !!
অম্মুপ শাবা মৈসিবু, কংখিত্নুনা তোক্কান,
করি মতিক লৈত্নুনা করি মুরু-ইগনি !!
য়োংকী শীওগী কলমম্বু চাকথেক্নুনা তোক্কনি,
শোইদনমক পোক্কনি, থাজ ! করম পাইরুনি !
খাংঙমদবা হু-সিবু শোক্লিংগনি করম্না,
সিবু পু'না থমোইদা ইজরুনি কনানা !
শোকউ পল্লু-খেংঙনি হন্দোক্লবা ঙাক্তনি,
মাগী মাগী মরান্নুং থোকউবদি অমনি !
থমখো মাবু পুবদি চংবা হৌনদবনি,
মানা লৈবা মাইকৈদা মাই-ওনসিনফজবনি ।

মুংশি-মৈনা হৌফমদি—মাইকৈ অনি মরিনি,
গোপান কৌৰা ঐগীদি মাইকৈ পুমস্থু স্থৰনি !
ঐৰু পোকপা পন্থৌনা লৈরাং মাৰু পুরক-উঙে,
ঐগী মাঙ্গোন য়ৌৰদা ইহান-হানবা উরকউঙে,
লৈরাং মাগী মচুনা থমোই লকা চূরমই,
মুরা মিৎমৈ উরিনা থমোই পামেন য়েৎলমই ।
মথং—হৌমিন কামিন্নৈ মুমিৎ পুংজা নাইরক্তে,
তোরোং খদা-নরকই, থান-কৌৰা লৈরক্তে ।
অপাম মুংশি লৈরাংনা শিঙেঙন মরী চৎলকই,
নাক্ত হৌবা পামেন্দা মুশি মরী কারকই ।
মৈতৈ সনা লৈপাক্তা শাৎলি শিঙেঙন মহাক্না
মালু কৌবা খুঙ্গংদা চৎলি লৈরাং লৈনম্না,
লৈরাং কোলোয় কেতুকি মনম চাওবা লৈরাংনি,
শিঙেঙন মাগী মনাদি তিংখং-তিংখং ঙাক্তনি ।
লৈরাং লৈনম তাহুনা থুংনৈ মাইকৈ তরাগী,
খোইমু লখা কয়ানা নাক্তা লৈরাংদি মাগী ।
লৈরিক চাগে চংউবা তোকই খোইদি মাংহনা
খোইমু মশা থিন্দৎলি মনাহুগী তিংখংনা ।
লৈহি থকপা ফংখিদে পাইথোকপস্থু ঙমখিদে,
লৈরাং মাগী মফমদা খোইমু পাঙ্গন থোকখিদে ।
মাগী মখোং অহুদা তোকই খোইমু তাহুনা,
কোরৌ কয়া ওল্লগা মাংখি য়াইবী থাহুনা !!
হন্দক মালু-খুঙ্গংদা রারি খোইমু মাগুম্না,
কেতুকিগী খোইশিংগুম চাকই মতম পুম্বনা !
পাখং ঐগী দশাসে কনায় কাদা লীগনি,
কনানবু লীবিনি অমুক কনা তাবিনি !!
রাবৈ ঙমখৈ লৈত্তরে পামু-মুশি মৈসিনা,

পাঙ্গন থোকপা য়াদরে পাখং-লাইবক থিবনা !!
থোকখ্রবনা খংনরি থোক্লরগা উগনি,
থোক্ত-শোক্ত-থেংনদা, জীব কনা খংগনি !
মীকুপ অমা উদবা চহি অমা ওইরিবা,
নোংমা ফানা কাইনবা কল্প-অমা-গুম্রিবা,
পাম্বৌগী মাইখোংবু মুংশিবীগী শক-তুবু,
চহি অমা ফাদৌরে মুরা উরক্তববু !!
ইচন মপাও তম্বিযু নংনা লোইনা খঙিঙনি
কোরৌ ৱাংনা থোকপনা থাজ লোইনা উরিনি ।"
থাজ মাবু য়েংতুনা মচন মপাও হংলকই,
থাজ মমাই উরগা মরুপ লালা নিংশিংই !!
মুংশিরবা মরুপ্নি লালা হায়বা নিপাদো,
মরুপ মৈনা অমুক্সু গোপান ইন্দ্রি কংখিদো !
অনি সিনা চান্নবা লৈতে প্রমান তৌনিঙাই,
মুকথা থানা লৈনদে লৈ-চরোংন তৌগুমই ।

\+ \+ \+ \+

সংদনা-চু লৌদনা-কা, গোপাল মতম লেপ্লিঙৈ,
মৈতৈ লৈপাক হায়বগী ইখৌ-রাংবা চেক-কুমঙৈ,
ঙসি ঝুলন হৌবনি মালু খুন্দা লৈরিঙৈ ;
থেংনররে মুংদাংৱাই শোরোক থক্তা লেপ্লিঙৈ,
মৈতৈ নিপা অমগা গোপান লাইবক থিবগা ।
নিপা তুহ্ন হেক-লেপই গোপাল মাবু উবগা ।
মতম কুইনা চান্নবা কালেন তেংপাক গোপান্নি,
ইহান হানবা তারুবা কুমগী নোংদি নিপানি
গোপান য়েংনা হায়রকই—"পারি গোপান নৎতরা ?
"মানি ইপা ইবুংঙো—সোমদা লাকপিরিবরা ?

কদোম-লেংবিক্লবনো ?" গোপান ব্রারম হংজরে ;
মখা তাবা ব্রাফমদা অনি মরি ঙাংনরে ।
মপু সনা য়াখং পু, থবক অমৈ লাকপনি
নিংথৌ মনাই অমনি সনা কোন্নুংগী মীনি !
"চৎলো ইপায় ইবুঙো, হরেন নুমদাং উনসি,
ইপায় য়ুমথুং তান্না-লাও, ব্রারি ব্রাতায় শানসি ।"
ব্রারম অসি হায়নরে অনি অতু কাইনরে,
ইনুং ওইরে হায়রগা গোপান তন্না চৎখরে ।
ব্রারি পুম্বা শানরে ব্রাফম পুম্বা তাখরে,
য়ুমগী ব্রারম তাবদা গোপান পুমতাও তাওখরে ;
ইঙা তেরা মফোনগুম পাখং পুময়াং য়াংখরে ।
পামেল নাপুং ফাবরা সবৎথাগী মতাংনি,
একাদশী অহিংদি নিংথিজবা মতম্নি ।
পুখ্রি পাৎ-কোম খুদিংনা থরো থম্বান-লৈতেংই,
থব্রান-নোংজু গ্রং-লাওবা নিপা অতু ঙক্লকই—
খাক্লা লাওনা চুরক্লে গোপান থমোই থুমখরে,
কোরৌ নোংনা খোংবনা ব্রারি শাবা য়াদরে ।
গোপান হনবা ঙমখিদে মফম অতুদা লেকউরে;
ইনুং ঙাক্লে—হল্লক্লে গোপান থব্রাই ব্রাখরে ।।

# ৪ মরিসুবা পন্দুপ

১

নাপীদগী লাই ফাওবা নুংশিনবা মালংবা
শিৎপিদরো মহাক্না ওইরোই অফ-নুংঙাইবা,
জীব ওইনা হিংহুনা কমদৌনা লৈগনি,
নুংশিনবা নত্তনা করমদৌনা তিন্ননি ।
থৌজান হৈবা মহাক্না পিনরবা পথাপ্নি,
নুংশি হৈবা জীবনা থোইনা হেন্না লেম্বনি ।
কারি লৈভ—নাপীবু লৈগী মনম নুংশিরি,
পুক্নিং হুনা নুংশিনৈ মাবু লুনা তৌনরি ।
উনা 'নৌবা উরগা ভাবুকশিংনা থন্নরি ।
মিত্তা পিবু তানরি নুংশি-নুংশি শোন্নরি ।
রাখন পুম্বা তৌনরি নুংশি মরা শানরি ।
মমা মচা কাইনবা ইমা কৌনা কপনরি ।
অরা নুংঙাই খুদিংদা কপ্লে নোক্লে হরাওনৈ,
মীগী মতেং পাংনরি থরাই ফাওবা কৎথোক্লে ।
স্বর্গ হৈকোন ওংশ্রবা পাম্লে উহৈ অসিবু,
ফংজবসি মীহুবু পুইন কৌনৈ মহাকপু ।
নুংশি-হৈত্ত মথৈবু পাপকী মপোক হায়নরি
থ্বাই অসিগী মন্নুংদা মানা রাথোক ওইনরি
পুইনৈ গুনসি চাওনবা পাপ্তি মাবু শেম্বা-তায়,
অমম-অঙান কৌবনা সিগী খুদম ওইবা তায়,
নুংশি চাওবা কনাস্মু চৎখরোইদো কপতুনা,
পৃথি থক্তা চুহৌরোই মমিত্তগী মপিনা,
পাপ—কী লৈপাক হায়নবা তারম্মোইদো মিংচৎসে
নুংশি হৈত্ত' লৈত্র'দি মাইথিরোইদো ইমাসে !

কল্লক য়েক্ক লৈতবা খ্বাইনা ভক্ষম ওইগনি,
স্বর্গ স্বর্গ হায়বদো মিংদ ওইনা তোক্কনি।
নুংশিন'বু নত্তবা করি ওইবা য়াগনি, ।
নুংশিববদদা পুংঙাই য়াইফ ওইবনি ।
অরাবস্থ নুংগ্নাইদো অরুবস্থ লাইবনি,
অরাৎ-অপা লেতবা পূক্কে লঙ্গে থনবনি ।।
মীনা খ্বাইন মীতানৈ নিপা অনি-দদবু,
মরুপ অনি চান্নবা থাগৎনরি খ্বাইনবু ।
মাগীদমক শিখিগে মাগীদমক মাংখিগে,
সিবু যৌনা চান্নবা পংনা কৈদা থোকপগে !
সুম্বা মরুপ ফনবা তুম্বা জীবৈ মপোক্কো,
পুইন হায়বু মাতুনি মহোয় তুগী লাইবক্কো ।
গোপান মাগী লাইবক্তি ফত্তে অমা রোমদদি
মরুপ কাদা নোংদম-ফে ফংঙোই কনা' সিমদি ।
গোপাল লালা হাযতুনা হকচাং তোঙানবদনি,
'নতা ওহবা খরাইনা অনি নুংশিনবনি ।
গোপাল মদোম পোকপনি কেথোক মৌথোক লৈরকই,
রাৎত পাদ মচানি মনিং তৌনা হোবকই ।
লালা করি তোঞ্জদে মচিন মনাও তরেৎনি,
নিপা তকক মথক্কি মানা ইতোন তোনবনি ।
থুকন পাঙ্গন ইমুংগী খ্বাইনা চানবা অঙাংনি,
শেৎকে চাগে রাৎচদে মাস্থ মনিং তৌবনি
পোকপদগী অরাবা নংঙক্তবা অঙাংনি,
লালা মানা রাখরে মঙ তাইবংস্থ অনি-নি ।
"কনায় কাদা তাননি, মরুপ মাগী অরাবা,
ঐবু পুম্নম সমথরে কৈনো ঐনা তৌদোবা ।—"
অরা নংদ' নিপানা অরাবদা তারকপা,

মাগী রাবা মৈশাদো কনা য়েংবা ঙমগবা !
অঙাং ওইবা লালানা অরা ইপাক তাহুনা
মাইকৈ সলাই খংদনা চৎলে কোইনা ঙাওহুনা ।।
ইন্দুই নাক্তা অমুক চৎ, ময়ুম লৈবা ঙমখিদে
মরুপকীদি রাবনা চাবা থকপা চংখিদে ।
ইন্দু লালা অনিদো তাঙ্গা য়েংনা তানজে.
বুদ্ধি থোকপা লৈখিদে ফন কল্লা হোৎনজে ।
"মমাংঙৈদা থোকখিবা গোপাল দোষা অহুনি
অনি সুবা তাংফমদা ইন্দু মাগী লাংফম ।
পামদে করম হায়গনি পলেম পম্পৌ যাথংনি
মথোই য়াথং থকুদা ঙম্মোই করম থুমগনি ।
অহু য়ৌনা লমথোইবী নত্তে ইন্দু হায়বিসে,
ঙম্মোই হায়বা ঙম্মোইদো অহন লমন য়াথংসে ।
লালা ঐবু নত্তুনা তানফমসু লৈজদে,
নুজা ওইবী মানসু অতৈ তানজনিংদে,
পলেম পম্পৌ অনিনা মরোল অমা লাংখৎলি,
থৌদোক কুম্মৈ খুদিংগী পোৎচৈ কয়া থিল্লক্লি ।
রাৎত-পাদ কৈরুংবা নোবো মপা মমানা.
অসি উরে হায়রগা চাক্লে সহোয় অহোযনা ।।
মুবা মাগী মৈচাকসে অতৈ কনা উবিদে,
লালা ঐবু নত্তুনা লাইমক্লসু খংবিদে !"
লালা মসি খনবদা বুদ্ধি সুকথোক থোকখিদে
সংত্রিক সংত্রিক য়েংনজে গতি সুক্লে লৈখিদে ।
লালাবু উরগা ইন্দু কৈসু ঙাংখিদে,
কপ্ত পংকপ মকপই হোয়নি মায়নি হায়জদে ।
অহল 'মসু য়াওজদা করি রাবু তাননি
রাদি অহন ওইবনি অনি অঙাং ঙাক্তনি ।

গোপাল লালা অনিসি লেংগা চহি চপ-মায়ৈ
মতাও শাগ্নৈ কৌবস্থ “ইতাও! ইতাও” কৌনজৈ।
ইন্দু লাকপা অহানবা লালা মমিং খংজদে,
লালা লাকপা মতমদা মমিং মথা খক পন্দে
পলেম পন্থো অনিনা “নতাও, নতাও” হায়খিবা,
গোপাল লালা অনিনা “ইতাও, ইতাও” কৌনবা,
মাস্থ মতু তমদনা “ইতাও” কৌই লালাবু,
তাবদদি ভুংশিনৈ খাইনা লওনৈ ইন্দুবু।
তৌজিক চাওর-ফাওবদা “ইতাও” অতুম কৌখরে,
নহাঙৌ কৌরকপা মিংগৌদুদা চুখরে।
মতা অমা ওইনা তায় অতৈ 'মগী নাকোংদদি,
কৈস্থ খন্দে ইন্দুদি কৈস্থ কোইদে মহাক্তি।
লালা য়েংনা ইন্দুনা হায়রে মতাও মফমদা,—
“ইতাও! করম তৌসিগে হায়ুগবা ঐঙোন্দা?”
থরাইনদি খাং-ঙমদা তোফমদি খংজদা,
ইন্দুই ইপ্রি চাকখ্রেদা রাখন অসি খনবদা।
লালা অসি খন্দুনা তারে অরা' ইপাক্তা,
স্বর্গ কিশ্বরক্তুনা পুম্নন-ননখ্রে মথক্তা!!
লালা লৈবা ঙমখিদে—ঙহাক তুমিন লৈরুরে,
ইন্দু সংত্রিক য়েংলগা সোর মৈগুম শাখরে।
অরা-মুংশি ইরোইনা ইন্দু য়েংনা হায়রকই:—
“ইতাও নংস্থ মখনখো—পিশক পিরু পুরকই,
কয়া লুনা য়োল্লক্লে মচা-মক্লি নিংখরে,
নংবু হেন্না লুনা-তৌ মচাবুদি মীরাইরে।
লৈম-নিংথৌ লৈপাক্লা অতৈ 'মনা নত্তেদো,
নংবু ইকাই খুম্নবা পন্থৌ মাগী গুন্নিদো।
গোপান মহাক খক্তদা কয়া অমা চোপখরে,

নংগী নত্তৌ য়েংত্নুনা ইকাইবহ্নু কোল্লক্লে,
নগাক থক্লা অমুক্কা থোক্লবদি মাঙেঙদো,
পম্বৌ য়াথং থাদ্রিবঁঙে মাইস্নু হায়হৌদরেদো।"
ব্রাফম অসি হায়বদা নোং- গোংবগুম কপথরে
"ইন্দু! মাংঙে করিনো" লালা মানা খামথরে।
"ইতাও! নংবু ঙাওবরা অত্নুম হৌনৈ হায়বরা,
তাব'মনা তাগ্রগা করি হায়নি! চুম্বরা?
নংগী নত্তৌ অসিদি পংথ্রবা হায়ত্নুনি!"
হিক হিক লাওবা .তা ক্লথরে চাকথরবি ইন্দুনি!!
ইন্দু মাবু লালানা নিংথিজনা খামজিল্লে,
মিৎকি পিবু কংদনা ইন্দু -"ইতাও" হায়রক্লে:—
"ইচুম চুম্না নরানি ঙম্মোই করম হায়গনি,—
ঐবু মাংখ্রো হায়বরা 'তুদি করমদৌগনি?
কনায় কাদা তাননি করি উপায় তৌসিগে,
ইতাও কবি ত্তৌবিনি ঐবু করি তৌরাইগে?
মতম থরা লৈরিবঁঙে ইতাও নংনা খনবিয়ু
ইতাও হায়বা অত্নুদা তৌগে ঐনা তাকপিয়ু।
পলেম পম্বৌ য়াথংদি ইনবা ঐদি ঙমজরোই।
ঐনা মহোয় অনিদা ঙম্মোই হায়স্নু ঙমজরোই।
'খর হায়বিয়ু ইতাও' হায়বা ফাওবা ইচিম্না
পলেম পম্বৌ কাদদি ঙম্মরোইদো ঐহাক্না।
ইনসিনবিস্নু ঐঙোন্দা—ঙম্মোই হায়বা ঐহাক্না!
উপায় লৈত্রে হায়রগা তাকপি-গৌরো ইতাওনা।
ইশিংদরা মৈদরা ঐনা থোকপা তৌরগে,
য়াম্না থুনা হায়বিরো ঐগী লম্বী য়েংজগে।
ঙম্মোই হায়না খনবিস্নু-হিং'না করি কান্নানি
ইতাও! নংনা হায়বদা ঐনা শোইদ-তৌগনি।
হায়হৌরিবা অসিনি ঐদি ঙম্মোইদ'নিকো

ঐবু হয়েং ইতাওনা হায়দে লাক্তে হায়নুকো।"
অসি মখৈ হাযরমই ইন্দু অমুক কপখরে
মাইথোং ফীনা খুম্বদা নমথাং ফীরুম চোংখরে।
লালা পুন্মম মমখবে বুদ্ধি শাম্বা ফংখিদ্রে
মানা থোইনা রাখরে করি 'মতা শুগখিদ্রে
ঙাতাক তুমিন লৈরগা "ফবে ঙদি চংলসি
ঐথোই অনি লোইননা ইতাও নাক্তা যৌবসি!
অসি হায়র ঙমোইদো নংদি পাঙ্গন শোনবিনি,
নিপা ইসেন ওইরদি অমবোমদা ফদনি।"
লালা য়েংনা ইন্দুনা—"শোল্লবস্তু সোঙ্গগে.
মাহু পুম্বা অতুদি কবি গোইনা কিদগে।
অহন অনি অসিবু হুন্দোক্তুনা ঐগাক্তা,
অমৈ মৈস্তু মৃস্তিরৈঙ করম চংপা অতুনা!!
মাসিমকস্তু নক্তবা ইতাও নংনা খনবিয়ু।
ঐবু লুহোংদনবা রাখন মম্মা তৌবিয়ু।"
লালা গতি লৈখিদ্রে, ইন্দু য়েংলে হাযরগা—
"অস্তুক চাওবা লাইশিংনা থবক অসি শিল্লগা,
করমদৌনা থুগাইনি তিন-নংগুম ঐগুম্বনা,
কনায় মতিক লৈবগে নংনা থিংবা নক্তনা।"
ইন্দু লালা য়েংঙগা- "ঐদি ঙাংবা ঙমজরোই;
ইতাও! উপায় য়েংবিয়ু লুগোংবস্তু ঙমজরোই
লালা মানা—"চংলগে, ইতাও নাক্তা য়ৌরগা,
খন্নরসি অতুদি ইতাও মরা তারগা!!
লৈপাক সিদা ঐথোইগী মীবু কনা লৈজদে,
নংস্তু রাখন মতৌদো ঐ তানফম উজাদ।
মীরৈপাকত চংলগা তানরুগে খিকুগে
করি উপায় লাককবা নংগীদনক চংলগে।"
পলেম পম্মৌ তাঞ্জায়েং লালা ইন্দু তানরে,

সেগা মাইগা তৌহুনা উপায় লখা থিখরে ॥

২

মালং খংপোন মহাক্না উফুল-লৈস্থ চেন্সিল্লি
'কুৎপা মাইকৈ পা'তুনা লাইজ মাস্থ চেন্সিল্লি।
লৈরাং শক্না হেন্নগা খোইমু সঙ্গু ইনবনি.
হৈরাং গুনবু লৈরগা খোই-য়াম ইনবা মশিল্লি।

অপাম হুংশি লম্বীদি শক্না পঙ্খে অমনি,
সিগী লম্বী অমনা গুন্না তাংফম অম-নি।
তিন্নরুবা সঙ্গনা হুংশি লাইথুং পকপমা,
লৈরাং কুচু অমগী অপাম-শরুক তাবা'মা।
লম্বী থর সিদগী অপাম শরুক লাকই হায়,
মফম ফয়া সিনগু হুংশি লাইথুং লৌনৈ হায় ॥
লৈরাং শক্না হেন্নগা শিঙেঙন মাগী য়েক্নৈদো,
খোয়াম যান্না খোঙ্ফমদ' শিঙেঙন রাথোক ওইনৈদো।
লৈরাং চরোং চুম্নগা তাওজিং মরু লুক্থনৈ,
হৈরাং মাবু পুবদা তাওজিং মশা শেংথনৈ।
শিঙেঙন য়াইফে হায়ানংদে লৈরাং শক্তা হেনবিবু,
লাইবক ফবী কোনিংদে তাওজিং মওং-ফবিবু ॥
কান্নদেদি পন্নদে ইন্দুই কাদা লখানি,
হান্দক তাঙ্গা অসিদি হন্দুই দশা অমনি।
লাকই থৌদোক অমথক রারিবৈগী মতাংদা,
য়েক্ল-কাংবু অমনা কোইশিলক্লে মঙোন্দা।
'কনবা ইশিং হৈরেনা তার্ব্বান চাংদোন ঙাবগুম,
ইন্দুই নাকোং য়ৈররে মচিন তুম্বা তাসোনগুম
লৈপাকলৈগী মচেম্মি হৈশিংলবী ঙাংবদা,
মনাও থিবা শাহুনা নোংমা লাক্লে ইন্দুদা ॥—

"ইমায় ইন্দু নমাদে ?" মমাও হংবা শান্নরে,
ইন্দু নাক্তা ফমচ্চুনা ব্লারি শাবা হৌররে ।
"ব্লা'মা হায়গে ইন্দুও ! ইমায় নুংশি থোইব্নবী ।
ফত্ত ব্লাবু নক্তেনে, ব্লাথন ভৌনে অপংবী ।
নংগী নোবো হায়বদো হাও 'ব্লাম মচা হায়'হুনি,
অঙম মচা ওইনস্নু করি থোইনা ফগনি ।
ময়েক নাইবা হায়হুদি থোক্কে খংউ ইবেম্মা ।
গোপানসনা হায়বদো খল্লু খল্লু ইবেম্মা ॥
শক্তা চুদ! ব্লাৎত্রবা মপু মচা অমনি,
মাগী মনাই ওইব্ল'দি দোলাই ফৈনা তোংগন্নি ।
লৈবাক প্রজা পুম্বনা সিজ হায়না কৌগনি,
নিংথৌ ওইরি নপম্না, ফ্রাংজি ফীদা ফমগনি ।
করিদৌনি অঙম্বা-মমো ওইবা অহুনা
'চাবা থকপা ব্লাৎতেদা' হুগী নখৈ মঙাইনা ।
কৈস্নু ব্লাস্তে হৌজিকস্নু নপায় মযুম ।সদস্নু,
হুগী অহু মঙাইদো হেন্দে করি 'মতস্নু ।
হেঙ্গৎপবু তাব্বনি 'হুনা করি কান্ননি,
নপায় কৈস্নু খল্লুন্নু লোইনা খংবা ঐহাক্লি ॥
নোবো কৌবা অসিদা হান্না য়াথং থাখরে,
হুগী মতুং অহুদা নিথেম মযুম থুংঙরে ।
হায়দোকখরে করম্না অমুক করম হোংগনি ।
মাহু খন্না নপানা নিংথেম যুমদা পিদনি' ।
কৈরুংবমদা পিবদা নিংথেম য়াওই অশেংবা,
মাহু চিংনরুগহু ইমা হায়গে তাওব্লাইবা ।
'নবুং গোপান হাক্তক্কী খমুক খমুক তৌরুরে
শাগৈ মমাই খর-য়েং হুগী পম্নুনরুরে ।
নংবু অশা তৌবদি মতম কুইরবনি

কৈরুংবমদা অমসু 'শুকপু থ্না পিখিনি
সিসু থাজরুদে' হাই ! নিংথেম ময়ুম অসিনা,
খেঞ্জোংনবা গুম্বমা থোকখ্রবনি আসনা ।।
গোপান সনা হায়বসে ময়াম' পোকপা মচানি
নপা হায়রা মনাইনি মপু মনাই অঙ্গানি ।
ফনা ঙাংনিংদনবু করিদৌনি মখোইনা,
তুমিন মরাই গৈর্জানি মাগী মাগী কানিনা ।
ঐনা ঙসি হায়বসে নংগু অঙাং নংতরে,
ঐনা খিৎত-হায়বদা অয়াম' খংবা য়াখরে ।
নমা নপা, নিংথেমসু মবুক ঙন্না ওল্লেনে,
মপুই ঈংগিত শুইবনা ; খংউ সোমগী সিসুনে ।
মীনাই' মপু' পাবনি গোপান নোবো হায়বসে,
করি-নং হুক পংউরি, হাঃ -পাবা য়াবরসে,
মীনায় মনাই ওইবগা, নংসু খঞ্জ ফবনি,
মপুই মনাই ওইবগা কনানদি ফগনি ?
অতৈ পুম্বা লোইনরে নংগা রাদা মঙাইয়ে,
নপা নমা খোৎ-খোৎপা চাম থোক্ত-খন্নবে ।
নং খঙিঙবতু-মঙাই মচা নিপায় চক্রিনা
হৌরবনি পুম্নমক নিংথেম ময়ুম খো-খোংনা ।
'ঐখোই থৌদোং ডবদি য়াদ-মতাং থোকখরে ;
মহোয় খোকপা তৌসনু' সোমসু লোইনা হায়নরে,
নংগী নাথৈ অমতং শেংউ ঈমা তাগেনে,
মপুই নিংবা থুংনবা ইন্দু নংনা তৌরোনে ।"
ইন্দু খুম্বা তৌখিদে—মমাবোকপু য়েংহনা
মোমোন মোমোন নোক্লকই মনাই হাইগংলক্তনা ।
লৈচিন লক্ষী থাজনা লোইদাম নিংথিজবগুম,
তাংনা খোংবা কোকিনগী খোমকম মুংশিনবগুম ।

অরানবদি থজিক্তা কংওবদি য়াওজদে,
মুপীতুনা ভাংবদো, ইন্দু মানা পামজদে ।
নিংথেম ময়ুম ব্রাফমসে ত্তৌবা ইশেং শেংবনি,
লৈপাক্লেস্থ মতারে পন্থৌ যাত্রাতুম্নি ।
লৈপাক লোইনা য়ানখি যাত্রা তনা য়াখিদে,—
"ইচিন সনা পিথোকখ্রে অমুক হোংবা তৌনিংঙ্গে,
গোপানসনা-গবুদি অহিং মুংথিন গুম্বান,
নোবো মাগা পাবদি তুরেল লাংখোং পাবনি ।"
হায়খ্রবদা হোংদবা মা-ওইবগী লেপ্পনি,
অতৈ অমা ওইরদি নোবো তোকচরবনি ।
যাত্রা কাদা লখা-মা কয়া নৈনরবনি,
যাত্রাদনা য়ুংবগী নোবো লাইবক ফবনি ॥
লাইজ থক্তা হৌবনা থম্না থম্বান মনানা,
লাইজ পকউ য়াদ-গুম তোক্লে পকউ য়াদনা ;
পল্লেম পন্থৌ মরাম্থ ইন্দু খোইজংলক্তরে,
ইন্দু মবুক অতুনা অমরোমদা পুখরে ।
লম্মাং হৌবা পাম্খোক্কী মনা তুনা তৌবগুম
নোংগী মরিক অমতা পকউ হায়বা য়াদগুম,
লম্লাম্বনা হায়বম্থ অরেম্বদা তাখরে,
ইন্দুই মনা অতুদা করিমতা চংদরে ।
চিংগুম্বদি নিপানি খ্বাইনা নিংনরিবনি,
লৈরাং জাংকী মখৈনা লোইনা তাম্নবিবনি,
খ্বাইগী লৈরাং ওইরদি লৈবাক খুতুম থাবনি
যাত্রা কাদি-গুইবনা মুক্তি রানশ্রবনি ।
তোনরিবা অপুম্বা মী অয়াম্বা তানরে—
"গোপাল-সনা কৌবনা শিগে নাগে হায়খরে
ইন্দু মাগীদমক্তা থরাই মাংবা কিদরে ।"

মাগী মতৌ উবদা নিংথেম ময়ুম হৌখরে,
মনিং তৌবা নিংথৌগী ময়াম্বনা পোকপনি।
ঙমদ ফমদি থোকপরা, যাত্রা মানা কৈদৌনি,
থাবনসনা মপাবুং লৈরেনসনা কৌবনা,
থৌরাং পুম্বা তৌখরে নোম্মে মানা ফৈগাক্লা;
থাবন-মচা হাক্তকী মুংঙাইত্রিবা লৈরেননি
লৈপাক তঙ্খাই অমনা লৈরেন মাগী মী ঙাক্লি।
লৈপাক পুম্বা য়ানিংই লৈরেনসনায় মীচং ওই
লৈরাং মাবু চিংনরে পম্মৌ যাত্রা নাম-ওই।
লৈরাংশিংগী মরক্তা রারি রাতাই শারকই,
পলেম পম্মৌ মামববু কয়া অমা য়াওরকই।
লৈরাং মনম চাওবিনি শিঙেঙন ইন্দু কৌবিদো,
মাগী রাদা মঙাংনৈ মতমতুগী মীশিংদো।
"যাত্রা মাসু পংইদা ইন্দু মাসু 'তুমঙাই,
মপু মচা অমনি করি-লৈতে খম্লিংঙাই।"—
তুংগী রাখল তৌরকই অহন ওইবা মখৈনা,
অঙাং চৈবা হৌরকই তুংগী খুবম য়েংতুনা—
"অপাম মুংশি হায়বসে তুরেন ইচেন গুম্বনি,
ঙসি অমা খং—ঙমদে হয়েং করি ওইগনি।
মাগী মাগী ওইগ্রগা মুংশিরকপা ঙাক্তনি
অপাম্বঙাক চৎনদে তুংগী করম য়েংদনি।
অপাম মুংশি মউ-লিং থংলেন তাওজিং য়ানবরা,
মাগী মহৈ চাতুনা মবুক থনবা য়াবরা।
ইবুক তাজে হায়তুনা ইনিং তৌফম থোকপরা,
পুক্লিং হায়বা অসিবু লমজিং হনবা চুম্বরা।
পুক্লিং মাগী মাংতুদা রাখল লমজিং থমগনি,
ফদৌ মাইকৈ য়েংতুনা থবক পুম্বা তৌগনি।

'মুশিরগা মরোইরে'—'তুনা করি ওইগনি,
অপাম্বনা মরুরে তুনা করম চুমগনি !
মমিং য়াওদ পুক্লিংব মদোম হুন্দোক-ফদ'নি,
মবুক য়াংবা গিং-সিব্ ফবে করম লেপকনি।
উদা তোংবা চেংাগুম পাইনিংবদা পাইবনি,
পামেল উশক যেংদবা অপাম-ন্থংশি চেক্লানি।
অপাম কাদা যৌবগা কোইনা পাইবা য়াবরা,
চেক্লা চানা তৌবগুম পামেল থক্তা লেনবরা ?
চেক্লা চাগোক খুদিংগী পামেল হোংবা য়াবরা,
চাবা ফংদ-লমদমদা চেক্লা মহুম শাবরা।
ঐগী ঐগী য়েংতুনা থবাই হিংবা য়াববা,
লাই গুরুগী গন্দনা পাংখৎ-চংপা চুম্ববা।
অরাবদা তাদ্রিবা অচুম অরান খংদ্রিবা,
পাংইবনি অঙাংন্নি নৌনা মথোন কাবকপা।
হৈম্বাং লৈবাং চার-ব মফম চানা থাবগুম
লৈরাং মতম ওইরগা পরেং চানা লেংবগুম,
লৈরাং ওইবা মখোংব্ মফম চানা থাগনি,
লৈবেং পারেং ফারগা শিঙেঙন কোলোই ফবনি,
অপাম মুংশি হৈবিমু 'খোইনা হাযবা ইনবিয়ু
মমিং তাংবা পুক্লিং' রাখন্ন-লনজিং হন্নবিয়ু।"
অহন মরা তাবদা অঙাং ওইবা মশৈনা,
অপাম মৈনা কন্দুনা তাদে খোইদৌ চংখোম্না
খুম্নিংবঙাক থোরকই অমরোমদা পুবগা,—
"চান্দ্র-বম্ব তোকচগে অপাম কাদা য়োৌরগা,
তৌরাং ফক্তা গুঞ্জগে চাদে লৈতে সোঞ্জরোই,
মুংশি কাদা থুংজগে হোয়নি মাইনি হায়জরোই
তিমফা কাকফৈ ওইনা উই লৈমিম্নবা ঙমজরোই,

তিংখং থক্তা ফম—গুম্মি অন্না - খাংবা ডমজরোই ।
পামদ-কাদা থুংবদি মোন্দুম মোন্তেক মোঙ্গদে,
সনা খোংনেং-নবম্ম কৈস্থ ওইনা উভদে ।
অপাম কাদা থুংজগে মুংশি কাদা যৌজগে,
লৈত—লাইব-- লাকপম্ম উংনা রাইনা শুমজগে ।।
পামু মাগীদমক্তি কবি খোইন রাকনি,
চিংদ কান—শিংজনগে নংশি—মশুং---লাংগিনি ।
হৈরাং লৈবাং কৈগুম্না পান্থী পান যাবরা,
মুংশি-চারা ওইনবু মাবু ফুকউ হন্বরা !
মপু সনা কৈথেন্দা তাওজিং ওইনা য়োনবরা,
তরেং সেঙ্গ তিতুনা মুংশি তাওজিং ফংবরা !
অপাম মুংশি হায়ববু পো—হম থাংবা য়াবরা ;
মফম চাদে হায়দুনা শিনোক-সিঙ্গিন ডম্বরা ?
রাহৈ-অমা তাবদা নীনা মৈগুম নাববা,
মশক অদু উন্দা খাম্বী মৈতম শারবা,
পামদ-মাগী কাদবু করম শম্মি লেনগনি,
তুকচবা মফমদা ইকুক করম লেনকনি ।
মাইনে পামদে ডেজরোই পামদ-মপাও তানিংদে,
পাম্মু মপাও তাবাদ শেনবা কৌবা লৈজদে ;
নিংথৌ ওইনা কৈদৌনি মপু মচা ওইসনু
পামদ-কাদ থুংউবা ! ইনাক লখা খুনসননু ।
নাইথাং তরেং চংচগে ইমংদুনা থাকচগে,
চরা তরা হেন্দুনা মুংশিবগী লেপচগে !
অপাম কাদা য়ৌজগে মুংশি কাদা থুংজগে,
পামদ-কাদ য়ৌজরোই লাইথোং খুদিং নিজগে”
অহন অঙাং অনিগী মীচং অনি থোক্লরি,
সিগী য়েৎনবাসিনা মহৌশানা চংনরি,

লমদম অকুৎপদ্দদি লাইজশিংনা পুনবগুম,
পামেল 'ব্লাংবা মশাদা মালং ঙমদায় ওইবগুম
থুংলৈ হাংবা লৈতনা ইন্দুই নাকোং অতুদা,
অপাম মুংশি পাওতুনা অহিং মুংথিন অনিদা।
ব্রাঙাং শাঙাং হৈয়ৰা মুপী মুপা ঙাক্লনি,
শক্লে 'থুম্বা ব্রাহৈনা অমৃতনা কেদৌনি।
"মীদা চংলে 'তুমঙাই লাইদা চংলে অঙ্গানি
শিঙেঙন ইন্দুই মবুক্তি লোইবী চিংগুম লম্বনি।"

৩

নিংথম থানা লোইথ্রবা নিংথিজৰা পৃথিনা,
এনিং হুনবা লোইথ্রবা মৈশা কনবা কালেন্না,
অরাম খৌরাং পিরম্বা নোংজু থানা পেহললে,
পৃথি পুম্বা ইংহল্লে এনিং মপুং ফাহল্লে।
পৃথি লৈতেং ওইরক্লে পামেন মখন কয়ানা
পুংনা লেম্না লেপখরে থোংনা নৌনা নিংথিনা।
পৃথি লৈমাই থক্সিদা সংবা চরৈ ফীদারে,
নাপীশিংবী অপুম্বা অমুক তোইনা মংখরে।
য়েংউ-য়েংউ খুদিংদা পূমইং ওইনা ইংখরে,
লবুক লবুক খুদিংদা ফৌনা ইথক হৌখরে।
ময়াই-মতাই শকুনা মতুপ মতুপ থুংখরে
লঙ্গাং-খুন্দোন খুঞ্জিন্না শোইন থম্ন—তাখরে।
লৈরক-শোরোক-লম্বীনা লঙ্গাং তাম্না থোরক্লে
ব্রাওনা ঙৌনা থুংউরে থেংথ-ঙাথ-চৎলক্লে।
পুথ্রি-খোংৰান পাৎ-শিংনা ইমাই ইচোন চোল্লকই,
থরো থম্বান লৈ-থম্না থম্ন-থম্ন-থোল্লকই॥
অহিং থরো লৈরাংনা মাগী পৌগন তৌরকই,

মুংথিন থম্বান শিঙেগুন্না অমুক থৌগন শিজ্জোই ।
ইশিং কংফান অনিদা হুপ্না নাতৈ থিল্লকই,
কল্লা লৈরাংগুম্বনা হুপ্ত-য়েংনা শাংলকই ।
পাঙ্গন শোনবা লৈরাংশিং এশম-চরাং হৌরকই,
'থেনবা লাইজ-থিত্নুনা লৈবাং মপুঙ ফারকই ॥
মতম কুইনা ৱারবা লাইবক থিবা তিংথৌনা,
তিংগোই নাপুং ফারক্লে লম্বী চিদায় চোম্থনা ।
লমদম তাম্না কান্দুনা পাক্লা শাংনা উথরে,
থাপ্ত-থাপ্তা-মাইকৈদা মুনা-ৱাঙনা লৈথরে ;
লোইবী চীংনা কোইবনা খুংনা শেম্বা পনবু-ওই,
ঙৌনা কাবা নোং-শিংনা লোইবী মাগী কোকথোন-ওই ।
চিংগী লোকচপ খুদিংদা পামেন কুংনা হৌবনা,
শুক্ল-লেম্ন-লেপ্লিবা মিৎয়েং শুকপা মায় গুম্না ।
চিঙ-মায় মায়তা য়েংবনা মোমোন-নোকপা শকুম্বা,
চিঙ খোং-চিংয়া--লমদম্না মালং খংগোন লম ওইবা ।
পোইরৈ কোয়না ঙাক্লিবা লোইবী মাগী মথক্তা,
'মুবা নোংনা কুপ্লদা লোইবী মাবু য়েংবদা—
কাক্কী যাত্রা ভুমিত্তা ফীমু ফীজোন শেৎকনবা,
লৈপাক ঙাকপা সনাপ্তি নিপা মাগুম লেম্মিবা ।
মাগী চরৈ ফীজিন্দা সনায ফীজিন চনবগুম,
পেজাওনারেক-পত্নুনা কোরৌ থক্তা খনবগুম,
চিংথক-নোংথাং কুপ্পনা য়েংবদদি নিংথিরি ;
কোরৌ মশেক খরনা লোইবী থক্তা খম্থরি ।
লোইবী চিংলোন মাপম্না পোইরৈ মাবু ঙাক্লকই
মুনা শুক্লা লেপ্তুনা পোইরৈ মৈতৈ কোল্লকই ।
'মুবা নোংগী মাইকৈদা 'সংবা তম্পাক মথক্তা,
ৱাতোন উতোন শোক-তৌগুম মালং অহাংবত্নদা,

উরোক পরেং পাইরকই তোংই পামেন খুদিংদা
সয়োম সয়োম কয়ানি পাংয়া রাজোন খুদিংদা ॥
পাংকী চেক্লা-চা-শিংনা লমদম তাম্না পাইরকই,
ঙকশম তোংদম তিংতুনা চেক্লা তুফাং খপ্লকই।
খবাং খবাংনতুনা অনি মবি লখানি
মরুপ মরুপ পাইরকই ঙান্নু সঙ্গু সঙ্গুনি।
লাইজ মিংচন ওইববা পাংকী ইপাক যেংলকই,
মালং লম্বী লেপ্তুনা লাইজ থক্ত তারকই।
লুপই-তাওই পাইখংলি লংবা-লাইজা থক-তুদা,
হরাওনবু শান্নরি পাংকী লমদম মখৈদা।
চেক্লা খোলাং নাইতুনা শৈশক কয়া শক্লবি,
তাল-লোইননা ইথক্ত মালংবনা তান থানি ॥
লাংনা লাংদোন খুদিংদা চেক্লা বয় তোংতুনা,
মপৈ মপৈ কযামা লাংদোন থত্তা পাইতুনা,
চেক চেক-লাওবা খোঙেন্না উরিক চানা কযানি
মণ্ডিলানা তৌবগুম নিংথিং তাঞ্জা অমনি ॥
কাওরেন সঙ্গু কয়ানা ল ম সজিক রাইনবি
শবুক মানা কুমতুনা গুপ্পৌ মতোন তান্নরি।
সঙেন-নহা মখৈনা মখা—তম্বা তান-থানা
ইশৈ কয়া শল্লকই শৈশক মনিং তৌতুনা ॥
লুথুম-লাংথাক খিবিক্লা মরোল-অমা নল্লক্লি
লু-বু লাং-বু পায়তুনা খোং না হি-না চংনবি ॥
লাইজ ইপাক কয়াদা হিবম লম্বা নাহনরি,
নৌখোন লাইজ-ইরাওথোল, লমজাও লমদম নিম্নরি
লৌরুপ ফৌগাক ঙাকপনা চেক্লায় খোল্লাও কল্লক্লি,
লৈতোং-চোংগাং থত্তুদা উচেক মপৈ পাইখংলি
তম্নগী চিংতুম কয়াদা চেক্লা লমদন্নখকই;

মতুম মতুম য়েংবদা চিংনা লমদম তান্নকই,
ফুনান, হৈরোক, চিংফুনা, থাংগ-কয়াং তোমজিংনা,
হৈঙাং-লাংগোন-চিংঙানা সিনা চিংবা চিং-শিংনা।
লোক্তাক লম্ফেল- লৈতাংপাৎ-য়াইথৌ ইকোপ কবোকপাৎ
লাইজ-মিন্সেন ওইখরে পুন্নেল লাইসোই সনাপাৎ।।
নোংগাং থোংগী মুশিংনে, মতারোক্কী মালংবা,
মালং নেম্নেম শিংলক্লে লোয়া খোনবা থঙ্গোম্বা।
পাৎতা শাংপা থম্বান্না লৈরাং ঙকশম চোয়হুনা,
থম্না খেঞ্জেং থক্তুদা, শিঙেঙন থবোশিংনা,
লমজাও লৈরাং মখৈনা মালংবদা য়েংহুনা,
শিঙেঙন পাওবু চেল্লক্লে ফংজদবা অতাক্ল—
"মালং পাওবু হৈবও লৈরাং ইপাও তম্বিরু,
'খোইনা লাইবক থিবসে ইতা কাদা লিবিরু;
লাইবক থিবি ঐখোইনা লমজাও তাবি মখৈনা,
হায়জরকই হায়রিরু কাও বিন্নুকো নহাক্লা!
পুখ্রি লাইজ-থক্তুদা হরি লাইশং মনাক্তা,
তাইবং খুৎনা শেম্বিবা হৌজবনা মাহুদা,
হরি থৌগন ফংইদো লৈরাং হৌকম ফহুনা,
মতা লৈরাং ঐখোইদি মাংলে পাৎতা তাহুনা!!
চীংদা তোংবা খোইমুগা, পাৎতা তাবা চেক্লানা
লৈরাং তোক্লে কেমহুনা শিঙেঙন নৈহৎপিহুনা।
মহোয়' থৌগন তৌবদা হরি মাগী চরন্দা,
থাপনা শাংপা লৈরাংনা হরি নংগী চরন্দা,
মমিত্তগী মপিনা নংগী চরন শেঙকই,
পাপপু চেনবা মচিন্না নংগী গুনবু শোক্লোই।
লৈরাং মপাপ চেন্দুনা পাওনা ভক্তি কৎলকই,
হয়েং মপোক অমগী নংগী থৌগন নিয়কই।"

লৈরাং মথোন তাবদা লৈরাং মমাই লৈশিল্লে
থরো থম্বান লৈ-য়ক্তা লৈনা গৈনা শিংলরে।
পাংকী লৈরাং খুদিংনা শিঙেঙন মপাও মেল্লক্লে,
লৈরাং মপাও পুন্থনা মাজং খোংবু শাল্লক্লে ॥
শিঙেঙনশিংগী ঙেংথাখোন-খঙ্গোন মানা কাওখিদে,
লৈরাংশিংনা য়াবদো মিয়াইগেবু নিংখিদে।
পাংকী লৈরাং মপাওবু খুঙ্গং লমদম পাংলক্লে
লবুক লম্ফাং লমজাও-শম লৈরাং মপাও শক্লক্লে।
উনা রানা ইপুং-পুং পুথ্রি লাইশং মনাক্তা
শিঙেঙন মখৈ ইথন থন মপোক ক্কবা মখৈদা।
চেক্লা লৈপন তারম্মি কয়া লুনা ঙাক-অম্মি
শোক-পনগনি মতানি হৈয়াং লৈরাং শেমমম্মি।
লৈরক লমজাও খুদিংদা মালং মানা শিংলকই,
পুইন-চেনবা লমদমগী পুইন মশক য়েঙ্ঙকই।
পামেনশিংগী মখৈনা লম্বী’ নাক-য়েৎ হৌরম্মি,
তাইবং মীখুৎ চংনদি মখোং তোংনা থোল্লম্মি।
লম্বী নাকন অনিদা নাপী মখৈ থারম্মি,
নাপীশিং য়ৌনবু তাইবং কাত্তি চারম্মি ॥
চাইনা তাবা লাইজনা লোক্তা ঙাহাক পনখিবা,
ইচেন কয়া থোক্তুনা নারক জগোন শমমিবা,
চিংজুম ইচুম ওইখিবা মালংবনা উখিবা
মুঙগাইরক্তা পহ্লৌবা লোইবী থক্তা তাখিবা
লাইজশিং উরুরে লমদম অসি য়ৌবদা,
লাইগী মপোক ওইরম্লে লাইজ পুইনৈ লমদমদা।
তুরেন হায়না কৌবম্লে নিংথিজরে য়েংবদা,
কোম্থোং কোম্থোং লৈরম্লে মাগী মপাল অসিদা,
লম্বী সোয়োক হায়ত্থনা ’থুগী অমুক মরক্তা ;

পুক্লিং হুবা ওইখয়ে লাইজ শক-তু উবদা ।।
তিংগোই তিংথৌ পাম্বী মাগী চেকয়া খোয়ম্লে
সনা খোংনাং তোমান্না পরেং পরেং হৌরম্লে ।
লাইজ ঙৌবা ইচেম্না লুপা তারা গুম্লম্লে,
মগুন লৈবা কাংঙ-না মাগী ইনৌ চারম্লে ।।
কাংঙ-পরেং লেপ্পনা মঙক ব্লাংনা থ্যাংগৎলে,
মতু-মমান খিংদোক্লে কয়া নিংথি ফজরে ;
ইচেননদি ঙৌবনে তোর্ব্বাননগা শংবনে
কাংঙ-কুচু পানবনে, মখোংচ্নুগা ভাংবনে ।
ইনাং-থাং-দ, তিংথৌ থক, লাইজ ইনৌ তাবদা,
লাইজ তুথুন-অচুদা চেক্লা কাংঙ লেপ্পদা ;
লোক্কী মচা লাইজদো লাইগী মচা ওইরম্লে,
মালংবনা য়েংবদা লাইজ মাবু ঙক্লক্লে ।।
লাইজ খুজেং য়েৌন-কুম সনা খোংনাং কয়ানা,
তিংথৌ হৌবা মখোংনা, মউর্নাদ ব্লাওথাংনা,
মনা-চুনা ইশং-শং পুংনা-হায়থ-লাইজদা,
কৎলি ঈশিং খুজোক্কো মপুগীদি চরন্দা ।
কনা 'মনা কুমথরি কনা 'মনা কাখৎলে'
তাইবং জীব পুম্বসু মাগী কাদা চংজরে ।
মাগী মশা শোক্লগা অশেংববু ওইরম্লে
মাগী মপান থক-তুনা "পুইনৈ লমদম" হায়রম্লে ।
জীব পুম্বা য়োক্লম্লে পুইনৈ পুইন—ওইরম্লে,
হরি মন্দির শেংনরে হরি থৌগন ফংলম্লে ।
"হৈরাং লৈরাং লাইজসু লমজাও ওংবী মখৈদি
হরি—থৌগন ফংবদা ! লাইবক থিদা মখোইদি ।
মালং সুম্না খল্লগা কোয়না চৎনা য়েংলক্লে
পুথ্রি লৈকোন পাংচুনা খঙ্গোনববু চংলকলে ।।

ফুরা দোলান শারম্মি সনায় মন্দিব শারম্মি,
সাধু বৈষ্ণব উরকই হরি গুনবু শরুম্মি,
বোকুল লৈহাও পাম্বীনা পরেং পরেং হৌরম্মি,
ঙাংবা ঙৌবা অরাংবা থরো থম্বাল শাৎলম্মি।
হৈরাং লৈরাং খুদিংদা মতা কোলোই য়েল্লুরে,
মরুপ মপাও তাবদা পুক্নিং লোইনা নৌনরে;
খুল্লক লৈরাং মখৈনা মালং মায়োক্লখরে,
মতায় মপাও ফিগাও- শা থাম্মাই মুংদা থমথরে।
মালং ইকাই খুম্নরে কোলোই মপাও মেম্নরে,
লৈরাং ওকশম তোদম হাই, থেক্ল—নৌনা কোম্নরে।
শিঙেঙন মপাও হনখবে লৈরাং মতা মখৈদা,
খুঙ্গং লৈরাং মখৈনা মাঙ্গং মাগী মফমদা !!

× × × ×

"লাইবক থিবী লৈরাংও করি নোংদম মথিনো,
নূরা নংগী নকাদা খোযুম তুং—ওইনবনো !
লৈরাং খুমু হুল্লকপা শিঙেঙন মতমদগীনা,
অরা' শরুক ওইদুনা মৈচাক পুম্বা খাংবনা,
লৈরাং চাওজন থিববী লাইবক থিবী য়াইথিবী;
নূরা করম য়েংশিবা লৈরাং লাইবক চাওরবী।
নতারোইশিং লৈবাংদি মালং কাদা পাওজেম্নৈ,
মুংশি কাদা থুংনরি লৈরাং 'রাবা পোথানৈ।
কৌরো খুদিং পাও-থুংই থাপ্লে থাপ্না পাও ফংই,
ঙাহাক পুংগোই পোথানৈ হাযনিং হায়নিং' হায়রকই
কায়নবগী মৈচাক্তো মুৎনৈ য়ারা লাইজ—দা,
মুম্না তৌনা পোথানৈ মরুপ কয়ায় কাদুদা।
লৈরাং ওইবী অমদি—পোথানফম লৈতরে,
মাঙ্গং কাদা চেনসিন্থু য়াবা মতাং থোক্তরে।

ঙকশম তোংগা তিংদুনা চেক্লা সাগন তোইন-খপ,
নমিং নপী তাদুনা হিক্লা হাইনা নৌনা কপ
নপাম লমদম য়েংদুনা লোইৰী চীংখোং লান্দুনা,
পাইজরোবা ইবেম্মা ! চেক্লা চাদি ওইদুনা !”—
“বিধি কৌবা লাইওদা ! করি নুংশি হৈত্ত’নো,
মুজা চেক্লা শাগনবু করি পিনদবনো !!
অসিগুম্বা খুজিনবু শিল্লি করি দৌদুনা
করম মুংঙাইরিবনো ! সিবু নংনা য়েংদুনা ।।”

৪

মালেম অস্নুক চাওবসে অম ফাওৰা উদরে,
হৈরাং-লৈরাং পাম্বীসু লোইনা মপুং ফানরে,
থুইরুম চনবা মনাস্থ হাইফেৎ কংবা ফাওবনি
সুকয়াও কৌবা য়াওদরে খ্বাইনা উনরিবনি
নাকেন থাগী শরুক্তা ইন্দু কাদা থুংৰিরে,
ইন্দ্রি পুম্বা লোইন-কং নূরা মাইথোং লাংসিল্লে ।
সুম্না নোংম নোংমগী চাক্লে ষ্নামৈ-মৈগুম্না,
কেনখিদৌরে মহাক্তি নাকেন-গায় উনাগুম্না ।।
কুমগী মতম ওইবনা চৎলি মমান্নবদি,
নূরা হেকমাই কাদুনা মুংঙাইনবু কয়াদি !
খল্লি :—“কাংগী মতমদা ’খোইনা নিংৰা থুংহৌদে,
ইরিক ইকোন ফীজোন্স সেম্বা শাবা নংহৌদে ।
হান্দক কৃষ্ণজন্মদি লাংগে মাংজোননবু,
হৱেনদদি মঙাইবে য়াদে নংদ লাক্তবু ।”
অনি তিল্লে ঙাংনরি অহুম তিল্লে তানরে,
নূরা পাখং পুম্বনি ইন্দু মাদ-য়াওদরে ।
নূরা মাগী মৈত্তুদি খ্বাইনা উদি নৎতরা,

মতাশিংবী কাদদিং রোংউবদি য়াদবা,
লৈরাং মরোক ওইবগী চিংথবদি য়াদবা,
মতা লক্তা মহাক্না য়াওদবগা থিরকপা,
কনা 'মনা হায়রকই—"ঝুলন হা'য়হ্ নুংঙাইতে।"
মতা 'মনা খুমকই—"কাংস্নু কৈস্নু নুংঙাইতে,
নুংঙাইবদৈ নুংঙাইবা 'কৃষ্ণজন্ম' নুংঙাইগ্রে,"
পুন্নাং ওইনা লাংখরে ঝুলনদু কাংস্নুনি লোইরে।
অপাম পামদা ইন্নাই নাই অতে কুম্মৈ হায়বসি
কৃষ্ণজন্ম হায়বদু পামনৈ লোইনা খ্বাইঅসি
অঙাং ওইবা-শিংগনি কুম্মৈ মচা সিমদি,
কয়া থোইনা থৌলেতে অহন ওইবা শিংগীদি।
মুয়া পাখং-শিংসিনা মাসিমদু খৌয়াংনৈ,
কৈদৌঙেক্নো হায়দুনা মহোয় পুম্বা মঙাইনৈ।
কুম্মৈ অতে মাংলা-থা কুম্মৈ সিনা য়াইদা থং,
মাংওইননা লাংসিল্লি চংখিস্নুম মথং মথং;
মতাং অন্নি য়্রোবদা শেৎপা চাবা পুংলকই,
কীজেৎ পুম্বা রাংতরে চরৈ ইশু তারকই।
কনাগুম্বা ইমুংনা পারি পোকপা লথানি,
কনা 'মগী ইমুংদা মমোম ঙাক্ত পোকপনি।
মপা মমা ওইবনা মচা মচায় লাংঙকই
মখোই কুমৈ য়েংছনা পুক্লিং য়াম্না হরাওই।
পুক্লিং পেম মশকি খোয়ুম মানা শেব্দা,
মিৎপু পেম- মতানি- পুম্নমকসি উবদা॥
নুম্বা মতম অসিদা করি রাখল অমনো,
শিঙেঙন ইন্দু মাবুদি কয়ি তুংওইমবনো!!
মাগী পলেম পম্লৈনা মাগী পুক্তি থংউদা,
"হরাওসনু" হায়ঙ্গনা লাংখলবা কয়াদা!!

লৈকাই মাইকৈ অসিদা ওইজবগী লৈরাম্মা,
নিঙ্গেওান মপোক হায়বহু ইন্দু কৌবী মহাক্না,
ওসি জন্ম নুমিৎতা লাংই কয়া ফজম্মা,
ফিজং যুথল থাংমৈনা কয়া কয়া নিংথিনা,
পুম্নমকসি উবদা নুরা মথৈ হরাওবৈ,
ময়াম পুক্লিং পেন্নবা ইন্দু মাসু পেন্সিবৈ।
ইন্দুই সুমাং মাংগোন্দু থম্লে নুরা পাথংমা,
“হোরেন হয়েং লিকোন্নি শাননিকো” হায়হনা।
“অয়ুক পাংত-চংকনি রাকয়ে হি—বু তোংহুনা
থরো চাবা হেক্কনি নুরা পাথং লোইননা।
মুংথিন ওইনা চংকনি চিংউ লাইবু খুরুম্বা,
নুমদাং লিকোন শান্ননি” হায়না হরাওনরিবা,
ইন্দু মাগী থরাইদি অরাবগী খৈথরে ;
যাত্রা কৌবা মপানা মরোল অম। লাংথিরে
অমরোমদা শাওবদৈ সোমদা পুক্লিং চংভরে ;
মমোম ইন্দু কৌবিদা প্রেম—অপূম্বা হাপথরে।
“গোপান মাবু কাওরগে মাবু পোকই নিংভরোই
হরাওরগে ইথুক্সি মাবু অমুক থল্লরোই।
রাথন অসি ভৌদুনা ইন্দুইদমক লাংওকই,
মচায় লিকোনগীদমক মনাইশিংবু শিরকই।
হৈনা লৈনা খোংনেংনা থৌরাং পূম্বা তৌহল্লে,
মাগী মাঙ্গোন অচৌবা ফরাংজিনা থাখরে।
ফীবুম ফীবুম ওইনবু পূমভাং ওইনা ভাংখরে,
নিংথিরবা যুথল্লা মাইকৈ মরি য়ানখরে।
যাত্রায় মাঙ্গোল অচৌবা ওকপ—ফংনা ফজরে,
য়ুম্না মমাং সংগোইনা কয়া অমা নিংথিরে।
ইংথোল লমদম অহুগা অমুক কয়া ফজরে,

অঙম্বগ ওইৰনে মিংফম্নগা ফজিল্লে ।
লৈকাইসিগী মনুংদা ইরেনগুম্না লৈসিল্লে,
যাত্রায় পুকচেনতুনগা ওম্থোক্লগা ফজিল্লে,
ইমুংসিগী মনুংদা লোইনা পুমতিন তিনখরে,—
"মপুং ফাবা ঋতুদা ফজবনা পুনখরে ।
জীব পুম্বা পেন্নরে নহা অহল—লোইনবু ;
লংজতুনা মহাক্না নংঙোন্দদি করিবু
শুম্বা মতম অসিদা ৱিধি কৌৰা নোংদম্বা,
মাগী মৈনা মুরাবু কবমদৌনা চাকহনবা !!
পুন্সি ইপাক অসিদা, য়েংউ ৱিধি তাওরিৰা,
তাইবং পাৎকী পাংতোন্দা থরো—থম্বান শাংলিৰা,
পরেং পরেং তাওরিবা মকা ইফন-ফন্দুনা,
কোইনা ফৈনা চোইতুনা ইনোৎসিনা য়ৈতুনা !!
ওসি অয়ুক অসিদা কয়া নিংথিজরিবা,
কৌরৌ মঙান অসিদা কয়া হরাওজরিবা !!
লৈরাং লৈকা খুদিংদা খোইমুশিংনা ওংঙিদো,
থরো থম্বানশিংসিনা লৈরাং হেকমাই কারিদো ।
লৈরাং মরুপ মরুপ্পে খোইমু কয়া ওইখল্লে,
তাইবং ইপাক অসিমক স্বর্গ ধামবু হেনখরে ।
লৈরাং ওইবী মাবুদি লৈখোক তিন্না চিক্লুনা,
নোক্কে হায়নি মতাগুম নোক্লিংদনা নোক্লুনা,
খ্বাইগী মরকসিদদি তিন্দ য়াদ—তিনবগুম,
লৈরাংশিংগী লক্তদি মকোক ওইনা তৌৰগুম,
মতা ওইৰীশিংনদি মাগী মবুক খংদগুম,
খোইমুশিংগী লক্তসু মাতু খংবা য়াওদগুম,
ওসি অয়ুক অসিদা লৈরাং মানা নংইৰা,
নোংদম হৈবা ৱিধিনা কয়ম য়েং'না লৈরিৰা !!

পন্থো মোংবা মরানয়াই ইমুং খাম্বী মৈহৌরে,
ইমুং-কাক্তাও মাপন্দি খাম্বী শিনবা লোইখরে।
মুরা ওইবী মহাক্তি নিংঙোন কাদা লৈহৌরে,
ইম্রি মৈনা কনবনা য়ুমগী মৈশা ফাওদরে।”
পন্থো খৌদোংঙহুনা কৃষ্ণজন্ম নুমদাংদা
শিকোন শান্নবগী লাংলকপদা মাঙ্গোন্দা
রাখরেদা ইন্দুদো মুরা থরাই চাকখরে,
“লমদম কৈদা চৎলগা ইংগদগে’ খনখরে !!
ইমুং মতম অহুদা মৈনা পুমঙান ঙানখরে
মুরা ওইবী মখৈনা মরূপ মরূপ পুনখরে।
মপায় মাংগোন খেঞ্জংলাং পুখ্রি চাওগোই ওইখরে,
মাঙ্গোন ফক্লাংশিংহুনা পুখ্রি চাংদোন শকখরে;
পন্থো মাংগোন য়ুম্বীনা থম্না খেঞ্জোং ওইখরে,
মাঙ্গোন মাইকৈ মরিদা য়ুখন ইপোম হৌখ্রে।
পন্থো মমাং খোংজাওনা ইথোই-চিংবা ইশৎ ওই
মাঙ্গোন শিন্নি অহুনা পুখ্রি থাকপু তন্ন ওই ;
দেরাং গিন্নি থাংমৈনা কোরৌ মুমিৎ ওইনা ঙান,
মুরা মায়খোংশিংদগী তুবুম উনা শেংনা ঙান ;
থম্বাল লকা ওইহুনা মুরাশিংনা শাৎলক্লে,
খোইমু ওইবা পাখংশিং থম্বান লৈফম থিরক্লে।।
লৈরাং লৈনম মখৈদি কনাগুম্বা খোইমুদা,
মতম কুইনা মভারক লোইবী চিংজাও অহুদা,
থম্বান লৈফমহুনদি খংবা কৌদি মরৈতা
লৈফম ফনা খংনস্থু পাইসিনবদি ময়াদা,
“কোরৌ করি মতাংদা লৈরাং কাদা য়ৌগবা,”
মুম্বা খোইমু কয়ানি খৌরাংহুনা লৈরবা !
“ঙসি কোরৌ অসিদা খংদববু য়াদবু য়াদেকো

থম্বান লৈকম পুম্বদা খংননবা থিসিকো।
থম্বান নাওং অমতং খংদববু য়াদরে,
লৈরাং কাদা পাইরকপা হৌজ-হৌজ ওইরক্লে।
ঙসি ফীগে শেংদোক্লি লোইদাম কুইনা মাংলক্লে,
মাগী মাগী কাহুদা ফীরোন য়াম্না তুম্লক্লে।"—
সুম্না খনবা কাংবুনা খোইমু সঙ্গু অমনি।
কাংবু কয়া অমগী মবুকতুনা অসিনিঃ—
"করি তৌরুগবনো লৈরাং শক—তুম য়েংহৌসি
কোরৌ শিংবুম য়াম্লক্লে লৈরাং মনম তাবসি।"
সুম্না মখল লথাগী ৱাখল মখল খল্লবা,
খোইমু মখন কয়ানা হৌরক্লেদো থুংঙবা।
জন্ম মুমদাং অসিদা যাত্রা মাঙ্গোন খেঞ্জংলাং
পুখ্রি চাওগোই শকইবা ওইরে খোইমু ফানলাং॥
খোইমুই মপৈ অতুনা পুমথন ওইনা থনখরে,
মলয়াগী নুংশিৎনা চংবা ঙমদ্রে ফুনখরে।
পুখ্রি মাগী থম্না থক ইন্নুং লিক্লাং চোৎপনা,
কোরৌ সনা মশেক্লা পুমঙান ঙাংনা য়ৈ-গুম্না,
ফরাংজিনা পাবনা মাঙ্গোন খেঞ্জং ঙাংখরে,
খ্বাইগী ময়োন অতুনা ইশিং ইঙৌ লৈগুম্লে,
ফীঙৌতুনা ময়োন্দা ঙৌরোক ঙৌনা থাজিল্লে,
লৈরাং খোইমুই মমিনা ইশিং থক্কা তাগুম্লে,
নিংথিজবা লাইয়ুম্না ফীঙৌথক্কা থাজিল্লে,
মুরা পাখং অপুম্বা লীকোন শান্ন-হৌখরে॥
চিংনুং চাদি চেক্লাগুম লাইজা ইঙৌ ঙাইনবা,
ৱাশা ফম্বৈথক্কা তোং নোংগী মাইকৈ য়েংনবা,
কুমগী নোংনা তাবদা পুখ্রি খোংবান থনবদা,
কালেন মৈচাক কোরুরে লাইজ মাবু ফংবদা॥

"য়েংউ বিধি মুংঙাইত্রা নংনা শেম্বনিদোসে,
কয়া মুংশিখরবা মুরা পাখং ময়ামসে !!
মুম্বা মতম অসিদা লৈরাং ওইবী অমনা
পম্ভৌ নিঙোন কাদ-চং কুমৈ মরক-খাইদুনা
লোকপান থোংবু চীকই-হায় মোলাং ঙাইখাংনা,
মুরা শাইনোন চোৎ-মখৈ হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা
য়েংউ বিধি নহাক্লা মুরা মাগী মৈ-অসে,
করি নংগী থৌজাল্লো সিবু—মুংঙাইবরসে !!
করম কোরৌ অমদা মৈচাক অসি মুৎকনি
খ্বাইনা ঙাংনরিবসে বিধি নংমু তারিনি ।।
খোইমু মমাম্নবনা রানা রারি শারিদো
মমাং সঙ্গোই দারিদা পাখং ময়াম ফমদুনা,
গোপাল কৌবা মবুংবু তোয়না তোয়না পন্দুনা,
খ্বাইগী লক্তা চংঙমদে, আহু ! হনখ্রে য়েংতুনা !!
লাইবক থিবি লৈরাংনা অনি মাইকৈ রারিনে,
মবুং মৈনা চাকপনে উখিগনি রাবনে।
মুরা মাগী মবুক্তা 'কম্ল' অমা ওইনাল্লো,
খ্বাইগী মপুক্লিংদনা মীকুপ অমা ওইনা লৌ,
ঙসি অহিং অসিদা মুরা মানা রারিবা,
করম য়েংই নোংদম্বা ! কয়া মুক্তি রাখ্রবা !!
রানা রানা লেনখরে ইনুং মমৈ ওইরক্লে,
চিংখৈ ফিজং হোংলক্লে নোংপোক মাইকৈ ঙাল্লকলে।
কোয়ৌ মঙান লাক্ত্রিঙৈ কোঙ্গোন তাকুম তাকখরে,
খোইমুশিংমু পাইখরে লৈরাংশিংমু হনখরে ।।
পাম্বা কৈনা তৌবগুম ইনুং শোইবা চাকতারে,
পাখং ওইবা অপুম্বা হজিন্দুনা তুমখরে।
মুজা ওইবী মখৈমু নিঙেঙান কাদা চংনরে,

ইন্নুং মীশেং খাংবগী কোঙ্গোন পোত্থানখরে ।
মীবোন তাবী মুরানা ইমুং থবক পাইখরে,
মুরা ইন্দু কৌবিস্থু থবক নোম্বা লোইখরে ॥
মুরা ইন্দু য়েংহুনা লৈপাক্লেনা হায়রকই—
"ইমায় ইন্দু ইবেম্মা ।" মমাখোই য়াওরকই,
"ঙাহাক পোত্থাজরুখো ময়াম অমুক লাকঅনি,
মুংথিন ওইবে হায়হুনা পোত্থা ফংঙোইদবনি ।"
মমায় রাজ্ তাবদা মনাইশিংদা তাক্লয়ে,
অরু-অরু পোংমখৈ মফম চানা থমহল্লে,
অতৈ লোইসিন-খোংচিনবা মনাইশিংনা তৌহৌয়ে,
মুরা ওইবী মহাক্না শিঙেঙান কাদা চংখয়ে ।
তুমৈ রাথন লাইখরে তরা থোক্ন-খনবনি,
হৈনিংদবা মাংওইনা রাথন য়াত্তাখিবনি ॥
অযুক তাঞ্জা অসিদা ইন্দু মানা হিপগ্রবা.
নিপা অহু কোইরকই মালুগ্রামদা চংলুবা ॥
লৈপাক্লেনা কৌরকই—"কৈদৌঙৈদি লাকপগে,
অঙস্বদি নংাক্না হায়বিয়ু তাজগে !
লেংসিল্লকউ অঙম্বা, ঐগী ইচা নিপাদো,
উন-লাক্লরকপরা, গোপান কৌবা অঙাংদো ?
মুংশিদস্থু ঙমদেদো রারোই হায়স্থ য়াদেদো
মুপী ওইবা ঐখোইনা থোইনা হেন্না মরাইদো ।
নিপা কৌবা নহোয়দি মুংশিদস্থু মঙমই,
ওক্তে শিংদে হায়হুনা কাউথোকপস্থ মঙমই ।
ইচেম রাজখয়েদা উন লাক্লদরবো,
একচদরবা অঙাং গোপান কৌবা অহুবো ?"
রারম অসি তাবদা নিংথৌ মনাই অঙম্বা
মপুই থবক অমগী মালুগ্রামদা চংলুবা

ইনুং শোইবা অমবু গোপান মন্তৌ উরকপা
নিপাসিনা তমখরে গোপান ফীগৈ অশেংবা—
"ইচেম ওইবী ! তাবীয়ু উনরকই নচাগা
ইনুং শোইবা অমনি ব্লারী শানৈ ঐহাক্না ।
য়ুমগী ব্লাকম অপূম্বা নচা লোইনা হংহৌই,
ঐনা খংবা ব্লামখৈ নচায় কাদা তম্মমই ।
মথং মথং লিনজৈ—মাগী' ব্লাবা য়েংঙমদে,
খল্লুবদা তুজুংই, ইচিনসিনা পল্লিংদে ।
মচন' ব্লাকম য়ৌবদা পাখং য়েংবা ঙমখিদে,
গোপান মানা ব্লাখিবা ইচেম শকপী তম্লিংদে ।
ইন্দুই ব্লাকম অসিদা মুন্না' মুন্না হংঙকই,
লিরু লৈরু থুদিংদা মিক্ত পিবু তারকই !!
ইঙ্গা ইঙেন মতমদা নোংখো- ফুইনা হৌবনা,
খাসি নোংয়াই মতমদা কুংনা তাবা নোং'ছুনা
ইমুং নোংথাং অচ্চুনা মালেম স্নক্লা মম্বদা,
লম্বী মশক উবঙুম ঐনা উজৈ মাতুদা ;
শিঙেঙন ওইবী মমুং—লাং থম্বান মাগীদমক্লা
নচা অসি য়ৌমাল্লে পাখং ওইবা মহাক্লা ।"
ব্লারম অসি য়ৌননা হায়নখরে অনিনা,
হৈশিংলবী লৈপাক্লে খল্লে মরু লুক্কুনা ।
সিনি, তুনি হায়তুনা সুংজিন্নরে অনিনা,
লেপনখরে ব্লাকমসি চুম্বা তারে হায়তুনা ।
নিপাসিনা—"ইচেবু সংসারগী হৌনবা,
ব্লাখন তৌখো নহাক্লা সিবু কৌই অমম্বা ।
তন্না থোক্লা খন্নসি শোইদ্রে হায়মু তম-ঙমদ্রি,
ব্লাগীদবু হায়বনি নাকোং মরি সুফদ্রি !"
তরেং তন্না খল্লুরে পুকচেন ফবা অঙম্বা,

ব্লাকম কয়া লীনরে লৈপাক্লে পুক্লিং ফানখী ।
ঙাহাক পুংগোই ফম্লগা নিপা অসি হনখরে,
তরেং তরা লখা 'মা লৈপাক্লেনা খহ্লোরে ।
খোইজি খাদা য়েকখরে প্রমানা পুম্বা চারক্লে
নমছনবু তাখয়ে লেংবা লাকপা য়াদরে ।
হু-গুম খারে ইন্দুবু কৈ-গুম শিল্লে মমানা,
থম্মোই ফাবা য়াখিদ্রে মৈত্তান-থক্তা ফম-গুম্না,
"ওহোকপনি ইন্দুও করি দশা লাকবা,
বিধি ব্রহ্মা কৌবা লাই নংনা করি তম্মিবা !!"

৫

মতমসিগী প্রজানা নিংথৌ য়াথং নত্তনা,
চৎপা খোংপা য়ানদে অতোপ লৈবাক লান্দুনা ।
লালা কৌবা অহুনা গোপান মনাক চৎপবু,
লৈপাক্লেনা খুজিন তৌ তানহনা খ্বাইগবু
চৎখ্রিবনি লালাদি মতাও গোপান মনাক্তা,
চীংলোন মাপল লান্দুনা মালু কৌবা খুন্দুদা ।
লালা মানা চৎখিবা লোইদাম কয়া ওইখরে,
রাম্নি পুম্বা নিনখ্রে রারম পুম্বা তানরে ।।
মবুক শিংপা তুরেলনা নিংথম মাগী মত্তমদা,
ওলাং থাগী চাকউবা কালেন থাবুম চুপ্পদা,
কুমগী নোংনা লাকপগুম লালা গোপান তিমখরে,
খৌম্লাংবম্ কোক্লরে অম্রাবম্ লীনরে ।
লালা মতম খ্বয়দং লৈরে মালু খুন্দুদা,
মতাও থনম্নহনা লাক্লে অমুক মৈত্তেদা ।।
লাংবন থাগী তরুক্নি জন্ম হুম্নি লৈরিৎতে
রাধাষ্টমী ওকয়াদা থুংলৈ লালা অম্নুংঙৈও ।

ময়ুম য়ৌদে লালাদো যাত্রাগীদা চংখরে,
"পম্বৌ ঐবু লাকচরে" যাত্রা কাদা তম্মুরে ।
লৈপাক্লেগা যাত্রাগা—"পারি লালা থুঙওয়ে,
তম্মু তম্মু ইবুংঙো, ইচা লাকপা মুংঙাইরে ।
করম করম তৌরকই নতাও উনরকপরা;
খুদোং চাদ খোংতবা লালা থোরকতবরা ?"
লালা—"পম্বৌ লৈরক্কে ইতাও উন্নজরকই,
থোকপৈ অশা তৌহৌদে ঐনা য়াম্না থেমমকই ।
মপুই নিন্দা কিবনে পল্লেম পম্বৌরোমগীনে,
লৈপাক প্রজা খ্বাইগীনে মাইকৈ কয়া 'মগীনে ।
হায়রিসিগী মখৈনি অতৈ কৈম্নু ব্রাহৌদে,
মানা আদা লৈবগী অতৈ খুদোং থিহৌদে ।
পল্লেম পম্বৌ মাল্লবা ইপায় মরুপ কয়ানি,
মাগী মরুপ কয়ামা মাবু চানবা ঙাক্তনি ।"
ব্রারম পূম্বা তাবদা লৈপাক্লেনা কপ্পকই,
মচা মুংশিবদগী মিত্তা-পিবু তারকই ।।
হায়রি মতম অসিদা লৈতে ইন্দু মচাদি
লৈকাই মতা অমৈদা চংথোকখিবাতুনদি ।
খুদক অসিমক্তদা মমোম ইন্দু চংলকই,
মরুপ খরা লোইননা মানা মাংবু থায়কই ।
মপী শংপু তৈথোকই লৈপাক্লেনা কপ্পদৈ ।।
ইন্দু' লালা উবদা মরুপশিংগা লাকপদৈ,
"ইতাও থুংঙরবরা" মুরা মানা কৌরকই,
"লাকএ ইতাও"—হায়দুনা লালা মানা খুম্মকই ।
লৈকাই লৈরাং কয়ানা—লাক অবোইরে হায়বদা,
করম করম তৌরকই হংনরকই লালাদা ।
ঙাহাক পুংগোই লৈনরে ব্রারি ব্রাতায় শানরে,

খ্বাই-অপুম্বা লৈহৌরি লালা ময়ুম হুনখরে ।।
মুরা ওবীশিংহুম্ চারে, নোক্লে হরাওরে,
ঙসি কৌরৌ অসিদি যাত্রা হাইফেং মুংঙাইরে ।
লৈপাক্লেদা চংহুনা লৈকাই মুরা খরনা,
জুরু জুরু তৌবদো উরে যাত্রা কৌবনা ।।
হংই—"কৈনো হায়ম্নিলবে।" লৈপাক্লেবু যাত্রানা,
"ইচাশিংনা হায়রিবো" পঙ্খৌ মানা চানবিনা ।
লৈপাক্লেনা "লিক্লোন্সি মতাশিংনা পামজম্বি,
'মখোয়গীদা শান্নসি' হুদা মানা য়াদরি,
'পাবুংদসু হায়বিয়ু' 'হুগী ঙংঙরিবনি,
করিদৌই হায়বগে, নোংম-ফাদোক্তগীনি,
অথাপ্পসু মনত্তে শান্ন-ফৈসু খল্লম্মি,
মপা করি হায়গবা মাহু ঐসু হায়রম্মি ।'
মচাশিংবু যাত্রানা—"করি য়ানো ইচাশা,
নংোয় পিশক পিকঙৈগী শান্নরকই মহৌশা;
নোংমতবু নত্তেদো ইপায় ইয়ুম অসিদা,
মীনা করি খনগনি শান্নদ্রগা ইপায়দা !"
লৈপাক্লেনা হায়রকই—"হাইমা ! করি য়ানোদা,
করিদৌই হায়বগে খনবিক্লসু অদোমদা ।"
লৈপাক্লেনা চেন্দুনা থিংঙমদনা মাহুদা
যাত্রা মাসু য়াখরে শান্নবদা লৈকাইদা !
হন্দক লিক্লোল অসিদি খুৎলৈ মতা অমনি,
য়ারনিদি হায়হুনা ইন্সিন্নকপা মতাংনি ।
লৈকাইসিগী কুমৈদা হরাও তয়াম তৌঙৈদা
ইন্দুগীদা নত্তনা তৌখিদরি কৈদৌঙৈ ।।
নিঙোন ওইবৈ মহৌশা পামজবদি মথৌনি,
মুরা মবুক্লিংহুদা লেমজবদি মশিম্নি,

অতৈ অমা উজদ্রে তৌজনিংই মাগীদা
থব্লাই কয়া য়াওজনা নোমজৈ মানা মাত্থদা,
লৈকাইথগী মন্নুংদা ইন্দু মথং চৎপিদো,
হোৎনজরে মানদি লৈরাং ওইবী নহাদো।
"ইতায় য়ুমদা শাম্নেদো কুনজা কুমজা খুদিংগী
কয়া ফজৈ থাগৎনৈ অঙম মচা ওইবগী।
মীনা নোক্লখিগনি" অসিদগী ব্লাখরে,
থব্লাই খুবাক হাপ্তুনা লাংজবগী লোইখরে।
লাংথোক্তনা লাংবগী অমুক্তোইবা মমখরে,
খাকপা লাকপা লৈতরে অরৈ মখে থাখরে।
শাগৈ নাতৈ য়াওখরে শিংলুপ ঙাইবু য়াওরক্লে।
মাবু থাজ-ইমুংফাও মাগী মতেং পাংলক্লে।
অরৈমখৈ পুথোক্লে অব্লাৎ মখৈ ব্লাইরক্লে,
হন্দক লিক্লোল অসিদি লৈবাক পুংজাও থিল্লক্লে।
হৈগী লৈগী জাৎ- তম্লু অমুক তোইবা সুখরে,
থাওমৈ য়ুথন ফরাংজী সুমাং ফওবা থুংখরে।
নিংথেম কীর্ত্তনগুমথরে ব্লাৎপা হায়বা লৈতরে,
য়েংবদা ওক্লয়ে ফীদা ফিজিন্দা মব্লাৎলে।
লিক্লোন য়েংসি হায়বগী মী পুম্বসি লাংখরে,
পানা মরি পাথংনা লোইনা পুম্না তিনখরে।।
"লিক্লোন হৌরো" হায়থনা মীনা পুম্নিন নিনখরে,
হৈগী লৈগী অরাংফম মফম মফম নাইখরে,
নূরা পাথং অপুম্বা মফম চানা ফমখরে;
লিক্লোন অথু হৌখরে পুম্নং ওইনা লংখরে।।
গোপানসনা থুংঙরে হান্দক লিক্লোন অসিদা,
কল্লকসম্থু মতানি, ময়ামথগী মবুক্তা
খ্লাইনা ইকাই খুম্নখি ময়াম কোইরপ হন্দোক্লৈ,

লৈপাক মীয়াম অত্থনা মাবু য়েংনৈ মীত্তানৈ।।
হয়াওবগা লোইননা লিকোন অত্থ য়াওরকই,
ইন্নুং শোইবা অত্থমা লিকোন'ছ শায়রকই।
অহন ফমফম সিনবনা হৈমন শিংমন খ্রুমাল্লে,
মাংগা তুংগা অনিবু মাইকৈ'মদা তারুরে।
"খুজিন হৈবা শেম্বশা! করিদগী মহৈনো,
মপুই খুক্লিং খংবিদা কয়া হৈবা শিংবনো।"
উরেং সয়ামলক্তগী চেক্লা লাইবক থিরবী,
মনিপুর-চেক-কুম্বী নোংদম থিবী য়াইথিবী!
থাজ মাইথোং অত্থদা লৈচিনমক্ক থাংলবী
মুরা মাগ৷ মনাক্তা তারুরেদো ফজবী।
গোপানসনা কৌবগা মুরা মাগা থংনরে,
হৌনা চেনসি য়াদরে ইন্নুং শোইবা লেপ্পরে।
মৈগী কোমদা তাবগুম চহি কোটি কল্লবু
অহিং অত্থ লেনখরে লৈরাং ওইবী মানবু!
মুরা মীকুপ অমতং ফম্লিংদবা মফমদো,
করি'মতা কাইথিদে মুজা লমচৎ খংবিদো।।
পুকচেন চাওবী মহৌশা 'রাবা পুম্বা খাংডকই,
হরাও হরাও শান্নখি খ্বাইগী পুক্লিং ফারমই।
গোপানসনায় মবুক্তা থুংনা থাজ-ফংগুমখি,
পাখং মাগী পুক্লিংদা থাজববু হেঙ্গখি।
নোংমা নোংমা ইন্দুগী য়েক্ল-লম্বী পাক্লক্লে,
খোয়ুম মাগী নোংদমা মুরা লাংফম চংলক্লে।
মৈতৈ লৈপাক হায়বগী মুংঙাইনবা মতমনি,
নহা ওইবা মখৈগী হরাওজবা মতাংনি।।
থৱান লাংবন কৌনবা থবক সংবা থাজ-নি
লৈত লাইর পুম্বস্থ পোৎথানবা ঋতুনি,

মপুং-ফাবা পৃথিথক মিংকী কুম্মৈ মশক্কি,
সরৎ থাজ নিংথিবা খোংকাপ য়াইবা থাজনি।
অরা অনা লৈত্রবা ওলাং থানা লোইরকপা,
মুংঙাইবনা খমথেংবা ইংথম থানা চংলকপা,
মপুং ওইবা ঋতুদা ইংথম কাপ্লেন হায়নবা
থাজ তরুক তরুক্কী মরকমক্তি তাইনবা।
লৈপাকসিগী জীবনা কনা-মতা য়ানদে,
নাপী মনা অমফাও কংনা লৈবা উনদে
খ্বাইগী শরুক ওইনবু ইন্দু মানা য়াখরে,
ঙসিদগী হৌত্নুনা 'সনি' কৌবা চংখরে।

৬

মৈতৈ পানা মরিদা হায়নরিবা খুরাইনি
খুরাই লমদম ঙাংনখি—"মতৌ লাংওন অমনি
ইন্দু কৌবী নুপীসে মমাংঙৈগী নত্তরে,
পংনা খকতি তৌরমদে মতা অমা ওইরক্লে,
মতম হেনবী নিঙেঙাম্না জগোই মকোক চিংবগুম
মতা'মদি লাক-অনি তৌদ্রে হান্নে মতৌগুম।"
হায়দ-হায়গুম মদনা ইন্দু মিরক তিল্লক্লে,
মতালক্তা চংলক্লে মনিংলক্তা য়াওরক্লে
থৌদোক-থৌদোক খুদিংদা ইন্দু মশক উরক্লে।
মানা চংনিংদনসু লৈপাক্লেনা থৌরকলে।।
মচা চানবা শাত্নুনা মথৌ ওইনা নোম্মুরে,
"ইচা ফুমশি মঙাইরে ইন্দু হৌরে" হায়রুরে।
মরুপ মপাং খ্বাইনবু হৌরে ইন্দু মহাকপু—
লৈপাকলৈনা ইন্দুদা—"চংলু ইমোম নহাকপু,
শেংকে চাগে ইমা লৈ, করি ভৌগে ইবেম্মা,

হয়াও হবাও হৌয়রে এনিংদেদা নঙঙমা।
কুমসি মঙাইরেগবা পামুদরা নহাকপু,
চহি চামা লৈশাবা য়াবয়নে মুপীবু।
চৎলু চৎলু ইমাও"—মতৌ সুম্না তৌহনা,
ইন্দু চৎপা হৌরকলে থোদোরকলে মমানা।।
মাইস্থু হায়ঙমদবীনি য়াওবে থৌদোক খুদিংদা
চৎনিংদনা চৎলকই চৎলোই হায়স্থু হায়ঙমদা,
হৈনিংদবী লৈবাংও মরুপ মাইবু য়েংবনে,
পল্লেম মাগী যাথংনা মাবু চানবোই থোকহল্লে।
লাইবক ফৈবু হায়সিরা ফত্তে হায়না খন্সিরা,
খোযুম লাইগী খুজিন্না তাইবং মীথুৎ চংববা,
তৌথোকতবা থবক্নি ইফৈ অমা চংলক্নে,
হন্দক চহি অসিদা মেরা রাস য়াওদৌরে।
পলেম মমা ইবেম্মা লৈপাকলৈনা হায়রকই,
পঙৌ মপায় মফমদা মুংশি রাহৈ ওইরকই—
"ইন্দু পাবুং তাবরা নমোম ইন্দু নচাসি,
হান্দক মঙাইরেদকো কুমসি রাস য়াওহন্সি।
ঐগীদনা তৌবদি ঐগী লল্লাই হায়হুনি।
মেরা রাস হায়বসি গোবিন্দগী থৌগন্নি।
ইচা নাহা ওইরিঙৈ ইন্দু লৈশারিঙৈদা,
অমুকত্তদি য়াওহন্সি হন্দক মেম্না অসিদা।
মীগী মযুম য়ৌগ্রগা, মাহু তম্বা ঙমদেদো,
ইমিং পেন্না য়েংহৌসি ইচায় মঙং মতৌদো।
কৈরুংবমগী খুৎনস্থু য়াওহল্লিংনা তৌরকই,
সনা কোন্নুং খুৎনস্থু য়াওহল্লিংনা শোহল্লোই।"
লৈপাকলৈনা ঙাঙকপা মচা মুংশি রাঙাংনা,
মাহু তাবা মরুদা য়ারে যাত্রা হয়াওনা।

"য়াম্না ফৈনা কৈদৌগে ; ইমোম ইচায়দমক্নি,
করি হায়ৰালৈদগে, গোবিন্দগী থৌগল্লি ।"
চাঞ্জরবী মচাগী মাবু মুংশি' ৱাফমদা
যাত্রা বেরা লৈখিদে মচায়নিদা হায়ৰদা ।
মপায় মাংদা লৈপাৱে ইন্দু মচা কৌরকই ;—
"ইমাই ইন্দু তাবরা লাও থোবকউ" হায়রকই,
"করি হায়নো" খুম্মকই, হরাও হরাও থোরকই ।
"হান্দক মেরা রাস-সি নংবু য়াওহনগে নিংই,
করি করি শেংকনি নফী নরোন খন্দোকউ,
করি করি.না য়েংগে তুক-খাংদোক খোংতোকউ ।"
ইন্দু য়ানিংখিদরে হুবু কবম খুম্মুনি,
ইন্দুই খঞ্জানবদো কম্না চুমদে হায়গনি ।
পম্থো মানা উহ্না হায়খি মচায় কাহুদা,
"য়াওরু য়াওরু ইবেম্মা ! য়াওহৌবস্থ মফৈদা,
হরি থৌগন হায়বসে পংনা ফংবা নত্তেদা,
ইপা হিজিঙৈসিদা অমুক্তদি য়াওহৌদা ।
হোরেন হয়েং খংদেদো মীওইবগী হৌনৰা,
নিংথিজবা থবক্নি ইশায় পুইন-তাঙবা ।"
মপায় য়াথং ফংবদা য়াজখরে ইন্দুদো
য়াওৰা তারে ইন্দুদো কুমজাসিগী রাসদো ।।
চংথোক চংশিল লম্বীদা সনা কোয়ুং মমুংদা
নুরা ওইবী মহাকপু মিংকী কুম্মৈ ওইজৈদা !!
নিপা মরুপ ইল্লকই নূপী পৃম্বা লোইননি,
চেপথ-চেপথ-য়েংনৈদো হেক অউবা মথৈনি ।
লৈম-রুপকী মথৈনা মুরা মাৱ কৌশিল্লি,
সনা কোয়ুং অসিদা ওন্দোক্লবুদি চাল্লি ।
মুরা শামাম্লবিম্ন "ইচেম ইনাও" কৌনজৈ

মজা ইবেম্মশিংগন্সু চান্ন-তিন্নৈ পরূজে।
মপা মমা মৌপুন্না সনাকোন্নুং মশানি,
ওন্থোক্লবু চানখরে মানা খ্বাইগী থরাইনি।
ময়ুমদগী কারকপা সংগাইন্নুংদা কৌশিনখি,
ইন্দু অমুক হন্দুনা মুজা সেম্বি শাবিখি।
লৈমরূপকা লোইননা জগোই তম্বা থোরকই,
জগোই সংদা য়েৌবদা লৈরাং মানা থোইয়কই।
খ্বাইগী লংনকম্সু ওই, ইন্দু সুকশাও শাওজদে,
করিমতা কায়জদে, হরাওবসু তৌজদে।
নোকক্ত-খোইরুম-মোমোন-তৌ, মুরা খিৎতা মনোকই
ম্নাগী পরেং উবনা কুন্দো পরেং লৈ-শুমই,
খুমদোক্কনা খুমকপা য়ান্না তাওজিং হৈগুমই।
খোগল লোন্দা ফজবা কৈথা পোনবা শাগুমই।
লৈম-রক্তা কম্মিন্নৈ মপুশিংনা কৌশিল্লি,
মশামকপু হেঞ্জিল্লি, চুম্না পক্তে চুশিল্লি।
করিমতা রাংচদে ফজে ইশৈ শকপন্সু,
য়াম্না মুংশি খোমকমসু থোকচৈ খোন্নৈ খোন্দাসু।
মানা হেনবা অমা লৈ শকফম ইকাই কাইজদে,
শক্ল শক্ল য়েংবদা ঈশৈ শকই খংনদে।
মাগী মখোন তারগা ঈশৈ শকই খংনৈদো,
লৈরাং মাবু উবদি কল্লরুদে মুংশিদো।
কল্লক্তবা রাদবা খরদনা কল্লকই,
ছৌনবগী তৌবনি ছুন্থ পাঙন য়াম'-পিকই।

৭

কোম্নুং রাস য়াওবসি হন্দক মুরা ইন্দুনা
মশামক্লা পামজদে থরাই য়াওদে খোইদোক্লা।
গোপানসনায় খুদোং চাই, সিগী পামদে নোবোনা।

"ঐগী পুক্সিং হৈনিংত্রি" সোমদা পামদে ইন্দুনা।
গোপানসনায় মবুক্ত—"হান্দক তাঞ্জা অমনি,
নিপা মচা ওইবগী ঐদি নিংথৌ মচানি,
ইত্তোন নিংথৌ ওইরিদো ঐগী ইনাই ঙাক্তনি,
ইপাই মনাই হায়ববু ঐস্মু ইনাই হায়দুনি।
শিঙেঙন ইন্দু মপাদি গোপান ঐগা চাবনি,
নোবো মপা চাবরা করি মতিক লৈগনি।
চাম-রক্সু পিসন্নু মপা মমা অনিনা
মানা য়ার চুমঙাই কান'দে থোইনা খন্দুনা।
অথি ফজ' হায়ববু খন্দে মুপী ওইবদি,
তোংনবনা মরোইরে হৌনবনি মহোয়দি।
শিঙেঙন নাক্তা হৌবদা থেংনরুবা পামেন্দা,
য়েংপা হৌনৈ উরিদি খুদক অত্নুমক্তদা।
গোপান কৌবা ঐহাক্লা মুমিৎ খুদিং থেংনগে,
মাগী হংগৎহন্দাসি ইনাইশিংবু থিহ্লনগে।
ইপায় মনাই ইনাইনি কোন্নুং মরি লৈবী-নি,
'তুনা করি কায়গনি থোইনা ফবা খুজিন্নি।
মানা কুম্বা মতমদা ঐনা কোন্নুং কাখৎকে,
মানা কাবা মতমদা মাতুই চানা কুমকে।
ইনাই ইশন লোয়নগে কেনা চাওনা চৎকনি,
কৌগে তরাম-তরাম্না মানা করম খুমদনি।
ঙসি রাতা অমা হায়, হয়েং অনি মরি-মা,
হংচিৎ তরেৎ তরা 'মা, মসেম স্নুম্না মথং-'মা।
তরাক তরাক ফত্তেদো অতুক তোংনবা নত্তে,
তাঞ্জা হায়'সি খিত্তনি মতম চাদবা ফত্তে।
কোইগদবা মুপীনি, নিপা' কোইবা হৌনদে,
মুপী ওইবী মখোইদি য়ারবস্নু হোয় হায়দে।

লৈপাক চংবা ঙাংবদি ঙাংবা শাবা হায়'ত্তুনি,
ঐনা অমুক ঙাংবনা শরুক চামা হেনগনি।
ইশামক্লা থেংনগে ফত্তে খুৎথাং হায়বসি,
খ্বাইগা মাল্লদবনি খুৎতা 'মনি ইন্দুসি।
ঙাংগদবা মরাইমা, তোকপা জাংনি য়েংহুনা
ইঙ্গিতনা চংকনি মাগী মীতা অসিনা
মাগী মপোকসিনগা ব্রাইদো থবক খুদিংদা,
মপায় য়াথং ইন্দবা য়াদবগা ওইবদা
মুরা মাগী মবুক্তা লৈবা থোকও য়ানিংবা
পম্থৌ তানি খনবদা ঙমফম থোক্তে ঙাংথোকপা,
মাগী মীওইসিস্নু চিংনফম্নি মবুক্তা,
মুরা পাউখুম অফবা পিনিংঙকপা মতমদা,
থংবা ঙমদবনিনা মীওইবগী পুক্লিংনা,
ঐগা হাকথেংনরদি চিংনররোই মবুক্কা ।।
মুরা নাকোং তরুকপু সুহন-নিংদ' মরম্না
লোইদাম সুপ্প কুইবসি পনবা য়াইদো মহাক্লা।
ঐনা নহানমথৈদি শল্লুদরে মাসিবু
'মুরা য়ানিংদমাল্লে" খন্দোকউরে মহাকপু।
সনাকোন্নং মন্নুংদা—হুস্নু কাইরোই অঙ্গানি,
লৈমরুপকী মথৈস্নু ঐগী ইমা ইচানি,
মাবু উন্ন-মতমদা য়েংগে তাঙ্গা অপূম্বা,
হান্দক মতাং অসিদা য়ারে পবক অপূম্বা।"
লম্বী লমথাং খিবিক্তা মফম মফম খুদিংদা
গোপান অসি খনহুনা লাংঙে ইন্দুইদমক্তা।
মফম মফম খুদিংদা মাগী মীনা থনখরে·
ইন্দু মবুক খংনবা তাঙ্গা কুংনা য়েঙঙক্লে।
হান্দক খুজিন অসিদা লৈরে খুদোং থিবা 'মা,

খুদোং চাজ্রে লম্বীগী গোপানসনায় কোঙ্গাই 'মা
ইন্দু লাকদবনা খুরাই মাইকৈদগীনি
গোপান মাগী ময়ুম্না খাইগী লমদম লোমদনি।
থোকওইদৌরে মসিদা লম্বেন ইথাং থেংনবা,
থৌওইমদা চৎলগা থেংনবৈদি থেংনবা।
ইন্দু মাবু উনগে সিগী রাখন তৌহুনা,
তাঙ্গা শিল্লে পাথংদো গোপামসনা কৌবনা।
"লৈয়াং পুক্লিং লাংহনগে শেৎকে চাগে লৈ-মখৈ,
ইনাই ইশন, লোইনগে, উৎকে ইতিক থেং-মখৈ।"
মাসি খন্না গোপান্না পুরে মনাই মসনবু,
গোপানসনা তোংখরে লাঙ্গোই সয়াং থক্তবু।
ইন্দু মানা কুম্বদা পাথং মানা কায়কই,
ইন্দু মানা কাবদা গোপানসনা কুম্মকই.
মনাই ময়াম মরক্তা লেস্মি লোইদাম থাজগুম
লাংগোই সয়াং থক্তুদা গুল্লি কোরৌ হনবগুম,
ময়াম, সেম্বাং পাইবগুম থৌরকই লাঙ্গোইদো;
থুরাই লম্বী অহুদা উয়ে ইন্দু লাকপদো।
ইন্দুই মপা য়ৌবদা খাম্মী লাঙ্গোই শাজাওদো,
"মুরা ইন্দু ইবেন্মা" থংসিল্লদে গোপান্দো,
"লৈয়াং ইন্দু নত্রনে, কদায়দনো লেংইবা,
থরা মুংঙাইরিবরা ? কুইরেদকো উদবা।"
মুরা ওইবী ইন্দুনা লম্বী চিদাই থৈদোকই,
মুরা য়েংবোই যেংউদে মুয়া পাওথুম পিরকই।—
"মানি অজ্ঞা ননাই ঐ—করিগুম্বা"—হায়হুনা ;
খোংকম 'নিদং লেপ্পমই মুরা অসি খুমহুনা।
মখা তাদে ইন্দুদো, চৎথ্রেহুম হেন্দোক্লুনা,
লম্বী মতুং ইন্দুনা সনা কোনুং পাংহুনা।।

গোপানসনা কৌবদো লাঙ্গোই লেম্বাং পাইবগুম
য়াওশং মতুং আবির কুম্মৈ মতুং তাবোকুম
হেম্বখরে অহুম্মা মনাইশিংগা লোইননা,
নৈখোং—সংবা হ'গোইগুম ঈঙ্গিত সরেং চাহনা।
খোংচৎসিগী মরক্তু য়াওই খংবা কোংগাই 'মা
মনাইশিংগী মরক্তা খংদবনা কয়া'মা।
ফাগী হৈবা মনাইনা রাচোই ভাংবা হৌরকই,
পংজক-সুদক কয়ানা নোকপা মখৈ য়াওরকই,
থুরাই লমজাও হোমখরে গোপানসনা চৎপদা,
মতৌ অমা ওইরক্রে সিগী দমক লাংবদা।
ইন্দু মাসু খংজরে গোপানসনায় কায়দা-দা
থ্বাই লোইনা খংলক্রে য়াওদ্রে খংদব'মত্তা।
অসিদগু নৎতরে কোন্নুং মন্নুং পায়রক্রে,
ইন্দু লৈবা মফমদা গোপানসনা চংলক্রে।
"জগোই য়াওরম্লিবোইরে" কৌই নোংমা কাদোক্লা,
ইন্দু কৈগু কায়জদে থুম্মি "অজ্ঞা" হায়হনা।
ইন্দু মাগী মবুক্তা ওম্নতৈনৈ ওথোক্লা,
ফনা তুকচনমু উত্তে মাহু ইন্দুনা।
লমচৎ খংবী মহৌশা কায়দে রাহৈ অমতা,
সুরা মাগী ফিবমদো হোংদে করি অমতা।
লেম রুপকী মখৈদি গোপানসনায় মিচংনি,
ইন্দু চিংগুম লেংখিদে, মীচং ফনা কৈদৌনি,
ইকাই সংগোই হাংখরে সরৈ তাহু মঙাইরে,
চৎলি হেক্তা লৈরমই, ফম্মি হেক্তা ময়াওরে।
হেকঙো হেকঙো হেকমাইকা তুকচবা ফংখরে,
রাঙাং থুদিং য়াওরকই মতা অমা ওইরক্রে।
মাগী মীচং ফাওবনা তুকচরে গোপানবু,

য়েংখিদরে মহাক্না মাগী অচোপ-অয়েবু ।
মচন মচেম মথৈনা হায়নরক্নে "চোপচৈদা"
অতৈনদি ওয়দে ভাংবা গোপান সনাদা ।
সি·খিদ্বিকপু উবদা শারে থম্মোই মৈগুয়া
ইন্দুই হৈনদবনা লোইবে ইকাইজবনা ।

৮

থোক্লরিবা থৌদোকসে যৌরে নোবো নাকোংদা,
তানা থিনবগুমখবে নোবো মাগী থম্মোযদো,
নোবো য়াতানখরে মরুপ মপাং লেংইনবা,
ইন্দু হন্সং-হন্দাদা ইল্লে মাগী মকপনা ।
সনা কোন্নুং মচ্চুংদা নোবো মীবু সিল্লক্নে,
মাগী মরুপ মপাংগী মমা মপা তাবকলে ।
মীচং মীপুম খুদিংগী থম্মোই উতুপ ফুম্নবে
খ্বাইগী মিত্ত—চাওরাক্না খুপ্পু অনি থোকখবে ।
কুম্মৈ মতা অমনি অসিতন্তু নত্তরি,
অত্তে কাংবু কয়াম্নু মন্নুং চন্না লৈখরি ।
রাগী মন্নুং রা অমা ফৌগী মন্নুং চেং-লৈগুম,
লাংগোম্না খোইবা লৌগুম তুরেন ইচেন্না তৌগুম,
কোইনা খোয়না চেন্নরি অমতন্তু থিন্নদে,
মহৈ মহৈ হোন্নরি মাইকৈ 'মতা চানদে ।
পামেলথক্তা য়াংনদি শাংপা লৈরাং মহাকপু
মিংনা মিত্তানবগুম খ্বায়না য়েংনৈ ইন্দুবু ।।
গোপান তৌভমদবনা হৈরাং লৈরাং পিরমই,
হৌন খংবী ইন্দুনা মাত্ত পুম্বা লৌরমই ।
লৈম-রুপকী মথৈনা গোপানসনায় ওইবনা,
ইন্দু কোবী লৈরাংবু লাইনা শান্নে মহাক্না ।

মপু মচা অমনি কম্না হেক্স, শাথিনা
থৌগল লোনবু কায়তুনা হায়নি ইন্দু মহাক্না ।
নোবো মরুপ কয়ানা মাহ্র পুম্বা উরকই,
হায়নরকই খংলকই মথং মথং তম্নকই ।
নত্ত নত্ত ব্লাতানা পোরোং খরা শারকই,
ঙারোই কাবা খোংনুংগী হুঙোইগুম্না চোংলকই ।
ঙাংনরকপা ব্লাফমসে যৌরে লালায় নাকোংবু,
মবুক্লিংদা চিংনরে ইন্দু কৌবী মহাকপু ।
ইন্দু কাদা নোংমদা হংই লালা মহাক্না—
"মীনা ঙাংনৈ চূম্বরা মীনমবরা লৈপাক্না,
হান্দক জগোই য়াওবদৈ মতা অমা তৌথরে,
গোপানসনা হায়রিবা মাগী লৈরাং ওইখরে,
ঐনা তাবা লানবরা তাকপিযুনে ইতাওনা,
ইতাও নংগীদমক ব্লাখরেদা ঐহাক্না।"
লালায় ব্লাহ্র তাবদা ব্লাখরেদা ইন্দুদো ;
মম্নিং মপি তাহ্নুনা—"ইতাও নংস্থ মতাওদো ;
চাওখ্রে ঐগী লাইবকসে, থিখ্র-মপোক হায়হুনি,
ঐদি য়াওরোই মহায়জে, পলেম পন্থো য়াথংনি
ইতাও ! ব্লাকম পুম্বসে ব্লাখন তৌনে নহাক্না,
ব্লারম খাকপা লৈতনা লোইনা তমখ্রে ইন্দুনা ।
মপায় পুখ্রি লৈকোন্দা ইন্দু লালা অনিনা,
ব্লারি স্থম্না তৌরিঙৈ থেংনরুরে মমানা !
লৈপাক্লেগী লোইখরে চিংনবগী লোমখরে,
অনিসিবু খংহনদে লৈপাক্লেদি লৈখরে ।
লৈসিন্দ্রনা তাখরে হুক্তি শেংনা তাখিদে,
লম্না খিত্তং থাপতুনা ব্লাহৈ পুম্বা লৌগুমদে ।
লালা মাস্থ য়াওরেদি লেপ্লে পলেম ওইখীনা,

মচায় মরুপ হুবুন্থ চিংনখরে মহাক্লা।
হুমদাংবাইগী মতমনি, মুমিং তার-বনরা,
মায়কৈ পুম্বা পুমঙাং-ঙাং চায়মক্তি ঙাংদবা,
শলাই পুম্বা পুম- ঙানঙান কোয়ৌ শকম্থু মউদা,
উখিদরে অমুবা মালং মাগী মকোইদা,
পাক চাওরবা অ'ত্তিয়া মৈখু থোকখিদয়রবা,
ওইখ্রেদো কুণ্ডদো অঙাং' মৈতান থল্লবা।
অঙাং মৈত্তান লক-সিদা ত্তিনখরেদো ইন্দুদো,
মৈঙান-হুনা রৈবদা স'লে কুচু লৈরাংদো।
অমুন-ময়োং কেনবগুম তারি ইন্দু কৈকোল্দা,
রায়দনা তৌরবোই মরৈ থংপা থোক্কেদা।
মনা হায়বী পোৎশক্তো মচু শেংবা হেল্লকই,
মৈকম মুংদা চংলগা সনায় মগুন কারকই।
সনা ওইবি ইন্দুদো রার-রার ফররক্লে,
মুয়া পুকচেন শোঙকই সনায় মচুগুল্লকলে।
লৈয়াং মানা শাৎপদি পম্বৌ লৈকোন-মুংসিদা,
সনায় থম্বান ওইখরে ঙসি মুমদাংবাইরমদা।
শঙ্গৈরেনা শাৎপগুম শঙ্গ-উকা থক্কুদা
শিঙেঙন ইন্দু লেপইদো মতাও লালাই মাংহুদা।

৯

মেরা থাগী পুণিমা মপুং ফাবা থাজনি,
থাজ খুদিংমক্তগী নিংথিজবা মহাক্তি।
পুইন- থামদি বৃন্দাবন হরি মাগী লমদমদা
গোপীশিংগী মরক্তা মুম্বা মুমিং অসিদা,
মানা শায়রকপবু থোকই মতম পুম্বদা.
অহুগুম্বা কোয়ৌদো ভক্ত-থম্মোই-মালংদা।।

অচম্বদি হকচাংনা কয়ি লৈত-ময়িংনা,
ফংনদবা, য়াওজগে উজগেদি নিংবনা।
গোমুখীগী লাইজদি গঙ্গা ঈচেন কৌনবা
ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেল প্রেমভক্তি অশেংবা
ভক্ত মাগী থম্মোইদা কাওবৈ থৌজান লাইজদো
কৃপা লাইজ অহুনা পোইরৈ লৈপাক থুমইদো।
ময়ম লমলেন কাইন দা পোইরৈ তীর্থ ওইখিদো
গোবিন্দগী মপান্নি পোইরৈ শৈশক ওইনৈদো।
মাগী মূর্ত্তি নিংথিবা উংপি মানা মনাইদা
ধরা চুয়া লোইননা ইনুং মংলান জান-হুদা
মূর্ত্তি অহু লৌহুনা লিংখৎচয়ে মনাইনা
মাল্লি মান্দে তাকুনা খুৎহৈবশিং কৌহুনা
মবুংঙোগী ফীজেৎতো গোপীশিংগা লোয়নবা
গোপীশিংগী ফীজেৎসু উংপিরেদো, লোইনবা।
ভক্ত মাগী থম্মোইদা হৌরে চন্দন-পামেন্দো,
পৃথি মাগী থম্মোইদা হৌরে চন্দন-পামেন্দো,
পৃথি সিন্না থুংখিদো চন্দনসিগী মনমদো।
"মৈতৈ রাস" হায়হুনা ভক্ত মানা ফোংদোক্লে
কুমজা কুমজা খুদিংগী মপু থাদা কংলকলে।
মেরা থাগী পূর্ণিমা থোকই কোয়ৌ অসিদা,
ভক্তি চন্দন খুদোনবু কংলি ওসি ফাওবদা।
"গোবিন্দগী রাসনি' কংলি সনা কোয়ুংদা,
ভক্তশিংনা তাওইদো প্রেমগী ইথক অসিদা,
পোইরৈথক্তা শাংলেদো লান্ন-থম্বান ওইহুনা,
মৈতৈ প্রজা' লায়জৈ চুপচৈ, থোইমু শক্তুনা
পাক-চাওরবা অমম্বা লাওওমদবা সংসারগী,
লানবি হৈবা নপুনি মবুংঙোনি খ্বাইসিগী

অচৎ-চত্ত পুম্বদি মাগী মথা পোনবনি
অম্নুপ চাওবা জগৎসি মাতগীদি মনিংনি।
মাবু নত্ত—অতৈবু লৈবা নত্তে নিংনফম
মঙোন্দগী হৌনফম অমম্নুনি থুংনফম।
মাগী চরন থুরুম্বা মাগী থৌগন তৌজবা,
মাগী মপোক অতুনি ফংঙমদবা হায়নবা।
মাগী থৌগন তৌজগে পুইন হায়বা ওইজগে,
মপোক মপোক খুদিংদা মনায় -মনাই ফংজগে;
অসি নিংনজতুনা তৌজৈ মাগী থৌগনদো,
মাগী নাক্তা চৎতনা শক্লৈ শোন্নৈ মগুনদো।
ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌরেন ভাগ্য ফবা মহাক্কী,
ফংজরিবা ভাগ্য-সি তাজৈ পম্বৌ চিন্দগী।
ধর্ম্ম কাদা থাজবি পুকচেন তিংবী ইন্দুনা
ইন্দ্রি লুপ্পা থাজজৈ মবুংঙোগী থৌজান্না।
মবুক শেংনা য়াওজরুই মেরা থৌগল অতুদা,
পাপকী লম্বী অমতা লৈতে মাগী রাথন্দা।।
মপু সনা কোন্নুংদা নিংথিজবা ঋতুদা
অইংবদি অহিংদা সরৎ থাবল অতুদা,
মপুং ফাবা থাজগী ভৌনা লুবা মঙান্দা,
হৈগী লৈগী পাম্বৌনা পরেং-পরেং হৌবদা
মীনা থাবা ওয়্নদে লাইনা শেম্বা খুৎশেমদা
সুম্বা "রাস মণ্ডলসে" য়েংবৈ পেনবা লৈতেদা।।
নেম্না-রাংনা কয়ামা মরক ওইবা কোংগাইনি,
পামেন মউ খুদিংদা হেরা মুক্তা থাম্বনি।
গোপীশিংগী খাংচেৎকী, নমথাং, মাইখুম কোকথক্তা
সনা মনি-মানিক্লা লংই মরক মরক্তা।
নিংথিজবা থাংমৈনা উশা উনা খুদিংদা।

নরং থাজ অহুনা 'সংবা-তিয়া' মথক্তা
হৈগী লৈগী মনয়ে লিরি হুম্বা মুংশিংনে
উনা উশা পুম্বনা লেংগুম হাই-গুম ভৌবনে,
গোপীশিংগী ভজিগী খুংথেক-খুংপু অহুনে,
হায়জ চংচ- কোংহুনা লৈনা-শাবা জগোইনে,
খ্বাইগী ময়াই অহুদা সনা ফীগে থোজিন্নে,
মোক্তোক সম্বা সজিন্নে ধরা চুরা হাপচিন্নে।
মাইকৈ খুদিং ওনহুনা মাইথোং থম্বাল উৎলক্নে।
মপু মনাই অনিনা মাগী রাস থোন্নক্নে।।
মমুং চনবা অথুপ্পা অচম মিংনা উত্রবা,
ভক্তশিংগী থম্মোয়দা চিক্লা ভাম্না লৈপ্রবা;
সরং থাজ পূর্ণিমা প্রকৃতিগী শককমদো,
হুদয় রাস মন্দিরগী ফজবদি লীলাদো,
উৎলে পোইরৈ মমিংতা মুর্ত্তি শান্ন-থোরক্নে,
প্রকৃতি দেবীনা থোংনা থোংনা চোংথোক্নে।
গুণ লৈবদি ভাবোকশিং হরিগুম্দা মুপ্লবা,
পুকচেল অমকপা লৈত্রবা চরৈ কীডো গুমলবা,
মাগী গুণদা ভাওরবা ঈশৈ শকপা কয়ামা,
'হংস ক্রুতা' ভাকনি বৈষ্ণবশিংনা কোংগাই'মা!
পুংগী সেনগী থোন্নেয়ে, ইমন কল্যান কেদারা,
কামোদ ছায়া-সাহানা-সিন্ধু-কাফী-দেশ গারা,
মল্লার মেঘ মালকোষ পঞ্চম পরজ সঙ্করা,
বেহাগ হিন্দোল সোহিণী সুরদগা পাজরা;
থোংজি খুজি-গোপীগী' মাগী বাঁশী থোজেন্না
মরক মরক অহুদা নিংথিজরি নামিন্না;
মুস খিবিক মকোক্তা মাগী লীলা শরুকপা;
অশকপম্ভ ভাবোয়ু মাগী গুণদা গুমলিব;

অসি উজরুবা পোইরৈ মচা পুম্ববু
লাইনা য়াংনা ফংনরি সুম্বা ভক্তি রসবু ॥

হরি কোলোই শকপনা পোইরৈ পাঙ্গন ওইনরে,
হরি নামগী ইথক্তা পোইরৈ তম্পাক থুংখরে ।
হন্দক সনা হাক্তক্তা সনা কোন্নুং মন্নুংদা,
লৈম্বাং মতোল লোমখরে পোইরৈ নিংথিজবদা,
মেরা থাজ খুদিংদা "শয়ন কীর্ত্তণ" তৌরিবা,
'দুর্গা পুজা বর" দা হরাও তয়াম তৌরিবা,
"পূন্য ভূমি" ওইদুনা লেঞ্জে মৈতৈ পূম্বনা,
কল্লক য়েক্ল লৈনদে কনাবুসু কনানা ।
মুরা পাখং পূম্বনা পুইনৈ লীচৎ—মক্তনি,
পাপকী মশক খংনদে পুকচেন তিংবা ভাক্তনি,
অমৈ মপোং লৌতুনা চৎখি মপু তাক্তনা,
পুরিগনি অমনা নিংনৈ ইচুম চুম্বনা,
"হুম্রে মাংগ্রে" হায়বসে থাজনবা লৈনদে,
কোরৌ নোংমা মতমদা রাহৈ লমচৎ কাইনদে ॥
ওসি কোরৌ অসিদা সনা কোম্নুং মচানি,
মেরা থাগী থাবন্না পুংফাৎ—পঙুম ফবনি ।
অহিং নোংয়াই মতুংদা "ইন্দু ! ইন্দু ! ঐখোইনে
হৌগৎলুবা তুমগ্রেদা, হৌগৎলুনে 'খোইনিনে ।"
ইন্দু পঙ্গৌ বাত্রানা—"কদোমদৈনো অসিদে ; —
ইমোম ইন্দু হৌগৎলু, ইপাদিনে খংউদে,
ইবেম্মশিং লেংঙকই"—ইন্দু চোংথোকচরকই,
তকুপ তরাং তোক্লুমা থুদা তন্না থারকই !
মনাই মশন কল্লানি; মুরা পাখং কাংবুনি,

মপু মচা ঙাক্তনি ইন্দু হৌবা লাকপনি ।।
"মঙ্গলারতি 'বুদি হৌরুসিনে থোরকও,
নংবু হৌবা লাকপনি লৈরাং ওইবী ইন্দুও" ।—
পঙ্থো য়াথং পিত্নুনা মুরা মাস্থ চৎখরে
মপু মচা ময়ামগী লৈরাংলক্তা তিল্লুরে ।
ইন্দু মাবু হৌত্নুনা কোইনা পুনা চৎলক্লে,
ফম্নাই ফানাই ইমুংদা, লৈরক খুল্লক চৎলক্লে ।
লৈরাং লৈবা হুরুরে হৈরাং লৈবা হেক্লকই,
ইস্নাং হৌবা ফুক্তোকই, মরোই মপাং থৎলকই ।
অহিং অথেংবত্নুদা নোকখ্রে হরাও-ভয়ামই,
পাখং ওইবা কনানা লমথাং সংপু চিংথোকই,
নুরা সমু নমদগী নুরা 'মদা পিথোকই
মচি মচি পায়ত্নুনা মালেমথক্তা ঝিংথোকই,
নুরা 'মনা শাওরকই খরা 'মনা নোক্লকই,
মরোই-মপাং হাপচিল্লি হৌত্নুনা 'মুক নোক্লকই ;
ময়োম তন্না য়োমসিনবী "শাওরমুসে" হুকচিল্লি,
শাওরিবীগী মঙক্তা, ফাগী তন্না তৌসিল্লি ।
মুল্লি অমুক অমনা নুরা ওইবী কনানা,
পাখং চরৈ অম'মুক নুরা লমন খুমত্নুনা ।
উফুনথক্তা তিংথোকই ইঙ্গাং নাপী য়োমসিল্লি,
নুরা খরা চংত্নুনা পাখং নমদা থোংগৎলি ।
নুরা অমা চেনখৎলি মায়োক্নুনা হল্লকই,
"করি লমদৈ ওইর'নো ?" নুরা মানা হংলকই ।
"করি পোৎনো অত্নুবো ?" ময়াম হৌনা নোক্লকই
অমনা ঙাং 'মনা খুম শাওনবস্থ য়াওরকই ।
অমগীদা হেকচংই অবৈ মথৈ লৌথোকই,
"মপু তাদে মুংঙাইতে" মপু হেকতি হৌদোকই

মপু মখোন তাবদা থোং হেক হাংদোরকপদা
মুরা ওইবী অমবু ইন্থরমই খ্বায় তু'দা।
অতৈ পূম্বা লোইনবা কাম্থোং তান্না চেম্থোকই,
পাখং ওইবা অমনা খুজেং পালোই খাম্মোই,
"ফারে ফারে" হায়রকই মপু মশক উবদা,
মুরা ওইবী হুন্দোক্লম, চেংবক্লে মহাক্তা,
মুরা চেনবা নংহৌদ্রে মপু' তান্সিল্লকপদা
ইশি—সিনা নোকথোকই মপায় মনাই যুম্বুদা ;
"ইমায় পেমা ইবেম্মা" মুবা খুমদে চেংোকখি ;
"ঐবু ইশক খংহৌবে" ময়ামদ'ুক তম্লখি ।
মপু' থোংগান য়ৌবদা ময়াম লোইনা চেনখরে,
"নশক খংলে খংগনি" লাওবম্লগা হক্তিনখ্রে ।।
মুরা পাখং পূম্বদো মপু মচা খিবিক্লো,
সনা কোম্নুং য়ৌখরে হুরকইবা পোংযামদো ;
সনা পুক্কৈ ময়াদা লোইনা পৈরে থমখবে ।
পুক্কৈ সংবা মচানা নিংথিজনা লোইশিল্লে ।।
ইন্নুং ঙাল্লে, পোং-মপু কোম্নুং ফম্নাই ঙাক্তনি,
মথং মথং কারকই—"ইপু সোমদা ঐখোইনি" ;—
মজা ইবেম্মশিংনা কৌশিল্লগা হংঙকই; —
"কনা কনানো ইপু ? অসাই 'খোইনা তারকই,
ইপুখোইগী ঙসি ইন্সাং—নাপী হুখি হায়না ?
অহল্লবু কৈদৈনো, ওইরিনি অঙাংশিংনা ।"
অঙম্বা সি' তাবদা—"কারকইবা অসিনি,
হুখ্রে লোইনা পুখরে ,ইপুই থুংনা থাবনি,
সনা চরন হংগৎকে, ইপু মশক খংহৌই,
লাকচখরে ইবেম্মা ! ইপু য়াম্না শাওনিংই ।
থোইনা ঐস্নু শাওনিঙেঙাই ; হৌনৈ পুখো চৎখোনা,

লংনরল্মি মখোইনা ঐবু হৌদোক্লহ্না ।"
ঙরাং মুমদাং কোম্বা মজা ইবেম্মা 'হ্না,
"হুরানবশিংনা, হাইমা ! ইপু করম কর্ম্না ?"
"তারক্লনি ইবেম্মা ! সনা চরন য়ৌখিগে ।"
—"হাইমা—কৈনো ! ইপু'মা ! 'হুবু কৈকাম্মনেইগে,
নম্নুশিংহুম ওইরিনি তৌবিরক্ল নুংশিদ্রা,
ফাম্নগা অহুবু ইপু য়েংবা ঙমগদ্রা ?"
—হুরানববু করিগী, ইপু য়েংবা ঙমদনি,
অহু য়েংবা ঙমদনা করম ইফম নাইগনি ;
চিঙ্গি করাম মীনম্বা; লাকপা ঐখোয় ইথৌনি,,
করি হায়না নুংশিনি করি থাদোকউগনি;
ইপু ইগুণ খংহৌরো' য়েংউ ইপু তৌগেকো ।
নপাবুংগী মনাইনি ইপুই গুণবু খংহৌকো
অহল ওইরে হায়হ্না উশিংলক্করমাল্লে;
হম্নুবগী মথৌনা মহোয় কাওখরমাল্লে ।
পাঙ্গল হল্লে হায়হ্না ইশেং শেংবা তৌবনি
হৌজিক নহারোম্লিনা উশিংলক্কম্নবনি ।"
"ফরে ইপু অহুদি নচা ননাই ওইরম্মো ।
ইপুমক্কী নচামক, খুম্লহুদা য়াওরম্মো,
ইপু ! করমদোগনি, ইপুই করি থোক্লনি,
শোইরোইদকো ইপু নং, নমিৎ নপী তাগনি ।
ইপু কৈকাম্নগনো, সনা চরন য়ৌক্লমু.
তোকও তোকও অঙম্বা ! ইপু শাওরুরগম্মু ।"
ঙম্না ঙাংন ঙাংননা তিল্লে ঙম্না লোইনবা;
মুরা পাখং কাংবুদো, মুমদাং অহু চৎলুবা ।
'ঙম্বা মাগী মাংহ্নদা লেপ্লে তুমিন তুমিন্না,
মবুক মবুক অহুদা কিরে মাবু লোইনবা ।

লৈপাকপুবা মহ'ক্না শুণস্থু লৈবা নিপানা,
ঙাংবা ব্রাঙাং অত্থুদা শকফম হঞ্জিল্লত্থুনা ।
খাল্লা নোক্লে অঙম্বা হায়রে—"তাওকো ইশুশা,
ঙাকপা কৌবা লৈখ্রেরোই য়েংউ মপু মচাশা !
ইচামকস্থু ওইসস্থু, ইনাই লখা য়াওসন্থু ;
ঐগী হায়বা অত্থুদা ওইগে মখৈ ওইসন্থু ॥
মুপী নিপা খাইত্থুনা মতিক চাবা তৌরমগে,
মুপী ওইরে চৎহনগে কৈথেল খুদিং পুহনগে,
মশম কোক্তুনা থাগে হন্দক খুঙ্গোইনরগে,
নিপা ওইরে 'তুমঙাই মীহাৎপুংদা ইস্থগে,
থম্মোয় সুংগুম, বনগে ইচা মীচা থিখ্রোই ;
ইমিৎ অনি অসিদা পি-কল্লা 'মা তাররোই ।
কনাগুম্বা নিপানা জীবশিংসি কন্সন্থু,
নিগে ইংক য়োন্দুনা লৈপাক হুপ্পা লেপসন্থু ।
নপাবুংগী হাক্তক্তা মৈতৈ সনা লৈপাক্তা,
হুরান-চিম্থি থমফদে নিপা ঐ লৈবিঙৈদা"
ব্রারম অসি হায়রম্লে চংখ্রে সনা চরন্দা,
সুরা পাখং পুম্বদো কিবনবু নিকএদা ;
লৈপাক পুম্বা উবদা, নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা,
খুদক অত্থুমক্তদা শাওত্থুনবু চংখিবা ॥

১১

মপু মচা পুম্বসে সনা চরন থুক্লদে,
নিংথৌ সনা খুৎনদি লৈপাক পুইবু নিংনদে ।
অঙম্বনা পুবনি শুম্না হায়না শিংথানৈ
মপু মচা পুম্বনা মখোইদবু মরুনৈ ।
হাংকে তুপকে মনিং তৌ-শিংঙ-থৌর-ঙাক্তনি,

মপু সনা চরন্দা থরাই কংল-মক্তনি।
ছনা কিনখিবনা তুম্পক তুম্পাক লেপ্পরে ;
মহৈ মহৈ রানরে চিৎবোন চিৎবোন তৌনখি ;
মুরা পাখং থরনা লৈম কাদা চেনশিনখি ।।
'ওম্বা মানা শাওখিবা রারম শুপনা হংগংলে,
থরমনা লৈহৌরে ; খুদকুদা থুংগুরে,—
অতৈ পোইরৈ অওম্বা সনা কোনুং থোংজিন্দা।
থরা অছু চেনসিনখ্রে 'ওম্বা মাগী মফমদা,
মজাইবেম্মশিংনা 'ওম্বা কাদা লাওরুরে,—
"ইপু ঐখোয় কিরেবো" রারম পূম্বা তম্মুরে।
—"সনা চরন য়োদ্রিভে থাম্বা য়াত্রা য়েংউগে,
শুম্না তৌরে হায়রদো ইপু পাওবু হন্দোক্কে।"
রারম অসি হায়রম্মি, চংখ্রে ফম্লাইব-ছুমা,
মুরা পাখং অপূম্বা লৈহৌরেদো অতুমা।
ময়াম য়াম্না রানরে খুদক তুদা থোরক্লে ;
অহানবগী অওম্বা লৈমা কাদা চংখরে।
লৈম-সনা য়াথংনা অওাং ময়াম কৌসিল্লে,
'ওম্বা সনা মাং ছুদা থুরু খুদক কুপ্লুরে।
মপু চরন পাংছনা হংগংচরে অওম্বা,—
—"সনা য়াথং তাকপিসি করিগুম্বা লৈম্নুংবা ?"
সনা য়াথং—"ইপুও ইপু নংগী নফমদা
মিগে পোৎলম অমতা পিবিয়ুবা ঐঙোন্দা।"
—"সনা য়াথং তাকপিসি," হংগংচরে অওম্বা।
—"পিগদরা হায়খোদা, পিনৌগবা অওম্বা।"
অওম্বদি খুং অনি লোম্নছনা মপুদা
"ঐগী হায়বা কম্নিনো ? কংকে সনা চরন্দা,
—ইথুং নাম ককউরা, সনা য়াথং তাকপিয়ু,

ইথরাইস্থ চরনগী অসিমস্থ তাকপিয়ু ।”
—“ইপু ! অতৈ নৎচদে, ঙরাং ইন্নুং মত্তমদা,
ইপুই নপোৎ হুখিবা, লংনরম্বা ইপুদা,
নুরা পাখং ঙাক্তনি নশুশিংস্থ য়াওরম্লে,
ওক্ত-শিং-দো নিরগে, ঐঙোন্দবু তুররে ।
’ঙম্বা নংবু পিনরো নশুশিংদি ময়ামদো,
ইপু শাওবিরগন্থ ব্লারকচগে মখোইদো ।”
মহারাণী চরন্দা তম্না কৎথোকচরমলে
মপু খুরুম্লগা ’ঙম্বা মাস্থ হনখরে ।
সনা পুক্লিং নোক্লকই অঙম্বদি মহাক্কা ;
য়াথং মথৈ শাওমিন্নৈ, চৈখি হন্না অমুক্কা ।
নুরা পাখংশিং অদো “চোপ্লমগনি” হায়নখি,
মহৈ মহৈ চৈনখি কবনবু নিক্লখি ।।
ঙম্বা নিংথৌ তিনবদা লীনৈ ব্লারি ওইনবু,
খুবাক খুনা নোক্লখি অঙাংশিংগী ব্লাফমবু ।।
হরাও তয়াম লেল্লকই য়াওই লেরাং ইন্দুনা,
থোদোক থোদোক খুদিংদা ময়ামহুনা হৌহুনা ।।
ব্লাঙাংদবৈ হৌনবা লৈতে মাগী অকাইবা,
হাজদবী মহাক্লা অরেম্বদা মওইবা ।
মতৌ মওং তোন্দবী মাবু মীনা য়েংনিংই,
রাশি লৈবৈ হৌনবা ঙাংথোরকই তানিংই ।
উন-নংবগী হৌনবা অরা অনা পুম্বা উই,
নূরা মাগী মাইথোংদো থৌজান শকফম ওইনা উই ।
ঙাংদ—য়াদৈ ঙাংলকপা রাৎতে নুরা করিস্থ,
অঙম মচা ওইবনা থংই লমচৎ পুম্বস্থ ।
কেথোক মৌথোক চাওথোকপা পক্তে করি অমতা,
লাঞ্জরুদৈ হৌনবা চাল্লী খ্বাইনা মাবুতা ।

কাইন-মৈন-কংবনা উনৈ তোল্ল-তারগুম,
মুরা মাইবু লৈথা-য়েং, চংলি রাথল লৈবগুম ।।
ঙাংনিং পুম্বা ঙাংঙমদে য়েংনি ং—পুম্বা য়েংঙমদে'
মথায়-অঙাংদ নপ্তে মথক অহন'-চংনদে,
অচুক নৌবা শকফমদো চিংগুম লমুম্না উনৈদো'
মুরা মাগী ঈঙ্গিংতা ঙাংবা শকপা ঙমনৈদো ।।
লমচং খংবী ওইবগী মপু মচা মমাই-যেং,
তিল্লী খ্বাইগী লকুদা পলেম পম্বো থর-য়েং ।
লৈম-নিংথৌ লোইনমক মুংশি মুরা মহাকপু
থৌদোক খুদিং হৌবিরৈ লাইবক থিবী ইন্দুবু ।
মনিং তৌবা লৈপাক ওই, হরাও কুম্মৈ য়াম্বগা,
চাবা হোংবা লৈপাক্তি অইংবগী ওইবগা,
ধরম-না ফবনে লমদম পুক্রিং হুবনে,
স্বর্গ গুম্লে নিংথিরে অচৌবনা ফবনে ।
থাবুম তরা নিথোইনি কুমজা মবুক অমগী,
কুম্মৈদনা মথল্লি লোইদাম থাজ খুদিংগী ।
ইম্থম ঋতু ওইবগী কুমৈ ঙাক্কা লথা 'মা,
মহারাস হায়তুনা ঋতুসিদা কয়া'মা ।।
বসন্তদা কয়ামা বসন্ত রাস হায়তুনা,
কয়া অমুক মুংঙাইবা য়াওশং হায়বা অতুনা ।।
ঙলাং থানা লাকপদা কুম্মৈ-মক্তা থল্লিবা,
চৈরাওবগী মত্তমদা মুরা পাথং হরাওবা,
কাংশাম্লবা অতৈম্ম রারি পেনা তারিবা,
পোইরৈসিনা মুংঙাইবা করিদবু পাসিবা ।।
লৈরাং মপুং ফাদবী মুরা মাদ-রারিদো,
থাবুম তরা নিথোইবু উল্লেলমক্তা য়ৈরিদো ।
শিঙেঙন সংগ লৈখিদে 'রাবা শরুক ওইরিদো

শুম্না হৌন-মাল্লেদো মাগী নোংদম হায়বদো!
অরাবনা নুংঙাইবা অরা'উর-পোংথাবা,
নুংঙাইবনা নুংঙাইবা নুংঙাহ-উর' হৈনবা!
লৈরাং মাগী মফমদা অরাবদা ওইখরে,
মাগী সংগ অপুম্বা মাগী যেক্ল-থোকখরে।
যুমদা লৈ স কদায়নো পলেম-মানা মথোই,
ইফ-ফজ-ব্রাহেনা নুবা মাবু নঙাংহ।—
"কুমসি কুমজা মঙাহবে শুমুক হন্না ফংঙরোই,
নুরা নহা ওইববু হন্না ফংগে হাবরোই।
মপু মচা ভাকুনি তিঞ্জগেস্ল ফংনদে,
লৈরাং ওইবি নহাকপু নুরা করি হৈনিংদে।"
চৎলু তিল্লু হায়দুনা নুবা মাবু থৌদোকই।
অগান- ব্রাহৈ ভাকনি পস্তৌ মাবু থৌদোংই।
থাবন চোংই মযাওহ কোযনা চৎলি মইল্লি,
তিন্দ-য়াদ-অত্তাক্লা নুরা তুক্তি মতিল্লি।।
হৈনদবা খৈরকলে নুরা ব্লাবা থেংখরে,
লৈরাং মতৌ উবদা মরুপশিংনা হায়নরে।
মরুপ ময়াম চংদুনা লম্বোইবীবু থোনবীখি,
লৈরাং মা'দা হাযনদে নতু'-মতুং কৌনখি।
মাগী শক-তু উরগা কনা নংনা ওন্নদে,
শিঙেঙন মাগী মবুকতো লেরাং কনা উখিদে।
নুরা মাগী মত্তোদো ওইনৈ নুজা ফীদম্ব,
মতাশিংনা ইকাইনে মোংহাদেদি হায়নবু।
মমা মচেম ওইনা উই মখা তাবা অঙাংনা,
মাবু মাবু ওন্ন উই মথক থোংবা মখৈনা।
ঙাংনিং—পুম্বা ভাংঙদদে, নুরা মাগী মফমদা',
শাওরকনি কিনৈদো শাওগন্দবী মঙোন্দা।

মুরা ওইবী মহাক্নপু কিমবদা নম্বেদো,
লৈরাং মাগী শককমদো খ্বাইনা থেংনা নুংশিদো,
লৈরাং শাংপা লমদমদা পৈরে খোইমু ময়াম্মা.
শিঙেঙন লৈনা শোক্তনা লৈনৈ কোয়না পাইত্না,
লৈজৈ লৈকোল লক্তেস্থ লৈরাং তোপ্তোপ তাত্না।
উরেং সয়ামলক্তগী মণিপুৰা চেক্ন্না।।

১২

ইম্ফম থাদি ওইকুবা খাবা উয়েন যৈকুবা,
উনাশিংনা অপুম্বা লোইনা তক-কেনথ্রবা,
য়ানা নংনা উকুর মালেম পুম্বা য়েংবদা,
মিংযেং পুম্বা শাকুরে মাইকৈ মাইকৈ খুদিংদা,
কুমগী মতম ওইরকলে বসন্তনা খোংদারে,
পঞ্চমীগী কোলোইনা কুমজা মপাও তম্নরে।
হৈরাং লৈরাং অপুম্বা তন্না খুমু হুল্লকলে,
হৈরাং মনা পাল্লকলে শিঙেঙন নাপুং ফারকলে,
বসন্তগী মাইথোংদা নৌনা হেকমায় কাররে,
ওলাং থাগী থাজিন্দা লৈবাং খেক্না নোল্লরে।
উদা ওংবা খোঙ্গল-লৈ পাংতা শাংপা কোন্দোল-লৈ,
পুথ্রি গপান কবোক লৈ তেংপাক ঙানবা কুসুম-লৈ
শিঙেঙন লৈরি কুমখাইবৈ লমফেল নাৱা কোম্বীরৈ,
লৈরাং লোইনা শাংলকলে চিংয়া ঙানবা পামসরৈ!
নুজা কচু তম্নরৈ লৈহাও পম্না শাংলকলে,
নাগেশ্বর কেতুকি লৈরাং জাংনা সুরকলে।
শিঙেঙন মানা হমক্রলৈ লমদম ঙানবা তোরবান
চিংদা তোংবা লৈরাংলেন শিঙেঙন কোলোই উথম্বান,
শিঙেঙন মতম ফরকলে লৈরাং মথৈ হুপ্লকলে,
[illegible] তোরৈ [illegible]কলে

লোকলৈ শক্তি শারক্লে পুল্লৈ নাপাক-লোল্লক্লে
কুমগী মতম ওইরক্লে নুজা পূক্লিং ওল্লক্লে
পাখং মতম ওইবশিং কাওরেন হানৌ থিরক্লে
লবুক লৈরি শাংলক্লে হুপচিং লৈরাং ওাল্লক্লে
হানৌ খুবোম য়েরক্লে মালং ইথক হৌরক্লে,
খঙোন খোংকাপ ব্রাইবদো চীংয়া কোইনা শিংলক্লে।
লৈরাং মমম পুতুনা তময়া সিনবা হৌরকলে,
তমগী চীংগী লৈরাংবু খোইমু খোংগুল লীবকলে।
নাওয়োক হৈবা তাইবংনা ওাকলে কোইনা চাংজৌবু,
পুখ্রি চাওগোই শেমগৎলে চল্লে লাইজ ইনৌবু,
পাংত-লৈখা নুংদগী থম্বান খুমু হুল্লক্লে;
ওলাং থাবু য়োৌবনা থাম্না খেঙোং উরক্লে।
শিঙেওন মপাও থুংওরে থম্বান মতম ওইরক্লে,
থম্নাখেঙোং থকুদা নরা থম্বান শাংলকলে।
শক্তিবুদি কুমদারে লমতা থাদি কুমগারে,
হুমাং লীরি খোকপনা তাইবং কুচু লোক অরে।
মুরা পাখং পূম্বনা লৈরাং থিবা চংলক্লে,
লমদম মাবু তম্লক্লে, লমফেন মাইকৈ পাংলক্লে,
মনা কবাক থাংমাল্লে মউ থরাক মান্ন-রৈ,
'মুবা নোংমানকুচুরৈ নোংপোক ফৈনা খুন্দারৈ।
সজিবুনা কুমদমলৈ, চিংনা কোইনা পাং-তা-রৈ,
চীংগী তমগী হেম্লরৈ নাব্রা কোলোই কোম্বীরৈ।
মুরা পাখং মরুপ্পা উরোক সংগু পাংখক-ওই,
লাংগোল লোইবী লফেম্না, মুক্রা মুবা নোংদোন ওই,
সজিবুগী অয়ুক্তা লমফেল মাইকৈ ওানখরে,
লাংগোন কবোক চাইখরে লৈরাং হেকপা কুম্নরে।
মপু, মনাই, অওবা, ফম্নাই ফানাই মচানা

লখা কোটি অমনি য়েংই, যাওই কয়ানা।
মপু মচা কননা চৎলি লাংগোই থকতুদা,
চৈরাওবগী কুম্মৈনা নিঙ্গ পোইরৈ থক্লিদা।
চৈরাওবগী চুমিৎতো নিংথিজবা মুমিংনি,
কুমজা'মগী মংদা চৎি চৌরা হুনিংনি
মুমদাং রাইগী মতমদা লোংবী চীদা কাখৎনৈ
কেনা মৌনা চৎনৈদো সনা লুপা লোংনৎ-নৈ—
চিঙ্গা পিমুম চিংমৈবোং মীনা পুমঙৌ ঙৌনা উই,
নোকপা খেবা হবাওবা শিরোই নাবোই দৌগুমই
কালেন ইঙা সজিবু লোইদাম থাবুম খবসি,
হরাও কুমৈ মক্তনি পোইরৈ লৈবাক পুম্বসি।
অয়ুক মুথিন অসিদা শাগ্নে পাথং কাংবুনা
খুৎ তরেৎনা কযামা তোম্বান তৌই কয়ানা
রাগ্নি পেনা তারিবা নুরা পাথং শিংহুনা,
সাধু বৈষ্ণব লোইনমক ভকই হরাওনবনা
অহনশিংনা কয়ানি নত্তে অঙাং মখেদা,
লাইবিক লাইমু তারিবা হরি মন্দির খুদিংদা॥
পলেম সেম্বী মমানা শিংঙেন হন্দু মহাকপু
হোৎনৈ নযা খিতনা অহৈ অশিং কযাবু,
লৈপাক মাইবা য়ৌরক্লে নিংথৌ মাইবা য়াওরক্লে,
লমদম পুনা থুংখরে য়াবা কৌবা লৈতরে।
মুরাগ লাইনা কোক্তরে যেংবে কাম্ব—লৈত্তেদো,
উরৈ রারৈ শং-খদিং নৌনা নৌনা হৌখিদো।
ফর-দৌবোই মনিংনৈ লৈতে ফব-কৌবদা,
নুরা মাগী লাইথুংদো নোংমা-নোংমা চেংখিদো।
মুজা থম্মোই নুং-হুদা তাখি মরা চেৎনবু
অহৈ-অশিং কয়ানা য়েংবা ঙমদ্রে মহাকপু॥

মুরা ইন্দু মহাক্না, নোংমৈ লোরৌ নুমিৎতা
থাবনসনা কৌবিগা মহাবাণী নাক তুদা,
অহুম অসি লৈবক্তি, অনি লৌগন তৌরমই,
থাবনসন চৎথোকখ্রে সনা য়াথং হাযরকই:—
"ইমোম ইন্দু নহাকপু লৌনে, ইমায ইরাসে,
ইচামক্তি হায়তুনা নিংই ঐনা নহাক্রে।
নংনা খংদ-তৌবনি নংবু পোকপী নমাস্তু,
নোংগাখবে নমাদে, পঙ্খৌ ওইবা মহাকস্তু।
তায়দো তিন্নরকই হায়, শীংদ ইবুংঙো মাগা,
মানা নিংই নংবুদি চপ মন্না নহাগা!
য়ুম্নাক 'মদা চৎখ্রগা ওইদি নমনা চয়রদো,
থাপ্নখিনি খংদেদো নরানিস্থ উচদে।
ঐনা হায়বা ব্রাসিদি মন্ডু থাত মমগী,
ময়াম্বনা পোকপনি লৈপাকসিগী নিংথৌগী,
হৌজিক সিদা য়াদেদো, ফনা ক্লংশি হায়তুনা,
মপুই হাবা য়াদেদো, তরা হৌবা নখুৎনা,
ফনা চাল্লি হাযদনা যাদে ফীগ নাইকবা,
পুমপল ওইনা পল্লিদো, শেংলিং তৌনিং অপুম্বা,
মপুই-মনাই ওইক্রবো, যাবে লোননা মনিংনিং
নিংথৌ ওইবি মতোন্না লৈ াক আস মাগীনি।
তৌনিংবদা তৌগনি কবি মধৌ লৈরিবা,
নিঙোন্দস্তু কয়ানো অমমন্না চাওবিব
নোংমতবু কোদবা ইচা হমৌ হাযদবা,
পিবা মতুশিংসিনা কয়া কয়া তৌরিবা।
মচাদগী হেজবা সুস্মু লুনা চংল্লিবা,
ইম' হায়না কান্নদে নং খন্দুনা য়েংজোবা।
সনা মনি থাঙ্কনি পংখ্রেদকো ইচাশা,

নরাইবক্তুম ফবনি নরাখন্দুম তৌজোশা।
নংগা মীগা লোইননি, নংনা অজ্ঞা কৌগনি,
মীনা দোলাই তোংগনি নংনা খোংনা ইনগনি।
মুরা নরা শেংদোকউ হায়ু তাগে ইমাদা;
নংগী ফৎতনববু হায়গদরা নংঙোন্দা।"
মপুই য়াথং অতুদা য়াদ্রে মুরা খুমদবা,
পন্থৌ মপায় কাতুদা থাংগৎখরে রা পুম্বা,—
"মপুই থৌগন ফংজবা পোইরৈ লক্তা তিহলনবা
পন্থৌ মাগী থৌজান্নি কয়া রানা য়োকপিবা।
পলেম মপান চারক্তে ঐবু পোকপী ইমাদো,
পন্থৌ অপোকপসুনি তাইবং পুন্সি তেনবদো।
মালু খুংগং অতুদা মাল্লেম উফুল মরক্তা
তিনবু কাংবু ওইতুনা মাং তাতুনা লৈবদা
পন্থৌ ইপায় খুৎতুনা পুবিরকই খুন্দুনা,
ফীরোন-নাইনা য়োমতুনা হিংহনবিরে য়োক্তুনা,
মপু চরন কুপানা ফারে লৈরাং নাপুংবু
লাইজ খিকলেন ওইতুনা লৈরাং মাগী কাদবু।
পন্থৌ লৈকোন মুংতুদা শাংচরবী লৈরাংনি,
মপু চরন থৌজান্না লৈরাং শংবা ইপানি।
পন্থৌ মানা হেক্তুনা কৎচসমু চরন্দা,
লৈরাং পুইন-হায়বদো ওইজসমু মাতুদা।"
মুরায় মপাও অতুদা খোইনা হেন্না মুংশিরে,
মপু সনা পুক্লিংদা 'মুক হেন্না নিংওমদরে!
উরে য়ারোয় হায়বতু মপায় য়াথং নতনা,
ইন্দুইদমক রাথরে ইশেং শেংবা চান্দুনা।
"মপু মচা অমমী মনাই ওইহন-নিংগ্রেরা,
'ভবা মমৌ ওইতুনা জোকপা তারে পাগুইদা

যাত্রা মপু মনাইদি য়াথং হোংউ য়াররোই ।
নোবো কৌবা অঙাংদা ইন্দু পিবা শোইররোই।
য়াথং থাত্রিঙৈঙ্গদা ঐনা খংহৌদরেদা,
গোপানসনা কৌবসে লৈরুবনো কদায়দা।
সুকপু তাংবা লৈরাংবু করম হান্না উদবা,
লৈরাং পান্বী অসিবু কমদৌনা ফুক্লিবা।"
থম্লে মহারাণীনা সনা য়াথং হায়রকই।—
"ইমোম ইন্দু খংইনে, ইমা লোইনা তারকই।
নিংথৌ মপু মনাইগী মবুক উরে ইমানা;
সুরা নংবু পান্দ্রইনে মাংহনসিগে করম্না!
নংগী দোষ কোক্লবা ইপা চাবা শরুক্লি
পুম্নমক-তু থোক্লবা ঐনা খুজিন তৌগনি।
হায়নখিগে ঐহাক্না পম্মৌ মাগী কাহ্নদা,
সুজা ওইবা নংনদি লৈরাং রাথন তৌরুদা !"

৩

শিঙেঙন ইন্দু কৌবিবু লৈরাই পুরি নোংলৈনা
তেরা মফোন থাংবগুম লৈনা কোইমা ময়াম্না।
নোবো কৌবা অঙাংনা ভাওরি মকোক অহুদা।
থরাই শোক্ল-মুংঙাইত্রি ইন্দুই চংথোক-চংসিন্দা।
মপু সনা কোম্লুংদা খংই নোবো মহাক্না
মীগী মীচং ওই হায়বা সনা কোম্লুং মীশিংমা।
মাগী থরাই শোকথরে ভামৈ ইতং-তংতনা,
পাও-অপুম্বা লৌথোকই চংলি 'খুদিং ইন্দুনা।
"ঙসি শোমদা চংখিদো মীতা অহু অহুনি,
মাগা মাগা চংমিন্নৈ থবক অহু 'হুগীনি।"
লোম্না কোংনা কয়ামা য়ৌই ইন্দু নাকোংহু

য়েৎনব্রিবা খরসে উনৈ মীপুম তিংনসু।
"মপায য়াথং নত্তনা দায়-লতেদো ইন্দুনা,"
মপায় য়াথং হিন্দোকপা ইন্দু ই থবক লৈতেসু
লৈরাং মন্নমচৎ-শিনা মখংইদা মাতুসু
পম্হৌ, নিংথৌ, অনিসু য়াথং হোংঙ্গাইরুমা উই,
নোবো, অবাইবা নত্তে- পুন্নমক্সি পুমউ উই।
সুম্না উন-উনমক চমন্ত্র মবুক ফাজবা,
মুংঙাইতবা পুন্নমক ফোংদারক্লে লোইনবা।
মকুপ মপাং খিংহাল্লি, মাহকে মাহকৈ কথাদো,
নোবো থন্নাই শোকখরে মপু সনা কোন্নুংদো।
ইন্দু কৌবি অ সন তোরোংথদা তৌবদা,
মুরা মাগী থুহুনা কাবে নোবো লুতোন্দা।
মুংঙাইতবৈ মৈতুনা খনখ্র নোবো—কৌবদোঃ—
"লৌরগা লো লোদ্রে তোক নপা মমা য়োৗগেদো,
নিংথৌ খনবা মুপানা, করি লেম্বা লৈজবা,
তৌবা ওম্বা নত্তনা করি ওইবা হৌনবা।
নিংথেমমুবীদনবু চন্নবানি কোন্নুংদা,
মাবু করি ওইরিবা, করি' লোইশং অমদা।
চৎনরবা মওংনা মচিন ফনু ফতুনা
লম্বাদনা মরুনি থাজগনি কনানা।
মীওইবগী মবুকপু মানা থংবা ওম্বরা
অচুম্ব-ঙাক ঙাংবরা অতৌব-ঙাক্ক উবরা!
লাঙ্গোম্না খোহবা চেংচা—তুরেন-ইশং থকুহবা
কনা থাজরুগান হথুৎ-তম্ন লৈত্তবা।
পিরে লোইরে ঐগানি, হান্নানি, করি য়াদনি,
ঐগী ঐনা য়েংদনা কনানদি য়েংবনি।

পলেম পম্হৌ অনিনা লাম্লি ইন্দু থাবসি,"
নোবো লেপ্লে, তানরে, 'ব্লাকম অসি,' হায়বসি।
নোবো মাগী মরুপ্না হায়রে নোম্বো মমাদাঃ—
"ঐখোই খ্বাইবু হকাইরে ইন্দুই মতৌ অনিদা,
পলেম ইমা ইবেম্মা, মুন্না ব্লাগন ম্তৌবিবু,
ইন্দুই মমা মপাদা ইমা খোইনা য়ৌখিবু
অহিং থিদা-করিনো, উরে কৈপাক পুম্বনা
সনা কোম্নুং মন্নুংদা লোগনা লোইনরম্লুনা,
গোপান সনা হায়রিবা, তারংনি লোইনমক
ইমাখোইদি তাদরা ? চিংনৈ মাবু ঐখোইমক ।।
কৈস্নু কায়বা ব্লা-নত্তে ইমাখোইনা হায়বিখো,
ঐখোই য়েংবা নুংঙাইতে পাবুংগস্নু তানখো।
থাজখ্রবা হায়বসি ওইরবনি পাম-অমা
নত্তে ইতাওগী বাদি থল্লু! ইমা ইবেম্মা।
মরুপ মপাং কোইদো কয়া পানদে ঐখোইনা
থাজবিয়ু মাসি—হোংনরি ময়াম চংলুনা।
গোপানসনায়দমক্তা, থিরে ঐখোইস্নু ব্লাম্না,
লাংব-শানি ঐখোইনা, 'সুহোংগনি' অসোন্না।
চেনখি চোংখি থোক্লগা থিনে ঐখোই ইমায়দা।
ইমা খোইনা থিবিয়ু তাকহৌ মমা মপাদা।"
ব্রাম অসি তাবদা খল্লে নোবো মমাদো,
মচায় কাদা শোকপদা ফুংঙাইখিদে মবুক্তো।
কৈরুংবদা কৈরুংবী "—হায়রি অস্নুম অগুন্না,
হোংনৈ গোপানসনাগী ইবেম্মশিং ময়ান্না,
অঙাং মশেন উনবা, হায়রিমতা অস্নুন্না,
মমা মপা অনিদা হেন্স্ন য়ৌনি করন্না।
খল্লসিন্নু কদায়নো, নত্তে কজ ব্লাকমদি,

য়াওনি হায়বা থাজদে মপা মমা অনিদি।
মহোয় বুদ্ধি ওইনদা থংহন্সিরা চুম্বরা ?
কৈরুংবগী রাখল্গা কুন্দবা থোকপরা ?"
রাফম অসি তাবদা কৈরুংবন হংলকই—
"ওইফবদি থবক্কি হায়বগীদি মচুমই,
ইন্দু হায়বি অঙাংস নত্তে খ্বাইগী অঙাংদি
মপায-য়াথং নত্তনা ওইরোই কৈদৌঙৈদদি।
যাত্রা হায়বা নিপাদো যাথং হোংবা মী নত্তে
মহোস য়াওবমগনিদি ঐদি খোইনা থাজদে।
ঐগু অদুক য়েংখিগা হায়বগীদি হায়হন্সি
থংদ-উদ- লৈবস্ত মহোয বদ্ধি ওইহন্সি।"
মতৌস্তুম্না তানবে থাবে মংতো য়েংদুনা,
যাত্রা নাকোং যৌথবে কৈরুংবগী মীশিংনা।
রাবম অদু তাবদা তানৈ অন অতুনা
লৈপাক্লৈগা যাত্রাগা, "শিনখুনি" হায়দুনা।
লৈপাক্লৈদি রাখিদে ওারে যাত্রায মবুক্তা,
চাঙ্গবী মচানি ইন্দু ইদমক থনন্দা,
করিগুম্বা তাঞ্জাদা মচায়-মিংদা থিগবা,
লৈপাক্লৈদা সিন্নবে মচায চাপ্পুননবা।
পন্তৌ যাথং কিবনা থিঙেঙ মাবু মমানা,
চৎত-যাদ-মফমদা চৎলি মনাই ইন্দুনা।
মতা অদু উবদা ইন্দু থেংইনা হবাওরে,
সনা কোন্নং, অতৈস্য মরুপ সংগ তিন্দবে।
কোন্নং ক্বাবা তেংকবাক পংবা হৌবক্লাখদরে,
লক্সী পুন্না শিংখাম্ন ওং অমা থোংখরে।
মহারানী রাবোং—"হুন্দবত্তু ন্থেমা
শ্রীমা মাগী কাদবু শিজগদবা থগুমা

ময়েক'মত্তা তাদনা পমবা কৌবা লৈতনা
অহুগুম্না ইন্দুমা খ্বাইগী য়াদি থংদোকই,
নুরা মাগী মরাদি মবুকচুংদা লৈহৌই।
মাবু ওম্বা মাইবদি পংনা ভোয়নখিদরে,
মাগী মতৌ অহুদা পলেম চিংন-থৈথরে।।

১৪

ইন্দুই মৈচাক পুম্বদো পৈ'না লৈরে ইজিদা,
মচেৎ খিত্তা য়োনম্ব থোকখিদরে মপান্দা।
লালা য়াবা লোইখরে ইন্দুইদমক থমবদা,
ইন্দু মাস্থ লোইখরে লালা মাবু উদবদা।
করিগুম্ব: লাকপস্থ লালা ইন্দুই মনাক্তা,
মমা ফম্মে মনাক্তা ইন্দু লালা কম্বদা।
মতম মচেৎ অমত্তা য়াদে য়ারি শান্নবা,
তারে মথোই অনিদো ইন্দু লালা অয়াবা।
মালু মাইকৈ মমখরে গোপান মপাও তাদরে,
ইন্দু লালা অনিস্থ মপাও ফাওন-খিদরে।
কালেন হুম্নি পানবদা লুহোংগুনি ইন্দুদি,
নক্সিল্লকলে লোইনরে, লোইরে থৌদাং পুম্বদি।
চামা খুক্তিং ওইহুনা পাম্মে ইন্দুই আউনপোৎ;
লথা তরেৎ লাংখরে নোবোক্ই খুৎনা কুজপোৎ।
গোপান' য়াওংশং ওইগনি মাগী তম্না শাবনি;
হুদা নোবো লৈরগনি ইন্দু য়াওং ইল্লনি।
অমুক হন্না শেমগৎলে খ্বাই অপুম্বা চংহুনা;
ইন্দুইদমক হায়হুম্না যাত্রা মানা য়েংহুনা।
যাত্রা থরাই য়াওজনি খ্বাইবু পুম্বা তানবৈজ,

খাইনা মাবু থাগৎনৈ ইন্দুই কাদা মকৈ।
নোবো য়াঙং ইম্নি মতিক চারে হায়নরে,
লোইরে থবক অপুম্বা 'ভম্বা অনি তানরে।
কৈরুংবগা যাত্রাগা মরূপ অনি তিন্দুনা
মপু কাদা হংগৎলে লোইরে থোরাং তৌদুনা ॥
"অতোং-অয়েম ওইথরে গোপান কৌবা মাগীদি
করম হায়না হিডিঙনি ইন্দু কালা অনিদি।"

১৫

শ্রীযুৎ মহারাজগী মনে থাকই লৈবাংদো,
মরূপ মুরা অনিগা কোম্নুং তান্না লাকচৈদো।
"মহারাণী উন্নগে" থোগনশিদা তাকপিরে,
সনা নাক্তি তান্নবু লৈবাং মনা চংথরে।
মহারাণী মপুনা তৌবি য়াম্না লুনমক
মপু চরন অতুদা খুরুমজরে অহমমক
মনেম ইবেম্মতুনা হায়জে সনা চরন্দা,
রারম অতু লোইনমক খুদক তাতুমজন্দা, -
"ননাই ঐখোয় লাংউরে নিঙোন কাংসান্নজগে,
নজা ইবেম্মা য়াইমবু চরন থাদা হংগৎকে,
শিঙেঙন ইন্দু কৌবিসু পোগন ওইনা থাবিয়ু
ইতিক ওইবদি নত্তে অয়োন অরান ভাকপিয়ু।
ইবেম্মসু উনরে তাকপি হংগৎচরুখো,
ঐনা হায়বা ভমজদে হান্না চবন থুরুমখো
সনায়াথং তারগা কোম্না অমুক উনসি;
অঙম মচা অমনি ইন্দুই রাসু হংগৎসি।"
সনা য়াথং হংবিরে রারম অসি তাকন্দা;—
"করম শাম্নদৌরিবা করায় কাংশাং কনায়না,

করি অমুক থাম্বু কনা কনা থামবা,
অমুক লুনা নেকখোৎপা, কয়া চাওনা লাংইবা।
নহোয়মক্তি হৈবরা, তাসি তাসি করম্মা!
সনা য়াইমা হায়রম্লু, ঐহাক য়াওরগেদনা?"
—"ননাই ঐখোই লৈশাবী অতাং মসেন ভাকুনি,
মতাম ওইনা তৌরুরে.. ..শক শান্ন দৌরিবনি।"
"ভালো ভালো! নুংভাইরে শোহবাদিনে য়াদেদো,
ঐম্মু য়েংবা লাক্কনি, শক্তি চোপ্পা য়াদেদো।
কৈদৌঙৈনো নুমিৎতে? নুমিৎ তমদ্রি' জ্বাৎলনে,
করি কবি লৈকাইনো ঐ শকপু খংনিংইনে।
শকশিং-ফজরম্মদি য়াওরমগদনি ঐনা,
লাকপিরিবা অহুমদি কাংখুৎ য়াওবিরিদনা?"
—"ননাই ঐখোই নিংজরি যাওজসিরা হায়তুনা;"
হংগৎচরেদো লোইনা লৈরাং অহুম অতুনা।
হরাওজরে অহুমদো চানবিবতু উবদা
কাং শোইদরে হায়তুনা নুংভাইজরে মবুক্তা,
মরৈকাইদি য়ৌরগা উন্নরুরে মন্নামগা,
করি করি তৌসিগে খন্নখরে তিল্লগা।

১৬

লৈপাক্লৈবু কৌহল্লুই মহারাণী য়াথংনা,
সনা য়াথং তাকপিরে বারম স্নুপ্পপ তৌতুনা।
লৈপাক্লৈস্নু কুমখরে মপুই য়াথং তাহুনা,
বাত্রাদস্নু তাকপিরে লৈপাক্লৈদা হায়থম্না।
মপানস্নু য়াবিরে লৈপাক্লৈস্নু হরাওরে,
ফজরবা রাহৈবা মচাদস্নু তাকপিরে।
লাকই লৈমাহ অনিথকতুমী ইন্দুং ভাল্লগা;

সনা য়াইমা কৌবিগী লোইনহুনা মপাঙগা।
লৈরাং ইন্দু উম্নরে—"লৈরাং ওইবী ইতারোই
কদায় লেংউরিবনো চান্ন—থোইবী মরুপ লোই
ঐদি ইঙক ঙকউরে, লেংথোক-তনা লেঙঙকপু,
উননিংনা লৈরম্মি লৈরাং নহেয় অনিবু।"
নুরা ফীদা থাক্সরে তরু তরু তৌহুনা,
হিদাক লাংথক হাণ্ডরে লৈরাং মথৎ অহুনা।
হায়রে মতা অনিনা 'তাওনে ইতা ইবেম্মা!
লাকই ভরাং কোনুংদা—নুরা মনেম ইবেম্মা,
ভানবী সনা কৌবিদো শ্রীযুৎ মহারাজগী
মপু চরন খাহুদা হংগৎলরেনে কাংগী।
যাঙহনবিয়ু হায়হুনা নুরা নহোই অনিবু,
মচাই-বেম্মা য়াইবগা লৈরাং ওইবী-নংগবু।
য়াঙহনগনি য়াবিথি শ্লাখ্যা ইবেম্মনা,
পাবুংদসু হায়থি হায়, ইমাগসু শ্লাখ্যানা।
উন্নথরে হায়বকই; সনা য়াইম কৌবিনা;
তুগীদমক লাকপনি নতা ঐখোই অনিনা।
নোক্তুননে শিখ্রেদো স্নাখ্যা সনা মাংহুদা,
শক-শান্নগদৌবনি হায়রৈ ময়াম মাংহুদা।
হায়দরনে ইমানা কাংগী মরোন অসিবো?
কোনুংদৈদী ওরাংনা হায়থরে হায়বদবো?'—
"হায়নে ইতা ইবেম্মা কনা কনা য়াওদৌবা,
ইকাইজৈদা ঐহাক্তি. ইতা খোইন কমদৌবা?"-
"কদায় চন্নরদগে ঐখেইনবু য়াওরদি
কান্নররোইদবনি ইতাখোংগী শক-তুদি
শিঙেঙম ইন্দু নংগুম্বী লৈরাং মরক ওহবীবু,
ময়ান্নবী লৈহুনা চন্নবনি খাইদবু।।

নত্তা ঐখোইগুম্নবী লৈরাং ইপা লৈত্রবী,
চম্নত্রেদো খংউনে ; মুরা ইন্দু মুংশিবী।
ঐখোইবুদি হায়বিদে কম্লক্লেদো খ্বাইসিনা
শিঙেঙন ইন্দু নপাচাই নেক্লবনি অহুনা।
নেকচরনি কনানা ঐখোইগুম্বা শিংদবো
অহুগুম্বা কাংদবো ! হী : য়াওজরুগদবো !
হংবিহুনা কান্নরোই মুংশি খোইরোই ইতারোই
তুক্কচৈনে, তিন্ননিংদে নত্তা 'খোযদি য়াওবিরোই।
'খোইনা মীরকতিন্দসে' নত্তেনহায় ইশানা,
য়াওহন্নিংদে ঐখোইবু কম্লক্লেনে খ্বাইসিনা
য়াওজনিংদে ইবেম্মা, নহোয় মখৈ শান্নজো,
নশকথিবা মসেন্দো হরাও তয়াম মুংঙাইজো।
লেংউসিনে ঙাহাক্তা সনা য়াইমা গীদবু
উম্ননিংই হায়হোই, মুরা ওইবী নহাকপু,
ঐখোই অনি লাকপনি ঙাহাক চৎলু হায়হুনা,
মুরা নংগী নফমদা লৈবাং চান্ন-খোইবীনা।"
য়ারি য়াত্তাই মুম-শ'নৈ, নোক্লে ফাগি য়ুগাইনা
মপায় মাঙোন খেঙ্গংদা লৈরাং ওইবী অহুম্না।
লৈপাক্লেম্নু—খোরকই—"লাকইবরা ইবেম্মা,"
মুরা অনি অহুনা—'লাকই পন্নেম ইবেম্মা।"
কৌনা খোংনা তৌনরে, য়াফম পুম্বা হায়নরে,
মুরা অমি অহুনা ইন্দু মাগা লোইনরে,
সনা কোন্নুং কাখরে সনা য়াইমা উনবা,
লৈপাক্লেম্নু লোইনরে মচাই মতুং ইঙ্গবা।
চৎনিংনদি চৎতেদো লৈপাক্লেবু কৌবদো,
যাত্রা মাবু ক্বিবগী মচায় তুংবু ইনথিদো,
য়ারমপুম্বা ঙাংনরে সনা কোন্নুং চ্নোরগা

নোঙ্গ-হায়না ঙ্গংঙাই মজাইবেম্মা অত্থগা,
নুরা মাদি থৈনিংদে তৌদ-য়াদবগী তৌ,
ইন্দু য়াওবা তাখরে মাহ-হাযসি য়াদগুমতৌ।
নুরা য়ুমদা কুম্লক্লে পলেম-মাগা লোইননা,
লেপ্তুনদি লেরম্মি নুরা ওইবা খরনা,
পম্বৌ খরাই থোঙ্গান্দা নুরা মানা য়েৌবদা,
শক্কীমখৈ খংনৈ লেবাং মশেন উন্নবদা।
মতৌশাদি কোনদে ঙাস কোরো অসিদা,
কৌরকইদে ইন্দুনা লেরম্মিবা শাত্তুদা ;—
“কদোম লেংবিরুবনে ?” ইন্দু য়ারা তাত্থনা,—
“সোমদ লাকচরিবনি —খুম্বি নুবাশিংত্থনা।
“লেংশিনবিসি” হায়ত্থনা নুবা ইন্দু মহাক্না,
পুশিঞ্জরে ময়ামদো হকাইখুম্ন-হরোহনা।
ইকাই হঙ্গোই পোকইদো ইন্দু মতৌ উবদা,
ঙাংঙমদেদো ময়ানদে লেরাং শকফম অত্থদা,
মোংজ হাজদবনে শরুচুং-হংবনে,
অঙম-মচা ওইবনে রাহৈ লমচৎ অত্থনে।
রাবু হৌনা ঙমদরে শকয়েং-ননা লৈনবে,
লাকইবগী খোংফমদে ইন্দু হায়া উজরে।
নুরা মানা হৌদোক্তে হাঙত্ত পলেম মমানা ;—
“করিগুম্বা লেত্থনা ইমোম ওইবী নখোইনা,
লাকথোক্তনা নতায়দা নুরা করি হায়নিংবা,
হৈরাং হেক্কে লাকপরা, হায়ু হৈরাং অপাম্বা ?”
নুরাশিংনা খুমমকই -“পমেম ইমা ইবেম্মা !
উনজগে লাকপনি শিঙেঙন ইতা ইবেম্মা,
নুরা মপাও তাজগে হমায় কাদা চাংত্থনা,
নুরা কাংবু য়াওবিদু মজাইবেম্মা য়াওগনি

খোইগী মাইথোং ওইবিয়ু অঙম মচামক্তনি।
নমোমশিংনা হায়জগে মিংজচ্ছনা ঐখোইনা।"
রারম অদু হায়নরে লৈরাংশিংগা লোইননা,
সনা কোম্বুং রাফমসু হায়নজয়ে খোং—খোংনা।
লৈরাং পামজরুরেদা লৈরাং মসেনমক্তদা,
থমোই শোক্লা মুংশিনৈ শিঙেঙন ইন্দু মঙোন্দা,
লাকচরিবী লৈরাংশিং হোংদে মিৎফম অমতা,
য়াওনিংবসু উৎতবা নুরা মাগী মবুক্তা
য়াওনিংদসু তাহন্দে লৈরাং রাঙাং অচুদা,
মতাশিংগী মপাওদো নুরা মানা থুমজৈদা।
"চাওথোকপসু লৈতবা হারুমক্ত নোন্দবা,
ইতিং-তিংনা উরিবা হোয়গা মাইগা য়ান্নবা,
রাঙাংনগা ফজবা খোম্বোকুগা নুংশিবা,
শক্লদৌরা ফজবা রাশীনগা লময়ৌবা,
শাবান মুংবান অচুনে শম্ন-নান-পুংইবা,
পুম্নম তাবা শাবান্না তোংগাননা লেম্মিবা।
নুরা পুম্না য়োৎনিংই করি মনিং থিজনো,
শিঙেঙন ইন্দু ফজৈদা কনা লাইনা শাবনো,
পোকইদরা মাওম্বা পোইরৈ লৈপাক অসিদা।।"
থম্লি মতাশিংদো নুরা মাবু উবদা।
রাফম পুম্না হায়নরে—"নুরা ওইবী ইতায়োই!
ঐখোয় চৎচরগেনে, নত্তা ঐখোয় রারয়োই।
থরায় য়াওনা শান্নাস লেংবিরকউ ওস্তানা"
নুরাশিংদো থোরক্লে অসি হায়নরম্না।
শিঙেঙন ইন্দু থিন্দোকচে পম্বো থরাই থোঙ্গাম ফাও,
নুরা য়েংনা লৈহৌই মতাশিংবু উরি ফাও।
চংখি হন্না হন্না য়েং নুরা লাক—অদিশিংসু

উনবক মতমদা হঙ্গিল্লক্রে মহাকম্বু।
মিংত্তা পিবু তারকই লাইবকথিবী লৈরাংদো,
ওস্মোকপগী লাইবক্লি মংগুম হাগুম খল্লুইদো।

১৭

হৈনা লৈনা থল্লিবা পোইরৈ লৈপাক অচৌবা,
মহৈ মরোং হোত্তিঙবা চানিংবদা চারিবা।
তরা লাইনা থাক্লবা নিপা 'মনা সুবনা
কুন্না শেৎপা ওক্লবা মুজা 'মনা নোম্বনা।
লোইগী লোইপোৎ চানবা অঙম অথৌ পুম্বনা,
পান্নাও শিংনাও ফংনবা ফম্নাইবদি খুদিংনা
থুমগী থুমগোং চারিবা মপাম্বোমগী পাঙ্গম্বা
তাংবন লোইপোৎ ফংজিবা মতিক লৈবশিংহুনা
লোইবী চিংদা তাবনা কুমগী কুমজা খুদিংদা,
নিংথি নিংথিজবদা কৎনৈ ওম্বা কাহুদা।
সনা ইচিন ওইরিবা মৈতৈ তম্পাক অসিনা,
অন্নবদি চরৈনি পোইরৈ মচা পুম্বনা।
মতিক মঙান চাওনবা মীতৈ মাপুম খুদিংনা,
শেৎনিংবদা শেৎনবা অঙম মচা পুম্বনা।
মথাতৌমা পান্নবা কুম্মৈ ফৌয়োং তৌহুনা,
মনিংতম্বা লৈপাক্লি পোইরৈ লমদম অসিনা।
সনা লৈবু ওইরকই লুপা খোংনেৎনহুনা,
পোইরৈ মরন ওইরকই চিংবু তম্বু-রোই ম্বিনা
মমাই লোংমা চৎমবা পোইরৈ মচা খিবিক্লা,
তৌনিংবদা তৌনরি মঙিং তম্বা লৈবাক্লা
সজিবুদি কাংলেংবু লৈরাং খোইম্নুশিংহুক্লা,
শান্নহুনা লোনকই কাংবু কাংবু হুক্তাইক্লা।

শান্নগনি হায়রসি খ্ৱাই-খ্ৱাইনা অম— ওই,
পানা মবি নিনথবে যাইস্কুল ৱাংখৈ নাম ওই ।
মুরা মসেন ৱাতানৈ মাযোক মায়োক ফমদুনা;
"মাগা মাগা পাগনি মান খর ফৈদনা ।
শক্তি মানা হেনবতাই— মুর্তি মানা হেল্লিকো,
মাগী কাংবাপ খংবরা ?— হেবা কৈস্নু হেন্দেকো ।
কাংদোংবনা কমদৌই ; তুস্ন কেস্নু হেন্দেবা,
—মাদি হৈদৌ মান্দ্রদো, তুবু করম হেল্লিবা ?—
মানা মাবু হেল্লগা হেল্লি মাবু ঐখোইনা ,—
অতুমদি হেনখিদো করিদৌনি অতুনা !"
অহিং মুংথিন নাইনদে, পাখং ওইবা মথৈস্নু
মীচং মীচং ৱাতানৈ মুরা কাংবু মথৈস্নু ।
ঐনা অসি হায়কবা মানা অসি খুম্মকপা,
মানা সিদা ফমথিবা ঐনা সিদা ফমহৌবা ।
কাংকাপ সুম্না বাপথিবা ফজবরা অসিবো,
মাদি ফনা ফবনি হেরা মানা হেন্দোবো ।
লৈরাং করি চিনগনি কদায়দগী খিরুনি,
করি করি যেনসিগে 'তু ঢুম ফনা ফজেবা ;
হৈদা লৈদা তৌসিরা চরৈ ফীনা ফবরা
ভারুক-লারুক থোরুগা সনা লুপা থাসিবা
কোকথোন চরৈ থাগনি পাখং ওইবশিংগীনা,
চরৈ লমথাং থাগনি মুরা ওইবীশিংগীনা ।
খুংম্নেন কয়া য়োন্নিগে কাংগী খুংপু মথৈদা
ভাবোক কাংবু মথৈগা মান্নহমবা মফৈদা ।"
মতম হাযবা নাইখিদে সিগী জ্ঞানথিবনা
তুম্বা হিম্না চংখিদে কাংগী মথৈনা ।
চরৈ ফীস্ন তাস্নসি শাক-কাংদ-শিংৱবোই

রাহৈ রাতা পুম্বমু মীনা হেমবা য়ানরোই
অমুম হায়না লেপনরে মীচং মীচং তানখি,
“মানা ৈকদা হেনগনি” কাংখুৎ অনি নিংনখি।
মুমিং কয়াই মমাংদা কাংশং কান্দিঙৈদনা,
মহৈ মহৈ শিন্নখি মীশক মীশক য়েংদুনা।
পানা মরি অনিদা কোইনা পাইবা-খোইমুশিং
লমদম খুদিং আসদা শাংচবিবা লৈবাশিং
মুমিং মশিং পানরে ঙসি হয়েং হ যদুনা
লোইনা পুম্নাং লাংনরে য়েংদ য়াদে হায়দুনা।
হায়—শাম্নগদবনি লয়েন খ্বাইগী মাইকৈদা,
তুগা অমুক হন্ননি মবম লয়েন য়াইস্কন্দা।
কাংশং শেম্বা লোইখরে কোবৌ কয়া মমাংদা,
সংগোমদনা তৈখরে মালেম শৈমায় থক-তুদা,
খ্বাইগী লমদম নিংথিবা কাংশং মতা থিবদা,
তাখি সোর্বোন থিংঙেন্দা লৈকাই মতা ফবদা।
মমাং সংগোই কোইরেংনি কাংশং মতা য়েংবদা,
মাইকৈ মরি চাওনা লৈ কাংগুন্ন-তায় ময়োন্দা
কাংগী মতা অসিনে য়েঙঙদবা ভাবোক্লে,
কাংশংনগা চাওবনে চপ্পু-চানৈ কাংখুৎনে।
ফম্ফম শেম্মি অমুক্না সুমাং মতা ফবদা,
সুমাংদগী য়েংনবা চৌকি'চিংবা কয়াদা।
শেম্লে হান্না পুন্নমক শেম্বা য়াবা মখৈনা
য়াবা মখৈ নোালেনবা খ্বাইগী কাঙবু মখৈনা।
ঙসি কাংগী মুমিংনি, চংখ্রে লৈরাং থিববু,
অয়াও য়াওদ-থিনদে খ্বাইগী মুরা লোইনবু।
অঙম-মচা ঙাক্তনি অঙম মখৈ অতুনা
লৈরাং থিরু-থাখিবা থুংঙৈ লৈরাং পুহনা।

চিংদা শাংপ লৈরাংস্তু উথবান্ন-চিংন্থুনা,
খোংগন-মেলৈ এরুমলৈ পৈয়ে লৈরাং মখৈনা।
পাংকী ঙমগী থুংগুরে মাগী মাগী মীয়োইনা,
লৈরাং জাংপু সুরক্লে থরো থম্বান মখৈনা।
তাংনা ফংবা লৈরাংদা পাংতা-চিংদা ফংদবা,
সুম্বা শিঙেঙান খিবিকন্তো মপু কোন্দা থানবা,
মাইকৈ চাংইবা থিয়ক্লে মুরা পাখং মখৈনা
চং চংন্থুনা হেক্লক্লে লৈরাং জাংকী মখৈনা।
লৈরাং পুম্বা পুনথরে খ্বাইগী লমদম অন্থুদা,
শক্কী কাংগীদমক্কা ঙসি কোবৌ অসিদা।
থল্লে মাইকৈ অনিগী মচু ঙাবা মখৈল্দো,
মুজা কাংবু তিন্নরে মৌন্নাং থাংগী মপেদো,
মৌগী মশিং অনৌনা মুরা মঙা অরাচিং,
মুরা মখুৎ অন্থুনা লৈরাং পরেং লংজা-চিং,
শেন্নরকপা বাচোয়ে সেংনরকপা পরেংনে
লৈরাং পুম্বা শেমথরে নোকপনেদ্দি খেৎনে।
কাগি রাঙাং হৌরকই লুচিং-ইবি মৌন্থুনা ;—
“নহোয় মহোয় কাস্তু-লৈ অমৈ তরা চংন্থুনা,
রারৌন্তু ইনাওশা ! নোক্লা বাইন্সি হৌনৈদো,
নিঙেঙান চাওনা লৈবনে জগোই মকোক চিংনৈদো।
রানা মতম লেল্লক্লে হন্দক নিঙেঙান মঙালে,
লাইবক নাইবা কাংফম্নি মুরা হন্দক কাংখুংলে,
সুংঙাইতবা ভৌকসু মহোয়দমক নোংদো,
খুৎলং লমন লৈরবী এথোইদস্তু নোংস্নদো।”
মুরা অন্থুম ফম্মন্সি অসি হায়্রন মতমদা
ময়াম চৎনা নোকপিয়ে মাঙদৌন্নিকী এক্কমদা।—
“মুরা ওইবী মঙালি-পাখং মীকোক অসিনি,

ঙসি কাংখুৎ অসিদি স্বপ্ন-মীকোক তরেংনি,
মজাই-ইবেম্মা য়াইমনে শিঙেঙন ইন্দু কৌবিনে,
খ্বাইনা লংনরিবিদি লৈরাং অহুম অসিনে।
শিংনধস্থ য়াওজদে মুরা অনি অমদি.
নেকউবগী নেকউবা নোমফম থোক্তে মখোইদি।
নোম্ফম থোকইবনিদো লৈরাং মানবী অহুমসে,
সিবু ঐখোই হায়জদে হায়রিবসি চুমব্রসে।
খ্বাইনা কোয়না চেন্নরি মখোইদমক হায়তুনা
'খোইবু ফত্ত-তাহল্লি ইচেম শাবি নহান্না।
লৈরাং থিরে চৎহংদ কুচু-মাংনি হায়তুনা,
মখুৎমক্তা হাইহন্দে খুজেং চোইনি খন্দুনা।
রাশক্তুনা হায়হল্লু 'খোইনা করি তৌহল্লি,
ঙরাং নহান দগীনা চেংহি শম্বাল-লাংহল্লি,
ঐখোই মায়নি খন্দুনা"— মুরা ওইবী অমনা
খুম্মি মুজা মোতুদা রারম অসি হায়তুনা।
নোক্ল হায়না শেমমকই মুরা ময়াম তিন্দুনা,
লৈরাং শেম্বা লোইখরে ময়াম ময়াম চংতুনা।
পোৎ-পুম্বস্থ পৈখরে অয়ুকতুদা শেমতুনা,
হৈনা লৈনা পোৎলান-পোৎ মপান কৌবা নাইদনা।
মুরা পাখং ময়াম্মি কুমৈ ওইনা য়েংনখি।
পোৎমক্তবু শেম্বদা ইরাং-অমা ওইনখি।

৮১

কপ্পদবু নোংলামদে শিঙেঙন ইন্দু কৌবিদো,
অহিং মুংথিন নাইখিদে লোইদাম মতম কুইরেদো,
হৈরাং লৈরাং 'মতবু মুবা য়েংবা ঙমজদে,
মিৎস্না থম্বান মান্নবী তরং-লাইজ কংজদে।

চেক্লা খাবাং পাইবস্নু মোম্নু য়েংবা ঙমজদে
ইস্রি কানা চাকপনা অহিং নুংথিন নাইখিদে।
কুম্মে হরাও খুদিংদা খাবাং খাবাং চৎপদো,
লালা গোপাল ইন্দুগা চেক্লা উনা খল্লুহদো।
তুম্বা হিপ্পা খিবিক্তা চাবা থকপা পুম্বদা
খোংথাং খুদিং কপচখি থৌদোক থৌদোক খুদিংদ
কাওদবস্নু চুমথার, নৈগা চরাং তৌগুম্না,
থাদোক্লদে' মখোহনি ইরোয লোয়নজহুনা।
ব্লাজবস্নু লান্দেদো খোইমু নৈবাং মশেন্দো,
পুকচেন খোইজেন চানবা, মালেমসিদা নৈতেংদা।
খোযুম লাইগী খ্রজিম্নে তাহবং মাগী লাইবক্লে,
ইচা চানৈ লোইনমক তিন্নকুবা সংগ .ন।
লোইবী কাকপু উবদা 'লোইবা ক.কতি অমুবী,
কনায় মপাও পুক্নগে, নখো হপোং পোংলিবী,
দেশ-দেশ কোইকুবা যুবী মহি থকউবা,
কোনা মহৈ চাকুবা চেক্লা কোযপাই পাইক্লবা,
চেক্লা নপাও তম্বিযু, মুরা নপাও তমজগে,
পাম্মু মপাও পুবরা ? পরা পোংথাগে,
লোইবী নপাওতাম্বযু, পাম্মু, কমদো হৌবগে ?
থংলেন কাওরে হায়বরা, নুজা করি হায়সিগে !
লোইবা নংনা খোংববু চেক্লা অরাক-অরাক্লা,
চেকলা সংত্রি য়েংহুনা পোলাংখোক্তা তোংহুনা,
থংলেন মাবু নৈবরা—খুদোং চাদ করম্বা ?
চেকলা নখোং য়াংবনি, ইতা, নংনা তম্মুবা।"
মুরা শুম্না কয়া কপ, কোরো থক-তা পাইরকপা.
অমুক য়েংনা মোম্নুনা হিক্লা হিক্লা কপ্পকপা,—
"হা! চেকলাদি য়াইফবী থংলেন নাক্ত-থাবিরী .

চেকলা ঙকশম তোংগ-তিং, পোম্বী তুফাং মৈরিবী,
চেকলা য়েংকা ওইগবু—ইতা নংনা পাইরিবা,
লমদম কদায় য়োনবু খোইনো নংনা চংলিবা!
লাইবক ফবী নংগুম্না শাগন-তুফাং পান্দেদো,
লাইবক থিবা মরম্না থংলেন নাক্ত-খাদেদো!
চেকলা নংগী লাইবক্তো ইতা কয়া ফরিবা,
নুরা ঐগী লাইবক্লা খোয়রোই কয়া থিরিবা।
ঐগী ইশা পিরমদে নোংদম থিবা বিধিনা,
থংলেন শকপু উদরে ঐনা তোবা ইপাপ্পা।
নুরা ইপাও তম্মুকো ওইদা পাওবী নহাক্লা
নুপী ঐগী মৈসিদি খংই নুপী নংদনা।"
মথন-লৈরে মরাইদো ময়াম তিঙ্গ খাল্লদো,
মবুংতুগী মরুপ্পু নুরা মিত্তা উকইদে।
ইনুং ওইরে মকপই নুরা কাওবা য়াখিদে,
থংলেন খোংফম নিংশিংই পাখং মাদি চংলক্তে।
মুমিং খুদিং কোইথোকটক্ত খোংম্ সিজ্ঞাং ওইবগী,
পাখং মানা কৌরকই থোংজি নাত্তে কাংবগী,—
"ইমা! ইমা! ইরেম্ম, পলেম মুমখুল্লবরা,
থোংজি নাতে কাংবিযু মচা লাকলে তাবরা,
চার পৌরোল সংলুনে—"মুমিং খুদিং কৌবনি
কৌরবনা পলেম্মু হৌগংপনা মচম্নি।
"পোইরৈ লৈবাক কাইজদে মশিং থাবা হোখিদে,
অযুক মুংখিন পুংজাম্মু করিমতা মকাংদে।
পলেম পম্বৌ অনিম্মু খ্বাই অমতা রাংচদে,
হৈকোন লৈকোন অপুম্বা মালং পামেন মরেংদে,
কাওরেম শমশিং থিবম্মু—লাংগোই মশিং মত্তাদে,
ইপাই লংগৈ অচোবা লমশিং মত্তা রাংলমদে,

পম্মৌ ইংখোন চাওগোইন্নুং উনা 'মতা তাথল্লে,
ইবুং মোংৰা মন্নান য়াই পোৎশিং 'মতা হোন্নমদে।
চৰৈ মশিং থিবস্থ চৰৈ ফীশিং মন্নাৎতে
তরেৎ সেনশিং পাৰস্থ সেঞ্জা মশিং মচেন্দে
মুন্না য়েংউ খুদিংদা ইবুংহুদা মউদা
মুমিৎ মশিং পাবদা ইন্নুং—'মতা মন্নাত্তা,
লোইদাম কুমশিং য়েংবদা থাজ মশিং মচেন্দে,
মুমিৎ থাস্থ ন্নাৎতেদো শক্তিক থবা ন্নাৎতেদা!
যেংউ যে'উ খুদিংদা পাখং মাদা মহোৰা,
ঐনা ৎিক খুদিংদা ইবু' মাদা মন্নাৎপা
মকুপ মপাং য়েংউবা লমদম খিবিক উরুন্না,
হৈন্নাং লৈন্নাং শেমজবা চৰৈ ফীজু ফীজান্না,
তরা চাৰা মতমদা মুংশি মাদা মন্নাংলক
শেম্বা পুম্বা মকাইদা ইবুংগীদা মরেপ্লক
মতম পুম্বা মরেংদা থুবম পুম্বা মকায়দা,
ইবুং ঙাইৰা নংতদি নচন মিত্ত উথিদা,
কাংথোন খোইজা নামিবা মুন্না নাকোং তাখিদা,
ইবুং-মংগী ন্নাবনা ইন্নুং শোইবা কপজিদা!"
মুন্না নিঙোন কাহুদা তেন্না মোম্পাক থক্কুদা
লেন্নৈ ঙানা চোংবগুম মুন্না কম্বী মথক্তা
কোন্নৌ ইন্নুং কোঙ্গাইবু মুন্না মোলাং তাই-খাংনা,
যান্না নাইনা কপফদা, থমোই চান্না—খাংহুনা,
মিংস্না থম্বান অনিগী তরং—লাইজ্জ তাহুনা
সাইনোন—পম্না চোৎতুনা ফীন্নোন লুপ্তুনা
মুন্না মাবু কুইন্নক্কে ওন্ন—থোইন খাংলকপা,
কুমগী কুমজা খুদিংনি শিঙেওন ইন্দু লেন্নকপা!
কপ্পি ঙসি অহিংস্থ—"কুমগী কুমজা খুদিংগী

মুরা ইদোম চৎচদে কাইদে মোম্ন—সংগংদি !
কাংলেন শাম্ন খুদিংদা খোংকম খোংকম খুদিংদা
চৎচবনি নচন্দি পাথং পাম্বোম খা-হুদা !
ঙসি কাংলেন অসিদি লৈপাক তিনবা কাংসিদি
ম্যাওরোইদোরে ইবুংঙো ! ইবুং ঙাইবা নহাক্তি !
ইশক ইতৌ থিববু নোক্নদোবা পুম্ববু
নোক্নবিদে ঙাংবিদে ইবুং মায়বু য়েংনবু !
তাকপিবনি ঐহাকপু লালা- গোপান অনিনা,
অশোই অঙাম পুম্ববু নোক্নগদববু মীনা।
ইতারক্তা তিনবদা লৈরাং ইমাই পাকপবু
ইনিং লক্তা চৎপদা নিঙোন ইমাই লোংববু,
মুরা ইপা চাবরা মাগী মপান-নত্তনা !
লৈরাং লক্ত—তিনগনি ইন্দু করি লৈদুনা !।
পাথং নপাও তাদবা লোইদাম কয়া কুইরবা
শিঙেঙন ইন্দু ঐহাক্তি ওইরেনকে। অরেম্বা !
পোংথ্রাং ওইবা ইন্দুনি থম্নাই মাদি ইবুংনি,
থম্নাই ম্যাওদ-হকচাংবু ইন্দু করি তৌননি !
পাম্নু চেম্না পোকখ্রেদ। লৈরাং ওইবী নহাক্কে,
"নহান মুক্কী মপোক্তা ইন্দু কর্ম্ম ফংলক্কে,
উৎলরেদো হৌজিক্তা নংগী নতৌ অসিনা,
নংনা নিংবা থুংথ্রম্নু ইথ্রবোইকো বিধিনা !"
সুম্না তৌনা কপ্পকই মতম মতম অদুগী,
সিদৈ হেনবা সখামা লৈরি ইন্দু মহাক্কী,
চৎখি মোংমা খোংলৈনা ঙাইবা লৈতে মহাক্না,
ম্যাংশিল্লকই মবুক্তা তেরা' মফোম্ন—তোঙম্না,
লৈরক্তরে পোথাফম মঙন মঙম কয়ামুক
মাথন ইরম ফাংলক্লে থোক্না মাইকৈ তরামুক—

“পুবিবকই ঐহাকপু, পন্থো ওইবা মহা-কা,
চিংলোন মাপল লান্দুনা পোইরৈ লৈপাক-তান্দুনা।
মালু খুঙ্গং তুং ওইনা চেংনা চান্ন তৌতুনা,
কয়া লুনা যোকপিবে মরান- যাইদা থমতুনা।
লৈরাং ইপান করক্রে কোক্রে লমজা লাইথুংবু,
মপোক যবী ওইহল্লে শিংডুঙ্গন ইন্দু ঐহাকপু।
পুইন-চেনবী বৌনার মৈতে পুম্বা অসিনা,
পন্থো লমন শিংডুঙ্গথোই মপোক কয়া পোক্লুনা!
সিবু ঐনা কাগসিব লমন তোনবা নংতরা,—
‘মাগী যাথং ইনোইদা ইন্দু ন’বু ভাওবরা ?’—
‘পাগৌ যাথং ইন্নগা কবি রানো অসিবো,
‘তুনা মঙইববা মগী লমন শিংববো।।
পন্থো সেবা কৌগানি ইপায মকু থুনবদি,
মাসিনদি ওইদনা পন্থো লমনশিংবদি ?’—
লৈপাক মাংদা চোপকনি ইন্দু হাযবা ইন্দ্রগা,
করি লমন শিংবনো ? অতুক রানা য়োক্লগা !—
যোকপগীদা খনববু ঐবু কবি রাখম্লো,
পন্থো’ ঐবু চানবদি ? ইন্দু বরি পুকচেম্লো '
লমনশিংউ হায়বরা মানা ঐবু যোকপগী,
কৈদৌঙৈদা তাবগে বনা গুম্বে চিন্দগী ?—
ঐবু চানবা ইপানি কৈদৌতুনা তাংথিনি,
ঐগী রাবা উরগা মানা করম নুঙাইনি !
ঐদি য়াবা ঙমজরোই, ইচিন সিনা পল্লিংদে :
মাগী সেবা তৌবদি থরাইসিনা তাজদে '—
নংনা কৈদা হায়খরে ‘মাবু ঐদি পামজদে’ ?
পন্থো মাস্নি কাহুদা কদৌঙৈদা হায়খিদে।
- তুগু কমম হায়রুনি, পন্থো মাগী চিঙ্কুতা

লোইরে মানা লোইবগা ইন্দু ঐগী থবক্তা।
ইন্দু ইথৌ লৈত্রেদো ইন্দু ঐগীদমক্তি,
—ছুদি ঐদি মাংঙেদো! হান্দক মপোক সিগীদি!
মীগীদমক পোংক্লেদো ঐগী শরুক যাওদ্রেদো,
'ছুক মুংশিবা ইবুংদো মপোক্লিগী লোইরেদো!
কনা' তম্বা শুমগনি হয়েং মৃক্ষী মপোক্কে,
ইবুং মাগী লমন্দি কম্না নিংবা ঐহাক্কে!
পোৎর্নস্থ খংদদো পোংকল্লেবোইস্থ উদেদো
ঐগী ইপোক হায়ববু উজরিব সিনিদো!
মীরৈপাক্তা চংখরে ঐগীদমক হায়দুনা
থাবনসনা কৌবিফাও উংরাইদৌগুম খন্দুনা!
ঐনা করম শিংগনি সিমনিদি লমন্না?
কনাবুনা লুহুনা মীরাইগনি কনানা!
কয়ামুকপু কাইগবা পান্থৌ য়াপং ইন্দ্রগা
ইন্সি হায়র- কদায়নো তানসিবা কনাগা!
ইন্দু ঐগী ইপোক্কে মীগীদমক পোকপবা,
ইনিং তম্বা য়াববু ঐগী তমদ-ববরা?
মীপুম খুদিংমক্কীরা স্নুম্ন তৌনববরা,
ইথরাইনা পাম্ববু চৎন-তৌন-দবরা?
লোইবীদৌগুম লুম্নবা পন্থৌ মাগী প্রেম-সিনা
নম্দুনবু করম্না নৌজরবা লৈ-গুম্না
ইবুং মাগী প্রেমসিবু মাংহন্সিগে করম্না
মপোকসিগী অস্থুম্বা ইন্দু কৌবি ঐসিনা!"—
ইনিং ইখা তৌফদে তেবিমন্দু কাওফদে,
মীগী লমন তোনফদে ধর্ম্ম রোমস্থ কাইফদে।
করি হায়না ইথ্রবা বিধি কৌবা লাইহুনা
মানা তম্বা লাকখিনি করিদৌনি থাহুনা।

চৈয়াও থাদি মমৈনি থাজ মথাই-অমত্তা
ওসি কৌবদগীদি মঙাইরবা অসিদা,
কালেন ছুম্নি পানবদা লুহোংগদ-বত্থুদা
য়ারোইদবা কনানো সুম্বা মতম অসিদা!
ইন্দু করি লৈতবী মুপী চানি; অমসু,
মাথোন কাজরকপিনি খংজদবী কৈম্সু—মু!
মুরা মাবু থোদাথি, লৈপাক্লেদি মমানা
মপায় পুখ্রি অত্থুদা মখোং হাম্মু হায়ত্থুনা;
কাংগী অয়ুক অত্থুদা মমা মচা লোইননা,
মপুসনা কোমুংদা চংকনিদি হায়ত্থুনা,
সন্নায়াইমা কৌথিনা উম্নসি হায় হায়ত্থুনা,
পুখ্রি চংপা কুইথয়ে—হায়মা কৌই মমানা।
ইন্দু খুমদে কম্মিম্নু, "কৈনো" হায়না মমানা,
পুখ্রি তান্না থোরকই মচা য়েংগে হায়দনা।
ইন্দু মখোং হান্নমদে পুখ্রি শিম্নি থক-তুদা,
তুমিন-লৈনা কম্নম্মি মুম্না পুখ্রি মপান্দা।
"ইন্দু ইন্দু" কৌরকই, পলেম' মাবু উবদা,
মুরা ইন্দু খুমখিদ্রে কম্নিগুম্বা অমত্তা!!

১৯

"পম্মৌ ইংখোন চাওগোইনুং শিঙেঙন পান্বী থুদিংদা
লৈরাংশিংনা শাংপদো লাংনৈ খোইমু পুক্লিংদা
শিঙেঙন লৈনম তাদনা ঙাওনৈ থোইমু কয়ানা,
লৈরাং শকপু য়েংনিংই থিনৈ কোয়না পাইত্থুনা
কনাগুম্বী লৈরাংনা পামেন-চাওথোই হেনবদা,
শাংলি, কনাগুম্বীনা তলা উশা মেম্বদা!
মনা লক্তা কয়ানি মরুম ওইনা কোজায়'মা।

অউবনা কয়ামা উদবনা লখা-মা।
পংনা টন ফংনদ খোইমু ওইবা কয়ানা,
তাংনা তাংন-থোক্লজৈ উনিংবনা থোম্নাংনা,
লৈরাং মনা পুংবশিং কয়া চংঙমদবনা।
রানা থোকই চংবদা লৈরাং মাবু তমতুনা।
কয়া কোয়না পায়রগা লৈরাং শাংপা লমদমদা
শিঙেঙন নাক্তি য়ৌদনা হন্নে কোরৌ কয়াদা।
লৈরাং ময়াম তিনগনি উরগনি ঙসিদি,
খংলগনি ঐখোইনা শিঙেঙন শক্কী মথৈদি”
লাংনথরে পুম্নমক পাখং মতম ওইবনা,
নোক্লখেন—হরাওনৈ সিগী রারি শাতুনা।
অওইবনা কয়ানি ওইদবসু য়াওরকই,
মখল-মখা রাফম্না পাখং পুক্লিং হরাওই।।
ভাবোক মখল-অমনা –“য়েংসি ঙসি কাং অসি
রাখল অমা তৌরিদো- ঐদি নুপী মচাসি
মপা’তুসু মরুপ্পি হায়গে মশা ফর’দি,
মাগী মচন নিদনা মাগী মমা অতুদি—।”
ভাবোক মখল অমনা—“উদ্রি ঐদি মুম্নদি,
য়েংসি হায়র ময়েংসি, হায়দে করি সুবুদি;
মাদি ইকাইরম’সু য়াই, ঐদি কৈসু ইকাইদে,—
ইকাইর’দিনে কাংসে কয়াদিনে পাঙ্গন্দে।
মাদি হোরেন-পাল্লরোই, তুগী খল্লুরবদি
ময়াম্নসু নোক্লনি চুমদে ফোংনা য়েংবদি।
য়েংদি য়েংনিংখরেদা ঙসিগীনে কাং অসে,
পংনা থোকওইদবনি ঙসি কাংখুৎ সুম্বসে।”
ভাবোক মখন কয়ানি লাংনরি সুম তৌহনা,
কুম্মে অসি য়েংবগি মথুম মরাং হৌহনা

কুম্মৈ য়েংবা নত্তবা লাংই কাংবু অমনা,
শোইবা য়াদে হায়তুনা থবাই খুবাক' হাপ্পুনা।—
কবো শেম্বী মীরৈপুং লমদম তাম্বা মাইকৈদা
চেক্লা ওইনা পোকপনা কোরৌ থক্তা পাইবদা,
চেক্লা মাবু প্যাম্বনা তাইবং মিতা চাওদনা
চেক্লা লাংবু থাক্লকই পোম্বী মাংকৈ ইন্দুনা!
লোইবি চিংদা কাতুনা তমগী লমদম য়েংতুনা
হৈকোল-লৈকোন থিদুনা পামেন খুদিং চত্তুনা,
চেক্লা ওইবী মহাক্লা তাক তারু-ফম তুদা,
চেক্লা পুমথং-থংখবে লমদম লমদম খুদিংদা;
লাংমক্তুনা থনখরে চেক্লা লাঙ্গোই চনখরে,
মণিপুবী চেক্লাদো পোম্বী লাইবক থিরক্লে!!
খ্বাইগী মাইকৈ অসোমদা লমদম মতা য়েংতুনা
পেম-উরেং চাবুরোই চেকলা মাগীদমক্লা
চেক্লা লাংবু থাকখরে, ঙসি কোরৌ কুমিওা
কাংলেন-কুম্মৈ থোন্দুনা সজিবুগী থাজদা।
থক খা পুম্মান মান্নরে পোম্বী মাগী মরমদা,
পোইরৈ লোহনা লেপখবে গোপানসনায় দমক্তা।
পম্মৌ যাত্রা কৌবনে লৈরাং ইন্দু মহাক্লে,
চান্নজবা মহাক্কী লালা কৌবা অতুনে,
অহুম অসি নত্তুনা অতৈ লোয়না য়াও-শুমই,
নিংথৌসনা চরন্দি য়াওদে হায়মু মচুমই॥
গোপানসনানা হায়রকই "ইপা নিংথৌ ওইরিদো,
ঐগী করি রাংপগে খ্বাইনা নুংশিবিরিদো।
লৈপাক রাথোক ওইসনু, রায়েন শংসু মেঞ্জগে,
ঐগী মীচং ওইহনগে ওন্নিংবদা ওঞ্জগে।
সনা চরন য়োসনু গোপান শরুক ওইজগে,

মীহাৎপুংদা য়ৌর—ফাও থাংনা সাথী ওইখ্রগে,
তরেৎ—সেঞ্চা তিংপুন্দা ঐনা খ্বাইবু চেন্নরোই
মরূপ পুম্বা কপ্পগে গোপান ইমাই লৈখ্ররোই।
মরন লৈবা মাইকৈনি খ্বাইগী পাখং লেপখরে,
ঙসি কাংগী হল্লকপা ইন্দু ফানি হায়নরে।
থাবনসনা মপাবুং—লৈরেনসনা কৌবনা
কোকথোং নারে কাংবুসে নুংঙাইখিদ-মল্লোম্না।
"নিংথৌ ওইরি য়ান্নুংনা কিবিরুদ্নু পুন্নমক,
হন্দক মাবু ফাবদা য়াওরগনি ইশামক,
গোপানসমায় দমক্কি ইচায়-নিংবা থুংনবা,
খ্বাইগী মাইকৈ ঐখোইবু কনা লাকচবগবা!
করি তৌজরদগে, যাত্রা কৌবা মহাক্না,
করি লৈত্ত' মাগুম্বা তৌরিদনা ঐহাক্না।
ময়ুম মক্তে ফাগ্যাইবু তৌনিংদবৈ তৌবনি,
লৈপাক নিংথৌ পাল্লিদো নিংথৌ মমায় য়েংবনি।
লৈপাক রাথোক ওইসনু-রায়েন সংসু য়ৌসনু
থাংনা সাখি ওইসনু সনা মাংসু খোকসনু,
'লৈরেন ঐনা তৌবনি' ঐনা লোংনা য়াগনি,
লৈপাক প্রজা অমতা করি শোকহল্লুগনি।
লুপা লখা চংসনু ঐগী করি রাংকনি
হেক ফংবা মফমদৈ ইখুৎমক্না ফাগনি।"
লৈরেন মরা তাবদা কিনখিদ্রে কনাসু
ওন্ন লোইনা খংনরে—"লৈপাক নিংথৌ য়ৌবসু
তৌবা ওম্বা লৈরেন্নি পোইরৈ লৈপাক অসিদা
খুরাই মাইকৈ'-কৈদৌনি খ্বাইগী তৌওমদবদা—
হন্দক লাংবা অসিদি" সুম্না তৌনা ঙাংনরে;
ইশেংনকসু শেংবনি ওম্মোইদবা লৈত্তরে।

অঙম্বগী মচানি তৌফদবৈ তৌবনি,
যাত্রায় কাদি ওইবগী সুম্নগী অতুক থনবনি।
যাত্রা কৌবা নিপানা মপুই থরাই ওইবগী
লৈবাক থোকপা য়ারনি হায়রুর'দি থৌরাংগী।
নুংথিন পোবোপমক্তদা শিংঙোন কাদৈ, চংমুনা
ইন্দু ফান-পুবম্ল ভম্বা ওইরে হেন্দোক্না।—
"মানা হোরেন হল্লকপা কাংলেন লোইর' মতমদা
নীয়াম হাদোক্নরকপা সন্ধা-নারন হুনবদা,
নুপীশিংসু ময়াওনি ময়াম অসি ওমতুনা,—
নোংলৈন'দি উনাবু মাইকৈ সলাই খংদনা,
লাইনা য়াংনা লৈত্নুনা কৌরো থক্তা পুব-গুম,
ইরৈ-কনবা ইচেন্দা তুরেন কোঙ্গোন তাণ্ডব-গুম,
করি চিন্তা লৈবগে মাওম্বমা পুববু
কনা কৈদৌজরনি পোইরৈ লৈপাক সিদবু।"
রাখল অসি থম্নরে, য়ুমথোং কোম্থোং থুদিংদা,
শিল্লে মীপুম তিংমবু, মরোন অমা কাংসংদা,
লমজাও চৎপা শাত্নুনা নুপী নিপা খরনা,
তুগী ভাঙ্গা ওাইনবা থম্লে কাণ্ডবু কয়ানা
গোপান মাগীদমক ইন্দু ফানি হায়বগী
লৈপাক তংখাই হেনখরে পোইরৈ লমদম অসিগী।
গোপানসানায় মীচংদা য়াওরি' মীয়াম পুম্বসে
ইন্দু' শেংনা মহাকপু লোইনা মুংশি খ্বাই অসে!—
"মোমু লাইবক থিবিনি শিংঙেন ইন্দু হায়বিসি,—
যাত্রা মানা শোইবনি কৈরুংবমদা পিবসি
হোংফদবৈ যাত্রানা পিথোকখরে হায়দনা
নোবো কৌবা মঙোন্দা লেপখিবনি মপানা।
মাসু খংজরিবনি অগবনি হায়বসু

নোবো কৌবা মাবুদি গোপান স্নানা হেনবন্নু,
মপুষ্ট থৌগন তৌবনি অফ-শরুক হায়'ত্তুদি,
মীচম ওইনা মাঙিশুদো কৈকংবমদা ওংবদি ।
থাংগৈ শেংবা মবুক্কি পালেম পাঁপৌ মখোইস্নু
খল্লমগনি অস্নুমা ইন্দু কৌবা মা-মক্রু ।
সনা-মণি পুনবনি গারোই-কনা রাসির,
পিনি গোপানসানাদা ঐখোই খ্নাইনা মহাকপু ।"
খুরাই মাইকৈবোমদগী মীত মকু ফাওবনা
খুপ্নু সিদা য়াওত্নুনা ইন্দু নুংশি মসম্না
য়েক্ন মাইকৈ লেপথবে মাবু চানবা ভাক্তনা,
লাম্থোং পুম্বা সিনথবে ইন্দু ফানি হায়ত্নুনা ।
য়াওরি মীয়াম পুম্বদে, খজে চুমদে হায়দনা,
"অফবদি থবক্কি মাঁীদনক নিদনা
মাংসন্নুদি তাসন্নু' খোইনা মাবু তৌবরা
খোয়ুম লাইনা উগনি তাইথং মীনা খ'বরা ?"
মারম অসি খল্দুনা হরাওবগা লোইননা
পৌরাং পুম্নমাই লোইথরে মীয়'ম পুম্না তিন্দুনা ।

২০

ভাবোক চোঞ্জোন তিল্লক্লে থক্লোক তৌরে কাংশংদো,
অনি মরি শুম্না লাক, ঙাংনরক্লে মমানদো ।
হৌরো হৌরো হায়ত্নুনা মীচং মশক থিনরে,
মুজা লাইবক থিবীদি ইন্দু মাম্নু থুংওরে ।
লৈরাং খুদিং খুদিংদা অমা অনি ইল্লকই,
মচেম মবোক মমানা লোয়না লোয়না চংলকই ।
ইন্দু কৌবী মাগীদি মমা মচেম ইল্লক্তে,
মুজা ওইবী ইবেম্মা খোয়ুম নোংদম যৎলক্তে ।
হৌরৈ মাবু কৌরোদা মজাইবেম্মা য়াইমনা

হুনা খুদোং চাহুনা সিন্নরকই ময়ামা।
চংঙো চংঙো হায়হুনা চংনয়ক্লে ময়ায়দো,
মাংশোক কমেন্স অনিদা কম্নয়ক্লে খুম্মুদো ॥
সংবান্নবা মাল'দা থাজ -চৈগোই ভাব-শুম,
তাম্মু' নোংগী মচেৎনা কৈনা মহুপ চৎপশুম,
শাম্মু ময়া কাংলেন্না লৈরাংশিংগী মাংদদা
উরি কাংদি অহুনা পাখং ওইবা নাক্কুদা
শাম্মু ময়া উবিকাং খাদনরে লোইমখৈ,
শংবা কাংশং থক তুদা কাংলেনহুনা চৌথ্রিকৈ।
লৈরাং ওইবী মখৈনা মাংদা তাবা কাংলেন্দো
পুম্মুমনবী খুৎশিংনা কাংলেন কান-ম্নকপদা ;—
লোইদাম্ন মানা পাঙ্খৎপা পূর্ণিমা-দি হয়েংদা,
সংমা পামবা নোংপোকলোম অতিয়াগী মকোইদা,
থাজ-মানা থোকপদা ম্নুমদাংম্নাইগী মতমদা,
নোংচুপ চিংদোল-লোমদগী থাজ মাগী মকোইদা,
ঙাংঙ্নবা মদশঙ্কা সেঙুম মাই-শুম তাবদা,
কোয়ৌ মঙান চ'বশুম য়েংঙ্খবদা নিংথিবা।
লৈহাও লৈরেম মাম্নবী খুৎতা পুম্মুমনবীঙাক,
খুজিন পয়েং অহুনা থাজ মঙানশুম্নী ঙাক,
খুৎকী খুৎশা খুদি'দ' সনা খুদোপ ইঙাং-ঙাং
তাথম্নকপী খুজেংদা সনা খুজি কোইনা ঙান,
ঙৌয়োক ঙৌরোক ঙৌরবা শাম্মু কাংলেন নমহুনা,
কাংশং-লৈগা পাম্ননা খুৎশা মঙা মঙানা
মুরাংশিংনা থম্নবা কাংলেন মাবু কাহুনা
লুপায় সেম্পাক মথক্তা ঙাংবা লৈরাং তাঙম্না
ম্নুরা খুবাক তংাংবী কাংগোই হক্তা কুম্নকপা
খুৎকী খুৎশা মরক্তা কাংলেন মচু কাঙমকপা,

# শিঙেওন ইন্দু

অহুমক্স্ত য়েংবদা ভাবোক কাঙবু কয়ানা,
পুক্নিং থুকপা হৌরক্লে কাংস্নু হৌদ্রিঙৈদনা।
লৈয়াং মথোই পুদিংনা তাংনা শাংগী ঙাক্তনি,
নোঙাল-লমদাই শক্তিক্নুম পংনা উদবি ঙাক্নি।
লৈয়াং ইন্দা ব্লাংনদে শিঙেওন চুদা তানদে
শাওং শাদা হেয়দে য়াঙাং শাঙাং তোয়দে।
খুবোম চংবি লায়োনখোক খুনিং ঙাথেন মচিন-গুম,
মুরা ফৈবোম তারকপা লফু লেম্বা মওংগুম,
উচিথোইগী খ্বাংদাঙাক থবাক ঙানকম নিংথিবী
পাম্বোম মত্তা য়েংবদা থম্বো হেরা মাঙ্গবী,
ওকশম তোংদম অমদি খোটী চাকয়োং 'তা কব।
অত্তু-লিক্লি খুজাইগুম ইশিং চেনবা উনবা
চৌনা পানবী লাইবক্তা শম্মাং চোইনা তারকপা
ওকশম শাইনোনলক্তগী নাইন লিক্লা ঙাল্লকপা;
হুপচিং লমদম চেকয়াদা হুমদং নাওং ফবদা,
হুমদং ইপোম হৌবগুম মালংবনা হুমবদা,
তুংয়ান তাবা শম্মাংনা নিংথৌ ফান্দোং লৈথবা,
খেক্লা খোইনা তানবা শম্মা-লেংলেং চৎনবা,
নোর-মচু কয়াগী থাংচেৎ থাগোন শেৎনবা;
মুরা লমথাং তপাবী শমু নমদা কুপ্পবা,
শক্লা থম্বাল লকা ঙাক, লং-থোং লৈমা লংচাক্লি,
কুন্দ্রে ময়াং চিংগুম্বী নিংথিজবী শাবাক্লি।
মায়োক মায়োক্লহৌনা লৈরা'শি'না ফম্নিবা,
চুম্না কম্বা, লৈবদা, মুক্তি পুক্নিং হুথ্রবা,
সিনা হৌয়েন হৌগংলো হায়না হুম্না কাপ্পবা,
ওসি ভাবোকশিংশিনা করম কাংবু য়েংগবা॥
—"পামা মচা তিল্লেকো য়াইহৈ কৈদা লৈমগবা,

রাফম অমা শোইরগা ঐবু মীনা নোক্সবা,
ঐদগীদি নত্তেদো পানা মমাই থিবনি,
ঐনা হান্না হৌগৎলোই মীগী মতৌ যেংথিনি,"
রাখনসিবু তৌদুনা মুরা ওইবীশিং অদো,
মিংচি মিংচি চানরে গিংকুপ নাহুম থিনৈদো ॥
হৌগদবা য়াইস্কুল্লি খ্বাইরোমদবু লাকপনা
হৌরো হৌরো হায়নরে, হান্নবা য়াবা মথেনা ।
নিপা অনি অনিনি মুপী মঙা মঙানি,
পানা মরি মন্নুংদা মচিন-তোংবা ঙাক্তনি ।
অহৈ অহৈ খন্দুনা তোঙ্গিঙবনি কাংসিদা
লৈরাংশিংগী লক্তম্ব তাদে করিমতা ।
অপানবদা থনতুন' ফজবদা য়েংতুনা,
শান্নরিবা ক'ংথুংনি শক্তী কাংদি হায়তুনা ।
অঙম অথৌ মচাঙাক মপু মচা তোংতুনা,
অম—মন্না নিংথিবা কনা ওন্নি থাতুনা ॥
ভাবে'ক কাংবু অতুনা ওইরে লৈরাং কংফানগী
ফীজোন মথন মথন্না থাইরে শিঙেঙন লৈচুগী ;
কাংশং মযোন অতুমা ওইরে লাইজ ঈশিংবু
ফক্লাং মাইকৈ ম'থনা ওইরে পুথ্রি চাংজোবু ;
মুরা ওইবী মথেনা শক্লে শিঙেঙন থম্বানবু,
মাঙ্গংবনা হুম্বগুম লৈরাং থম্বালশিংতুবু,
হৌরসিদি হায়তুনা কা'ফম ফম্ফম শিন্নরে
মাগী মাগী মকমদা হাইনা হুম্না লেংনরে ।
চেকফৈ তানবী অহুমদো থাং'ে্ৎ নমখাং শেমজরে,
মুরা শমু য়েংলোম্ন' 'ঙৌবা কাংলেন পায়থৎলে,
থাংচেৎ কিযুক অতুদা পায়রে সমু ওইরোম্না
কাপথোরক্লে কাংশিংদো চেককৈ মপা লাক্তমা ।

অনি কাপই অমশোই লাংজৈ তন্না ফোংকংলে,
লমথা কাংস লাক্কুনা নিপা অমা কাপ্লক্লে।
লমথা তন্না লৌখংলে, কাপই চেকফৈ অমুক্কা
চেকফৈ তন্না সুহুনা থাখি লমথা অমুক্কা।
মুরা ওইবী মঙানা চেকৃফৈ নামা পাল্লমই,
খোইমু ওইবা কাংদোংবা নামা তন্না থিঙুকই।
পাখং অনি অহুনা লমথা পুমনান চংলকই,
মুরা মতাই খুংসিনা থিন্দনদি থিংঙকই।
মতাই অনি, মথংনে, লমথা পুমথা থারকই
লৈরাং চেকফৈ তানবিশিং লমথা তন্না থারকই।
লৈরাং খুত্তা তনৌবী শোন্দম নাদম থেংউরে,
শোইগদবোই পাখংনৈ মরক চংই শিদরে।
মতাই লমথা থাবদা মরক্তগী থিংঙকই
মরক চেকফৈ শোইবদা পঙাকপনা ঙাক্লকই।
শিঙেঙনশিংগী লৈকোন-নুং লৈরাং থন্না শাংপনা,
তাইবং পুক্লিং হুরবা শংবা নাপী মথক্তা,
লৈরাংশিংগী মংক্তা ঙৌবা কুরাক পাইবগুম,
শিঙেঙন থুদিং থুংনবা খোইমুশিংনা চেনবগুম,
শামু ময়া কাংহুনে 'মুবা উরি কাংলেন-বু,
মিচং অনিমক্তুনা হুন্নরল্লে কাং- হুবু।
মাইকৈ মীচং অহুনা অম-রোম্ন অমুক কাপ
তরেং তরা হন্থোক্লম অনরোম্ন অমুক হাপ,
হাপচিনবগা লৌথোকই অমুক তন্না হাপচিল্লি,
পুম্নোই লোইনা লৌথোকই তরা অমা হাপকংলি।
অহুক চাঙবা কাংশংদো যুল্লে মীনা চোনখরে,
হুমাং ভংখাই ফাওবদা নুংশিং য়ৌনা পনখরে !!
মমিং মক্তা পনবদা তুজুংনবী লৈরাং ঙাক,

লাইজ ইখৌরাংবগুম কল্লক্লবী শিঙেঙন ঙাক,
থাবুন্ন তরানিথোইদা পংনা উনা ফংদবা
সেগা মাইগা তৌদুনা ব্রাঙাং খুদোং থোক্কবা,
ঙসি কোরৌ অস্দা ফম্নিন্নরে তিন্নুনা,
হোয়গা মাইগা লোন্দিন্নৈ পুকচেন ইতিং--তিংদুনা
কনাগুম্বা ভাবোক্লা "ঐবু লেম্মি শোন্সন্নু,
ব্রাঙাং ব্রাতা ফজৈদা রাশী লৈদি হায়সন্নু
ফীজোন অসি নিংখিজৈ মচু তাইদি নিংসন্নু
ঐবু কাওদ—ওইসন্নু ঐগী শকপু খংসন্নু।"
মবুক 'সিবু পুদুনা ঙাওঙি লৈপাক মাংসিদা,
ফাগি জুগাই তৌদুনা লেম্নৈ ঙসি কোরৌদা।
কনাগুম্বা অমনা—"লৈরাং ওইবি সিমনা
'মুক্তা য়েংথোরক্লদি"— লৈরি দুদা ঙাইদুনা।
য়েংথোরক্লে হায়দুনা মুংঙাইবন্ন য়াওনুরি,
"য়েংথোরক্লে" হায়দুনা ঙাইনা কয়া লৈনরি।
ভাবোক কোঙ্গায় অমনা—"হন্দক সোমদা শান্নবা
চৎথিসন্নু থোইদুনা হয়েং অমুক হন্নবা,
লাক্লন্নুকো অসোম্না অমুক তন্না থোইদুনা,
দুনা থব্রাই—মুংঙাইনি কাংখুৎ অনিমকসিনা।"
'মনা অমুক হায়রকই—অদু অদা থংজদে
থোইহন্নিংই অসোম্বু সোম্ন থোইবা পামজদে ?"
লম্ন—চৎনরক্কবা কাংবু কয়া অমনি,
মরম-নদা থোইবদা লাইবু নিংবা কোন্দাইনি।
ভাবোক মথন নাইরকই মীচং মীচং তারকএ,
লৈপাক বুম্নৈ ওইরক্লে পানা মরি তিল্লকএ।
পাঙন তরা লৈরিঙৈ য়াইস্কুল মাইকৈ য়োমগীদি
পুন্নান চৎলে চেকৈদা থ্বাইগী কাংবু অদুদি।

কাংশং ওইবা হৌনবা হায়রে পনবু ওন্সিদি
চুম্লে ওনবা য়ানরে কাইদে কাংলেনতুগীদি,
কনাগুম্বা মীশিংনা হায়নরকই "ওল্লিদা—"
"খিত্তি ওন্না ওন্সিদা নৈরাং লৈরাং য়েঙৈঙদা
ওস্থোকপনা ফরনি" হায়নরকই কয়ানা,
কাংশংতুদা তিল্লিবা মচিন চৎপা মখৈনা ।।—
লৈরাং থম্বাল কৌবানা যুম্না শাৎপা পুখ্রিদা,
নোংলৈ ওইবা মালংবা লৈনা খোন্না হুম্বদা,
অরাং শাৎপা লৈরাংনা মখা মাইকৈ লৈবগুম,
মাইকৈ সলাই খংদনা শিংঙেনশিংনা চেপ্পগুম,
লাইজ ইপাক থক্তুদা শিঙেঙন মফম কাইবগুম
লৈরাং থক্তা তোংলম্বা খেইমুশিংনা কাইবগুম,
খ্বাইগী মুরাশিংদুনা লাগ্রে মাংশোক পাংদুনা,
য়াইস্কুল থুপ্পু অতুনা চৎলে ফমেন তমদুনা ।
থৈনরক্লে লৈরাংশিং কাংশংদুগী ময়াইদা,
কাংগী পল-ওন-নরকপা ফজবদ খৈবেদা ।
মফম মফম য়োৗবদা নিংথি নিংথি ফম্নরে,
হৈরাং লৈরাং অপুম্বা পোৎলান পোৎপু য়েনখরে
মুরাশিংগী নাক্তুদা লৈরাং পুম্বা থুংনরে,
লৈরাং লৈরাং মশেন্দো শক্তা- শক্তা তাম্নরে ।
পামেন লৈরাং মখৈগা তাইবং লৈরাং মখৈগা
পুমঙান ওইনা ঙানখরে ভাবোক কয়া অতুগা ।
কাংবু অমুক হৌরক্লে কাপ্লে ফমেন কাংবুনা,
তন্নেৎ তম্না হাপকৎলে শান্নরক্লে অতুম্না ।
তাংলৌ লৈনা থেংলক্লে কোম্নৈ নেম্লেম তৌরক্লে,
মুমদাং রাইবু ওইবনা মুমিৎ রাখোং লোল্লক্লে,
তমরা কোম্নী চেম্লক্লে চীংয়া খেন্দোং লাংলক্লে,

কোরৌ মঙান অকনবা নোংনা পাক্না চুমথোক্লে
সনায় মচু ঙমজবা মোল্ল' মচু ফাওরক্লে,
মঙানহুনা য়ৈরক্লে সনা ঙম্না—ঙনখরে ।
কাংশুংহুদা লেপখরে সনায় মুত্তি মক্কনা,
সনা' শাবা মীশিংনা লেংলে থন্নাই পানহুনা ।
সনায় খাংচেং শেংখরে থোল্লে সনায় নমথাংস্থ
সনা' পুমশং শংখরে সনা ওইরে কাংশংস্থ ।
অহানবদি ওইবগী হঙ্গোইনবা অশায়্যদি,
মতম অসি য়ৌবদা কোক্করক্লে হৌজিক্তি ।
মাগী মাগী লৈজবা থানরক্লে থুকাপ্পা,
পাঞ্জন হুগীদমক্তা লাংনরক্লে মবুক্তো ।
ময়ুং হৈবা তুরেন্দা তোর্বান নাকন অনিদা,
হম্ব্রু লৈনা উপথবা লাইঙ্গ মাগী-খক-তুদা,
হুগুম উপথৈ ভাবোক্না মতাই কাংখুন অনিদা,
ভাবোক তক্লিন্নরক্লে, কাংগী মতাং সিরাইদা ।
হায়বা লাকপা তানদ্রে হন্দোকউন্দি লাওনরে,
কাপখিবগা অমদি পাল্লুবদা মতারে ।
কুম্মৈহুবু মীয়াইরে য়েংবগীদা লাংনরে
মতাই কাংখুন অনিদি কাংসিদদা মথারে
কাংফম চানা ঙাকপদা থারে সনায় তাংগবু,
মফম চানা পানবদা পিরে লুপা তাংগবু ।
অঙাকপদি থম্মখরো কাংগী মতম অহেনা
সনা তাংগ-ফংনরে চেকফৈ তানবা ফাওবনা
লমথা খুংকাপ অমদা থারে চৈ কয়াবু
অক্কাপ অকাপ খুদিংগী চেপ্পে ভাবোক পুম্নবু
শান্নবস্থ ভাবোক্স্ত পাঞ্জনবীদা য়ানরে,
অতৈ পুন্নকাও কাওমরে মোমদা পুম্ন পা লুপখরে ।

কাংখুংভূগী মুরাশিং মহোয় মপাও-তাবদা
কনাগুম্বা পাখংনা রাহৈ 'মতং তাবদা,
লৈপাক অমা ফংবগুম মমন য়াম্বী ঙাক্তনি,
পাখং ওইবৈ কাতুদা ফংওমদবা মক্তনি
মুরা মিৎয়েং অমদা লুপা লখা অমনি
কৈদোঙৈদা হায়তুনা ঙাইনবিবা ঙাক্তনি।
ফাগি ওইনা ঙাংবা-ফাও মাগীদমক শিগেদি,
নিংনরিবা অতুম্বা মুরা থাক্লি মহোযদি।
তাংনা শাৎপি লৈবাশিং অতৈ অমা য়েংদরে
ইকাই হংগোই থাদোক্লে পাঞ্জনভূগী রাখরে।
কৌরৌ নোংমতবুম্ব মুরা কৌনজদবা,
ঙসি ফম্মিন্নজবা অসি মঙাইজরিবা
পাখং মাগী মফমদা মেঞ্জনকে মুবানা—
পাখং কাদা তোঞ্জনা অত্রাবগা লোইননা
"পানবিয়ু ইবুংঙো পাখং ওইবা নহাক্না,
মুরাই নমথাং অসে থাজগেকো ননাওনা;"
নাপ্ল-চিক্লা কয়ানি ইফোং ফোংনা খরম্ব,
তাপ্ররোইদি খন্নবা মপোক অসিমগী স্থ,
মমন য়াম্বা রাহৈদো তোয়না তোয়না হায়রকই
মিৎতা পিবু তাদোগুম মুরাশিংনা রাবকই।
পাখংশিংনা—"ইবেম্মা! মুরা পানবিবম্মকো,
মীনা খোইশ্রবদি মুক্তা মুংঙাইরোইদকো,
মুরা পাখং পুম্বদো মীচং মীচং মেন্নরে,
পাঞ্জন মীকানবনা হুমাং—নপ্ল- কানরে।
কাংগী তাঞ্জা হায়নবা তোকপা—য়াব মতাংদি
ওইবু ওইরকদৌরে ঙাংলোভূগা হায়রদি।
মঙাইবেম্মা- য়াইমদৌ চংশ্রে সনা য়াথংনা,

লৈরাং ইন্দু কৌবিদি সিন্নরম্লে মহাক্লা,
মনাইশিংগা লোইমনা লাকমিন্নরো হায়দুনা
মাইকৈ অদুদি থুংপু শারে তরুক্লা
কাংগী মতাং অসিদা লৈখ্রি পাঞ্জন তরাদি,
মীয়াম লৈরি অপুন্বা নুংঙাইনম্রে পুক্নিংদি।
মপু মচা ওইবনা ওমদে হায়নরুবদি,
য়ারম কাংবা চৌরক্লে য়েংনা খ্বাইগী মীবুদি :—
"মীচংগীদি সুদসে করি হায়বিবিনো,
ভাবোক লৈপাক পুন্বনা করম তম্বিরিবনো ?"
ভাবোকশিংনা—'ইবুংঙো ! নংন হায়বা চুম্মদা
থোইবি কৌই নখোনা কাপহনখিসি ঙাইখোদা !
খ্বাইগী লাইবক যংখিসি থুং থারগা তোকখোকসি
লৈপাক খোইবু যেংদুনা, শাম্নৌ শাম্নৌ য়েংখিসি।"
কনাগুম্বা মীতান তোকহন্নিংবা য়াওরক্লে,
মচিন থোক্তে মবুপা ঙাংনিংবদু থমজিল্লে,—
"মীচং য়াংনা করম্না শাম্ন-চৌনদে কাংদি,
নত্তে হায়ন-চৌবন্দ তোকহন্নিংদে ঐখোইদি।"
অসি হায়না যাইস্নদা হায়নিংবসু হায়খিদে,
"লৈপাক মীয়াম তিনবদা অচোপ্পনি উংনিংদে।"
তোকহন্নিংব তংখাইনি শাম্নবদা কয়ানি,
পুম্নাং ওইনা লাংখরে মতৌ লাংওন অমনি।
অমুক কাপ্পা তারক্লে, কাপ্লে কাংদু খ্বাইরোম্বা
"থুংথারগা মচোক্নি থুংখা হনখো" হায়দুনা
খ্বাইনা ইন্দক কাপ্পসি অরু' কাংগী মতাংনি,
পাঞ্জন লৈনা কাপ্নদি থর উপায় লৈবনি,
লমথা অমা পানবদা চেকফৈ অমা থিংবদা
কাংগী মমন নাইরক্লে ইন্দক মতা অসিদা।

থম্মোই চাওবা হৌনবা হন্দে ইন্দুই খুকাপ্তি
লৈরাং অতে অহুমদি উখি খুৎকাপ হন্দক্তি।
ভাবোকশিংনা লাওরকই—"নুংশাথিবা য়াওরেনা
থোইনা হৌনৈ কৈদৌগে খুৎকাপ হনবা য়াওইনা।"
মুংশা মঙেক হোন্নখ্রে, লোইরে কাংগী অমুক্তং
মিকুপ অনি মরিদ হল্লে পাঞ্জন তরুক্তং।
হনবা য়ারে হায়দুনা অমক হেন্না চেক্লিল্লে,
পাঞ্জন 'মত্তা মত্তাইরে কাংখিন টরক-ওইদৌরে।
"চোপ্পদরে হোক্লরে" হায়-রবপা য়াওরক্লে,
খ্বাইগী মীত্তা থবদি কপ্লাকনকপা হোথরে।
শোইরবদি মাংলকে। সিনা মক্তা থন্দুনা,
পাঞ্জন অমা অত্তুবু উরে লুম্বা চাং গুম্না।
কাংখুৎ ভাবোক অনিমক ভাংনদরে রা 'মত্তা,
কনা থোইরমরগবা চানৈ মিৎকা মিৎকদা।
সনা লুপা থানদ্রে হরাওনবা লেপখরে,
থরাই খুবাক হাপ্পরে কাংওং অমা হোংখরে।
চেকফৈ ত্তানবী অমন থেংলে চেকফৈ নাম-না
নুপী অনি 'মা থারক্লে কাপ্লে মত্তাই খুৎসিনা
মত্তাই অচৌ ফাওবনা চেকফৈ নামা পান্দরে,
হৌগৎলক্লে পঙভাকপা কাপ্লে ভাইবা য়াদরে।
থেংওকপগী হৌনবা কাং-কুপ্তনা চৎখরে,
রা অমত্তা ভাংনদ্রে খ্বাইগী মাইথোং লাংসিল্লে!!
কোরৌ চুপ্পা নৈরকপা নুরা চরে শেমগেদি
নুরা লৈথোক—উঙৈদা চিৎথহৌরে ইন্দুদি।
মানা চুক্তরকপদা লোইনরম্লে কাপ্পদি,
নুরা মঙোন ত্তারম্মে অরু' পঙাক—পহৃদি!
লৈরাং থরাই রাজখি অরুবনি থম্মুনা,

পাম্বোই হৈবী খুময়ে নুরা পুক্লিং অতুনা।
মালেম-লৈদা খুংনা ওক কাংলেন খুত্তা পায়খংলে,
চয়ৈ লমথাং অতুবু নুরা ওইবী হাইগংলে।
লৈরেম খাংচেং অতুনা চয়ৈ খাগোন য়েপ্পনে,
তুংগ্লান ভাবা শয়াংনা তুম্মো মায়োক ফবনে।
লুমাং ভাবা মথৈনা শেলো উচান মনা ওই,
নুরা মাইখোং অতুদা অউপ-লাংগী মণ্ডং-ওই,
ওকশম তোংদম হাইগংলে নুরা খোংকম য়েংলক্লে,
চোমগী-চংবী লায়োনখোক খুবোম মতা ওাক্লে,
লৈরেন ফীবুক অতুদা সমু ওইনা পায়রক্লে
মিংস্না থম্বান মানবীনা চেকৈ মপা লাক্লে,
নুরা মাগী কাংকমদি লমথা তানবা কাংফম্নি,
মীগী রোমগী কাংফম্না পণ্ডাকফমগী কাংফম্নি।
হায়নরিবা নিপানি কাং-খিনবদা হৈবনি
চক্রি ফত্তে হায়দুনা কিনরিবা নিপানি,
নিপাদুনা খিনবদা নুরা কাপ্প-ভাখরে
লৈপাক মীয়াম পুম্বদো মাগীদমক রামরে।
ফনা মপা তাতুমা পামবা লুনরিবনি
মচেং ময়া ভাবনা করম দোমা পামগনি।
লৈপাক মীয়াম অতুমা কাংদিন ইন্দু অসিদা,
চাগদোগুম য়েংখরে মানা কাপ্প-অসিদা।
পাংত—লৈখা ফুংদগী থম্বো হেন্না মাল্লবী,
মালেম পৃথি অসিমা চিংনা লেম্না লোং—গুম্বী,
নুরা পাম্বোম ফজবী কাংলেন হাইনা হল্লক্লে,
অরু' কাংকম অতুদা খোক্তোতুনা পাঅখরে।
অরাবভু লোইখরে ফুংভাইবনু লৈতরে
নুরা মাগী খুকাগ্গা লৈপাক হাবু লাওখরে।

চরৈ ফীনা থুমখরে লুপা সনা চোনখ্রে,
সনা—মনি থাম্বগুম নুরা ওইবী ফংখরে !!
মতাই কাংবু থাগৎলে মতাই চৌরা লৌখরে,
পাঙ্গন মান্নখরেদি লৈপাক পুম্নিন নিনখরে,
থারো থারো হায়নরে চেকফৈ পুম্নান চৎখরে
কাংখিন উনখিদরে কাংবু সুম্না লোইখরে ।
ইন্দু মাগী মপান্না পানা মমাই চোপ্তরে,
মাগী কুম্নে ওইতুনা ঙসি কাংবু লোইখরে ।

২১

খ্বাইগী লমজাও অসিদা অতৎ-অথম লৈতরে,
হন্দোক হঞ্জিন অসিনা মতা অমা ওইখরে ।
অনি তিল্লে পকাসিন্নে অহুম চৎখি অনিমা,
মঙা অমা অমুক লাক চৎখি অমুক মরি মা ।
তরেৎতরা লাকপগা মুসুক মুসুক তৌনরে,
চরাং মশা পাইনরে শিঙ্খোং নাথোং লেংখরে ।
খুপ্ন অনি থোকখরে 'মগা 'মগা হংনদে,
তুমিন তুমিন থিনরে মক্ষম মরাং খংনদে ।
লৈরেনসনায় কাংবুনে যাত্রাগীদি খুপ্নুনে,
মমৈদদি তানরে "থিরিবসি মাবুনে—
ইন্দু থিবা খংদরে চেনখিরম্বা মতারে,
কনাদবু ওইগবা,"—অসুম তৌনা ঙক্লরে,
থিনিংঙাইদি থিরুরে ইন্দু থিবা খংদরে ।
পম্থৌ যাত্রা কৌবদো লোইরে নুংঙাইতবনা,
মচা অনি' খনবদা কপ্লে মপী তাদুনা
লৈপাক পুম্বা থাজরে—"শোইদে গোপানসনাদা
লৈপাক 'খোইম্নু য়ানিংই ইন্দু লাইবক মকৈদা

পিকলবসু শরেংনি—মপুই মনাই ওইবনি,
গোপানসনা মাগীসু মরাইৰকতুম ফবনি।
ইন্দুগুম্বী সুপীবু মনিপুরদা পোকপরা
নিংথৌগীদি মচানা ইন্দু মাবু হৈনবরা।
লাইগুম্বীদি মহাক্লি মাবু ফংজ' নিপাদি,
খুৎনা স্বর্গ ফংবনি ঐখোই পুম্বা নিংবদি।
নোৰো মাগী শল্লগা ইন্দু লাইবক ফবনি,
মপু কাদি থোকইদো অসিতগী হায়ৰনি।"
অমম্বনা কুপথরে লৈরেনসনায় কাংবুদা,
কংথিদরে ইন্দুবু মাইকৈ চাইনা থিবদা,
"কাংশংদগী থোকখিবা ইমিংমক্লা উহৌ.ই
ঐগী ইমাংমক্তা কোম্লং খুৎকা থোরকই।
ঐখোয খুৎপু অমনা পুখ্রে মাইকৈ অমদা,
উন-দনা তৌৰনি সুম্না নিংউই পুক্লিংদা।
লৈরক মম্লং অসিদা মাংঙি করম তৌহুনা,
লৈরক মচিন'সদসু থৎলি ঐখোয় মী ঙাক্লা,
মম্লংসিদা করম্না মাংফম থোকই মহাক্লা"
"তুদি কদায় পাইখিনি মাবু লোৎপ্রা ঐখোয়না
মহারাণী মনাইশিং চৎখি অ্যুম উহৌই,
তুগী ঙাহাক লৈরগা নহোয়সুত্তুম মরাকই।
ঐখোয়নবু হংদরা- চংশ্রবনি হায়ৰদায়,
থোরক্তরি হায়বদা অমুক হঞ্জিল্লুবদায় ?
থাঙ্গে ইশেং শেংবনি, কোম্লংদসু হঙঙ্ রে;
মীয়াম ওই'না 'উহৌদ্রে হেঙ্গৎখি'দি মহায়রে।—
—"কাংশংদগী থোকখরে লমজাওসু য়োরক্তে,
লৈরকসিদা নত্তনা মাগী মাংফমদি লৈত্তে!"—
লৈরনসনায় মীশিংনা থিরে লৈরক মম্লংদা,

চং-চংহুনা য়েংলক্লে য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংদা।
মনিং তৌবা নিপানি ঙমদে থিংবা কনানা,
শেং-ফাক তুনা থিরক্লে মশামক্লা য়াওহুনা
অকোক' কোরেক মাংবগুম মাংলে ইন্দু ফংদরে,
কাংবু অহু ঙক্লরে, খল্লে, লোইনা ব্রানরে।
—"তৌঙমদবা কনানা ময়া ফিবুন নমহুনা,
কম্বা নারোল অমদা পুখ্রবরা অমনা!
মুমিং তাব-দগীনি নোঙঙাল্লক্কদৌরক্লে,
ময়ুমদস্থু লৈতেদো মেনবু তাবা ঙমদরে।
ঐখোয় মীবু থিগংলু"—থিরে, মুরে, মীমখৈ,
লৈরেনসনা কৌবগী মাগী হেক্তি য়াওমখৈ।
হংনরকপা মতমদা হায়খিদম্বে কনানা;
মনাই মশন অমতা ইন্দু উইবু হায়হুনা।
পুমঙক ওইনা ঙক্লরে গোপানসনা ঙাওথরে
হুগী মকোক চিংলিবা লৈরেন মাস্থ মমখরে।।
যাত্রা মপা মক্লস্থ লৈম নিংথৌ পুম্বস্থ
"গোপানসনা কৌবনা পুখ্রে সোইরোই করিস্থ,"
ইন্দুই ফৌগে অশেংবা খড়িঙবা মী হায়বদি
ইন্দু কৌবী মহাক্লে খড়িঙ নিপা 'মতদি।
মাবু ফাগে লাংঙিবা লৈরেনসনায় খুম্প্রুদো,
খনবা মখৈ খম্নরে অহিং ইন্নুং শোইবদো—
"ময়ুমদস্থ য়ৌথিদে হাক্লা থাপ্লা চংলম্মোই
'খোইনা কোয়না মথংলি, হেন্দোকপদি ঙম্মম্মোই,
নোংঙাল্লমদাই অসিদা য়াই খোরক-লাক্লকপস্থ,
সুম-লৈহুনা কান্নরোই য়েংখোংসিনা অহুক্নু।"
থাজনরে পুম্নমক অসিমক্ত হায়নরে
খোংত্তেক মিঙাং লোইনবা অত্তামখৈ মাম্নরে।

গোপানসনায় ময়ুমদি "ইন্দু লাকএ" নিংনরে,
শোয়ন্রে লাকএ হায়হনা কমুং কানুং লাংখরে।
মোইরাং -অঙোম শাগৈগুম লোইকাবগী মুমিত্তা,
নিংথেম মযুম লাংনরে ঙসি অহিং অসিদা।
ন্নারম অসি হায়নরে চাইথোকখরে লোইনমক,
থংলে মীনা পুংখরে লম্লোং লম্লোং খুদিংমক।
নোংপোক চীংখৈ ঙমদায়ন-ইংন-ঙানবা সজিন্না,
ইন্নুং মমৈ ওইবদা ঙৌরুনবা কুচুনা,
কোয়ৌ নাতৈ লাকপদা নিংথৌ লৈপাক মকোইদা,
মাংখিবগুম শজিন্না ঙসি কোয়ৌ অসিদা,
শিংথেঙন ইন্দু কৌবিদো মাংখ্রে মফম থংদনা,
কাংলেন শান্নবদগী মুরা মযুম য়ৌদনা।

২২

মপুং ফার-লৈয়াংনা পামেন মতা ফবদা
নোংদোন খেংনা ন্নাংলবা ইংলবদি উকাদা,
ইংনা শাংপ-শিংথেঙনবু লোইবী হাওনা পুহ্নুনা,
লৈয়াং লৈফম কাইবগুম থুংথাং থুংথাং তৌবনা,
লৈয়াং ওইবী ইন্দুদো ইন্নুং অমগীদমক,
বুদ্ধি লৌশিং থোক্কনা শিংথেঙন মমাই পুন্নকমক,
লালা মানা পুহ্নুনা লেল্লে ইন্নুং শোইববু,
চাবা থকপা তৌখিদে মুদে মিহুন-থাহুনবু।।
মীৎকী কন্না অমতা উইদে অহিং চুপ্পদো,
কপ্লে, ইত্তাও হায়বনা লাইসোন ওইবে মুজাদো
ইন্নুং মচিন ওইন্নিঙৈ মুজা খয় ন্নারমদে,
তাংলোনদি থেংজিন্নক ন্নাবা ঙমখৈ লৈখিদে।

লালা মাবু য়েংহুনা,—"কয়ো ইতাও' খোইনিবু,
ইমুংসিমা শুম্ন-লেন করি হায়নি নং ঐবু।
মতৌ করমদৌরগা ইমুংসিনা ঙাল্দ্রিদৌ,
ইয়ুম-লমদম য়োসিগে সোরা নাতে কাংদ্রিদৌ?
য়ুম্মুসিদা সিন্দুনা থাসিরনে পাও, মতং,
নংনা তানবিরুদা য়েংসি তাঞ্জা অমুক্কং!"
—"চুমই ইতাও থাখিসি থন্দবসু য়াদেদো,
ঐখোয় 'নিনা লাকইবা ইশেং-শেংবা ফীবমদো,
হায়াসে চিংনৈ, অদুগা হায়নুশিন্সু কদায়নো;
হায়রুরগা কিথরো তৌগদবা করিনো,
ঐগী পাওনা চৎখিনি মীগী কাদা তম্মুনি
কিদ' য়াওদে মখোইবু মপু মচা অমনি।
ঙাহাক-তদি য়েংখিসি নংগী ঐগী মাংগনি,
মতম অসি ঙনমল্লি তাঞ্জা অমা লাকখিনি।"
—"করি রানো ইতাওবু থংদ্রিবরা য়ুম্মুসে,
ঐখোয়'নিনা লাকইবা মঙংসিনি হায়বসে?"
—"কদায়দগী থংদরি অদু হায়বা য়াবরা,
মীওইবগী পুক্নিংবু মীনা থংবা ঙম্বরা?
চেন্নকপনি হায়হুনা লোৎপা-শানা লৈবনি!
অদু হায়দরবদি কদায়দগী য়াগনি!
তাল্লকপনি হায়তুনা লৈরেনসনায় কাওবুবু
ঐনা হায়জিল্লিবনি য়ুম্মু নিপা অসিবু।"
—"তুদি কৈন্সু কাইদেনা পাওবু হনবা শাহুনা।
থাবা য়ারি মহাকপু তাঞ্জা অমা য়েংহনা।
ইমা খোইমা লাক্লগা রাফম পুম্বা ফগনি
মখোইনঙাক ঙম্বরা মপ্পু চৎনন য়োগনি"
—"মাহু য়ার্দে ইতাওবু খুইগী লমদম মাইকৈনি,

ঐগী নংগী নত্তেনে মীগী মীদি ভাক্তনি।
লম্বী লম্বী খুদিংদা থল্লি, মখোই মী ভাক্লা,
হেন্দোকখিদ্রি হাযবসে উহৌইদো মখোইনা।
খুরাই লমশাং ফাওবদা থংলমগনি শোইদনা,
থেংনগনি, হংগনি, নিপাসিবু নমহ্নুনা।
মপু মচা মক্নুনি তৌবা ঙম্বা ভাক্লিদো,
শোইরোই হাযবা ঙমদেদো হায়দোকউরো, কম্লোদো!
ঐদি থবাই মাংখিগে নম্নুংলাংগী কৈদৌনি
মপু চন্নন য়ৌদ্রিবৈ লম্ম খাংদ মুৎকনি।
নিংবা পুম্বা কায়গনি খোযুম নোংদম থিখিনি,
লৈপাক কুম্মৈ ওইহ্নুনা পুন্সি সিমৈ চোপকনি।
গোপানসানায খুবাক্কা ইত্তাও করম তাসিগে,
মুরা নিংবা থু'দনা করম লম্না মাংসিগে'!
শামিন খিত্তং ফংখিবা থোকও, ন' ঐ তোকএদো,
নয়া ফিবুন নমহ্নুনা তবানা ফা' পুরোদে।,
নংনা তৌদ'- করিনো, লৈবাং পাঙ্গন থোকখ্রবোই,
লমদম তাম্ন শৈখবো ন'না লাওবা তাখ্রবোই।
নংগা ঐগা মান্নবা, খুদোং চানি অসিনা,
মুরা পুক্নিং য়াংখিনু মউরেদো ঐখোইনা,
হন্দক মতাং অসিদা লৈতে কনা অমত্তা
লৈপাক অম্নুক চাওবদা পম্থৌ ইপা 'সিমতা!
নংগী নক খুন্নবা তাংই পোইরৈ লমদমদা,
মুজা নরা খন্দুনা খল্লুখিনু অতৈদা।
পম্থৌ কাম্নু য়ৌগনি ইম্নুং সোরা তৈরগা
থোকপা থোকপা লাকনি অহিং অসি লেল্লগা।
নংনা ঐবু হায়খিবা নংগী উপান্ন থিয়ুদি
ইম্নুং অসি লেল্লগা ওইরমনি উপান্নদি।"

ৱারম স্নুম্না তাক্নুনা ইন্দু মবুক ফাখৱে,
ইম্নুং অসি লেন্নবা লালা থৌৱাং তৌখৱে।
লৈৱেনসনায় কাংবুনা তৌবা ইৱাং অতুগা
ইন্দু মাগী তাঙ্গাগা লৈপাক সিনা খনবগা,
পঙ্খৌ যাত্ৰা মা-মক্সু খল্লে "চংখ্ৰে শোইদৱে,
ইমোম ইন্দু কৌবিদো গোপানসনা পুখৱে।"
থিবা মথৈ থিবদা ইন্দু থিবা ফংখিদা
খ্বাইনা তৌবা ইৱাংগা, লেপ্লে যাত্ৰায় মবুক্তা।
লৈকাই পম্বান চেন্দুনা ইন্দু থিবা তোকখয়ে,
মৱানয়াইদা হন্দুনা, 'ওস্বা ৱাখন তৌরুৱে,
ইৱাং 'তুগা লোইননা নিংথেম'য়ুমস্থ হুম্মুৱে,
মতৌতুদা চুনৱে খোংগুন তাবা ওমদৱে।
খ্বাইগী লমদমমক্তদা লৈৱেন মাগী মাইকৈদা,
লালা মানা লোতুনা মরুপ, 'মগী ময়ুমদা
থমখ্ৰে ইন্দু কৌবিদি গোপানসনায় খুৎতগী
লাঙ্গা মানা মুন্দুনা মরুপ মস্থুং লাং-তুগী।!

---

## ৫ শুবা পন্দুপ

১

মীপুম্বগী থম্মোইদো মকখ্রে অতা' মখৈনা,
খংহৌদনা হৌবকপা মম্ম' নোংনা কুপ-কুম্না।
চিংদা তাৰা নোং তুনা খংহৌদনা চাওরকপা
লৈখোম য়াওবা ইচুম্না তুরেন ফুম্না চেল্লকপা,
অমোৎ-অমোৎ নাপীনা তুরেন মবুক থনখরে
লালা ইন্দুই মরাদা অমোৎপদা তাররে।
ঙাওনা ফৈনা নাবনা লায়না পকপ—জীবনা,
খংদে মশায় অৱাৰা লায়না মৈনা কনবনা।
অফ-ফত্ত খংদনা লায়নাতুবু খাংবদা,
থেংথি তুথি এহাক্লা মালেম লৈকন থক-তুদা,
লায়না মৈচাক কোকখ্রগা লাক্লে চৈনা খোল—অদো
নুঙ্গা ওইবী মঙোংদা ফাওররেদো পুম্বদো।
লৈরেনসনা কিবনা ইমুং শোইবা পঙভুরে,
"রাফম সিমা থোক্কনি" হুরা রাখল মাওঙুরে।
অহিং অচু লেল্লক্লে কোরৌ মঙান ফাওরক্লে
মাইকৈ অমা কোকখরে অমৈদমক রারক্লে
ইন্দু লালা য়েংতুনা—'ইতাও নংবু করম্মো,
ঐখোই'নিনা তৌ'দবা নংগী করি উপায়নো?
পল্লেম পম্থৌ অনিনা ঐবু করি হাযরিনি,
ইমুং শোইবা লৈথোক্লে হৌজিক করম তৌগনি।
নং ঐগীদি অৱাবা খঙিওৱোইদো মখোইদি,
যুম্ম্ সিগী কাদমু মীনম্মিদো ঐখোইদি।
ঐখোই'নিগী অশেংবা হায়দোক্লসি হৌজিক্তি,
থম্ব-থম্বক্লরগা যাম্না যাম্মে ঐহাক্তি।"—
হুরা অসি হায়রগা রাথরেদা ইন্দুদো,

মিৎস্না থম্বান মানবীদো তরুং লাইজ হৌরেদো।
মুজা মবুক অতুদা খল্লে মঙন- মওনবু,
মতম কুইনা লাক্রবী কৌরে পলেম মমাবু।
মুজা পাঙ্গন থোকচদা মাগী কনা উখিদা,
লালা মাবু য়েংতুনা হিক্লা হিক্লা কপইদা।
লালা ৱাখন তৌখরে—"করি হায়না চংসিবা,
পম্বৌ যাত্রা কৌবনা খোইবু করি হায়গবা।
ওরাং মুমদাং ৱাইতুদা ঐনা থেংনা তাবনা,
নত্রে তাম্ন-হৌবস্থ মরুপ অতৈ ঐসিনা"।,
লালা সুম্না খল্লিডৈ হওউকলেদো য়ুম্বু ও—
"পারী মানবা নহাকস্থ ইমোম শকপী ইমাও,
পলেম পম্বৌ লৈরিদো মরক ময়া নত্তেদো,
পোইরৈ লৈপাক অসিদা প্রজা কনা য়াওদেদো,
ইমুং শোইবা অসিদা ইমোম শকস্থ খংউদে
ইচায় মরী মখোংস্থ পম্বৌ অতুক থিরুদে
নপা' ওম্বা মচা ন পম্বৌ কিন-ভাক্তনি,
নংবু সুম্না থম্বদি প্রজা কনা ওমগনি।
খংউদরে হৌখরে ওইগে ইপায় অয়ানং
করম তৌসি হায়বগে কৈনো হায়রো লালা-নং।
মতমসিনা চেনখ্রগা দোব লাকনি ইপাদা,
হৌনবীদি তৌহৌসি হায়ু হায়ু ইপাদা।
ওরাং মুমদাং হায়রদে শাওজসম্ন যাত্রাদো,
ভাংনরুগে ইপানা তুগী মপা চাবদো।
"অওম-মচা ওইবনী তাক্কে নংবু কিতুনা
ফাবি পুনবিথিগনি অসি চিংনজতুনা,
চংজরবা জীবনি ক্ষেত্রি নিয়ম ভাক্তুনা,
নচা ময়া অনিবু থম্মি খুত্তা ঐহাক্না

ইলাই-লাইনা খুমদোক্কে মপু সনা মাং-ফাওবা,
নখোই অনি মরমদা ইপা করি কিপবা।
করম তৌসি হায়বগে হায়ু হায়ু ইপাদা।"-
অহল ওইবা য়ুম্বু না হংলে লালা ইন্দুদা।
অহল ওইবা য়ুম্বুদা হায়রে লালা মহাক্না
মাইকৈ অমা য়েংহুনা কাইরোইদবা খন্দুনা।
—"পম্মৌ নংবু তাবিয়ু—পাওনম য়াইমা কৌবনি,
খুন্নাই লমজিন মক্তদা হংবিবদা খংবিনি।
ঐগী মরুপ অহুবু পম্মৌ 'মুক্ত য়ৌবিয়ু
পাখং ওইবা মহাকপু নচা উন্ন হনবিয়ু।
মরুপ মন্না তারগা নচায় থৌন্নাং পুম্ববু,"—
ন্নারম অহু তাবদা চৎথ্রে য়ুম্বু অহুবু।
য়াইমা তন্না থিরুরে উন্নখরে মহাক্না,
ন্নারম পুম্বা তম্মুরে য়ুম্বু ওইবা অহুনা।
য়াইমা পুমণক ওকখরে ন্নাখল লাম্বা ফংখিদে,
লালায় য়ুমদা চেনখরে অতৈ অমা থল্লমদে।
য়ুম্বুহুগা লোইননা তানখরে ময়ামদো,
ন্নাফমশিংহু তাবদা তৌকম লাকফম খণ্ডদেদো।
নৈন-মখৈ নৈনরে চৎখ্রে কাণ্ডবু খরনা
যাত্রায় য়ুমদা থুংঙুরে লালায় ইন্দুইদমক্না।
'ঙখা মাগী কাহুদা নোল্লুকবু হায়জরে,—
"লাইবু থোইবী নচাদো ঐখোই কাদা থোকঅরে,
নংগী লাইবক থিবনি ঐখোইগিদি য়াইফৈদো,
'ঙম্বা নংগী হায়রগা খোহগী হতিক চাদেদো।
অঙাং মসেন থোকউরে, তৌমু মুংঙাইতববু,"—
নোল্লুক মখৈ নোল্লুক্না হায়দোকচরে পাওহুবু।
ন্নাফম্নশিংহু তাবদা ওক্কে যাত্রা কৌবদো

লৈপাক্লৈদি কৌবিদো পুক্লিং ৱাইবু শংলেদো।
ফজুববু য়ৈরগা মাইদা চোংই কান্নদে,
যাত্রা কৌবা নপাদো শাওনিং পুম্বা শাওখিদে
লৈপাক মচায় হৌনবা ; সিন্নে লৈপাক্লৈদুদা, —
"চৎলু চৎলু উনক মচিন্দদি হংউদা,
নংগী ঐগী লাইবক্না থোক্লববা হায়দুনি,
'খোইন' ফনা চোংদুনা মখোই' অমা মতৌনি।"
লৈপাকলৈগী মবুক্তি যাত্রা মাগা মান্নদে,
অশাওবদা মউৎলি অতৈ অমা উখিদে।
মমা ওইবী শিংদুনা শাওজনিংবা মওংদো,
মচা চেনখিবদুদা নুংঙাইতবা মতাদো,
হৌবদগী লোই ফাওবা উৎলি লৈপাকলৈদুনা।
'ঙম্বা যাত্রা কৌবনা থাম্মি মাগী মুপীবু
মুন্না-মুন্না তৌসিনদ তাকখি মাগী মুপীবু।
মীদি অমা অনিগা চৎখ্রে লৈপাকলৈদুনা
"ইন্দু মচিন হংগনি" ৱারম অসি পুদুনা॥

২

মমুদুনা চিংদুনা লালা মাগী মীগদি,
থুংখরেদো মাংজোনা ইন্দু লালায় নাকুদি,
য়াইম-কৌবা মরুপ্না হায়রে লালায় কাদুদা,—
"ৱাক্লরমু ইতাও নং, থাখ্রে মীদি অসোমদা।
ইন্দু মবুক লেপউকো পলেম পম্মো লাক্লনি,
নংনা নচিন চোইর'দি হৌজ হৌজ ওইরনি।
লাকপা হৌনৈ লাকএদো করি থোইনা ৱাক্লমু,
নংনা লেংদররবদা খোয়ুম লাইমু ওইসমু,
ঐখোই খ্বাইবু লৈরিদো শিগে নমুং লাংগিনি,

য়াইবী থবাই মা'থোক্কে 'শ্বাইনা করি কিপ্পনি ।"—
য়াইমৈ রাসি ভাবদা মমগ্রে ইন্দু লালাদো,
থাসি নোংযাই চাম্রেংনা ছপচিনন্থনা ক্যেদো,
স্বর্গ কিন্থমক্তুন' রাগ্রে ননবা পান্দমগুম,
করি মতা থংথিগ্রে পংগ্রে উদৈ তাবগুম ।।
লালা ইন্দু অসিনা মিংজরম্বা অন্থগা
পুমগুম ওইনা ওন্নরে খ্বাইনা তৌরকপন্থগা ।
রা'স্থ লান্স, ওাংথিগ্রে তুমিন তুম্মিন লৈগ্রেদো,
ওহাক তুমিন লৈবগা—"কয়ো, ইতাও ! মাঙভেদো,
নং-ঐনদি থনবগা হল্লুরিবা পাও-সিগা,
কৈনো ঐথোয তৌদৌবা থৌদোক মতা অসিগা ?
কন্নম তৌসি হাযবগে, কয়ো ইতাও মাঙেগুনা,
কম্রি হাযনা খুমসিগে নংনা খুম্মো খনন্থনা ।!"
ইন্দু অসি হায়রকপা লালা রাবু খুমগ্রিদৈ,
য়াইমা কোবা মরুপস্থ পুমগুক ওইনা ওক্কইডে,
ইন্দু মাগী মরাহু তাবা, ভাবন্তি তাগ্রিদৈ ;
অহু অদা হায়হুনা হোদোকনবা নংগ্রিডে,
নাপন চাওবী লৈপাকলৈ শিঙেঙন ইন্দুই মমানা,
মাঙ্গোন দারি কারকলে মাগী মীগা লোইনম্না ।
লেংশিল্লকউ হায়বদা—ময়ামহুনা কৌহৌই,
লাইনরকপী থরহু মাঙ্গোন 'হুদা কমক্কৌই ।
লৈরশিবা পুম্বদো তুমিং কাংগুম লৈহৌয়ে
ুন্থু অহু কৌহুনা ইমুং প্রপ্রপ চংথয়ে ।
'ঐগী ইচা অণ্ডবু কদায় তাদা" হায়হুনা,
ময়াক থোক্কম অহুনা হংই "ইন্দু" কৌহুনা ।—
কারৌথক্কা পাইবদা লেক্ক, মরা তওম চেক্ক,
াালেম লৈদা তাম্বগা রোমাও মচা লাক্ক চেক্ক,

চেকলা শরাক তমগুম্বী; মমাই মখোন তাবদা,
শিঙেঙন ইন্দু নিকখরে মীগী ইমুং অতুদা।
চরোং লাংনা মরক্তা চাদ-লাখোং খাতুদা,
চেকলা চানা লোংপগুম পুমপিক পিকসিনখরেদা,
করি হায়রগবা করি হায়না খুমসিবা
ইন্দু খনফম থোকখিদে ওইখরেদো অমম্বা।
হায়-লাকপা মীগী ফাও য়াইমা মাগী পাওখুম্বু
পিনববু নংহৌত্রি লালা মহাক মরুবু।
লালা ইন্দুই মরাসে তাত্রি কনা অমতা,
অরাক অরাক মথৈনা ঙাউঙ নিংবা নিংবদা।
উরে ইন্দু ফম্বদো মীনা তাকপা নংত্রিবঙে,
লৈরি মীয়াম পুম্বনা বাবু 'মতা ঙাংত্রিবঙে,
হংঙে ইন্দু মমানা—"ইন্দু কৌবী নহাকপু
পাঙ্গন চাওবা কনানা খুজেং পালোইনববু,
মৈতৈ মচা কনানো নম্মা হানা পুবরা,
মুজা মবুরিংদ্না হোয়া তানা চৎপরা ?
হায়য়ু হায়য়ু ইমাদা ইমা লাকএ কিরুম্বু
খুম্মু খুম্মু ইমাও মীবু কনা বরুগম্বু।"
মমায় রাসি তাবদা কিরে ইন্দু কৌবিদো,
"পুদে ইমা" হায়ত্থনা রাতু শম্মা হৌজৈদো।
মচায় রাসি তাবগা—"য়াম্মা ফরে ইবেম্মা—"
—"ইমা 'মুক্তা ঙাইবিখো ! কৈনো ইতাও ! নং-অমা"
রা মথাম্বু তাত্রিবঙে সং থোকখরে—লৈপাকলৈ,
"লাকত হৎসি" হায়রম্মি কুমগ্রে দারিদি মালৈ।
চরৈ ফরং কন্দুমা চৎখ্রে হয়া য়েংঙগদে,
কনাকপা অমতা কৈম্মু হায়বা নংহৌদে।
ইন্দু, লালা য়েংঙপা—"ইতাও ! ইমা থাম্মুখো,

ইভাও চৎলুনে নংবো—অতুদি নং কমহোখো।"
ইন্দু অসি হায়রগা থিন্দনদি থোকখরে,
মাঙ্গোল লৈবা মীশিংনা ইন্দু মাবু থিংবিরে।
লৈরাং মানবী ইন্দুদো পনখরেদো মাঙ্গোন্দা,
পালেম মমা লৈপাক্কে চৎখরেদো মমুমদা।
থোদো অসি উবদা লালা তম্না থোরক্লে
মীয়াম মরক্কুদগী ইন্দুবুসু- খামজিল্লে,
মীয়ামত্তুগী মফমদা হায়রে লালা মহাক্না
ইন্দু মখোই অনিগী লিরে থোদোক খোৎখোৎবা
লৌবিদরে মযাম্বা অঙাওবনি হায়বিরে,
তানিংদেদি হায়জ্জুনা লালা মাবু চৈহৎলে।
ইন্দু কৌবি মানসু তায়া মথৈ হায়জরে,
মীনম্বনি হায়জুনা অমা ফাওবা লৌদরে।
অওইবদা লীবদা মুমদাং-রাইবু ওইরক্লে,
ময়ামজুনা নাম-ওই থাঙ্গৈশেংনা খৎনরে,
ইন্দু লালা অনিনা নাম-তোপ্পা তাখরে,
ময়াম অতু চংজুনা অঙাওবদুম শেম্বিরে।
অনি থোকপা তানরুই অম-অমুক চংলকই,
মরি থোকখি টিক্লরুই অমুক তম্না চংলকই।
ময়াম অতু খল্লরে মমৈথংদি অতুদা,--
"মখোই অনি মবুক্সি ওনখ্রেদো অমদা,
ইন্দু চংকে তৌখিবা ঐখোয় খ্বাইসু উহৌই,
মমা মচা ঙাংনবা লালা মাসু তাহোই।
ওরাং নিংবা পুক্লিংগা ইন্দু হায়বী মহাক্না
মাম্নদরে উত্তুনা লালা কৌবা অসিনা,
লৈপাক মাংদি অসিদা চোপ্প—কি'না তৌবনি,
ইন্দু ফৌরোই-ইন্দুনা, লালা মানা লৈবনি।

ইন্দু কৌবী মানস্থ রাকমত্থদা লৈখরে,
মুংশিনদ-নত্তেদো মখোয অনি কল্লম্বে।"
মীয়াম পুম্বা অত্থনা সোমদা লোইনা খনবিরে,
মখোয় মবুক লেপ্পগা ফরক্কনি হায়নরে।
ইন্দু লালা অনিবু থেন্নে ময়াম অত্থনা
ইশিং শিংবা অনিদো ভাগ্রে ময়াম শেমদনা।
ইন্দু গতি লরাক্ত্রে ৩-৩ খোংনা কপ্লক্লে,
মমৈথংদি অত্থদা লালা মাস্থ শাওরক্লে।
মযামত্থনা ভাংবদো মনাদদি হাপখিদ্রে,
লালা ইন্দু অনিদো মাইকৈ লেপ্পা ভমখিদ্রে।।
সিগী নৈনরকপনা সন্ধা মতম ওইরক্লে
লৈবি মীযাম পুম্বদো চর পুক্লোল হেল্লকলে।
লালা ইন্দু অনিদি ওবাংদগী চারক্ত্রি
ইনুং শোইবা অত্থস্থ মিকুপ'মতা উইরক্ত্রি
নৈন-নৈনরকলগা উশিল্লকলে অস্থম্বা,
লালা ইন্দুই মবুক্তো মযাম লৈরি অত্থনা।
থিরু থিরু খুদিংদা তারে মমৈ থংদদা
নাতৈ পুম্বা চাবকলে অঙাং অনি মরাদা।
ভরাং ইনুং শোইবত্থ যাওরবস্থ য়াওরকলে,
গোপাসনায় পৌরাংদো লীথোক্লবা হৌরকলে।
খন্নরকলে মমৈদা - "তুদি কবম তৌসিগে,
রাহৈ করি হায়ত্থনা যাত্রা কাদা ক্ষাকসিগে।"
মাইকৈ সোমদা তারকলে লৈরি মীয়াম পুম্বদো,
মমৈথংদি অত্থদা পুমচুম চুম্লে রাকমদো।
ময়াম অত্থ ভাওরুরে চুম্মে অঙাং অনিনা,
ভাওরুরেদি হায়বদো য়ারে মশা মশানা।
"করম তৌনি অত্থদে লানখয়েদা ঐথোইদে,

ময়াম রাখন লৈমন্দে শুম্মা তৌবি' হৌনদে।
অঙাং অমি অসিবু মাংহনদৌরে ঐখোইনা,
বাত্রা কাদা য়ৌনবা থৌরাং তৌসি ঐখোয়না।"
—"তুম্মি করম তৌগনি অমুক—ভোইনা লানথরে,
অসাই-রাকম অমদা 'মচা চেল্লে' হায়রুরে।
লৈপাক ডম্বা মহাক্কি নিংথৌ ডম্বা নিপানি,
মুংবু অমুক শম্মুবা অতুগুম্বা যাত্রানি।
রাকম হায়রু-শুত্রবা মীদি মাংগদৌরিবা,
মপু মচা অমম্ভু রাকম সিনা শোকইবা।
অতৌ পুম্বা থমথরো থোক-অ-থোক-অ লাক্কনি,
শিবু শিরে শিজখো করি রাজরুগনি,—
ইন্দু কৌবী পুজাদি মুপী কৌবী মপোক্কি,
মকৃপ-লাকপা য়াদ'মি অসি করমদৌগনি।
শিত্তোকখ্রবা তিন-তুবু হৌজিক করম হঞ্জিন্নি
শিঙেন ইন্দু কৌবিদি মনিগুম্বী মচানি।
ফীজি লনবু ওইতুনা থমজারবা মহাক্না
তাবু-মুংদা হাপ্পগুম ফিরোন ফিরোন য়োমতুনা,
মঙা তম্না সুন্দবী লৈরাং তোমশাংনবীনি,
মালেম কোইনা থিবদা থম্বান মদোম ঙাইথিনি।
মানা পোকও অমনি, মীনা কৈগ্গু হায়থিরোই
ইন্দু মাগী কাদদি মীরাইবগু ওইররোই।
মীচা পোক্কি হায়তুনা নত্তে মুংশিদবগু
ইন্দু মানা ওইরিবা যাত্রা মাগী থম্নাইগু।
ইকাই মুংশি অশাওবা নিংবা কাইবা অতুমে,
যাত্রা হায়বা মহাক্না পায়ম-লিংজেল থাবনে,
প্রলয় মৈদু হৌগনি"—হায়না লাওই অমনা।
থক্ম থক্-মপগা' রুন্দে ময়াম অতুনা।

"কনা কৌবা নিপানা যাত্রা কাদা চৎকনি
ইচুম চুম্বা পাওসিবু 'ঙম্বা মাবু তাক্কনি;"
অসি রাবু খনবদা থৌনা ফবা য়াওখিত্রে,
"ঐমক চৎকে" হায়দুনা কনা চোংথোরকখিত্রে
কাইরক্কবা অসিদা অকাইবদা থোরক্রে,
মেনবা রাহৈ অমতা চিংথোরকপা য়াওদরে।
মীয়াম ওইবা হৌনবা দোষ থংজিন্নবা হৌনরে
মহৈ মহৈ খৎনরে শাওনরকপা য়াওনরে।
কনা'মনা হায়রকই—"থোক্কদবা থোকখরে,
লাক্কদবা খন্নসি অসিনদি চুমদরে।
কাইর-কাইরে খংঙকপা লাকাত্রৈঙৈদি উদবা
মাছু মেন্সিন ঙমদবা শিংবা করম কৌসিবা।
খৎনদুনা কান্নদে হৌজিক অমা খন্নাস,
অসুম অসুম তৌসিদি খংবা খংবা হায়বিসি,"
ময়াম অদু লাওনরে "চৎনবা রা তানসি
যাত্রা কাদা চৎপদা মতিক চাবা থিবিসি।"

৩

থুংখরে পল্লেম লৈপাক্লে মানা নিংবা থুংখক্লে,
মোংবা মরান য়াই-হুদা পান্থৌ কাদা তম্মুরে,—
"য়োকচমনগী কান্নদে নোমজমমগী তোংজদে,
নংনা ঐনা ভোবমে মতৌ মওং চুজদে।
করি 'মত্তা খনবিদে ইলাই লাইনা থুম্মকই
চৎলবনি হায়রকই ঐদুম ইমাই থিরকই।
চৎথ্রসন্নু কৈদৌনি মাগী খল্লুরগন্নু,
মাগী মরা হায়বদো ঐবু তাইনবিরন্নু।
ওকত্র ওকত্র পেঙরে ফরেদনা কৈদৌদ্মি,
লৈপুংনদি বণ-শাখা মো-লাওদেদি হায়হুমি।

ইচা য়েংই কদায়নো মীচা য়োকই করিনো,
নংগী ঐগী ইরাইষক বিধি কনা শেম্বনো।
মীচা য়োকপা হৌনদে লমজা কোনবা পামজদে,
তৌরম্মরোই ঐহাক্না, ওম্মোই ওম্মোই কান্নদে।
মহাক থক্কী পেঞরে, তানি ঐগী খয়াম্বা"—
গোপান মচাই খল্লুরে তাখি পি-বু মমিত্তা
লৈপাক্লেদি কৌবিদো মুংডাইতনা উথরে;
মাগী রাফম অতুদা রাঙাংফম্বু লৈতরে।
যাত্রা কৌবা নিপাদো বুদ্ধি লৌশিং থোকখিদে,
মুংঙাইতবা লোমথরে চাবা থকপা তৌখিদে।
ইন্দু ইদমক চাকপনা শিদে হায়তু-মঙাইরে,
ওবাং মুমদাংদগী ওসি অয়ুক য়্রোরক্লে।
ইস্ত্রি মৈগুম শাখরে পোথাফম্বু খংখিদে,
ইন্দুই কাতু য়েংঙগা মপী কংবা লৈখিদে।
চামা থোক্না খম্বরে—"কমদৌসিবা ঐহাকপো,
লোইবী চৌংজাও লানবদা মুজা মাবু নমদা পো,
পাঙন চাওদ-মৌপুরা চরৈ থাগোম্নতুনা,
পোইরৈ লাম্ন-পুরকই যাত্রা কৌবা ঐসিনা।
মমাতুগী খল্লুবা ইচা সিনা রারকপা
মালেম অয়ুক চাওবদা মাগী কনা লৈতবা,
মালু থুজং অতুদা মাগী কনা উখিদে,
যাত্রা ঐবু নত্তুনা মৈতৈ লৈপাক অসিদা,
ইন্দু মচিন মৌপুরা কনা লাঙ্গোনবিগনি,
মাগীদমক হায়তুনা কনা চোংথোরকখিনি!
ইচাই মশক উদনা ঐনা করম লৈশিগে,
ইচা' য়ানিংদববু ঐনা কম্নি হায়'দগে!
ঐগী কম্নি কান্নদ্রি ইন্দু তাখিরুরগা

কনা 'ইকাই খুম্ননি ঐগী ৱাহু তারগা !
ইমোম কৌশিল্লুসিরা ; কনা করি হারগনি,
ঐনা ইচা কৌববু কনায মথৌ লৈগনি ।
অমা অমুক মখল্লি অমুক অমা মহোংই,
অমুক খল্লি অমুক হোং হোংন-হোংন-খল্লকই ।
ৱারম অম মমহুদা তরা রকপু হঙ্গিল্লে,
ইন্দু মাগীদমক্তা খনবদবু লোইদরে ।
'ঙম্বা মতৌ উবদা হায়রকইদো লৈপাক্লে,
"করি অদুক ৱাবগে ঐখোই অস্তুক য়াম্ন-লৈ,
সুম্না তৌগে হায়বদো ঐবু হেক্তা তাকপিয়ু
'ঙম্বা নংগী নচিন্না সিমা তৌদা হায়বিয়ু
লৈম-নিংথৌ য়োরুরা নমোম ইন্দু লৌরুরা
সিখি নাখি নত্তেদা, কনা লৈতে খনবরা ?
মাগুম্বগীদমকপু করি অদুক ৱাগনি,
শিশক পিকডৈ য়োকপবু নুংশি হায়না কৈদৌনি ।
মাগী ফদো উহুনা ঐখোই ইমায় য়েংদরে,
অহন ওইবা ঐখোইবু হাত্তোক্লনা খনল্লে ।
'খোইনা ফনা চোংহুনা মানা 'খোইগী য়েংখিদ্রে
ইপা নত্তে অপোকপা খনখ্রে খোইবু নুংশিদ্রে ।
মানা ময়াখিদ্রবাসিদা 'খোইনা কৈদৌনি,
কৈস্নু ৱাবিরুরম্নু মাগী মতম লাকখিনি ॥"
যাত্রা কৈস্নু খুমখিদে মরু লুকথৈ তুমিল্লৈ
অৱাবহুম ওইখরে—যাত্রা মানা খনখরে,—
"হায়রু-হায়রুরিমখৈ অরানবদা তাখরে,
পলেম ওইহবী লৈপাক্লে মামরুস্নু নুংশিদে ;
ইমোম নুংশিগদবা ঐগী মিত্তা উজদে,
ইন্দু কৌবি নংসে খোৱুম নোংদম শিখ্রেদা,

নংগীদমক খনবদা পন্থৌ ওইৰা হ্রায়েদা ”
লমজা মাগী খনবদা যাত্রা লৈবা ওমখিদে
পন্থৌ চরম কংখরে হ্রাখল লাম্বা ফংখিদে।
“ইপায় সংগাই ওস্নাংজান লৈরাং নচেম লৈজদে,
মুজা ননাও ফোইজদে ইমোম অনি শুজদে।
কোম্না তাগে ননিং-তৌ শাংনা তাগে নথাতম,
তৌনিংবদা তৌজবা শেংকে চাগে ননিংতম,
পন্থৌ পুখ্রি চাংদোন্দা নুবা মদোম ওানবীনি,
পন্থৌ পোথাজফম ওই শিঙেঙন নদোম লৈবনি
অমুক চাওবা মুমসে যৃল্লি ইমোম নংদনা,
ইপায়' হ্রাবা লৈজদে ইমোম নংবু য়েংহুনা।
ইমোম উরক্তবু ফারে কোরৌ নোংমবু,
লাইবক থিবা নপাদি যাত্রা ঐগী মিত্তবু।।”
মচা উখিদবদা যাত্রা পুমণাও ওাওখরে
মাগী মোংবা মরানয়াই লমজাও ওইনা হাংখরে।
লৈপাক ওম্বা অওম্বা অওাংগুম্না কপখরে
মুপীংম্না যাত্রদো মখোন ফাওবা থোম্রক্লে!!
শিঙেঙন ইন্দ মহাক্লে পলেম ওইবী অহুনে
অহুমসিদা মরৈজে পন্থৌ যাত্রা কৌবনে।
মনাই মশল লৈবদি যাত্রা মিত্তা উরদে,
উযুংবগম লৈখরে চাবা তুম্বা লৈখিদে।।
মুমদাং সন্ধ্যা হেনখরে মতম অসি মক্তদা
তয়ম নিপা অহুমদং থুংখরেদো যাত্রাইদা
মন ইশিংন' হায়রুরে মীবু লাকই হায়হুনা,
যাত্রা শানা হং বই “কনানোদি” হায়হুনা।
ইন্দুই হ্রাদি ওহরম্লে, হায়রে পন্থৌ কাহুদা,
লাগা ইন্দু অনিগী লৈরম্বদি হ্রাহুদা।

নিপা অহুম অচুনা তম্মে য়াম্না নোম্লুক্লা,
চিংথদনা মরমদু সম্পাং সম্পাং তৌদুনা ।
লৈবা ওমদ্রে লৈপাক্লে শাওনিংবনা লোইখরে,
নিপা অহুম অচুগী মমিং ফাওবা হংলক্লে ;
যাত্রা কৌবা অওম্বা মাগী হুপী খামজিল্লি,
যাত্রা মাগী রাখন্দা মওন মওন খল্লাক্লি ।
লৌবা য়াবা থোক্তরে যাত্রায় শাওবা লোইখরে,
লৈপাক্লৈদি অচুনা য়াম্না খিনা হায়রক্লে
তয়ুম মীকোক অহুমদো মমাই থিরে, হল্লক্লে,
তন্না অমুক চেল্লক্লি ময়ামচুদা তম্মুরে ।
নৈনরকপা রাযমসি লৈপাক সরা শনগুম্লে,
থাজনহু ময়াওই থাজদ'না মহেল্লে ।
নৈনবনা কুইরক্লে মহৈ মহৈ শাওনরে ,
মমৈ থংদি অচুদা শিবা কিনরক্লরে ।
ইন্দুং অথেংবচুদা মৌপুরাহু থুংলরে,
লালা কৌবা অচুনে মহোয় অহুম তানরে ।
সোমদা লৈবা কাংবুদি উরে ইন্দুই অশেংবা
কনাগুম্বা অমতা য়াওনরক্রে অকিবা ।
অহন খরা ওইবনা "য়াদসনু ঐ য়োক্কে,
লাঞ্জদবী মহাক্কী সিবু করি তৌবগে ।"
পাখং ওইবশিংদনা— "য়াবক্তবা ওইসনু
হুংঙাইরনি, অওইবা, করিমতা রারুনু
মাগুম্বমা থাকপবু কয়া রাশিল্লগনি,
ঐখোই খ্বাইবু লৈরিদা মাগী ক'র তোনগনি ।"
হুম্না তৌনা ঙাংমরে ইলাই লাইথোক্করক্লে,
ইন্দুই মবুক উবদা থৌনা ওম্না ফমরে ।
"চৎলু 'ইন্দু' [illegible] মত্তা [illegible] [illegible],

ইন্দুং মরাই য়েৌদ্রিবৈ ময়াম অচু হৌরক্লে ॥
অমরোমদা যাত্রাসু থরাই রাম্না রাখরে,
অহানবগী রারমদো অমা ওইনা হৌখরে।
অকোনবগী মতাংদা যাত্রা যাম্না রারকই
খন্থ খন্থরুরগা নিংজিং মাংজিংনরকই।
মচায় খোংঙ্গুল লিগেদি যাত্রা মাসু নিঙঙম্লে,
চৎলগেদি হায়ঃনা যাত্রা মাসু লৈরম্লে।
যাত্রা মানা থোরকপা 'ঙম্বা মাগা থেংনরে।
মযাম লাকই হায়বসি পম্মৌ হুগা হায়নরে
যাত্রা মাগী মযুমদা মীয়াম পূম্বা চংসিল্লে
ময়াম অচু ফমদুনা রাফম অসি ঙাংনরে।
অহানবদি তাবদা রাফম খুদিং খুদিংদা
চগোৎ চন্দোন লামগুম্মি তারু তারু মীতুদা।
সুমসুম নৈনরবপনা নোংয়াই মতুং য়েৌরক্লে,
নৈন—নৈনরুরগা অসুম অসুম উরক্লে;
যাত্রায় মবুক অতুদা, ওম্মোকপনি! নিংঙমদ্রে,
পংবদগী পংবদি যাত্রাগুম্বা য়াওরমদ্রে।
ইন্দুই মৌপুরাদুনা পম্মৌ নাক্তা চংঙকপা
হায়নিংবসু হায়ঙমদ। তিংঙক মাইঙক তৌরকপা,
মচেমগী নি হায়বসা অরাবদা য়াওরবা,
মীঙম্বসু নৎচদা ইপংমকসু পংদবা,
ঙাংনিং মখৈ ঙাংবসু কয়া মতিক চাদবা,
মপায় গুনসু খংজবা মচেসুসু নুংশিবা,
নিংথিবসু মউরা ফজবসু খংউরা,
মপু কাদা চাওজবা কৈম থোক্লা লাঙ্গোল-লা,
অহন ঙাক্তে মওইবা মমান্নদি য়াওদবা,
য়েংবদদি নুংশিদ্রে ঙনৌ ঙনৌ রাজবা।

ইশম শম্না হায়রকই "ঐস্থ কোন্না তাবনি
গোপান সনায় হায়বতু তৌবা ইশেং শেংবনি।"
ওহাক অমুক তুমিল্লে—"পাবুং শাওবিরগন্নু,"
মমারোমদা অমুকয়েং- 'ইমা মতু তৌবিন্নু।"
অঙাংতুনা রাখিবা মচেমতুগীদমকতা,
পোইরৈ লৈপাক অসিদা মাগী কনা লৈজদা।
খংদবদি ময়াওদা পলেম পন্থৌ অপোকপা,
মালেম থকতি অসিদা লৈত্রে হায়না খংনবা,
লৈমাখোক্লা য়োক্লস্থ মপু কোন্দা চাওনস্থ
খন্দববু ওমথিদে ফনা য়াইফ-দনস্থু।
লৈপাক মীয়াম অতুনা মুংশিখরে অনিদো,
অঙাং অনিদমক্তা রাখরেদা ময়ামদো।
মীয়াম অতু চংতুনা যাত্রা মাবু খামজরে
শাওগদবা কোঙ্গাইদো যাত্রা শাওফম লৈত্তরে,
মমৈথংদা ইকাইরে যাত্রা মতৈ মনাওদো,
মীয়াম অতু য়েংতুনা হায়জরক্লে অনিদো।
শাওবিগন্নু হায়তুনা ময়াম কোন্না পাইনরে,
"ইচায়দমক রাখরে ঐগী ইরান ওইজরে।
যাত্রা হায়বা ঐহাক্সে লাইবক চাওবা মচানি,
খ্বাইনা ইপা ইমানি অনি অসি নস্থুনি।"
পুকচেন শেংবা রাঙাংগুম, নিংথিজবা রাহৈদি
লৈরমগনি কদায়দা মালেম-সিগী হক্তদি।
রারম অসি হায়তুনা যাত্রা সভা থুরুন্নে
মচায় ইকাইখিবনা মিত্তা পিবু তাখরে।
লাইবক থিবী মচাবু "ইমোম ওইবী নহাকপু
খোয়ুম কনা শেস্থনো লাইবক অস্থুক থিনবু।
নপা ঐনা পংবনি ইমোম ওইবী রারুন্নু

ইপা কন্নম হিংসিৱা মুঙ্গা ওইবী শাওরম্নু।
পলেম লমন শিংগেদি মুৱা নংবু খনব দ,
নংঙোন্দবু লংজরে নপা 'পংবা ঐনদি।"
ৱাখল অসি তৌকরে যাত্রা কৌৱা মুপাদো,
সভা চরনহুদগী ইন্দু মমে'ম কৌৱেদো।
"লাও লাও ইমাও! ইমোম নংসে পংমল্লি
নমাসিনা ঙাওবনে ওন্তোক্লস্নু হাকমল্লি,
কৌসিল্লুনে অঙাংসে, ঐগী ইরাইবক্লিদি,
থিখ্র লাইবক হাযহুনি পোইরৈ লপাকসিদদি,"
ইলাও লাওনা ঙাংহুনা সভ মাংদি অহুদা
মচাহুৱ্ কৌসিল্লে ইল্লং ঙাল্লমদা যহুদা॥

৪

"লৈবাং ইন্দু কৌবীদো পাম্মু ইদকো মাংএদো,
—"করি পাম্মুৱিবনো শকহেনবীনা 'চৌনৈদো;
মৱিন তাওৱ। মশিন্নি মাগুম্বমা মাংৱবু,
করি শিনবু লৈদনা ৱাবিৱিবা অহুবু।"
-"মানা নচ্চদমাল্লে ফাবিবনি হায়নৈদো,
গোপানসনায়দমক্তো, লৈরেনসনা কৌবদো,
মশানদি য়াদনা মানা খুংপু শেমহুনা
অহিং-অনি খক্লি হায় থম্বিক্লরে মখোইনা।
মশা বাদ' কৌনিন। লাক্রনাল্লে চৌজি ক্ল,
পামুদৱা অসিবো ফজবনি ইন্দুদি"
-"নত্তে নত্তে নংগিদো লালা হায়বহুমনি,
অহিং অনিগুবদা মপা মমা ফাবনি।
গোপানমনা কৌবম্নু চৌই মাবু ফাগেন্নি,
হুগী ঝিমা লোংপনি থৌজিমবনি খ্বাইনদি।
চৈনুৱেদো আজানা খীমা অক্তিন থিবানি

ন'না ফনা শেমহুনা ঐনা কদায় য়াবিনি।"
ইতোপ তোম্বা অমনা -'নহোয় কৈদৈ খংগনি,
চেনবা নত্তে লালানা, থাংগৈ শেংবা লোৎপনি;
খ্বাইনা থোকচিনবিবানি ঐমক য়াওরুরিবনি;
মীনা ঙাংবা লৌরুন্নু ইশেং শেংবা লোৎপনি।
লৈরেনসনা ফাগেদি তৌবা ইশেং শেংবনি,
নিংথৌ পন্দি ওইবগী তুগী কিন লোৎপনি।
লালা মানা কনবনি পামদে ইন্দু মানদি,
মপু মচা ওইনম্মু গোপানসনা মাবুদি।"
"করি ৱানো ইচেবু ঐথোয় ননাও য়াওরুইনে
চৎলুই মীদি য়ামখরে মাদি তম্মু তমদেনে।"
শিডেঙন ইন্দুই মৱানা লৈপাক অৱা পোথারে,
লৈম-নিংথৌ থুল্লক্লু পানা মরি সিনখরে।
তলা মপান ফববু পামেন চাওথোই হেনববু,
লৈরাং ৱানা শাংপবু উনৈ খ্বাইনা মতাবু।
কোরৌ মঙান অতুবু খাবা উলেন হীনম্মু,
মালং ইরৈকনবম্মু য়ৈব' হৌনৈ খ্বাইগীম্মু।
লৈরাং নাতা ফবনা,লৈরাং সৈনম চাওবনা
পম্থৌ কৈরাক থাবনা খংবা ঋাদে খ্বাইমক্লা।।
শিডেঙন ইন্দু নহাক্লা করি মায়থোং মকইবা;
পম্থৌ যাত্রা নহাক্লু করি নরু লুক-বা।
মীনা নিংবা পুক্লিংবু মীনা খংবা হৌনদে,
মীনা তৌবা থবকপু মীনা থিংবা ঙমদে।
নমোম করি শানবগে নংনা করি খংবগে,
থোকলগদ-থবকপু তাহৎং কনা উবগে।
কাওরেন কোন্দৈ' লোইরগা পম্থৌ পাবন থৌদাংই,
নমোম কোঙন' থোক্লগা ইন্দ্রি কংবা থৌরাংই।।

৫

কৈরুংবগী ইমুংদো অহল-লমন পুম্বদা,
খাম্বীনগুম চাকখিদো নব-মাগী থম্মোইদা।
লৈবা লাকপা ঙমখিদে মুংঙাইতবা থেংখরে,
গোপানসনা লালাবু নোবো খুত্তুম চিংখরে।
লৈরাং ওইবী মহাকপু কাওবা লাকপা ঙমখিদে,
মাগীদমক খনবদা পোৎথাববু লৈখিদে।
লৈরেন গোপানসনানা কিশি কিরে লালাবু,
গোপানসনা মহাক্সু, থাদোকখিদে ইন্দুবু।
মচিন মচিন থোক্কুনা তৌরে থৌরাং অপুম্বা
মানা মানা ঙম্নবা তানৈ মরুপ মখৈগা।
খাম্বি-মৈবু চাকপগুম হৌনরকপা হৌরকই,
লাই- গুরুদি কাওবস্থ তানরকপা য়াওরকই।
লমজাও মৈহৌরকপদা ইমুং মতম ওইবনা,
খাম্বি মৈরী নেম্বগুম ইমুংলিক্লা অত্তুনা,
মপা মমা ওইবনা চীংগুম পনগুম থিংনখি,
লৈরাং ইন্দু কৌবিদো মিংদা থিরে হায়নখি॥
করি য়ানো অহনশা! লৈরাং লৈনম কোকপরা
মুংশি মৈবু ইংবরা শংখ্র-মচু কোকপরা
ফত্তে মুদোক' চৎপরা পামদে হায়দোক' য়াবরা,
মুংশি লীনা উইবরা, ইক্কাই থাংনা থৌবরা!
মুংঙাইতেদি হায়ত্তুনা মাবু তাম্হোক' ঙমবরা,
চৎথরোবু হায়নস্থ মানা খোংকাপ য়াইবরা?
লৈরাং কাক্লে ওইবিদি মাগী মুমিৎ সুদরি
কাকী মুমিৎ তাইবদি শিঙেঙন লৈমন চন্দরি!!

---

## ঙশুবা পন্দুপ

১

নোংম নিনি মরিনি তম্মেৎ শুরা মঙানি,
চয়োন থাবুম চহিবু অস্থুম অস্থুম অমনি,
হৌখ্রে চৎখ্রে কুইররক্লে খরা খরা ফয়ক্লে.
মুস্থুক মুস্থুক ঙাংনবা নোংম-নোংমৈ তাম্লক্লে।
অরানবনা 'সুম মাংখি অচুম্বনা লেহোই
শিঙেঙন ইন্দুষ্ট মরাদি নোংম-নোংম-শেংঙকই।
শিঙেঙন মাগী মনম্না মালংবনা পুবনি
তাইবং মাগী মনমদি তাইবং চিন্না শিনবনি।
তাদববু লৈখিদে লৈরাং মাগী রাথোক্তো,
মৈতৈ পানা মরিদা তানখিদো মপাওদো।
মালু খুঙ্গং শাৎখিদো লৈরাং মাগী মনম্না
মালংবগুম হুমহুনা চিংলোন মাপল লান্দ্রুনা।।
"লমদম তাম্না লৈখিবা পোইরৈ তুংওইনখিবা,
লৈরাং মবুং ওইধ-নং 'মাগীদমক রাখিবা,
হুমিৎ শিংবুম কয়ানি কুমগী কুমজা কয়ামি,
রাংলেন পুঙোই অমবু লোইদাম ওইনা উবনি;
মুজা ওইবী মহাকপু ঙমদবনি উদবা,
লোইদাম অস্থুক কুইববু বাম্নি থন্না হিংইবা।
থাম্বী মৈনা চাক্পস্থু লাইজ মানা মইংই,
কোয়ৌ মৈনা চাকপস্থু ইন্নুং মানা মতেমহ।
মালংবনা য়েবস্থু লোইবী চীংনা মরুম্মি,
অয়ো মৈনা ফংবস্থু অমাইবনা মচম্মি।
মুংশি মৈনা পোকপদি ঙমদে অতৈ 'মনদি,

মন্ত্র যন্ত্র খংজদা হৈত্ত কারি থোইনদি,
ইপং পংনা ইতং-তিং—"পাম্মু নংবু" হায়নদি,
মুংশি খুৎনা নাল্লগা মুৎলি-মৈচাক্তি ।
মতম অসুপ কুইনদি শিঙেঙন শকপু উথিদ্রে,
সেবু-মাইবু হায়নবা ৱাহৈ 'মতা তাখিদ্রে !
মালু খুঙ্গং অদুদা লৈরিবরা হোজিকপো,
তাইবংগীদ ৱাংমদা লানখ্রুবরা নহাকপো !
লেরাং মানবী কনানা শিঙেঙন মহুৎ শিন্দুনা,
নুরা লাইবক চাওৰিবু কাওখ্রুবরা নহাক্না ।
নুরা ওইবী নচন্না কোরৌ মৈশা লাংইবা,
ৱাকচিং ইন্নুং শোইৰদা উল্লেল কয়া খাংইবা ;
চরৈ 'মতা তায়োন্না ইন্নুং ঙানবা খংহৌদা,
তরং লাইজ হৌদুনা মিৎস্না খস্বান মানবিদা,
শাইনোন থুম্না চোৎতুনা, চরৈ মোল্লাং পুন্থবু,
মুজা মানা ৱাৰবু উদ্রবরা নংনবু ।।
পস্থৌ লৈকোন-নুংদুদা শাৎচরিবী লৈৱাংদি,
পাইরকইদো কয়ানা শিঙেঙন মাগী কাদদি,
খোইমুশিংনা ঙংবাদ লৈরাং নাকোং য়ৈশিল্লি
শিঙেঙন মমাই লৈথোক্লা খোইমু য়ারা খাংলক্লি ।
'সিগী ৱাবা খাংইভৈ কাওই ৱাবা ঙাহাকপু
পস্থৌ সেবা' তৌরিভৈ শেল্লি ঙাহাক পুল্লোইবু !
অমৈ মল্লা থর-তা অমৈ মতৌ থর-য়েং,
চৎনিংদৰা কোংগাইস্নু চৎলি মরূপ মায়বু-য়েং,
হেক্তি শিদ্রি ওইৰগী য়াঙদ-য়াদে মগ্নাওই,
সভা তিনবা হোনবা নোক্ত-ঙমদে মনোকই ।
মবুঙাইবা ! নহাক্তি লৈরি নদোম মালুদা,
নুরা মৈনা চাকুনা থস্মোই লকানুংদুদা

পোত্থানফম লৈতনা কনায় মত্তৌ য়েংতুনা,
লৈররিনি খল্লুইদা মরুপ মপাং য়াওদনা !
করম হিভিঙগদবা কয়া রার—রিগবা,
মালুগ্রামগী মীশিংনা করম য়েংইগদবা !"—
—"রারুগম্নু লৈরাংও— নবুং ভাইবা অতুদি,
কপনিংবস্নু কপ-ওম্ম মনিং তম্মি মহাক্তি।
ইন্নুং ময়াই হৌদুনা ন্নুরা নংবু খন্দুনা,
কপ্লিংবস্নু কপইদো থাজ মাইথোং য়েংতুনা।
খুন্দোল-লম্বাং অমদা শিঙেওন "ইন্দু" হায়তুনা,
ওম্না থোইনা কপ্লস্নু খোঙ্গন রাংনা কৌতুনা,
মনিং তৌরি ইমাও ! র'রিরুন্নু মাগীদি
রারিবদি নহাক্তি করি রানি ন'রুদি।
কপ্লিংবস্নু কপফদা ভাংনিংবস্নু ভাংফদা,
চেক্লা চাদি ওইতুনা ন্নুজা পাইসি পাংফদা,
ওম্না চাকপা খাম্বীগুম নংনি রাবদি,
লাওগে খোংগে মনিংতৌ শাফরিদো নবুংদি !!"
খ্বাইনা রানা হৌনবা নত্তে মখল অতুদা,
খাম্বী মৈখল অহুম্ন চাক্লে অনি থম্মোইদা !
মুংশিবগী মৈখুনে কাইনবগী রারনে,
থোইনা হেম্না চাক্লেদো মপাও তানদবনে।
লালা মাগী চিঠিনা থুংলে মালু খুঙ্গংদা
রারম পুন্না তম্মুবে মরুপ গোপাল কাতুদা
মালু খুঙ্গং অতুদা লৈচন নোংকাই থাওঙম্মি,
ইন্নুংনগা ওইবগা সুক-মুনা মন্নম্মি,
ইন্নুং মমৈ ওইরক্লে সোরা নাতৈ কাংলক্লে,
কোরৌ মঙান মাং— ওইনৈ লৈচিল লোকপা শিংলক্লে ॥
গোপান খর পোত্থারে চিঠী অহুঁ পাজরে,

## লেপকদবা অপুম্বা রাণী মখৈ লেপখরে

২

লৈপাক্লেদি চাকখরে খনখি অহি মুংথিন্দা,—
"তমত্র—মালে বিধিনা ঐগী ইরাইবকসিদা,
ইচাহ মশক উ হায়বা লৈপাক্লেগী মপোক্কা
মাংখিববু তাখরে পারি মীরৈপাক তুদা।
মশুং লাংগীদমকনি খোইমু ওইবা মাংবদি,
হল্লকনি নিংবনি লৈরাং লৈমন ওইর'দি।
পল্থৌ মানা য়াম্ন'স্নু য়ানি ঐ-না হায়রগা,
মপু চরন শাওনস্নু তুজরুনি চৎলগা,
পারি মদোম পোকপনি হন্না হন্না কপচনি,
ঐগী কনা লৈজদে মখোং পায়না লাওজনি ;
ইচা লৌথোকচরুগে ইচানস্নু য়াম্ননে ;
'শিজেওন লৈমন ওইখরে 'পারি পুক্লিং ওল্লভি,
লৈরাং লৈপুন তংখরে পাখং মবুক য়াংওনি,
বাখল লাইজসিদদি ঐনা ইংজরস্বনি।
শিজেওন লৈফম হোংনবা মুজা হোৎনরুবদি,
য়াওরমদরে মমনদি ঐনা তৌবা খুজিনদি।
ইন্দু মাগী মিংদদি শল্লে লৈপাক সরাবু
ওাদবস্নু তাখল্লে উখ্রে উদ-পুম্ববু
মরুপ মপাং, মপাস্নু খংখ্রে ঐগী ইবুকস্নু
চেৎননবা ওইখবে চৎপিখবো নিংবস্নু ;
ঐগী 'ফন' শেম্বদি ঐগী 'মাংন' ওইরম্নে,
ঐদগী দি খুজিন্না ইচা পুমকাই কাইনম্নে।
ইন্দু থাজননবা শিজেওল লৈমন ওইনবা
য়াররোইদো পাংথোকপা হুগী খুদোং চানবা।
লৈপাক্লনা মকহৌম্নে পল্থৌ কাদা শেংহৌরে,

মাগী মরা চেৎছৌরে লৈরাং মরু লিখ্রে,
পিশক পিকচৈ য়োক্লকপা পলেম হায়না কৌববু
পাইমা হৃৎ কুপ্ম্‌বা উথরেদো লোইনবু !
লোইবী পাম্বান ওংখিবী লৈরাং মমি শামখ্রবী
নোংদোন লৈকোন ঙানখ্রবী লৈচিন খুদানখ্রবী,
লাইবক খিবী মম্‌না ইপাম কাদা ঙাল্লিচৈ,
মাগী লৈনম তাখিদো মংগুম হাগুম লৈম্নিচৈ,
রাখনথেনবী নমানা ন্নুংঙাইখিদে মথোইবু,
অপংবগী হৌনবা কৈস্সু নত্তে অতুবু ।
শিংঙেঙনশিংগী চারাবু বিধাতাগী নোংদম্না,
তমখরেদো ইমাবু শেম্মু হায়না মহাক্না ।
শিংঙেঙন ইন্দু থারচৈ, পোইরৈ লৈকোল অসিদা,
নমা ঐগী মঙ অদো মঙফাওনথি অতুদা ।
মঙগী লৈনম অতুবু শিংঙেঙন ওইনা শাংলরে,
নমায় খোইদৌ অসিদা ময়েক শেংনা ফাওরক্নে
মহু পুবা লীনগুম্ম লোদে ঐনা অফবা,
তৌই ইমা' মহাকপু অমরোমদা মাংনবা,
লমজাও এহ্লিং থাবগুম কয়া অমা থাদোকই,
কৈকোইনা তৌবগুম চক্রি কয়া পুথোকই ।
পারি নহাক থকসিদা ময়েক মচু শংলরে,
ইমায়কাদা থাররে খাম্বি মৈরি খোল্লরে ।
মুৎলি মুৎলি চাকপদা নংনা ঘীবু ওইদুনা,
মৈচাক অমুক হেহ্ললে পারি নশুং লাংগিনা ।।
অশোক বোন্দা সীতানা রাব—গুম্না রাক্লরে
লৈরাং ওইবী মহাকসে রাথোক কয়া ওইরুরে ।
মনাদগী তুলসী মৈরক সদা কংদরে,
লৈরাং লৈমন চনববু শিংঙেঙন কাদা থোক্লরে ।

মৈদা চংবা সনাগুম থোক্লে সতী সীতা-গুম
থোক্লে অম-রোমদনা নপায় রান' তৌবগুম !
নংগীদমক রাবনা দশরথ-গুম রাহৌরে ;
নংবু লৈত্রে শন্দুনা পম্মো মাস্ন লৈখরে
কৈকেয়ী শাগ্নি ঐহাক্না রামবু পোকপী ওইহৌরে,
নংগী মৈনা চাক্লুনা ইমায় ইন্দ্রি কায়খরে ।
থাবনসনা কৌবিবু মপু মচা অদুবু
ইচায়-সেবা তৌনগে ইচায় মায়খোং ওইনবু,
দোক্সাই ফৈনা তোংদুনা পোইরৈ লৈবাক অসিদা,
নিংউবনি ইমানা পারি নংগী কাদুদা !
নংগী ফন' সিনবদি নংগী রান' ওইরুরে,
ঐগী ফনি খনবদি ঐগী মাংন' থোকখরে !
ইমা' নদোম পোকপগী নংনা মুমিং থাবু ওই,
অইংবগী মৈবুশক কালেল উরুম তম্ন - ওই !
চাদবস্নু পেঙ্গবা বারবস্নু মুংঙাইবা,
পাগ্নি গোপাল ইথুংগো পলেম করম হিংসিবা !
থাবুন তরা পুদুনা খোম্লাং তোইনা ইন্দুনা
পাগ্নি য়োকচরকপনি পলেম পাঙ্গন শোনবীনা !
পাগ্নি নংগী কাদদি নমা ঐনা মহেল্লে,
পাখং নংগী মৈছদি ঐগী কাদা মচুরৈ !
পম্মো শাবা মহাক্তি অতোং অরেম ওইখরে
নিপা লিংজেল ওইবনা কাওজবস্নু ভমখরে ।
নমা পাঙ্গম শোনবিদি পারি কাওবা ভমজদে,
পাখং নংগী মৈ অসে নমা ঐদি পুঙমদে,
মপী লৈত সনাওগুম পারি রারম্নিনিদা,
মচা মাংল' শঙ্গীগুম হাবু—বিধি রায়েদা ।
মীনা নিংবা অমনি লাইনা তম্বা অমনি,

পারি নংগী কাদুদা নমা ঐনা লানবনি।
পন্থো ওইবা মহাক্তি মালু-গ্রামদা পোকপনি,
লাইবক থিবী নমানা মৈতে লৈকোন শাৎপম্নি
শিঙেঙন লৈপুল ওঙৈরৈদো খোয়ুম মানা তম্বনা,
লৈরাং ইন্দু কৌবিবু ইশ্বরনা বিধিনা;
শোইফদবা নোংদম্বা নোংদমতুনা তৌবরা,
নমা ঐনা তৌরুবা পাপ-অতুনা ফংবরা
মীচা মাংউ নিংবনা ইচা মাংঙরিবরা ?
ইমা' ম্নারিবসিস্থ পারি উদরবরা !!
করি খংজদরবী শিঙেঙন ইন্দু কৌবিবু,
ওন্থোকপনি নমানা মাংগ্রসন্থ নিংববু।
ইচানদি য়াবনা নমা ঐনা য়াবনি
পারি কৌবা নহাক্তি নমা ঐগী থম্নাইনি।
অতিথিগুম লাকচবী লাইবক চাওবী মহাক্তি,
ঐগী কাদা চংলগা নিংজতুনা হিংগনি।
পীতৎ-পাতৎলবিনি মুজা তোঞ্জরাবনি,
পন্থো 'পানা নাওয়োক্ত পলেম লাঙ্গোন্দবিনি।
মালু থুঙ্গং অতুদা মুজা উনবু খাংলিবি,
ম্নাকচিং থাগী বৃন্দাগুম মুরা খুইরুম চম্নবি,
থুংশি চাওবা নপানা উনা খাংপোক শারুবা,
পন্থো' কনগে নিংলগা ঐনা মানা নিংউবা,
নপায় ধর্ম্ম অতুদা নমা ঐনা মকউবা,
লাম্নুরেদো পারিও! নমা ঐনা তৌরুবা।
মাইকৈ তরা মক্সিদা ঐনা চুম্বা লৈতরে
নমায় পাপ্না-নমাদা হৌজিক সিদা চাম্নরে,
নপা নচা নখোইদা শিঙেঙন ইন্দু কৌবিদা,
লানথরেদা ইপাও! নখোই খ্বাইগী নফমদা।"

অসিপুম্বা খন্দুনা কপ্পনদি পোখাত্রে,
মপারিগী মৈত্তুনা খাংবা লাকপা য়ায়রক্রে,
মচাহুবু অমুক্তং উনি হায়বা নিংখিত্রে,
মরু করু' পামেনগুম তলা ময়োন চোংখিত্রে।
মগুন মগুন খনবদা পোখানফম উদয়ে,
চাবা থকপা য়ায়রক্রে পলেম অনা লোইখরে।
মমগু মহা চোইখরে,—"হমাই 'বুংঙো মুংশিবা,
ইচায় শকপু উদবা লোইদাম কয়া ওইরবা,
কাংখোন খোহজা নামিবা তাখিদয়ে নরাদি,
ওইরক্লেদো ইবুংঙো কুমগী কুমজা কয়াদি।
নমা ঐবু নহাক্না পাম্বু কাদা য়েংপদি,
লৈরাং তাংখিগনবিসি পায়ম লিংজেল খাবিনি;
পাখং সিবু খন্দুনা পারি ব্বারোরবরা,
পাঙ্গন শোনবী নমাবু পারি মুংশিত্রবরা।
নমা ঐবু তোকওদো পন্থৌ মুংশিদবরা,
পন্থৌ মাংনু পল্লনু নচন মুংশিদবরা।
লোইদাম অস্থুক কুইববু কনা য়েংনা লৈরিবা,
ইমায়' মনি ওইজবা পারি থোরকওগবা!
লৈমা নিংথৌ মিংয়েংদো ইমা কোয়না তাকচগে,
নংবু পোকপা নপাগী চৈখোন ইমা খাংজগে।
ইমায় পুন্সি চুপ্পবু মনি চেৎনা লোৎচগে,
ইমায় চরৈ লুপাকম্নুং মনি নংবু থমজগে।
মীচা পোক্কি খন্দুনা নচন তাখিক্রুবদা,
ইমায় পুকচেন অত্তুগী পাপকী লাংগোয় অত্তুদা,
পারি তাক্লুরবরা মালু থুঙ্গং অত্তুদা,
ইন্দু মহুৎ শিন্দুনা মাগী পোক্নফমত্তুদা।
মালেম অস্থুক চাওবদা ঐগী কনা লৈবগে,

ঐগী ইপোক অসিদা নংগুম কনা য়াওবগে।
লাইরবগী খাংপোক্তা মপ সনা পুক্কৈদা,
ফংগদগে নমানা মনি মফম কদায়দা।
নংগুম্বদি মনিগী চাক্লিবিনি ঐচাক্লি
খোৱাংলবী ননানি পারি নস্তুং লাংগিদি,
ইমাইবুংঙো নুংশিবা! নংগীদমক বারেদ',
ইমায় মনি নুংশিবা—ইমায় মনি কুইরেদা!
নোংমৈ কোরৌ অমতং লৈকাই কোন্দে খিবদা
ইনুং পুংজা অমত' খিংত থেংথখিবদা
ইচা লাক্লি ফাওবৰু ইমা' নংবু ঙাইবনি,
ইনুং থাওমৈ মৃংতনা ফমতুনবু লৈবনি!
ইচায় শকপু উরগা ন'না 'নাক্তা লৈরগা
ইমায় ইংজ 'ওইবনি ইচায় য়াৱা তারগা!
"ইমা" হায়না কৌদবা সেগা মাইগা হায়দবা
ইমাইবুংঙো নুংশিদা কোৱৌ কযা ওইরবা!
তাইবং মীচাক চাখিদ্রে উগ্ররোইদি হায়বরা,
মৈচাক অমা ওইগনি ইমাগীদি শৱাবা
নংগীদমক ঙাওতুনা লম্বী লমচাও খুদিংদা,
চৎখ্রবমা ইমানা কথেন কথেন খুদিংদা,
পোইরৈ লৈপাক অসিনা পেল্লগনি ইমাবু
তুনা নুংঙাইজগনি নমা ওইৰী ঐনসু!
পারি নংগী কাতুদা অতু মক্সু হেক থোক্তা,
হিংনা ঙৌবা লেপ্নৈগুম অসা' কম্বী থকতুদা
হেকসি শিদি শিঙমদা থেক্লা কোন্না খাঙিওৰা,
পোইরৈ লৈৰাক অসিদা নমা ঐনা রারিবা,
পারি উখিদ্রবৱা নমা ঐবু কাওবরা;
নমা ঐনা কৌববু মান তাখিদ্রবৱা!!"
মচা মাংবা শম্বীগুম অহিং নুংথেল নাইদরে,
মচাতুবু কৌতুনা কপ্পতুনা নিনখ্ৰে।

খোমফম অহু তাবদা মপু ওইবা যাত্রাদো,
মুংঙাইফম্ব খংখিদে' ঙম্বা মাগী থম্মোইদো!
রাথমদি মাংদা-থা থৌরী লীতোন পায়দুনা
শনাউ থিবা চৎখরে শম্বী কোইনা চিংদুনা।
হুপচিং লমদম কয়াদা লৈরক খুল্লক খুদিংদা
শনাউ থিবা খংখিত্রে নারক লমজাও লমজাওদা
যাত্রা য়াম্না রাখরে লপত্রে ফীভম ওইখরে,
'ঙম্বা ইমুং মিংখিবা যজ্ঞ কুণ্ড ঙমখরে ॥
মোংফম নাক্তা শাৎপা লৈ শিঙেঙন নোংদম থিখয়ে,
অতৈ পুম্বা লাইখয়ে মীভৌ য়েংবা ঙমদরে।
লৈপাক্লেগী অরাবা ইন্দু পুবা ঙমখিদে,
মীৎস্না থম্বাল মানবীদো তরং লাইজ কংখিদে।
মালেম লৈমাই চোৎলক্লে মুংশি লাইজ অহুনা,
পলেম পম্বৌ থমোইস্থ লুপ্লে পুমথুম থুমদনা
নোংদোন লাইজ দৌ' ঙম্বা পুমশম ওইনা শম্নয়ে,
ইনোৎ মমাই মাম্নয়ে অতোং অকুৎ খংদরে।
কোক্লে লোইনা অমোৎপা লৈপাক্লেদি তাওথোক্লে,
ইন্দুই মতৌ য়েংবদা নোংখোংবগুম কপখয়ে।
লৈয়াংনিদি বাসন্তি! ঙরাং শাৎপা শিঙেঙম্না,
মাগী চরোং অহুদা লৈমাং লৈমন চন্দুনা।
ঙসি শাৎপি লৈরাংনা শিঙেঙন মদোম ঙা-বগুম
লৈপাক্লেনা ইন্দুবু, লৈরাংনদি তৌবগুম,
পলেম থুৎতি অনিনা মমোম লেংবান পায়দুনা
শিঙেঙন ইন্দু মচাগী লাইবক খেল্লে চুপ্তুনা,—
"ইমাইবেম্মা লমজাও লাইবকথিবী ইন্দুও
মুজা 'মংনা কম্লবু কম' য়েংদিগে ইমাও।"
কপক্লেনে লৈপাক্লে ইন্দু চেক্তেৎ কোন্দুনা,

কপমিন্নরে অনিদো ইকায় ইঙ্কি লৈত্তনা।
লোইবী চিংগী চিঙ-মাইদা থৌদু নুংগাই মথক্তা,
লৈরাং কোলোই লৈপাক্লৈ কোরৌ মৈশা য়েবদা,
নৌজরবী লৈনা-না লৈরাং খুইনা ত্তাবগুম,
লেকথখরে মমাদো শিঙেঙন মানা তৌবগুম;—
"ইমাই-পেম-মাঙেঙনা পলেম নংবু করিনো!"
ইমা কৈদৌরবগে, ইমা! ইমা! করিনো
মিৎম্না থম্বান মানবী লাইজ পুমচোৎ চোত্তনা
মমা তন্না কোঙখৎলে মুরা মথুৎ অদুনা,
লফু লেম্বা মাল্লবী তেরা মোল্লাং ফৈবাক্তা
ত্তাখরেদো লৈপাক্লৈ মালেম লৈমাই থক-তুদা
"পম্বৌ! পম্বৌ!" কৌরক্লে মনাই শিংবু চংলকলে;
"করিদৌরে" হায়দুনা পম্বৌ যাত্রা হংলকলে।
মচায় উলেন-হিনা-য়ৈ, মনা লোইনা কংখরে।
যাত্রা পামেল উখোংদা মনা মখৈ কেনখরে,
মনা য়াওদ পামেন্দি অকংবগুম উখরে,
যাত্রা উরাং ওইদুনা মদোম চুমত্রিং লেপখরে।
মনা য়াওদ পামেন-খা কোরৌ মুংশা মরক্তা
শিঙেঙন ইন্দু কমজরি পলেম মানা ফৈরাদা
অশিৎ অন্নানথা-দুগী য়েরে নোংলৈ মুংশিৎনা,
পামেল মানা ঙংবদি মালং খোন্দি ওইদুনা
খোম্ফম অমা ওইখরে, বসন্তগী মাং-ওইনা
পামেল এনিং ঙাইখরে যাত্রা তেংথারদুনা !!!

৩

লবুক লম্খাং অথাপ্পা খুন্দাম ত্তাম্বা লমদমদা,
নারক উমং মকলবা কিনরবা ত্তাঙ্গাদা,

খংজদবা অপংবা, মাইকৈ লম্বী খংদরে,
মপী কাইন' সনাউবু কোইন -খোংনা' চেল্লকলে
ইনুংনদি ওইশিল্লক মপী বুদি উখদা
কোরৌ মমৈ অতুদা নোংনা ফুদিং ফু-গুম তা,
লৈজ মথৈ লাওডুনা ইমা! ইমা। কৌরকই,
লমদম লম্ফাং অতুদা কোইনা মমা যেংলকই।
শনাও পাঙ্গল থেংকপিদে মমা কৌবা তাখিদে
মতমনগা থেংনিল্লক নোংস্থু শংপ-লেপিদে।
লেপখবেদো শনাওদো লৈপুং মনাক অমদা
মমিং-মপী তাডুনা লবুক লম্ফাং অতুদা।
খোম্লাং ইথৌ লাংবনে মমাদবু নিংডুনা
লেল্লক্লেনে শনাওদো ইনুং শোইবা লেপ্তুনা,
মপী কাইন' শনাওগুম কপখি গোপান মচানা,—
'ইমায মশক উদবা গোপান কৌবা ঐহাক্লা
কোরৌ যাম্ন, ইবেম্মা। পলেম ওইবী নহাকপু
উজৌ হায়না বিদ্দিনা তমজ্রবরা ঐহাকপু
ইমায নাক্ত চংতুনা ঐগী ইনা অসিদা,
"ইমাইবুংডা" হায়বদো তারখিজ্রা ইনাদা'
করি পাম্ন তৌবনা ওইরিদনো ঐহাকপু,,
ইমায মশক উদনা মাঙওদবা গোপানবো।
লাইজ ওইবী ইমানা গোপান লেম্নৈ যোকপনি
চাংজৌ ওইবা পন্তৌনা নচা ঐবু ঙাকপনি!
পলেম ওইবী নহাক্লা মুংশিজ্রব্রা ঐসিবু
হায়বা ইন্দে হায়তুনা খাঙ্খবরা নচাবু'
পলেম পন্তৌ অনিনা কাওখ্রবরা করিনো,
ঐনা নিংইবসিনা লাল্লবরা কদায়নো
তরা স্থুনা পোক্কেদো গোপান ইদোম পোকপনি

ঐগীদমক হায়বদা থরাই পাম্মু-রোইদনি
ইচায়দমকনিদনা অত্তুম ঙাইরে হাযত্তুনা,
মচায় হৈনা ইফৈদো পোইরে তুং-ওইনদনা !
পলেম পন্থৌ অনিনা ঐবু নুংশিখিদ্রবোই
অনিত্তুগী থম্মোইদো থৌত্তু মাংলম কনখ্রবোই !
ঐগী ইপা অত্তুম্ভ পলেম ঙাকনা নহাকসু
পায়ম লিংজেল খামাল্ল নচা ঐগা কাদসু !
মহৌ শানা খাবনি পহৌ লিংজেল অত্তুদি,
পলেম নংগী লিংজেন্না নচা ঐগী কাদদি,
'পারি নংবু' হায়ত্তুনা হেগুম লৈগুম নৌবনি,
নচা ঐবু উদনা নংনা করম লৈরিনি !
পন্থৌ লিংজেন খাবসু পলেম নংবু লৈরিদো
পলেম' থোরী ওইত্তুনা পহৌ মাবু পুনফৈদো !
কোরৌ অম্মুক কুইববু এবু হন্না য়েংখিদ্রে,
ঐগীদমক হায়ত্তুনা পন্থৌ য়াথং তাখিদ্রে ।
ঐগী ইপা ইমানা ঐবু নুংশিখিদরে,
ঐগী হায়বা কনা'মা ঐনা উবা লৈতরে ।
ঐনা সিদা লৈবদি ঐগী লমদম অমনি,
ঐবু পোকপা ইপাগা মালু লমদম কৌবনি ।
পন্থৌ মপান তাংদনা থুঙ্গংসিদা লৈবনি,
ঐনা করি লৈদনা করম হায়না লৈগনি !
থুঙ্গংসিনা চানবসু মাগী মচা ওইবগী,
মচা মকুম তৌবিরি পন্থৌ মমাই য়েংবগী ।
ইপা লৈসু খনখ্ররোই ইমা মুশিখররোই,
মাংজখ্রগে ঐমক্তা কনা'মতা য়েংখ্ররোই ।"
পাখংসিবু খন্দুনা নোং—খোংবগুম কপ্লুরে,
রাবা ঙমখৈ লৈখিদে তরেং তরা থল্লক্লে,—

"মশা মমি অনিমা, থম্লাই হকচাং ওইবমা
মচা ওইবা ঐহাকপু পলেম পন্থৌ অনিনা,
থাদোক্লিংবা হৌনদে মুংশিনদনি কমদৌনা,
মপুই শুন্না চাওবনা ওইরমগনি শোইদবা,
থাবল সমায় হাক্তকী মন্নৈপাক্তি কৌ—দিনা
থিংওমগনি ইপাম্বু মাগী য়াথং অহুনা।
"নচায় মতুং ইনবদে" হায়রমগনি শোইদনা;
"নচা কৌথোক কদেম্বু" মচায় মুণ্ডাইতবমা।
পলেম পন্থৌ অনিনা পাঙ্গন থোকসি থোক-ওমদা,
য়ামমগনি শোয়দনা ঐবু কাওসি কাওজমদা!
পোন্দা হান্না চেকুন্না নংলমগনি অনিনা
লমজাও মাইকৈ য়েংবগুম থৌয়াংলন্নি শোইদনা।
মীগী কাদা লান্দবা ইপা মাগী লৌচৎমি,
মপু চানবা মনাইনি মপুই থৌজান ফংবনি।
মপুই তৌবিমন্দুদি পন্থৌ কাওবা ওম্মগোই,
'ইচায়দমক' হায়দুনা লাম্থোকেম্বু থম্মগোই।"
অদি পুম্বা খন্দুনা য়াথল লান্বা ফংখিদে,
সরেন-নোংশা মচাগুম পম্বাম লানবা ওমখিদে
য়োৎকী লায়ং মম্নুংদা গোপান পাঙ্গন থোকখিরে
মপুই ওনবু খনবদা গোপান উপায় উখিরে।
নোংম-নোংমা হৌখরে উপায় অমুক নৈমক্তে
লম্বী লিমা চংলগা লিদা য়োৌমি থংখিরে।
অয়াবপীদি পাওজুনা গোপান মাকোং খনখরে,
মালু থুজং অহুনা গোপগম য়েংবা ওমখিরে।
থুজংচুগী মীমথে মাবু চান্দ য়াওদেগো,
পন্থৌহুগী খনবদা মীমা লোইনা পুংশিদো,
মমায়বা কয়ামা লৈয়াং ওইবী কোজাই'মা,

পলেম মানৰী মথৈস্থ পন্থো ওইবা লখা'মা ।—
"ইবুং ওইবা পাম্মু ইদা করি মতৌ কৌবকো,
লৈম-সিজ হায়দুদি শিঙেওন গুণবু থোই-হায়কে
পাথং নবুক অদুদা 'থোইবু করি থোয়রুবা,
পোইরৈ মাবু থাদুনা নংবু কৈদৌ' চেল্লকপা ।"
লৈরাং কনাগুম্বীনা—"কৈদৌননি ইতারোই,
থোয়দাদবা কাদুদা ঐদি য়াজ্ঞ' ঙমজরোই !
ইবুং নংগী নবুকনা, 'থোইনা থৈনা পামজেদো,"
মরুপ মসেন তিনবদা মতৌ সুম্না ঙাংনৈদো !
মুরা পাথং পুনবদা মাগী রারি শানৈদো,
গোপাল রাফম মাইকৈ'মা খুঙ্গংদুনা খংনৈদো ।
মাগী রাফম অসিদা তাংথীনবা য়াওনদে,
মাবু চানবা ঙাক্তনি নুপী অঙাং নাইখিদে।
কনাগুম্বা থরদং হাইফেং লাকফেং মঙাংনৈ,
"মাগী অমা লৈরিনি" মুশুক অদুক মথরৈ,
খরৈ হায়দু মঙাইদো তাবা উবা ফংনদে,
মতম অম্নুক কুইবদা গোপান মাস্থ হারদোক্কে ।
শিঙেওন মাগী মনমদো কনা থোইনা তানদে,
থম্মোই ফিরুক নুংদগী লৈরাং লৈনম হেন্দোক্কে !
রাথরেদা গোপান্দো শিঙেওন মরুপ কয়ানি,
মালু খুঙ্গং অদুদা হংফম থোকপা ঙাক্তনি ।
শিঙেওন ইন্দু কৌৰীগী মরুপমক্তা তিন্নরুই,
শামান লেংমান্নবিঙাক গোপান মাগা থেংমরুই
লোনগী লিগী নৈনবা লৈরুদবা জীবগুম,
রাহৈ অমা অনিনা শা-উচেকদি মতৌগুম,
মাগী রারী শাবদা শম্পং শম্পং খুম্বদি,
তুদা-লোইমা ফোংদোকচৈ পাথং মবুক অদুদি ।

য়াইবী মাঙগবরা পলেম লমজা য়োকচবী!”
মুরা লাইবক চাওজবী হৌজ’উল্লেন খাংলবী,
মমাইদমক রাবনা লাগুম লৈগুম কাথরে,
মতৌ অসি উবদা লৈপাক্লেদো কপখরে।
অমোৎপদি মুরানা’ মোৎপা লৈমাই থকতুবু
মুরা মানা শেংবগুম অমোৎপদি থমোইবু,
লৈপাক্লেগী ইন্দ্রিদো শেংদোকখরে মশানা;
পম্বৌ যাত্রা অতুবু কৌসিল্লক্লে মহাক্লা।
’ঙম্বা মাগী কাতুদা শেংদোরক্লে মমানা
মচা অনি রাফমদো অথুপ্পদি লৈতনা।
রারম অতু তাবদা যাত্রা মংফাওনরক্লে,
হরি কোলোই চিন্দ-শোন মিৎতা-পিবু তারক্লে।

\+ \+ \+ \+

সেগা মাইগা হায়তুনা মপু মনাই তানরে,
যাত্রায় থম্মোই অতিয়া থাজ মশেক ফাওরক্লে।
লৈপাক্লেগী মতমশে লুরে পান্দোন লোম্লক্লে,
যাত্রা মাগী থম্মোইদা লৈচিম্ন ’মুক কুপখরে।
লৈপাক্লেগী নাবনা অথেম পোৎতি শেমখরে
মপু সনা চরন্দা যাত্রা তম্না তুরুরে।
“ঐবু লোইবা ইনিংথৌ য়োল্লবদি ননাইবু
মচায় মশক অতুবু উহনবিয়ু গোপানবু.
হদো নাহে চনখরে তৌরাং ফক্তা ওনখরে,
পুন্সি ইচেন তৎলকলে ননাই তাঞ্জা ওইরকলে
চক্তা ফীবু য়েৎতুনা মমিৎ মপী তাতুনা,
কপ্লকলেদো যাত্রাদো ময়া নাপী চিক্তুনা।
থৌজান হৈবা মপুনি মনাই মতৌ উবদা

থৌজ্ঞান লাইজ অতুনা থুম্মে থম্মোই ইপাকতো,
"যাত্রা নচা কৌথোকও উন্নহল্লো থিল্লেদো
নচা দোষ লৈতেকো" তাওথবিরে য়াথংদো,
যাত্রা তন্না চেল্লকলে মপুই য়াথং তানরে,
পাওতুবুদি তাবদা লৈপাকলৈদো পোংথারে।
মপুই য়াথং অতুবু মালুগ্রামদা থাথরে,
গোপান মাগী কাতুদা নোংদোল লাইজ ওইরুরে।
চেকলা মবুক থন্নবু লাইজ তুবু থকচরে,
অহিং মুংথিন নাইদনা গোপান মথোং শাল্লক্লে!!
সোমদা ইন্দু কৌবিবু "ইমাইবেম্মা ইন্দুও;
নুজা রারৌগনুকো। লমজা তাওনে ইমাও!
ইমায় পুন্সি অসিদা ইমোম খুবম লেপ্পগে,
ইমা লাইরৈবাক-তুদা নমায় কাদা তম্মুগে
নিংঙোন মৌবু শক্তুনা ইমৌ হায়না থারগে,
পম্থৌ লাইবক চাওববু নুজা খুৎতা শিন্নগে,
পরি ইমোম অমিবু ইচা ইমৌ হায়তুনা
লাইরৈবাকতা য়েংউগে" রারমসিবু হায়দনা,
কপ্পক্লেদো লৈপাক্লে ইন্দুই ওক্ত-কোন্দুনা,
থাজ মানবী মাইথোংদো পলেম মানা চুপ্তুনা।
ইন্দুই থম্মোই ইচেন্দো ইরম'মতা নাইদরে
থম্মোই ইরম কাইতুনা পুমচাই ওইনা চাইথরে।
লৈচিন মরক পাজগুম মমাই নাক্তা রাজথি
পল্লেম য়াথং তাবদা মতু চুংনা কপচখি।
থংঙক্রবী মহাক্নি পিক্ল উনবু নংবিনি,
থাক্লা থাক্লা ভাংঙকই মমায় থম্মোই থুকখিনি—
রাখন তরা পুতুনা "পলেম কবি রানোনে.
নংতবদা ভাংবরো, ইমা—কৈনো চুমদেনে!

মচায় ব্লাহ্ তারগা "ইমাইবেম্মা" সুংশিদা,
ইমা কিনি খনবরা ইমা শিবা কিদেদা,
পন্থৌ মমাং থাবদি ইমায় লাইবক ফবনি,
ইমায় য়াথং ইল্লুকো ! ইমা য়াররোইদ'নি।
নমা 'নিংঙমদবদি—ইন্দু নংগী কাদানে
নহোয় নচিন নৌপুন্না অনি' সেবা তৌবনে
সেগ-মাইগা হাযদুনা ইমায মিত্ত-উদবা
মাসিদনি ইমানা হৌজিক সিদা থুংদবা !
নখোই অনি ফমদুনা ইমায় খুয়া লুখুমদা,
ইমায় সেবা তৌরদি পেনখ্রগানি ইবুক্তা।
ওক্তে শিংদে ঙাংইদো নিন্দা কযা তৌইদা
পুকখা লিঙ্খা থান্নুকো ইমা' ঙাংবা পুম্বদো !"
ইন্দুই মফম অতুদা হন্না হন্ন মেল্লকই,
সুমাং মাংগোন মীনদি পিকপু থন্না তিল্লকই।
লৈমা নিংথৌ য়ৌরক্লে মনাইদমক হায়দুনা,
শাগৈ নাত্তৈ ঙাই-সেন্স্ লাক্লে মতম অতুনা।
য়াররোইদি হায়বসি ঙম্না লোইনা উনরে,
মাইবা মাইবী শিংদুনা মতম পংজা থারক্লে,
ব্লাফম দুবু অথুপ্পা অমা ওইনা নিজরে,
মপু চরন য়ৌনবা যাত্রা নাকোং চিক্লকলে।
তালোই মপাও অতুবু যাত্রা ম'না হংগৎলে,
পাওদুবুদি লৌনবা সেলুংবমা থ'রকলে
নিংজরম্বা পুম্বদো লৈপাকলৈনা হায়জরে;
মপূ চরন খাদুদা থৌগন পাওনা হংগৎলে।
"ঐনা খংলে মুংঙাইরে মতম অসুক কুইবদি
মানা হায়দে ঐঙোন্দা নিংবা থুংদে শিদদি"
হায়বিরকলে মপুনা অমুক পাওদু হনবিরে

লৈপাক্লৈগী মবুক্তা নিংবা থুংলে খঞ্জয়ে।
অহিং মুংগিন নাইরক্তে প্রলয় মৈদি হৌরক্লে,
প্রলয় মুংশিৎতুনস্থ তৎতনদি শিৎলক্লে।
লৈপাক্লৈদি কৌবিদো অতে অমা হংখিদে
ইচা থুংঙরবরা সিদা তৎপা লৈখিদে।
ভাংখিদবে মতুংদি সোর মতেক হোনখরে,
গুরু ফাংখোং লেংখরে য়াংং ভাইনা লৈনরে।
কল্পকয়েক্ল লৈতরে অপাম পামদা কোকখরে,
ঐগী মীগী হায়নবদুগী ব্রাংমা পাংখরে।
লৈপাক্লৈগী হকচাংদো লফু মতুপ ওইহৌরে,
যাত্রা শুমাং মথৌবোম মুজা য়াতিপ তমখয়ে।
লৈহৌরিবা পুম্বনা নোংখোংগুম্না কপহৌই
মুজা মানা মাংবদি যাত্রা ইমুং হাংহৌই॥
গোপান মাগী খনবদা লৈবাক মীয়াম ব্রানরে,
মমা মচা উনদ্রে অসিদগী খনখরে।
গোপান লমথাং অতুদা তারে মমায় পাও অদো
লরাই কোইবেন থকুদা নোংমৈ শিংজং তারেদো
লাইবক গিবা মচাদো পম্নৌ খরাই থোঙ্গান্দা,
থুংলরেদো গোপান্দো শুদক অতুমক্তুদা।
স্বর্গ কিস্থরকৎম গোপন পাঙ্গন থাকখিদে,
মীনা কৌবা পুমশুমদে গোপান পল্লম-লাক—অমদে।
মমাই মনাক তান্নদি পাথ মানা চংলক্লে,
ময়াম পুম্বা উখিদে খাংপোক মমুং চংখরে।
উতুপ ওই' মমাং গোপান সংত্রিক য়েংউরে,
"ইমা! ইমা!" হায়দুনা পারি মানা কৌরুয়ে!
খুম্নক্তরে লৈপাক্লৈ মচা' কৌবা তাদরে,
গোপান মাগী মিৎতুদা 'নৌবা লীলা ওইখয়ে।

ইন্দ্রি পুন্না কাইখয়ে স্নুম্না হৌনৈ হায়বদো
মঙাই তাবা মখৈদা খংহৈদ্রিবা মানিদো,—
"তাখ্রেরোইদ্রা ইমাবো, খুমদ্রবরা ইমাবো,
কাওরবরা ইমানা গোপান কৌবা নচাবো !
ইমা' হায়বা ইন্দেদি নচা ঐবু শাওবরা,
নচায় শক্তি উদ্রিদৈ হান্না কৌবা নত্তরা ?
ইমা ইচা কাইনবা কোরৌ য়াম্লে হায়দুনা,
ইমায় শকপু উন্নগা ৱাৰা কোক্লে নিংদুনা ;
ইমাই নাক্তা— লাকপদি ইমাইবেশ্মা অসিরা,
নচ' লাকএ হায়ববু ইমা তাদরবরা,
নাশোন খিৎত—তাবদা খংবিবদি ইমানি,
কম্না খংবা হায়দুনা নচা ঐনা ঙকপনি ।
ঙসি কৌবা মুমিৎতা করি ওইখ্রবননো,
নচা ঐনা কৌববু করি খুমখিদ্রবনো !
অতৈ ৱাহৈ ঙাংবিম্নু "পারি লাক্লবরনে"
ৱাহৈনিগী মথৈতা নচা ঐবু কৌখোনে !
কৌবিয়বা ইমানা পেঙহৌগে নচানা.
ৱাংলেন তংখাই ওইরকলে কৌবিরোবা ইমানা
নচা' মুঙাইতবদা ইঙ্গিং খিৎত—উবদা
মনিং মমাং চেন্দুনা পম্থৌ মন্নান য়াইদুদা,
লৈক্ষম খংদ—ইমানি, ঙসি কৈদৌরবগে,
নচাবুদি করম্না স্নুকপু থুনা কাওবগে ।
সিবু য়ৌনা ৱায়—কাও ইমা খনখিদ্রবরা,
পলেম ওইবী নহাক্পু নচা মুংশিদ্রবরা'!
নচাই মৈনা চাক্তনা পলেম নংম্নু মাংবনি,
পলেম মৈনা চাকলগা নচা ঐস্নু মাংগনি ।
শিনা লমন শিঙ্গেঙাবু পলেম তাকপিরবরা,

পায়ম—সিবু খন্দুনা ইমা খুম্বিদবরা!
পলেম ওইবী খুম্বয়ু নচায় দোষ লৌবিন্নু,
"ঐগী লমন শিংসন্ন" পলেম ওইবী খনবিন্নু,
খোম্লাং মরিক অমগী লমন করম শিংগনি,
মপোক লখা অমদা নংগী লমন লোইগনি।
ইমায় শক-তা উগেদি নচা ঐনা লাকপনি,
খোংকাপ 'মতা পন্দনা লাকপা চিংলোন মাপন্নি।
ইমায় 'নাক্তি য়ৌরগা, ইমা! কৌবিরমদরে,
ওইথোক্কনা ইমানা নচা ইন্থোকপিরম্লে।
হনখ্রগেকো ঐ অমুক নংগী নাক্তা লাকলরোই,
মালু খুঙ্গং অতুদা, পোইরৈসিদা লৈররোই।
ইমা! খুম্মরোইদরা! নচা খাম্মরোইদরা!
ইন্থোকলবরা ইমা! নচা ঐবু চংলোরা,
তোকপিরোনে খুম্মন্নু; য়েংবদদি য়েংবিয়ু,
পলেম তুমখুল্লিবরা নচা কৌবা তাবিয়ু!!
তেরা মোল্লাং ভাইখাংনা খোম্লেন তুমখুল্লবদা,
তুম্বা য়াদে হায়বনি করি তুম্মি অসিদা!
পলেম নংবু কৈদৌরে? পন্থৌ শুৎনরবরা?
গোপান কৌথোকপিয়ুদি পন্থৌ য়াদরবরা!
নচা ঐগী ব্রাহৌনা পলেম ব্রাফম ওইহুনা
পলেম পন্থৌ অনিনা নিংভাই শাংদানহুনা,
লিংজেন খাবি ইমানা—নপায় কল্লক পেন্সন্নু,
ইমায় অরাবসিবু পন্থৌ মিংতা উসন্নু,
পন্থৌ মুমাং থোক্তুনা মালেম পৃথি থক-সিদা,
লারাক অমা মাইথ-থা, অইং লৈমাই অসিদা,
লফু মতুপ মোলাং ওই ভাইরম্বরা নচাবু,
ঐ-লাকএনে তাদ্রিব্রা? খোম্লেন তুমখুল্লিববু,

ইমা ! ইমা ! হৌগৎলো, ইমা ! মিৎপু পাংওনে,
'ইমায় গোপান' হায়দুনা নচা ঐবু কৌরোনে ।
অতুক নিংথিজরবী ইমায় শকফম অতুদি,
অস্তুক কংবা করিনো ! পলেম হকচাং অসিদি !
'ইচা উদ্রি মখৈদি চারোই ব্রত তৌগেদি'
পলেম রাশক্লস্বরা ইমাইবেম্মা নহাক্তি !
পস্থৌ' ওইবা অঙস্বা রাখন লৈবা ইপান্নি,
'তৌন্' হায়না— থামদরা তাকপিদুনা রাগনি ।
করি চিঞ্জাক চাতুনা ইমা ! অস্তুক কংখবা,
পস্থৌ যেংবিদবরা ইমায় চান-খরব'
লরাই কোইরেন মপাদা অসিরনে নংগীবো,
নংগী চাননবরা স্থুম্বা চিঞ্জাক অসিবো !
চে'বৌ খর-চতুম-তা কৈনো ইমা অসিদে,
খ্বাইদগীদি ফরবা অতু ফাওবা চাবিদে,
হাওজদেদি হায়দুনা হুন্দোকপদি ইমানি,
"ইচায় রাশক-পননি হাওতবদা চাগনি,
মপায় কাজাও থাদোক্লে উনা খরা খনগনি,
পারি মানা লাক্লগা সনায় সংগাই শাগনি ।
.ঐনী করি রাৎকনি পারি গোপান লাকখিনি
রাবা শরুক ওইদুনা ইচাদবু ঙাইগনি";
পায়ম রাশক্লদনা মচায়দমক খন্দুনা,
মিৎস্না খম্বান অনিবু চেৎনা উইশিল্লদুনা,
পলেম থম্মোই অদুনা লাইনিং পরৈ চন্দুনা,
হরি নাম-বু থাগোল্ল—লৈখ্রবরা তুমিন্না ।
নচা ঐবু লাকএনে ইমা ! ইমা ! তান্নিব্রা,
কৌবিরোনে মচাবু ঐগী খোম্ফম খংদ্রব্রা !
হৌগৎলসি ইমা ! সে, মীনা নোক্লরগনি,

অঙম্বগী মচানি, অঙম্বগী ইমুংনি,
স্নুম্না লৈবা হৌনদে মীনা নোক্নরগনি ।
মক্লপ মপাং খ্বাইনম্নু ঐব, লৌর হায়ত্নুনা
থৌওই—বিরমদ্রমাল্লে কৈদৌবনো খন্দুনা !
ইমা ! ইমা ! ঐনিনে নচা গোপান—ঐনিনে,
খুম্বিররোই হায়বরা ইমা তাদ্রবরা !!

* * *

পম্মৌ ! ইমা ! খুমদরে ঐনা কৌবা তাদরে,
পম্মৌ 'মুক্তা কৌবিয়ু ঐব, 'মানা ইম্মোক্লে !—
"ইতাও লাল্লা লৈতরা ঐনা কৌবা খুমখিদ্রে,
নংনা 'মুক্তা কৌবিয়ু, ইমা' ঐব, নুংশিদ্রে,
নং অমুক্তা ঙাংনরো"— ৱারম স্নুম্না লাওত্নুনা
গোপান চোংথোরকপাদ ; হাব, বিধি নোংদম্বা,
খোয়ুম থৌজান কৌসিরা 'পায়ম-খাইব,' হায়নবা ;
ফৈস্নু কম্না হায়সিবা ফত্তে করম শোল্লিবা !!
পম্মৌ যাত্রায় মাংত্নুদা পলেম হুন্দোক্লমত্নুনা,
তাখরেনে গোপান্দো খাম্বী তাঙ্গোই ওইত্নুনা !
তলা মহৈ লুমলবা পামেন মাগী উমংদা,
নোংলৈ মালং অকনবা মালং মানা য়েবদা,
'মুনবা মরোং কেনবগুম কেনখরেদো লোইনবা,
যাত্রা মরান য়াইদগী পোইরৈ মীয়াম অপুম্বা ;
মচায় মতৌ উবদা যাত্রা হিক্লা কপখিদো,
পামেল বাংথোই হেম্বগুম মালং—নুংশা লাংখিদো ।
ৱাদ-ঙমদে লোইখরে ৱাখন পুম্বা চৎখরে,
অমম্বগী য়ুখম্না মঙান পুম্বা থৎখরে !—
"পারি নংগীদমক্তা কপথরেদা নুমাদো,

লৈয়েং ফাইর-ফাওবদা পারি নংবু কৌখিদো
লাইবক তম্ফা খিল্লবা পোইরৈ মচা লখানি
মচা' ওইগে য়াদেদো ওস্থোকপদি নোংদম্নি।
মীনি হায়বা য়াদ্রবা কংতরবা নংতবু,
পান্নি 'বুংঙো হায়তুনা লৈগুম থাব তুনবু,
ইচা কৌজক্কবদা খুমখিদর—মাল্লেদো,
কৌরুরম্ম ইবুংঙো! খুমখ্ররোইদো নমাদো!
পায়ম—খাবি নমানি ওইনা চাওবী মুপীনি,
মানা হায়বা য়াখিদে তুগী ওইনররিনি!
পলেম নমা ওইবিদো শাওখ্রবনি ঐবুসু
নংবু কৌথোকপিদবৈ ৱারৌরিনি তুগীসু।
ফত্তে হুন্দোক য়াদেদো মীগী মমা ওফবা,
য়াবা নত্তে ইবুংঙো ইমা হায়না কৌরুবা
খুম্বা খুমদ থিরুম্মু ওসি ওহাক মঙাইরে.
নমায় চেংলৌ উদোবা ৱাংলেন পুংগোই ফাদরে।
পলেম য়ারা অথুম্বা মচায় পমোই ফানবা,
তাররোইদ্রো ইবুংঙো! অঙাং তাওজিং হৈ-গুম্বা!
পারি পোপান হৌগৎলু নমায় মশক য়েংহৌরু,
নমা' খুমদরবস্মু নচিন পেম্মা কৌহৌরু।
পারি লালা তাবরা। নতাও খুংশম্নরো লাও,
ইপা মাংদি থাবিগে, নমায় নাক্ত—চৎসি লাও!
পুকমেন পাওমেন্নহৌরো নমা তম্লক্করোইদো,
নমিৎ পেম্না য়েংহৌরো নমায় চেংলৌ মপুংদো!—
তালোই নংদি, ৱাবদি ফাইরেল—লাওবা—ফমাংচিঙ
কিক্রোয় মানা, খুন্নুদি মিশা-তাব-লুক্ককাচিঙ
থোঙভাকনিদি অশিথেম মকোইগিদি মুংঙনচীঙ
লমদম পুম্বা লান্নবু নংগী লম্বী মানা-চিং

খোয়নৌ নতা শাহুনা 'পারি গোপাল লৌরুসি
লাকউ লাকউ ইত্তারোই লোইবী চীংজেং লাল্লসি,
চিঙজেং সিমা লাল্লগা উনি মালু থুঙ্গংদো,
নংবু খৌরাংজবনা ৱাররিনি নচাদো'—
সুম্না মীনম্নহুনা খুংলাম তোয়না কৌহুনা,
খোংবান চাম্নৌ পিরেনহৈ চাদ-হৈরাং পিদনা,
পুখ্রবোইদো ইমাও হুনা চিঙ্গাক ওইহুনা,
কিকোই কৌবী লাই—হুনা তালোই নবুক-থিন্দুনা!
তাইবং পম্বান রাংমনি খওভিরোইদো নহাক্তি,
মকোই নুংওন মচিঙজেং লাল্লগবু নংনদি,
তাইবং—রাংমা অহুদা লেপ্না—তাব—মতমদা,
তালোই ওইবী নহাক্না খওঙকইনি অহুদা,—
'থম্মুং সেরা তারক্লে অমং—য়াইথোং কুম্নক্লে,
মালং খোংগাও-নবক্লে; তাইবং সেরাম্নরক্লে,
ইচা থিব্রা হায়ববু ইচা হুন্দোক্লমলেদি,
মাংলে মাংলে' হায়দনা থবাক খুহুম সুনদি,
নমিৎ নপী তাহুনা থরো কাংক্রুম ওন্দুনা
কপ্পনিদো ইবেম্মা পারি গোপান হায়দনা।
তাইবং মপুং য়াইসিদা মুজা হন্সি হনফদা,
থম্মুং মীরৈবাক-তুদা তালোই লেপসি লেপওমদা,
মকোই চিঙগী রাংমদা থম্মুং লমজাও অহুদা,
সম্ম নথুবাক-তুনা পৃথি লৈকং থক-তুদা,
হম্না হম্না ফুহুনা নশম ননা ফাহুনা;
উফুন রাইফুন ইতৈতৈ হাইহৎ হাইহৎ তুহুনা
তিহ্রাক য়াদৌ চোংবগুম মুজা নংনা চোংবগী
তাইবং মাইকৈ য়েংদনা তালোই নম্না কপ্পগী,
থুংওরমে ইবেম্মা! মুজা নংগী খোজেন্দো,

ঐগী নাকোং অসিদা তালোই তেংথা খোল-অদো,
খমুং লম্বী অতুদা হন্না হন্না য়েংঙিবা,
মুজা নখোং অতুনা থাংনিংদনা থাংঙিবা,
তালোই শাগন পায়তুনা করম থামফদবনো।
অমুক তোনবা মপোকপু, তাইবং কনা শেম্বনো !!
শিঙেওন নপান ফরিবৈ মুজা তুম্ব খোক্রেদো,
লৈরাং মতম অতুদি শিঙেওন লেম্না মাংঙিদো ;
কর্ম্মে তম্পাক অতুদা নংগী কনা, উদয়ে,
নংগীদমক হায়বদি নং কৌবদা মরোইয়ে,
ঐখোয় লৈরি পুম্বসে অরেম্বদা তাহৌরে,
পলেম পম্বৌ পুম্বস্ম মুজা নংগী ওইদয়ে !
শম্মুম 'মনা থোংবু=ওই শম্নাং 'মনা পাম্বৈ-ওই,
করম লানগদৌবিবা মুজা পাংদবিগ ওই !
করি হায়না চংথিবা মোমু চংনিংদনদি,—
মুজা লৈরিবোইরেকো নংগী লমদম অমদি !
চংত-য়াদ-মতাগুম নংনা চংচখিবদি
মুংসিখিত্রবোইরেদো ঐখোই পুম্বা সিবুদি।
নোংম-নিনিদমক্তা তিম্নরুরবোইরেকো,
সুম্না চংখিগনিদি মুজা নংবু খন্দেকো !
চংলোদকো ইবেম্মা ! য়ারৌগম্নাকো নহান্না,
চাকচসম্মু থমোইসে নংগী কাইন-মৈতুনা।
নংগী সঙ্গাই নিংথিবা খাম্বি মবুক ইংসমু,
তোর্ব্বান চাংদোন থকুদা ঐগী হায়বা লোমসমু।"
যাত্রা কৌবা অঙম্বা কপ্লে মচা কোন্দুনা
গাপান, জালা অনিবু য়েংক-ওইগা পাম্নতুনা,
"নমায় মশক য়েংহৌয়ো" হন্না হন্না লাওতুনা,
চংখরেদো থাংপোক্তা নোংখোংবগুম কপ্পুনা।

লাইজ কংসক্লবদা মালেমথকতি অতুদা
লৈম্রৈ ঙানা চোংবগুম রাখ্রে ইন্দুই মবুক-তো।
মুরা ইন্দ্রি অতুদা—"পলেম ওইবী নহাকপু
মাংলবরা ইমাবো! ইমাইবেম্মা নচাবু,
পলেম হুন্দোক্লগেরা, ইমা ঐদি মাংলেদো,
ডাইবং অস্থক চাওবদা নচায় কনা লৈতেদো।
ইনাও অমা পোকচদে ইচম অমা লৈজদে,
নমোম ইদোম পোকপনি নচা পাঙ্গন থোকচদে।
পস্থৌ সেবা অতুদা নচা পুবা ঙনজরোই,
পস্থৌ মরানয়াইসিদা নচা ঐসু লৈরোই।
পলেম ওইবী ডাইরমখো নচা লাইবক থিবিবু,
ইমায় মৈনা চাক্লগা নচা ঐনা হিংববু,
নমোম পামজদরেনে নচা ঐবু পুবিয়ু,
ইমায় তুংবু ইঞ্জগে নচা ঐবু ডাইবিয়ু।
পারি মাইয়োক্লদনা ইমা চৎসবরনে?
নমোম কৌজবসিবু ইমা তারিবরনে?
থরাই পাম্মুদরবী লাইবক থিবি নচানি,
নচা মাংবু থারগা নমোম মুংডাইজগনি।
নহানমথৈ নমোমবু চৎতবনি করিনো?
চৎলি নমোম মাংবু-থা ইনবিবহু কনানো!
নংনা তুংদা চৎলগা ঐনা ইম্না য়েংজৈদো,
'লাও ইমা!' হায়দুনা ঐনা হেক হেক ডাইজৈদো!
ওক্ল-নতা খুদিংদা ব্রারী ভৌবী নহাক্নি,
নচায় তুংদা চৎতুনা লৈম্নে মীঠোন খুদিংনি;
চৎমিন্নসি পলেমও ডাইবিরমখোনে নচাবু,
চৎপ-চৎপা খুদিংদা নচা ঐবু পুববু,
ঙসি কোরৌ জসিদা নচা ইন্দু কাওরবরা,

মফম চাদে হায়দুনা নদোম চংকে নিংবরা ?
কোরৌ অতৈ তৌবগুম নমোম লোইন জেম্বিয়ু
থিল্লি লোইদে হায়দুনা থৌবিগুম্বা থৌবিয়ু ।
পলেম ওইবী চংখিম্নু নচা কাওরবরনে,
ঐগী কনা লৈবগে ? ইমা ঐদি মাংঙেনে।”
ইন্দু সুম্না থনখিদো নোংথোংগুম্বা কপখিদো;
নুরা ওইবী মহৌশা ইন্দ্রিমুংদা চাকখিদো,
পোম্বী খোম্বোক য়ামদবী চেক্লা চানা তৌবগুম,
‘হা ! ইমা’দা হায়দুনা রাহৈ ইয়াম য়ামদগুম,
চেংনা পায়বা লৈরাংবু থম্বান কৌবী শিঙেওননা,
উপুন থক্ত-তাবগুম লৈরাং নাম্বোকখিদুনা,
মপায় সংগাই মমাংদা লৈরাং চোইনা তাখিদো,
পোইরৈ মীয়াম পুম্বনা ইন্দু য়েংনা কপখিদো ॥
মাবু য়োকপী মমাদি বৈতরনি য়োথরে,
শমগী থোংবু লাম্বা পলেম হোংনজখরে ।
মুজা লানবা ডমদরে উপায় তৌকম লৈতরে,
মাগী হায়বা কনাম্নু জীব অমা উদরে !
হায়জকবা অমত্তা কনানম্নু তাবিদে,
করমনোনে হায়দুনা তানকন্নু লৈখিদে !
কোয়না কোয়না য়েংলগা—“ইতা লৈরাই য়াহিপ্পী
হঙোই কৌবী ইতারোই ! লৈকু তেংথা হৈজবী !
থুম্বিউবা ইতাও তারিবরা ইবেম্মা,
করি তাশিন্নদবা, নুজা ওইবী নংগুমা ।”—
“তাইবং চম্নু করিনো থুম্মিংদ’না তৌবনি
খঙেঙ নংগী মন্নাদো তৌরোইদবা ঐহাক্তি ।
তাইবং-পুন্দা লৈম্রিতৈ নংন্দা ঐবু মীন্নাইখি,
নংন্দা লম্পান করিতৈ নংমা কয়া চাওথোকখি ।”

হঙোই মন্না তবদা—"ইতা নংবু কদায়দা
হায়য়ু মীনাংখিবগে—মুজা ঐগী ইপোক্তা" —
"অতুঙৈদা নহাক্কা পম্বৌ মাংগোন অতুদা,
মুন্না মোলাং য়াইদথোং, নংনা মথোন কাঙৈদা,
পিথ্রাই সমুক মাংদ-থা, চরৈ খোইবু কোনঙৈদা,
থম্বান ওইনা শাংপগী খোইমুশিংনা তোংঙৈদা,
পম্বৌ শুমাং চেথেক্তা নতা হঙোহ খ্বাংসিদা
তাংজ লোল্লা অতুনা হঙোই ঐবু লাকঙৈদা,
মুন্না নংবু কৌবদা থম্বান ওইবী তাখিদে,
থম্বান ময়াই কাবনা ঐবু হন্না য়েংখিদে।
নংবু ঐনা হৌজিক্তা বৈতরনি লান্নিংদে,
তুগী মুংঙাইখিদেদো নতা ঐনা য়ানিংদে।"
হঙোই রাজ তাবদা মুজা হিক্কা কপ্লক্লে,
অমুক হন্না হঙোইদা মুজা মপাও মেল্লক্লে,—
"ইতারোইদি মুংশিবী পায়ম-মলোম তৌরমু,
তাইবং মপোক হায়বদো হঙোই অমুক খল্লমু,
অপংবগী লমদমনি অমম্বগী মফমনি,
তুগীদমক খন্দুনা মুজা করম শাওগনি।
তাইবং মরুপ পুম্বনা তরেং সেঙ্গা হাপ্লকই,
ঐগীদমক হায়তুনা চেংজেন ঙাচেন পিরকই।
ইতায় শরুক থুংজগে ঐবু খরা লানবিযু
ঐনা লানবা খিবিক্তো ইতা নংনা ঙাকপিয়ু।"
তরেং সেঙ্গা তিংদুনা বৈতরনি লানখরে,
যাত্রা মোংবা মরানয়াই কায়ন-মৈনা চাকখরে।
লৈপাক্লেগী মশানা কাহরেন কাইজাও কাখরে,
তাহবং রাংমৈ রারিনা মদোম পাওমেল ওইখরে।
তোর্ব্বান রাংবী থক-তুদা মুজা মাবু পুরকলে,

যাত্রা মোংবা মরানয়াই মুজা তুংওইনখ্রে ।
ফিরান চান্দ্রানদি কোরৌথক্তা থনথরে,
পামেনশিংগী মথক্তা মুক্তা মাবু থাংগৎলে ।"
"থমুং কুম-কুম সরাই তাম পুংগী পুংলোন তামথরে,
লৈপাক্লৈগী হকচাংদো শান্থি মৈবু চুহৌরে,
পুংজা নাতৈ লাক্লনা হকচাং মৈতান ওইথরে,
শুসি কোরৌসিদগী মুজা শক্লক লোইথরে ।
তাইবং হায়বা কাতুদা রাখৈনরে মৈতান্না
লৈপাক্লেদি কোলোই-ফাও পুথিদেদো মহাক্না ।
তাইবং মপোক ওইরিঙৈ মপোং মরন অপুম্বা,
যাত্রা মরানয়াইতুদা লৈহৌরেদো লোইনবা ।
মাগী মরন হায়মখৈ তাহৌরেদো ইন্দুদা,
পঙ্গৌ মোংবা মরানয়াই তাহৌরেদো মঙোন্দা ।—
খেঙোংতুনা তেক্রিঙৈ. লৈয়াং শাকরম্মিদো,
পলেম লৈত্র তুংসিদা মুরা থক্তা—তাখিদো,
মবুং গোপান কৌবম্ন পঙ্গৌতুম্ন অম্মানি,
'ওম্বা ময়ুমতুদদি পঞ্জাও ওইনা লৈবনি ।
চুগী নাতৈ পুম্বদি শিঙেঙনথক্তা তাখিদো,
পলেম পঙ্গৌ অচৌবা থমুবদা মমখিদো ।
যাত্রা কৌবা মহাকম্ন শাগৈ নাতৈ লৈজদে,
পোইরৈ অম্লক চাওবদা হম্না য়েংবা উখিদে ।
মাগী লৈরি হায়ববু চুগী মরি মঙাইদো,
পোইরৈ ওম্বা মহাকম্ন লমজা ওইবা মানিদো ।
মরূপ মপাং ওইবদি মৈতৈ লৈপাক পুম্বনি,
য়ুমু ওইংগদবদি ইন্দু মথন্নতনি ।
অসি থম্বকবদা চিরাল লাম্বা ফংখিদে,
মুরা ইন্দু মানম্ন পুবা শরি থাজদে ।

পলেম নাখিবদগী ওসি মুমিং ফাওবদা,
লোইবা লাকপা নাইখিদে তিনবা মীগী মতিন্দা ।
শিরে হায়বা তাবদা লাক্লিবিবা মীয়ামে,
অচোবনা কয়ামা খুজা কোংগাই অমনে ।
নৈম সিজ ব্রাহ্মনে কেরোই লেবাই ভুপখরে
মপু সনা কোনুংগী ইবেম্মাশং য়াওরক্লে ॥
লাকপিরিবা অপুম্বা খুপী অভাং খাকচদে,
"পলেম ওইবী লৈতবে ইমায় কনা লৈজদে,
লাইবক লিবী ঐহাক্লা পলেম ফাদা থাজগে,
থারোইবিনু নাখোইনা নহোয শ্রাইবু ওথচগে ।
নতিক চাদে হায়তুন খর্নবিগনু লেপাক্লা,
নারা ঐবু য়েংবিনু, ইমাতুবু য়েংতুনা ।"
খুজা মমান্নবদৈ মথায় অঙাং ফাংবনি
মীপুম অমা রাক্তুনা খুজা কোজরকপিনি ।
"লেংশিনবিয়ু" হায়বনা খিং ঙাংবা রাঙাংনা
ভক্ত ফিবু রেংতুনা মালেম থক্লো তুতুনা
ময়া নাপী চিক্কুনা ইমা ! ইমা ! কৌতুনা
খুজা ওইবী মহাক্লা কপ্পে হায়দা খাতুনা,
মমায় মত খুদিংদা শাগে ভাইদি কয়াদা,
কৌক্লে য়াবা মখৈদা, অচো পিশক খুদিংদা ।
ভক্তিনাদ মাংওইনা লমচৎ খংবী তুংওইননা,
শ্রাইগী সেবা তৌকৈদো শিংঙেঙন ইন্দু মহাক্লা;
পলেম প্রেমমী থৌরিনা লৈপাক অচুক য়াম্নবু
ভক্তি থুৎপুন চেৎনবু পুল্লে লোইনা পুমপুনবু ।
চৎপা ওইনা চৎখিদে খুজা হেক্লা য়ৌরম্মি
য়েংবা ওইনা য়েংখিদে খুরা হেক্লা উরম্মি
"ফীদা খুদা" হায়বদা মপায় মনাই কয়ানি।

“হিদাক খুদোং” শোনবদা য়ুমুরেম্না মুজানি,
শিঙেন য়াথং অত্থনা লোইন-হেক্কা মথুংই,
মনাইশিংগা লোইননা ইন্দু কোইনোম নোমমকই
শিঙেঙন শক্না রাংলগা লৈরাংগুম্না হেন্দেদো
লৈরাং গুম্না হেল্লগা শিঙেঙন শক্ক রাঙেদো ।
জগোই ওইনা শাত্থনা ইশৈ ওইনা শকুনা,
অরা মুংঙাই’ ভাব-তুবু ফোংদোক্লেদো জীবনা ।
অস্থুম তৌবা মক্কুদা লোইনা হাযবা ঙম্নদে,
মুরা ওইবী মঙোন্দা সিনা হেল্লি হায়ঙমদে ।
খিক্ত ঙাংথোরকপদা পেম্নবনদি হেন্নেদো,
হায়রপ য়েংজরকপদা অরাবনা তিম্নেদো ।
খোম্ফম শকফম গুনিদা মুরা মবুক উবিরে,
কৌক্ল লাকউদবগ লেপ্পদদা পেম্নরে ;
লেপউ খোংলুদবক্ক খোম্ফম তানা মুংঙাইনৈ
মুক্তা মাগী মতৌদো লৈপাক্কবু মুংশিনৈ ।
মতম মতম অত্থুদা মফম মফম থুদিংদা,
ওইফবগী ঙমখৈদা মুক্তা ওইবী মঙোন্দা
“কলা” কোবা রাওনা কলা থংবা নিপানা,
মুক্তা ওইবী মঙংবু শেমথি মাল্লে মহাক্না ।।
রাকচিং থাগী লৈরাংদ শিঙেঙেন ইন্দু উবদা,
পেম্নরেদো মম্নামদো যাত্রা মরান য়াইহুদা,
যাত্রা গোপান অনিনা চাওরাকপদা ওইথরে,
লৈপাক ওইবী ইন্দুনা য়ুমগী ফীবম ওইথরে ।।
মুপী তরা মঙানা অযুক মুংথল চংখোক্কে,
পাম্নমক্তা শেম্বদা থবক অমা লাম্মুদে ।
হেনা কাতুপ খল্লক্লে কংবাক ফাহৈ হৈরক্লে,
ফানা চৌংগুম পৈরকাল-মানা ছায়াং ওইরকলে ।

কৰ্ম্মে থৰক স্নবগী অযুক ফুংদাং খুদিংগী
চেং—কোক মঙা মঙানি তৌদ-য়াদবদগী,
মালু-দগী য়াওৰকই লৰাই থৰাই স্নুথৰে,
চাৰি-লোইবা লৈতৰে ৰেবগী স্ন লেপ্তুৰে।
লাংবা পুম্ব লোইৰক্লে হোজং মনা সেনথৰে
লোইশা লোইশং শাথৰে লোইশং মীযাম ত্তিনথৰে।
যাত্ৰা থৰাই থোঙ্গান শামু-য়াইশ পুনথৰে,
পাংদ মাগী ইথোন-নুং বিষ্ণু মাৰু খোংদাবে।
পোইৰে পুমক্তিন ত্তিনথৰে নোংম-লৈৰিঙৈদগী
চৌৰে হৰি সংকীৰ্ত্তন লৈপাক্লেন সোৰাংকী।
লম্বী লমজাও ফাওৰদা মানৰ তৌৰ হৌৰক্লে
চাক্লি ফীনিবতুনা মাইকৈতুমা থনথৰে।
লুপা খোংনেংনথৰে সনা য়াইবু চাইৰক্লে,
থুঙেও হায়সি হায়ঙমদে থুংদ্রি হায়স্ন ঙমদৰে।
লোইবা লাকপা লৈত্তনা কৰ্ম্ম মতোন লোমথৰে,
পোইৰে লৈৰাক অত্তুনা ফীদম ওইনা ঙাংনৰে।
অকুৎপদা তুংবদি লাইজ মাগী শৰুক্লা,
কোৰেথক্লা কাৰগা লাইজ 'খক্লেন ওইতুনা
মালেম সিনব থুংমথৈ লাইজ মানা তাবদা,
পৃথি লৈনা ইংৰগুম জৰ পানবা পুম্বদা,
পলেম কৰ্ম্ম অত্তুদা শিঙেঙন ইন্দু শিঞ্জখি,
মুৰা মথুক্তিন্দুদা জীৱ পুম্বা পেন্নখি॥
শিংতুম অমা তোখিদে ফীজেৎ অমা মাংঙমদে,
অঙাং পিশক অম ফাও মবুক পেন্দ—য়াওখিদে।
'ফুমদিথক্লা শাংচবী পাংকী থম্বাল লৈৰাংও
ইনোং-ফুমজি চেন্দুনা মাংগ্ৰদৰা ইমাও!
খোয়ুম থাংলেন মথুংস্ন ওাংলেন খুত্ত পায়ত্তুনা

কক্লখিদ্রা ফুমদিদো চিংঙ, কনাগুম্বনা,
শিংঙেঙন ইন্দু কৌবিবু যেক্ল থ্রৌ চেন্দুনা,
মাংঙদরা মহাকপু স্নুম্না লমখাং তেক্কনা !!
উজাওশিংনা ভুবদা উবি লৈখা তাখিদো,
পামেন মানা কংবস্নু শিংঙেঙন নংদি কংদেদো !
ব্লাকচিং থানা লোইবগা বসন্তদি লাক্কনি,
এনিং তন্না চোংগনি শিংঙেঙন থুমু হুনগনি !!

৫

তাইবং মাঙ্গোম কাজাওদা কনা খংবা ওম্বগে,
মালং মথন অমনা কবম থুংনা শিংপগে ।।
মাঙ্গল কাছিন অমদা কনা 'মনা নোকলকই
তুগী নাকন অমদা কনা 'মনা কপ্লকই ।
উন—তান—খংনদে, তান-খংন—উনদে
মাগী মাগী হায়বনা হন্ন-মক্ক যেংনদে ।
লৈবাং মশা অমদা মচু-কয়া কয়ানি,
সিগীদমক খন্দুনা তাইবং মিংথান থোনবনি ।
যাত্রা মবান যাস্তুদা খাম্নী মশা লাংবনি
পোইরৈ লৈমাক পুম্বনা কবম মৈশা লাংগনি ।
লৈবাং মাগীদমক্কা কর্ম্ম মঙুংদগীনি,
হৈশিংবদি মপুদি নো দম হৈবা বিধিনি,
লৈবেং চানা লেংতুনা নিংখিজনা থমখাব
স্নুম্না তৌগে হায়বত্ত সনা পুক্লিং লেপথরে ।
নোংমৈ কোয়ৌ স্নুমিত্তা দশাহ্নগী মমুংদা,
তাকপিখি মপুনা যাত্রা মাগী মফমদা;—
"তমুন মংবু তাবরা মমোম লমক্তা অসিদি,
ব্লাক্লগমু নহাক্লা শিংঙেঙন মাগী দমক্কা ।

পলেম ওইবী মতাক্কী শোইদনবা য়াথংদো,
তৌগে হায়না নিংলেদো মাগী থবক পুম্বদো,
মমায় কর্ম্ম লোইরগা নিংথৌ ঐগী সঙ্গাইদা,
পুথৎকনি ঐহাক্ন পোইরৈ নৈপাক মাংসিদা
ইচামক্সি হায়তুনা ঐনা নংগী কাদুদা,
ঐনা ওম্বা শেমতুনা পাবি মাগী মফমদা,
খন্নাইথক্তা লৈহাপকে লৈরাং লাইদা কৎপগুম,
কৎকে নিংথৌ ঐহাক্না ওম্বা নংগী নঙাইগুম।
পলেম কর্ম্ম লোইথসি ব্রাকুবন্নু নবুক্তা
নুবা মাগী লমন্দি শিংগে নিংলে হান্দক্তা।"
হৈরাং মহাও অমৃত তাওজিং ওম্বা ব্রাহৈনি
নুংদা তাবা ময়েক্সি থৌজান হৈবা য়াথংনি
মপু সনা য়াথংদো য়াজখরে যাত্রানা,
কৈথা নোনবা শাগুম্না চরৈ ফীগাও শাতুনা।
মমা কাইনা অঙাংনা মমা অমুক ফংতুনা
তম্পাকথক্তা অমৃত খোম্নাং অচু থক্তুনা,
অঙাং নিংবা থুংজবা হরাওজরে অতুগুম,
যাত্রা কৌবা নিপাদো অঙাংনদি তৌবগুম॥
সজিবু থাজদা কুমগী কুমজা লাকপদা
শাৎচবীনা কোম্বিরৈ লম্ফেল লমজাও অতুদা,
য়ৌথিবগুম মপুকোন লৈরাং ওইবী মহাক্না,
য়ৌখরেদো ইন্দুদো মপু সনা কোন্নুংদা।
মমায় কর্ম্ম লোইবগা ওসি কৌবা মুমিত্তা,
মপু সনা য়াথংনা পুথৎখরে কোন্নুংদা।
সনা য়াথং হায়দোক্লে- শিঙেঙন ইন্দু কৌবিনি,
নিংথৌ ঐনা শেমজরে ঐনা পোকপা ইচানি।
যাত্রা মাগী মপান্নি কোলোই গোপাল কৌবদা,

লুহোংগনি ঐহাক্না হয়েং কৌরৌ অসিদা ।
চাম খুজিং ওইদুনা শেম্মু অওং অউনবু,
ইমোম মুনিং থুংনবা তৌরো থৌরাং পুম্নবু ।”
নিংবা থৌবা মনিংথৌ মপুই য়াথং ইন্দুনা.
থৌরাং পুম্না লোইখরে শিংদম ’মত্তা রাৎতনা ।
লৈপাক পুংজাও খিনখরে কোবৌথক্তা নিনবগুম
পোইরৈ থুংনা তানরে কোরৌ নোংনা খোংবগুম ।
মপু মচা খিবিক্লা লৈরাং ওইবী মথৈনা
নুম্না শয়োম শাবিদো থরাই য়াওনা নুংশিনা ।
লৈম - রূপকী মথৈনা পলেম শরু -লাংগোল্লে,
মপু সনা চরম্ন’ পম্খৌ পাবু শকপিরে
লোইবী থক্তা হৌরবা পামেল উকা থক-তুদা,
ওংজরম্বি লৈরাংনা ঙসি কোরৌ গুমিত্তা,
মপু লৈকোন ওংঙরে মুরা থাকপু কাখরে
মপু লৈকোল লৈরাংনা মালেম খাদা শাংহৌরে ।
সঙ্গী লৈরাং হায়বিনি, মচু ঙাংনা ফংবিনি,
লমতা থাদা খুমু হুন সজিবুদা শাৎপিনি ।
চেৎন চাম্ন—তৌদুনা সংগাই থক্ত শাৎখরে,
সনায় চেকপন থক্তুদা গমলা পক্ত-ঙংখরে ।
শিঙেঙন ইন্দ, কৌম্বিদো সনা খুৎনা শেমখরে,
মচাদগী হেল্লবু লৈরাং লুনা তৌখরে
মচা লকৈ খোইখরে থোইনা-হৈন্ন-নিংথিরে,
সন’ মনি থাম্বগুম অমুক গুণবু হেনখবে ।
কুমগী চেকলা খম্ব্রাংচাক চেকলা নোংইন ওইদুনা,
ইংজখরে ইন্দুদো থাজ সঙ্গ’ ওইদুনা ।।
রাক চিং উল্লেন হী-দুনা মনাশিংনা লোইন-কং,
লাইজ ইরম ফাওবগী, লৈদুং ফাওনা পুমকং-কং,

অশিং-অরান খাছুনে লমমৈনম্ভ চাকখ্রবা,
নিংথিজবা উমংবু তাঙ্গেই ওইনা তাখ্রবা,
কোরৌ মশানা লুক্কা ইংদববা উমংদা,
নোংদোন মাইকৈ ফুল্লবা নোংগী মপৈ লাকপদা,
ইংগবরা নিংগুব ওসি কৌবা হুমিংলা,
ইংউ হায়না তমঙ্গ্রিব খোযুম মাগী নোংদম্না !
লৈথক-লেখা হোন্দুনা লাক্লে নোংলৈ অমবু,
নোংগী মাইকৈ পাংতুনা শিংচিল্লব্লে মানবু ।
মালংবগী মায়োংদা পামেনশিংনা গুংবগুম,
হিমালয়গী লোকচপ্লো উপ্লেন কিন্নরকপগুম
হংচিং হোংদবদ ওসি হুমদাং হাইরমদা
হংগৎলরে লৈবেন্ন মপু সনা চবন্দা ।
"য়াম্থুং সনা চরন্না-সনাবুদ্ধি হৌবিনি,
ইন্দক্লীদি থবকসি থৌদো মতা অমনি,
হুম্না ওাংনৈ লৈপাক্লা অচৌ পিশক নাইদনা,
কাইরবস্থ ওাকপীযু শ্রীযুৎ সন চরন্না"—
সনা যাগং লৈবেন্দ—"ইবেম্বা কদায় কদায ?"
য়াম্বদ অম্মু শাসি কন কনা কবি হায ।"
"যাত্রা মমোম ইন্দুবু গোপাল কৌবা মঙোন্দা,
লুহোংবগী ব্রাসিদি থাংলে সনা কোন্নুংদা ।
পোইরৈ প্রজা পুম্বম্থ অওম অথৌ পুম্বনা,
মুস্থক মুস্থক তৌনবা তাবে উরে ননাইনা ।
সনা চরন কিবনা মপু গুণনা-হেনবনা,
লেতে লৈপাক অসিগী কনাগুম্বা অমনা
চিন্ন-খোক্লা—হাংনবা ওম্নদরে কনাম্থ
য়োনখি লানাখিগদবা নিংজে ননাই এমক্নু,
য়োংথিদুনা হংগৎপা ওহনা লৌবিখিগম্থ,

যাত্রা কৌবা ননাইনি মাবু ঙাকস্নু যেংবিনু ।
"করি রানো ইবুংঙো নহোয় খ্বাইনা য়াদনা,
নিংথৌ কৌবা ঐহাক্কী তৌফম করম থোকতনা ?
ইচিন-ইনাও তানসি লৈপাক্কীস্নু লৈপাক্লি,
মিং নাকোংনি 'য়াম্বগী অফবদা তৌগনি ।"
অরুবদি ইশিংদা মৈতান মপৈ তাওরক্লে,
মপু সনা য়াথংনা মনাও মরা হংলক্লে,
মন্নুং পোৎকী মমাংদা মপান য়ুথন য়াল্লকই,
লৈরেন কৌবা মনাওনা মথং মথং হায়রকই ।
রাহৈ রাহৈ খুদিংদা রাহৈপরৈ-লৈশিল্লি,
নিংথৌ মাগী ফনবা মাইকৈ রোমদা পুশিল্লি ।
"ননাই যাত্রা কৌবসি থিরে মরাইবকীদি
মাগী থবক খুদিংসি মুংঙাইনদে তাবদি,
গোপান মাগী হাক্তক্তা লৈম-নিংথৌ মাইথিখি,
মান-নম্ভে তৌবদি হুস্নু খ্বাইনা থংনখি ।
হুইনা ঙাওর-হুইবু-থি সন্ন-ঙাওর-সনবু-থি,
মচা মানা ওক্তগা মপা—মমায় মমাইথি ;
শাগৈ নাতৈ পুম্বনা শাওরি মাইকৈ অসোমদা,
সিবু চান্দরসন্থ শ্রীযুৎ সনা চরন্দা
যাত্রা মমায় য়েংহুনা অচানবদি ননাইনি,
অসিমস্নু তোকলসি মবুংঙোগী থৌজানিনি ।
শিঙেঙন ইন্দু গোপান্দি পারি মমোম মরীনি,
লৈরাং ওইবা মহাক্তি পাখং মাগী নচন-নি,
লৈপাক মীপুম ত্তিংহুনা সিগীদমক ঙাংনরি
'মপু মাগী মনিংনি কৈদৌরুনি' হায়নরি ।
অসিমস্নু থম্বিরো হায়নজবা হায়হুনি
মমা মপা ত্তিঙ্গদে, য়োকচরুবা মচানি ।

লৈরাং ওইবী মহাক্তি শিঙেঙন মনম চাওবীনি,
ননায় মচা ওইবগী চুম্ন চানবা অমনি,
অতুদদি নৎতনা মপু সনা খুত্তুনা
সনা তাংগ পায়তুনা করম দানবু তৌগনি,
পোইরৈ-লৈপাক অসিগী শংবান্নবা নোংদোন্দা
থাজ মঙান মক্রুবা মপু সনা মাইথোংদা ;
কোরৌ ফম্পাক লৈতেংবা থাসে থানিন নাইজবা
মপুং ফন—ফানস্থু থাজ মাইহিং মকাবা ;
লোইদাম মাগী মতৌগুম কবম মাইহিং থমগনি,
নখোং থম্বাল লকাদা কম্না নোকুপ চেংগনি ।
কোলোই মনি 'পরশ' থোইদোক্লবা মনিনি,
'কল্লবৃক্ষ' কৌবস্থু মপু সনা চরন্নি,
ফরো শেংঙো হায়রগা ইমান মমান্নবনি,
হংগৎলিবা অপুম্ব। ননাই ঐনা লানবনি,
অম্মুন্নদি ওইনমক য়োল্ল-কাদা ঙাকপিনি,
চরন মঙ্গলতুদবু খোরালবা ননাগনি,
নুংথিন চাকপা মৈরিদো থাংমৈগুম্না ঙানদেদো,
অতুম্নদি ওইববু মৈশা মাংবা নত্তেদো ।
মপু সনা চরন্দ করি লৈত' অঙম্বা,
তৌবা ঙম্বা ঙাক্তনি প্রজা মকোক ওইরবা ।
মখোই মনি থুংব্রগা পুক্কে ময়েং তাবনি,
মপুনদি থব্লাই ওহ প্রজানদি হকচাংনি ।
পুক্লিং হকচাং পুনবনা মপুহ মঙ্গল ওইগনি,
ঐদি-ঈ ওইবনি লম্নানবদি প্রজানে ।"
পোইরৈ লমদম অসিগী শজিক থবা ওইরবা
মাগুম্বদি কয়াগী থমোই লৈরাং নিংথিবা,
রাহৈ লৈরাং পরেংনা শেম্না শানা লেংতুনা,

লৈমী লাতৈ খিজুনা লৈওং অমা তাইরা,
মপু সনা চন্নন্দা খুংসেম লৈরাং কংথরে,
লৈরাং লৈনম অতুনা সনা কোম্নং শিনথরে

৬

খাবা উলেন নংতুনা শাংঙমদবী লৈরাংনি
'উনগী মমৈ ওইরক্লে' খল্লুবদি শিঙেঙননি
'মালং মকোই অশংবা কুমগী নোংবু হৌরক্লে,
খাবা উল্লেন খমখ্রনি বসন্তম্নু ওইরক্লে,'
হয়াওজরুই মুজাদো লৈরাং এনিং চোংগনি,
ওস্লোকপগী কুমদানি মুরা লাইবক থিবিনি ।।
নিংথম কানদি অতুদা মুজা মাগী মাইকৈদা,
উফুন থোকপা পুম্বদো লম্বী লম্বী খুদিংদা
লাইজ থিক্লেন থরনা উফুল তুদা মফারে,
লাইজ শরুক অয়াম্বা উল্লেন অমুক ওনথরে ।
উল্লেন অমুক হন্দুনা শিঙেঙন থক্তা তাররে,
মপু লৈকোননুংতুদা লৈরাং য়ানা লৈথরে ।।
কোরৌ থক্তা কাখ্রগা অম্নুম অম্নুম ইংখিবা,
সংবান-নবা অঙিয়া মালং ইংনা শিংনথা,
থোকখিদরে অতুডৈ মুজা মাগী কাদদি,
অরাবতুম ওইখরে মপু কোনবু অতুদি ।
সনা সংগাই মুংতুদা কেয়ার মোস্তেক থক্তুদা,
লোইদাম থাবুম কয়ামুক লেল্লক্লেদা মতোমদা ।
মুরা মহাক থকতগী লৈপাক য়াথোক ওইরকই,
থহু থন্থরুবদা মুরা মৈগুম শারকই ।
তুম্বা হিপ্পা য়ারক্তে থমোই লাইয়ুম কাইদোই,
চাবা থকপা চংখিদে লৈরাং মাইহং কায়কই ।
নোংমৈ কোরৌ মুমিংতা মুরা হিপ্পকমদগী

অহিং তাংলৌ ওইবদা সংগাই ওম্নাং চান্দগী,
সংগাই মাঙ্গোন তান্নবু নুরা ওইবি থোরকলে,
নিন্দুং থাগী নিপান্নি পানবা থাজা থোকলম্মে ।—
লেংজদবী থমোইগী পাক চাওরবা লমজাওদো,
নুংশিৰগী নুংশিৎনা খোংন-লাওনা শিংলিদো,
মহৌশাদি কৌবিগী নিংথিজবা শক-তুনা,
মাইকৈ খোন্না চাকলবা লমজাও খাম্বী ওইদুনা,
মৈগী মৈমাং থারবা সজি অমোম ওইতুনা
লেপ্লে সঙ্গাই মাঙ্গোন্দা নুরা মৈশা লাংতুনা ।
মাইকৈ পুম্বা শিনখরে কুজা তুংফম লৈতরে
নুরা মাগী হাযতুনা মোংশোং অমা উদরে ।
পাম্মুবনা হুরবা নুংশিৰনা কোল্লবা,
হৈন—লৈনা থল্লবা পামেন মনা পুংলবা,
চীঙগী লোক্লুং অচিকপা তান্না নায়ৈ খোমফম্না
হৈকোন-লৈকোন খুদিংদা ৰসন্তগী কোকিল্লা
থাবুম তরানিথোইমক বসন্তনা পুতুনা
মপুং ফাৰা লৈবাংশিং খোইমু সঙ্গু ইন্দুনা,
যুগ-ন-খুদিং খুদংগী কবিশিংনা লাংনবা,
লোইনা উগে নিংবদা ওম্নদনা লৈখ্রবা,
পুক্লিং হুবা লৈবাক্কী নুংশিরবা লমজাওদো,
চীঙন তম্না তান্নবা, ফজরবা লমদমদো,
খাম্বী মৈতান ওইখরে লৈঙোই লমগুম চাকখরে,
চিংজাও নাপোম লান্দুনা মৈম-পুমঙাং ঙাংখরে
লমজাও মৈরী অতুনা সংগাই মাঙ্গোন পাইরক্রে,
নুজা খাংবা ওমখিদে লা—গুম-লৈ-গুম কাখরে,
কম্বী থক্তা ঙৌরবা লেম্রৈ ঙানা তৌবগুম,
কাংখম থরাক মমুংদা পোন্দা ভাবা চেক্লাগুম !

থাম্বী খাং—ঙমদবুনা চংখ্রে লঙ্গাই মঙুংদা,
কেয়ার থক্তা তাকাবে যাইরি পাবন ংকুন্দা ।।
শুম্ন থোইনা খাংবদা ইমুং মমৈ ওইরকলে,
নোংপোক ইচিক খোয়ুকলে তনিক তনিক ডাল্লকলে,
সংবা চরৈ ফীদান-নোংমাই লোইবী চীংদোন্দা,
লুপা-তাংগ তাংগু খাগেম্বগী কৈমাংদা,
মোংয়াংভম্বা-কনিংদা শজিক তোনৌ হুল্লকলে,
তাংলৌহুনী হায়বদা নোংঙাল্লমদায় ওইরকলে ।
মীচং মীথাই নাইদবী নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বী,
অচৌ পিশক যাইদনা সনা খুংনা নাওথেম্বী,
রায়েন—চৈদ পায়দুনা লেংসিল্লকলে ইবেম্মা ।
সনা যাথং ইমান “ইমায ইন্দু ইবেম্মা !
শিঙেঙন ইন্দু নহাকপু, লোইদাম কয়া ওইরকলে,
পাম্বু মৈবু খাংবদা তুম্না মচেৎ চারক্কে.
ইমুং ঙাল্লক্‌দোরে হাহাক পুংগোই পোৎখারো,
নুবা নংবু তাববা মাঙ মৈশা মুৎথৎলো,
ইন্দু হাহাক তুম্মুনে ইমাই কৈরা থকসিদা ।”
নিদ্রা মুত্তি পান্দুনা লৈরাং ওইবী ইন্দুদা,
সনা খুৎনা নান্দুনা ইন্দু থেমদে হায়বদা,
মখাকইদো নিদ্রানা লৈরাং মাগী কাহুদা ।
রায়েন চুম্বী ইমাগী সনা খুৎনা শোকপদা,
লৈরা ইন্দু তুমখরে ইমুং মমৈ অহুদা ।
শিঙেঙন পোখাবদরা নিংউববু ওইদবে,
নুরা থোইনা হেম্নবু নুজা অমুক রাখরে ।
নুজা খবেং উইববু উইবু উইথফাংতরি,
কোক্তা মোনগা অইনবা পুমতাবুদি তাদরি
খোমেন মঙবু মঙখরে নুরা মাগী-কাহুদা,

নুরা ওইবী অমনা হৈঙেও নুরা ইন্দুনা ;—
"লৈরাং ওইবী ইতারোই ! নুজা করি রাবগে,
নত্তা ঐগী কাতুদা করি তান-দমগে,
নুবা মাইথোং হাইগৎলু রাতানসি ইতারোই !
তম্ম তম্ম নুংশিবী কপ্তুনদ কান্নরোই ।"
তান-রাবম মঙন্দুদা ইন্দু মাইথোং হাইগৎলি,
"খোইনৌ নংবু কনানো ? নত্তা নৈনা হৌজরি,
রারোবিন্থ ইবেম্মা ! নুজা মাইথোং উবদা,
রাখল লাম্বা ফংদবে নুরা নংগী কাতুদা ?"
পাখ্রমচুগী মঙচুদা "কাওরারোইবে নুংশিবী,
লৈরাং ফৈদোম অমদা শিঙেঙন হৌমিন্নজবী,
শিঙেঙন মউ পিব্রিগৈ লৈরাং চারা ওইরিবগে,
কামিন্নবী নত্তানি, নারা মতম ওইরিবগে !"
লৈরাং ইন্দু নিংশিংগে নুজা মাগী কাদদি,
মালু খুনগী মরুপ্তো ঙকউরেদো ঙাহাক্তি,
"চাইমাইপেম্মা ! ইতারোই ! কদোমদৈনো নহাক্কে ?
মঙঙম হাঙম করিনো কথরেদা ঐহাক্কে ।
মালু খুঙ্গংচুদগী পোইরৈ লৈপাক তান্নবু
নুজা করি থবক্কী লাকইবনো নহাকপু ?"
অসি হায়না মঙচুদ ইন্দু চোংসিল্লকুনা
ইন্দু মপী তাথরে, মতায় ঙকত্তা কেন্দুনা,—
"মতম অম্লক্ক কুইববু উন্নদ্রবসিদদি,
মপোকসিগী উম্ননি নিংউদরে ঐহাক্তি ।"
অম্নুম কপ্পরকুনা রারি কয়া শানরে,
মথং মথং শাম্নরে মঙতুদা হুংনরে ।—
যাত্রা কৌবা গপানা ইন্দু মাবু পুখিবা,
পোইরৈ থক্লা লৈরকপা মালু খুনবু থাদোকপা,

মুক্তা মাম্না য়ারকপা জৈপাক্লেনা মাংখিবা,
মথং মথং শিংমরে মুরায় থৌদোক অপুম্বা
থ'লেন কাগী মথৈদি মুক্তা ওইবী কাম্নমে,
মত্তাতুনা হংবস্থু ইন্দু হায়দোকখিদরে।
ইন্দু য়েংই মতানা—"ইথং থংই ইত্তাও।
অতৈ পুম্বা খ'ঙ্গবে—নথং মপাও তমথৌও!"
তক্ক-তক্ক-হংবদা ইন্দু ইহায় হায়দোক্তে,
মতাতুম্না হায়দোক্লে মচেৎ অমা থাকহৌরে,
ইন্দু থুপ্প ওমদরে লোইম তক্কা হায়নরে
মতাং কযা কযাদা কৈরাং অনি কপ্পরে।
মংলাঙ্গানবী মতানা—"য়াম্না ফয়ে কদৌগে,
ইবুং গোপাম মানবু, ইত্তা। করি হায়রি'গে?
মানা তোৌবা থৌরাংনা মুক্তা নংগীদমক্তি,
য়ারে ফয়ে য়াত্রস্থ কৈম নিংথৌ কদৌনি,
লোইরবী পম্বাল লাম্দুম্না চেক্লাদৌগুম পাইখিনি।
'মাম্বু খুন্দি অতুদা ইমিং তৌবা পালুসি,
হায়ু হায়ু ইত্তারোই "তানরিউে, মগুতুদা
গোপাম লালা অনিদো চ'লকলেদো সঙ্গাইদা
নুক্তা ওইবী অনিদো লাকএ চাযনরে,
মপু সনা কোনুংনি চায়বোইনস্থ তৌমরে।
লালা য়েংনা ইন্দুনা—"কৈনে! ইত্তাও নংসিবো!
মপু সনা কোনুংনি মপু ফাওবা কিত্রবো!
মীনা উথ লাকথ্রগা করিনিদি চায়গনি;
ইমুং তাম্ন-চংগুকও, য়েংগুত্তা ওসি চোপকনি।"
মুরা পাথং মরিদো সংলাই মাংগোন ওইবাত্তৌ,
থোম্লেন মগুপাম লাম্দুদা ইথং থংনবোইমা তৌ।
'খাম্না কিক্কমাম্নে, ইত্তাও! লাকও চত্তুকও

করি তৌজরগনি ইমুং শোইবা লৈথোকও ।”
রারম অসি হায়তুনা লালা মাদি চংলকলে,
মতাও গোপাল অতুদি চংউ হায়বা য়াদরে—
“লৈবিরোনে ইবুংঙো, চংদ—চংবিরকওনে,
ইহে ! রাথোক অরনি ! কয়োসিদে ! মাঙেঙনে ।”
নুরা ওইবী অনিদি থক্কত্তুনা কৌশিল্লি
পাখং গোপান অতুদি চাওথোক্লুনা লৈথোক্লি ।
লৈরাং ওইবী ইন্দুদো নুংশা থিবা লোমখরে
নুরা মতৌ উরগা গোপান মচিন থোরকলে—
”লাইজ ইবুক খাইতুনা নৌনা হিবু পুবগুম,
ইথক পুম্বা নমতুনা রাকয়ৈ কামজাও হুনবগুম,
পাম্মু মৈনা নৌবু-ওই, মুংশি-হিরম ইন্দুনা,
য়ানদবা ইপাক্কী রাথোক ইথক নমতুনা,
ওসি কোরৌ অসিদা লাকইবনি নংগিদা,
নংনা কিরে হায়রদি চংজররোই ইমুংদা ।
নমুং লাংগিদমক্তি করি থোইনা রারুদে
নংগীদমক মাংবদা করি থোইন কিহৌদে ।
নতিক চাদে হায়রগা মাংজখিগে থাদোক্লো,
অতু মঙাই হায়রগা কিরুরনু থোরকলো ।
লাইজ শরুক কয়ানা মবুক থম্না চংতুনা
লৈখ্যা থেংনা লুপখ্রবা রাকয়ৈ মতৌ-গুমতুনা,
নুরা মংগী প্রেম-তুনা ইরেপ—ইপৌ থুমতুনা
লৈরুরেদো মালুদা লোইদাম কয়া লুপ্তুনা ।
সনা চৌঙগী মতৌগুম রাৎতরবা থমোইগী,
প্রেমগী ইচেন অতুনা তম্রিবদি অতুক্কী,
কনায় মতিক লৈবগে থিংগদবা মতুবু,
লৈম নিংথৌ পরমু খিংজসগু লখাবু,

চিঙগুম ফৈনা তাসম্মু তোকওইদরা থুমত্তুনা,
মাইকৈ মরি মক্তুদা চেনগনিদো থৈদনা ।
থৎকদবা কনা লৈ উরোইদবা কনানো,
মিকুপ খরৈ মন্থুংদা থুম্মোইদবা কৈদনো !
লোইবী পন্দোল লান্দুনা লাইজ মানা চোঙওকপা,
প্রেমগী ইচেন অত্তুনা ভৌনা চাইনা তারকপা,
ইরাওখোল্লা নুংশিবা উরুবদা ফজবা,
নুরা য়েংনিদববা করি অত্তক ফকইবা !!
কংলবদা তুৰবল্লা ইচেন তৎখরবদা,
শিঙেঙন করিদোননি ফজবদি লৈত্তেদা ।”
পোকপদগী ওসি ফাও ৱাহৈ অনি শুনদ,
নোংমৈ নুমিৎ অমতা মিৎনা কন্ন-যেংনদ ;
‘নুবা নন্থুং লাংগিনি মুক্তা করি হায়রিবা ?
ৱাহৈ মচেৎ অমতা মচিন্দগী থোক্তবা,
মিংকী মিৎলৈ তুদদা তাহবং মীরোন ওইনজ,
নুংশিবগী লংজানা থমোই লৈরাং পুন্নজ,
অত্তুগুম্বা নিপাদি নুংশিবরা মাহাক্কা,
ৱারৌ পুকলৌ ৱাহৈনা পাখং শাওরংনত্তনা,
মিৎলৈ নাসোল অমফাও খাংডমদবী মভোন্দা,
ভাংবিরকপা ৱাফমত্ত শিঙেঙন মানা তাবদা,
খোম্লেন মগুলানজান-তুদা ইন্দু পুমগুক ওকখরে,
মুক্তা মাগী থমোইদো প্রলয় মৈগুম চাকখরে,
থাসি নোংয়াই তরেৎনা মুরা তিন্ন মমথরে,
ইন্দুই থমোই অতিয়া নোংনা পুমকুপ কুপখরে ।
ইন্দু লৈবা ওম্মক্তে খুমখরেদো মগু তুদা,
“হবুং ওইবা—তাবয়ু, খনবিয়ুদা অমুক্তা,—
থমোই লৈরাং লৈকোন্দা নুংশি মন্দির শুমাংদা,

হৌজঙরবী বৃন্দানি উনা খাংপোক মখান্দা,
লৈরাং মনা কংগনি রাকচিং উল্লেন হি-তুনা,
থম্বিরকই খন্দুনা মতম অসুক কুইবদা।
নিংথম থাবুম চুপ্পদা বৃন্দামনা কংলক্তে,
মনা হেক্ক কৎপদা মাগী সেবা তংলক্তে ।
মীনা লাইনা উরমদে লৈরাং মশক খং ঙমদে
খাংপোক থক্ত- খনবনা বৃন্দা মপান থোকলমদে ।
বসন্তদি ওইরকলে উল্লেন খম্লে হায়তুনা
লৌথোকপিরে খাংপোক্তি শিররোইদি খন্দুনা ॥
পামেল লাইবক থিতুনা নোংদোল লাইজ মাংখরে,
রাকচিং থাগী মতৌগুম উল্লেল অমুক হল্লক্রে ।
মুংশি মন্দির শুমাংদা মতম কুইনা হিংসনু,
মনা অতু হেক্কুনা সেবা বন্ধান পুসনু,
বৃন্দা থক্তি অতুদা উনা খাংপোক খনবিয়ু
পাংদরবী লৈরাংসে মাংদনবা শেম্বিয়ু !!
বৃন্দা মাগী মঞ্জরী পাম্মু খুৎনা থৎপিয়ু,
মুংশি নাপ্প অনিদা নিংথিজনা থেৎপিয়ু ।
লৈরাং কংদনবনি নংনা রারৌবিখিন্নু,
শিঙেঙন মানা নিংবদি পাম্মু খুংজখিসনু ।”
মুরা মানা অমা হায় মবুংতুনা অমখুম,
মবুং ঙাইবা অমা হায় মুরা মানা অমুক খুম,
মমৈ থংদা হায়রক্লে মুরা ইন্দু কৌবিনা,—
“খংজদরে ইবুংঙো। নচন মুজা ওইবীনা,
অহিং লম্মাংনবদি ইম্মুং মৈরা য়াওরগা,
থামম্বমক ওইনসু ধ্রুবতারা য়েংঙগা,
পামু মাইকৈ লেপইদো, ননাও মাতু থোক্তরে,
মুংথিল লমাংনবনা ননাও উপায় লৈতরে ।

মপুই য়াথং অরেপ্পা অমতংদি তাখিসি
লৈপাক খোকথ্রবনিনা থংলেন রাখন তৌবিসি।"
হন্না হন্না হায়বদা খোম্লেন মংলান-ক্লান্দুনা,
গোপান মানা য়াখিদে নুজা মাগী কাপ্লদা।
ভাহাক লেপ্লে হায়রগা "লৈজহৌবো" হায়রুনা,
নুজা মতা অহুবু গোপাল লালা পুত্থনা,
হন্ন- মক্তা যেংঙমদে চৎখ্রে মহোয় অহুমদি
তিংক তিঙক লৈহৌবে ক্ষুজা ওইবি ইন্দুদি !!
"লোইবী চিঙদোল অৱাংবা লোইয়া চিং-শাং কাখরে-
নুরা মানা হংবদা মথং মথং হাযরক্লে,
কপ্প কপ্প তাল্লক্লে নুরা মথম্নতনা,
চিঙগী চিঙদোল অমদা যেংই ইন্দু কাত্থনা।
খুদৈ ফীশাং তাবগুম লৈখি লম্বী মশাংদি,
গোপান, লালা মতাগা উখিদরে মহোয়দি।
পোইরৈ রোমদা য়েংবস্থ লমদম য়াম্না তামহৌরে,
মালু খুঙ্গং য়েংবম্ব লৈচিন ভৌনা তাখরে।
নুরা মদোম মঙাইরে, লমাংনরে হায়হুনা,
শিঙেঙন ইন্দু কপ্পকই মাংবু তুংবু যেংহুনা !
কন্না কৌসি কিরেদো লাওনা কপসি ঙমদরে,
হিক্ক-হিক্ক কপ্পনা নুরা সোর যুল্লক্লে।
নুরা মাগী মঙহুবু লৈরাং মানা খনখিদো,
"মঙশিং ওইরম্নবদি ইন্দু রারোইদনিদো,
খোম্লেন মিকপ থোক্লগা ঐগী রাবা কোক্কনি"
নুজা মানা রারম্বা করি প্রমাণ তৌগনি।
নুরা মানা হিপ্লদি সনা য়াহমৈ কাদনি,
লৈরাং অনি অহুগী খৱাংনা থাবনি,
সিনৌ লশিং তীনগুম্না য়াহারি পাবন থক-তুদা,

নুজা য়াত্তামিন্নেদো সনা সংগাই নুংছদা।
মঙবু ওইনা কপ্পনা নুজা হিক হিক লাওববু
তারে ঙাহাক ওইরনি মজাইবেম্মা ছুনবু
"ইতা ! ইতা !—কবিনো; ইন্দু ! ইন্দু ! তাবরা,
ইন্দু কৈদোরবগে !' ইন্দু তাদর্ব্বিরা।"
ইত্তা হায়বা চৎনদ্রে "ইন্দু ইন্দু" হায়তুনা
নৈরাং ওইবী হৌগৎলে সনা খুংতি অতুনা,
কাংখন থবাক হাইদোক্রে—"ইন্দু ! ইন্দু" হায়তুনা,
হৌদোকউবে মতানা ইন্দুই মশাপায়তুনা!
নুজা খুম্বা ঙমজদে ইন্দু মীকপ থোকখরে,
মোলাং শাইনোন অনিমক পি-ন পুমচোং চোৎলম্লে
ইনুং থরো নদোংগুম মাইথোং থাজ মানবীদো
মঙদা কপ্পম্বতুগী পীতুনস্থ চোৎলিদো।
"করি তৌরবগেনে-ইন্দু করিগীনোনা"
নুম্মা হংনজতুনা ইমুং লেল্লি অনিনা।
নুরা লাইবক থিবিদো রাবা ঙমখৈ নৈতরে,
নিঙ্গা কৌবী মা-মক্লা ইংহনববু ঙমদরে।।
"নুরা মুংশি থোইরবী ইতা' ঐনা কপ্পদো,
খোম্লেন মাংলান জান্দুদা পলেম ইমা উরুইদো !"
য়ারম সুম্না থৈতুনা ইন্দু মানা লীজরে,
ইনুং ঙাল্লে হায়রগা মঙগী-মঙ-ওং হংনরে।
মথংলেনগী মরমদা কনাদস্থ হায়দোক্তে,
মরুপ কনা অমনা ইন্দুই মবুক থংনদে।

৭

শিঙেঙম ইন্দু কৌবিগী মুংশি মরা অতুবু—
লোইবী থক্তা তারবা লাইজ শরুক অতুবু,
মবুক শিংপা লোক্কুংদা মতম থম্ন পামবগুম,

পন্দনদি লৈরুরে লাইজ মতৌ অতুগুম,
নোংমৈ কোরৌ অমদা সনা য়াথং তৌরক্লে,
মঙ্গুং ওইবা মথৈদং তানসিদি তাকপিরে ॥
সনায়াথং তুংবু ইন, অচৌ মথৈ তিনখরে,
ইন্দুই কাদা মকইবা অঙম মথৈ শুরক্লে।
ঙসি তিনবা পুম্বদো পোইরৈ ঙম্বা ঙাক্তনি,
মপুই চরন অতুদা মনিংশুম্বা মক্তনি।—
পোইরৈ সংনা নিংথিবা লৈময়োন্দা লেপ্তুনা
মাইকৈ মরি যেংবদা মিংনা কোইনা লৈদনা,
মৈতৈ মাইকৈ মরিদা লোইবী চিঙনা পঙঙাকপা,
চিঙন—লেম্না উতুনা লোইবী মথৈ নিংথিবা
নিংথিজরে অতুগুম লেম্মী অঙম মথৈনা,
পরেং কোইনা ফমখবে মপু চরন ঙাইতুনা ॥
সবং কোবা ঋতুমী নিংথিজবা লৈতেংনা,
মালেম মপুং ফারবা উনাশিংনা পুম্বনা,
সংনা পানবা মৈতৈগী নোংপোক থংবা লমদমদা,
কৈগাক তাবা উদয়া-নোংমাইজিংগী চিঙদোন্দা
হুন্দোরকপা কোরৌগুম লেংথোরবলে মপুদো,
কোরৌ মঙান অতুদা লেমখরেদো সভাদো।
কোরৌ মশেক সনানা পোইরৈ থক্ত-তাবগুম,
মপু সনা য়াথংদো অমৃতনা থুম্বগুম
শিঙেঙন ইন্দুই মরাদো হৌদোরকলে ময়ামদা,
পাংদবদি নিপাগুম নিজ-খোচ্চ রাহৈদা,—
"মমাংঙৈদা লাইরবী তোল্লবীদি অমনা;
ঐনা মালু খুঙ্গংদা লৈরিঙৈদা মহাক্লা
ইকাই ইকি হুন্দোকই ইমায় সেবা তৌজখি;
লুথোং কোক্ত খোংতুনা কৈথেন খুদিং চেঞ্জখি,

পোইরৈ লৈপাক অসিদা ঐনা লাকপা মতমদা,
লৈহৌরেদো মুপীদো মালু খুঙ্গং অদুদা ।
লাইররবী মহাক্নী লমন শিংবা ভমদরি ;
ঐগী ইপোক অসিদা ভসি ফাওবা কাওদরি ;
লৈরাং মতম ওইরবী লাইরবিদি মহাক্নী
মমোম 'মগা লোইননা ঐখোয় খ্বাইদি পুম্বগী,
হৈরাং লৈরাং থিদুনা ইষ্ট সেবা তৌরকই,
মপা মমানদৌগুম 'খোয়বু লুনা নিংভকই ।
মতমনসু য়াখিদে হম্ন য়েংবা ভমখিদে,
অতৈ অমা খনখিদে অতৈ'মগী ব্রাখিদে,
ঐখোয়দবু কৌদুনা কপহৌইদো ভন্দুনা ;
খুবাক লাইখন শাদুনা পোইরৈ সোমদা পাংদুনা,
ঐনা কাওবা লৈতরি অনিদুনা লৈহৌবা,
তাঞ্জানদি থোকখিদা মমা মচা ব্রাহৌবা ;
মৈতৈ লৈবাক অসিদা ঐখোয় পুম্বা য়ৌররে ;
ঐগী 'ব্রাবা লেল্লগা মখোয় 'নিবু কাওখরে ।
সমুনদি ভাইথিদে নিংথৌ ঐনা ভাইখংদ্রে ;
নোংমৈ কোয়ৌ অমতা লাইরবীবু নিংশিংদ্রে ॥
গোবিন্দগী কৃপানা নিংশিংভকপা মতমদা,
লৈরমদরে অনিদো মুঙাইজদ্রে ইবুঙ্গো ;
লাইরবীদি মমাগা মমোম লৈরাং ওইবীসু
কোয়ৌ নোংগাথিরম্লে হৌথিরম্লে মাহুসু ।
লাইরবীদি অদুগী মমোমদুনা পোকপনি,
শিঙেঙন ইন্দু কৌবিসে মুজা মাগী মস্থনি ।
চহি তরুক খুবদা মৌপ্রাসিগা অনিনি,
যাত্রায় তুংবু ইল্লকপা ঐদি ইঙক ভকপনি ।
মপায় মরুপ ওইবসু মানা উহৌদবনি,

মমায় মরিয়োমদমু মাদি পোক্ত্রিরৈদেনি।
মপোকতৌস্মু উন্নদা মতম খঙ অতুদা,
যাত্রা কৌবা মহাক্না উনরুবমক্তদা,—
'পলেম পঙ্খৌ অ'নগী তিম্নরকপা ইপানি,
ঐদি সিনা মুংঙাইনি ইপায় তুংবু ইন্ননি'।
ব্রাখনসিবু করম্না অঙাং মানা পোক্লকপা
যাত্রা তুংবু ইন্দুনা পোইরৈসিদা থোরকপা!
মাবু উৰা মুমিত্তা, ঐগী পুন্সা নিংশিংখি,—
'লমন থোইহল্লগেদো নংনা শিংগে ব্রারপখি,
ঐনা পুরক্লবনি সিদা শিংলো হায়তুনা,
লাল্লবোইরে মহাক্না ঐগী সিদা পুতুনা,
ইন্দু মচিন মৌপ্ৰানা মথোই মরেপ লাক্তুনা,
লাইরবীদি মবেম্না মাবু পোকপী মমানা,
থমজরম্বী মরন্দো লোইনা ফংজখিসম্ন,
হরি মাগী চরন্দা ভক্তি 'লজ' ওইসমু'।
অসি খল্লুবদগী মৌপ্ৰা ঐনা কোনবনি,
ইন্দু কৌবী মাবুস্মু ঐনা যোক্কে নিংবনি;
যাত্রা মানা য়োকখরে তৌবগীদি অন্সানি,
খল্লুবদা ঐগীস্মু অব্রাবস্মু অমনি,
লৈপাক পুবা অঙম্বা নগোয খ্বাইনা যোকপিযু
অফ-ফত্ত পুম্বস্মু নখোয খ্বাইনা খনবিযু।
পিদোন পাদোল্লবীনি অসিমস্মু খন্নসি
পোইরৈ লম্নদম অসিদা কনা লৈবা থিবিসি।
লমজা অতাক্লতুনা লাক্লবনি অসিদা,
থব্রাই হিংনি খন্দুনা চংজবরে ঐখোইদা।
অরান অচুই কোনাইদো কোকপিখিসি ঐখোয়মা
ওক্ত-শিংদ পুমবু ব্লায়ক-ব্লাঙেম তৌতুনা।"

ইন্দু মাবু খনবদা লোইনা হুপ্প-মুংশিনৈ,
ব্রাখল অমা তৌবদা ঙস্বাশিংদা থাংচপ্পে।
যাত্রায় কাদ খল্লগা পাযম-মুংদা পেন্নদে,
হৌমিন কা মন্নরকপা ঙস্বা কনা য়াওরমদে।
মপুনদি পামেল-ওই উরি ওইবা যাত্রানি,
হৌমিন কামিন্নবকপ মপু মনাই অনিনি।
মানা মনিং তৌজবা মাহুদবু মুংহোইতে,
'ঙস্বা মযাম অসিনা কল্লক্তবা লেখিদে।
নহাইগী প্রেমহুগী মপুগ থৌজান অতুবু
হুবু অমুক ওইরবে যাত্রা মাগী কাদবু।
থাপ্প য়েঙও নিংথিবা থুদোং থিবা লাক্তগী,
লাইজ মানা তৌবগুম 'ঙস্বশিংগী চিন্দগী,
লাইজ ঙম্ন-ন্দুরবা ব্রাহ্ম মক্তা খন্দনা
মপুগ চরন অতুদা হংগৎনরে খ্বাইহুনা—
কনা 'মনা হায়রকই—"মপু চবন হায়বদি
গঙ্গা কা তীর্থনি পোহরৈ লেপাক 'খোইগীদি;
ব্রাহ্মণ-বৈষ্ণবতগীনি খুংগীস্ত ছাইওননি,
স্নম্না ওইগে তাকপিবা মপু চরণ ইচছানি।
সনা ওল্লু কৃপানি নিংবা থৌবা মপুনি,
চরণ য়ার' সনানি স্পর্শ কৌবা মণিনি।
অতুম অতুম ওইবদা—নিংথৌনদি গুরুনি,
তমদনি-ঙাহ লৈত্রবা প্রজাগীদি ধর্মনি,
কায়বা-য়োনবা পুষ্পদি চরন্দনা ঙাকপিনি,—
মচা শরু-যোৱবা যাত্রা মগী হন্দুনি।
গোপাল মানা নবুংনি ইন্দু কৌবী মচননি,
পোকপা পোক্তে লিজ্জার সম্মানবদি ওইরিনি,
পোহরৈ লেপাক আসদা প্রজা পুম্বা খংনব্রি,

মচিন মৌলা হায়ত্থনা থাংগৈ শেংনা উনরি !
অথংবদি থরদ—মীনা য়াম্না ঙক্কনি,—
অরাংবদা শাৎপনা খ্বাইনা উবা অনিনি ।
পোইরৈ লমদমখিনি অসিত্তগী রাবনি,
কাচিন কোয়া ওইরৈদি 'ত্থনা থৌজান অমনি ।"
কনা 'মনা হায়রকই-- "সনা চরন কৃপানি,
লাইবক্কীদি থিগ্রবী শিঙেঙন ইন্দু মহাক্কি,
মণিগুপ্বী মহাকপু কোলোই মিংথোন থিহনবা,
লালা মাগী থুজিন্না কয়া নিংঙমদরবা !
করম শাগৈ অমদা পারোন পুরোন কৌত্থনা
করম দানবু তৌগবা 'খোয়না করম নমত্থনা ।"
কনা 'মনা পাঙওকই—"মপু সনা কোম্নুংদা,
করি রাখল লৈরিবা—মক্রু-লৈরাংলক্লিদা,
মিংথোন থরে মহাক্তি, থম্বিরিবা সিমক্লু,
চরন' খনবিফবরা ? মতাং 'মনি সিনস্থ ।
ইরৈপাক্কী গুরুনি মপু সনা চরন্না
চৎচবনি প্রজানা 'ত্থগী ফীদম ওইত্থনা !
মপুই মতৌ তমত্থনা চৎনখিনি খ্বাইসিনা,
সনা হাক্তক—ত্থগীনি ভাংনগত্রা জীবনা !!"

× × ×

চিঙগী মচা তুরেন্দা মপাম লোক্লুং অত্থদা,
লীন্নাশিংনা লৈবনা লাইজ মবুক মম্নুংদা,
তাংজ-মছু অত্থগা তুবি মহিক মখৈনা,
লাইজ লক্তা-য়াওরকপা লাইজ হুবু ওইত্থনা
অহাংবদা চেল্লক্লে লাইজ মপান থোরকই,
কোরৌ মঙান ফংলকই, মালংবনা য়ৈরকই ।
লাইজত্থদা তিল্লম্বা হুগী শরুক মাংখিদো,

কোরৌ মালং অনিদা লাইজ মচু চমইদো।
লুপা মচু মান্দুনা থুম্লক তম্না চংলকই
লৈরাং হৈরাং কযাম্ভু তুরেন মানা যোক্লকই।
থব্লাই পানবা য়োক্লম্মি মমাই মথা পাংথখি,
মপুনসিগী মমৈদা সমুদ্রদা তিঞ্জখি !
ইন্দুই মরা ঙাংনবা লেপ্লবনি লোইরক্লে.
মপুই চরণ অহুনা মালং নুংশা ওইবিরে,
চিঙদি ওইবা অঙম্বা থম্মোইদগী হৌরকপা।
য়াথং লাইজ হু-চেনবা হায়দোরকপা রা-পুম্বা,
রাগী ময়াক লৈত্তরে.অফবতা ওইথরে
প্রজা য়োক্লবগীদি লাইজগুম্ন-ওনখরে।
মুক্তা লৈবা শাশিংনা ময়াম পুনা চৎপবু,
লোক্ত-তাহদা পনববু শমু খুরৌ চেনববু,
অকুৎপদা কুমথবি মনম থোংবু শাবিনৈ,
শমু অমোমশিংহুবু মনম থোংদা লান-ননৈ ।
খ্বাইগী মাংবু থাহুনা সৌবু লাংবু কাইবিদো.
অম্রাববু কোক্লবা হোৎনমথৌ ওইবিদো।

৮

চেক্লাচাদি নোংগৌবী রাশা থক্ত তোংহুনা
নোংদোন লাইজ ঙাইজবা ইঙাই থকপা চেককুম্না,
মপুই সনা চরনবু লৈজবগি ঙাইহুনা,
মহারাণীনচিংবা মচাইবেম্মা পুম্বনা।
দরবারহু লোইহুনা লেংশিল্লক্লে মপুদো,
চংনথরে অয়াম্বা থোগন লাংগন পুম্বদো,
মাগী মাগী লেইশংদা মপুই থোগন তৌক্লবা,
দরবার অহু লোইবদা ইংখ্রে কোঙুং অপুম্বা।

লোইশং লোইশং খুদিংদা ওনশিন ওনশিন কমত্নুনা
ইন্দুই ৱারী শানখি পুক্লিং হরাওনত্নুনা !!
শরৎ থাগী অহিংগুম ইংন ওাম্র-কজরে,
সনা কোম্নুং মন্নুংদা নিংবা পুম্বা থুংনরে।
কৌরৌহনবা লাইনিংথৌ অঙান ফিরুক খুমখরে,
মহৌশাদি কৌবীনা অমু'ফীজোন থোনখ্‌রে।
থুৎতা বর্তি পায়ত্নুনা সন্ধ্যারতি কৎখরে,
কংসি মখোন লেপখরে, শরিক খোঞ্জেন তামখরে।
সন্ধ্যা মতুং অত্নুদা লেংথোরক্লে তুমিন্না
মহারাণী মথন্তা থৌগন লাংগন য়াওদনা।
নোংপোক মাইকৈ রোমদগী চিঙন-লেম্ন থাজনা,
নোংচুপ থংবা চিঙজেংদা লৈশিনখিবা 'তুগুম্না,
মপুই সংগাই কাজাওদা চংখ্রে মহারাণীদো,
থাজ-থবা অনিনা ভাল্লে সংগাই মন্নুংদো।
মপু সনা চরন্দা-ইচিক তাম্বা খোম্ফম্না,
পিক্ল শেংবা খোম্থোক্লা মাইকৈ ফাব-ঙমদনা,
ইন্নুং ময়াই ওইবদা লমজাও খোম্থোক ফজবী,
চেক্লা মানা খোংবগুম ৱাহি চাদি নুরাবী,
হংজরকই লৈমনা শিঙেঙন ইন্দুই মৱাবু,
মপু সনা চরণগী থাজ নোংইন ওইনবু।—
"ওসি কোরৌ নুমিত্তা মপুই দরবার লেংথোকপা,
শিঙেঙন মাগী ৱাফম্বু করি হায়না তাখ্রবা?"
মপু সনা য়াথংদো—"মঙ্গল ওইরে ইবেম্মা,
য়াবিখরে লৈপাক্লা শিঙেঙন নমোম ইবেম্মা,
লাঞ্জদবী নচানি ঐস্নু মীস্নু খংবনি,
হান্দক য়েৎপা কাংবুসে য়েৎকে হায়না য়েৎপনি।
শিঙেঙন মাগী কাদবু কনা নুংশিরোইদগে,

মামুক নিংথিজববু নমোম কনা য়াওবগে,
যাত্রা কৌবা নিপাবু নংগী ঐগী কাসিদা
মনিং তৌই হায়দুনা মুংঙাইনদে মাসিদা।
মাদোমদদি তৌদনা গোপান মাগী কাদুদা
চান্দক মতাং অসিদা যেংলবনি ইন্দুদা।
লাওরিবদি কৌবগী পন্দ' যাদ পনবনি
নিংথৌ কৌবা ঐহাকসু খন্দ য়াদৈ খনবনি।
অচুম অবান থিদেদো লৈপাক তৌর লান্নিদো,
লৈপাক প্রজা কৌবনা নিংথৌগীদি লন-নিদো,
মখোই মপুক পেন্নবে, গুম্বা পম্বা হবাওরে
ঐনা নিংবা থুংঙেদো ইগা লুহোং শোইদরে।—
কোরৌ থক্ত পাইবনা মালেম থক্তা তাবদি,
হৈরাং লৈরাং ওইবগী ওইনৈ নাপুং ফাবদি,
লাইজ লিক্লেন মাগীদি গুণ-নি নিংথিজরবা,
গুণবুসিদি চেনবগী কয়া লুনা নিংনবা।
লাইজ মাগী শরুক্তা থৌদুলেনবু ওনখিদা,
কবিগুম্বা মতমদা থাবা উল্লেন ওইখিদা,
পৃথিথক্তা তাদুনা হৈরাং লৈরাং মাংহন্দা —
পুক্লিং পেন্নগদনো কয়া মতম পুম্বদা।
হৌনমাল্লে ইবেম্মা তাইবং পানবা অসিগী
কল্লক য়েরু মিতাবা মীওইবনি মপোক্কী।"—
"করি ওইনা য়েংপগে মুরা মাগী কাদুদা"
হৈরাং মচা তাবগুম হংই মপুই চরন্দা।
মহারাণী য়েংদুনা মপু সনা য়াথংদো,—
"ওহোকপনি ইবেম্মা, লোইব-মখে হায়নৈদো;—
লৈরাং ওইবী মহাক্তি যাত্রা মানা লাংগোল্লে,
লৈপাক্লে কৌইনা পলেম শক্তা নাওয়োক্লে।

ধর্ম্ম কর্ম্ম লাইরিক্কা হায়রি অসি অসি লৈ,
দেশ কাল পাত্রগী চৎনবস্ু কয়া লৈ।
ব্রাহ্মণ সুম্না লাওইদো ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব কয়ানি,
ওসি দরবারগী মীয়াম পূম্বা মীচংনি ।
বিধি মানা শেম্বদা লেরাং লৈপুল্ল ওইবনা,
য়ানরকই মমৈদা লৈপাক মীয়াম পূম্বনা;—
'য়োকপনা ভাক চৎনদে, হৌনবগী মথক্তা,
পিনরক্তে ইন্দুবু যাত্রা মাগী মথুৎতা,
পিব-য়াবা মীনদি,— থোইনা বেরা লৈরোইদা
কাইবা লৈত্রে' হায়তুনা তানরকই মমৈদা ॥
সংসারগী মনুংদা শম-শুম কুপ্প-মরিনি,
হরি' কৃপা তৌবিরে ইন্দু—লুহোংলগনি ॥
উফুললক্তা তারগ্ সনা পোশক খুম্বিনি
লাইর-খাংপোক শংদগী সনায় থম্বাল ওইবিনি।
মাবু পোকপী মমানা মমা পোকপী মবেম্না
কাওবা ওমদে ঐহাক্না তৌবিখিবা মখোইনা ॥
ব্রাকচিং উল্লেন মতমদা থাসি অহিং অমদা,
শিংজা মচেৎ অমনা য়াম্ব-মমল কয়াদা,
বর্ত্তি মথাক অমনা লমদম কয়া ভান্নবা,
লমজা ওইবী মহাকপু ঐনা করম কাওসিবা!—
করি লৈতবনিদো চৈতেক মচা অমনি,
পাঙ্গন কনবা নং ঐগী করি কান্নরুগনি;
চৈতেক অতু পাইরগা মানা লম্বী চিংবিদো,
লাইজ ইপাক লানবদা অথেন অরু ভাকপিদো;
যাত্রা হায়বা মহাক্তো করি লৈত-নিপানি
ঐগী ইকা থোকপদা মাম্নু বাররুলবনি।
রামিয়রক্লবনি মখোইঙিগী ভাঙিদা;

পেল্লরাগ ইবুকসি হাংক মত্তাং অসিদা
লমঙ্গা মবুক পেল্লবা ইচা শক্লা থাজসি
নংগী ঐগী ইপোক্কী ধর্ম্ম অমা ওইহোসি ।
লৈরাংসিগী কাসিদা ঙমদ্রবদি ঙমদরো
ঙসিদগী হৌদুনা হস্বা মখৈ লাঙংবো ।
নংনা ননিং থুংনবা ডুগা অমুক খন্নসি
ঐনা পিনিং মহৈস্ম তাক্ক তাসিন তৌনসি ।
নখুৎমক্না লাঙংকো মীনা কৈবা থাজদে
ঐনা পোকপা ইচানি মসি নংনা কাওফদে ।।"
শিংঙেন মাগীদমক্তা হ্রাবম অসি তানরে
ইন্দুইদমক হায়দুনা থৌরাং তৌনি হায়নরে ।।

৯

সনাথোক্কে মনিংনি লুপা থোক্কে মবুক্কি
তৌনিংবদা তৌরিবা মনিং তৌবা নিংথৌনি ।
মণিপুর কৌবাদ পোইরৈ লৈপাক অসিদা
সনায় মথক থোংলবা ভস্ফা ওইনা লৈজৈদা ।
শেম্নিংবদা শেমখরে শিংঙেন ইন্দুইদমক্তা,
চাম-চাম খুজিং ওই অউন পোত্তি লাঙৈওদা,
মপু সনায় য়াথংনা লোন্না কোংনা হায়খরে,—
"ঐনা পোকপা ইচানি ইমোম লুহোংবা তারে,
ঐগী লৈজ মথৈনা মনিং থুংনা শেমগনি
সনা তাংগা পিগনি লুপা তাংগ পিগমি
কন্নি থাকপা লৈয়রোই শেৎপা য়াবা য়াদবা,
ফীগো ফীরাং থাক্লরোই লৈমজিজৈ হৌনবা,
ঐগী ইমোম অসিগী মতিক চাবা তৌরনি,
অইন মথৈ লৈন-তৌ লৈত্তমথৈ লাংলানি ।"

নৈমা নিংথৌ ভানরে অঙম অথৌ তিনখরে,
নিংথৌমচা অমগী লাংবা হৌন লাংখরে,
মনা খোংনেৎনখরে লুপা ফীদা ওইনরে,
পোইরৈ লৈপাক অসিগী কুম্মৈ অমা ওইরক্লে।
পোইরৈ চীঙদা তোংইবা হাঙগী হাওফী য়াওরকই
মীরৈপাক্কী চরৈনে পোৎকী পোৎকী মুরকই।
যাত্রা কৌবা অঙম্বা নিংথৌ ঙাইওইনখরে,
হয়েং কোরৌ মুমিত্তা ইন্দু লুহোংগদৌরে।
যাত্রায় মাঙ্গোল খেঞ্জংদা বোর কাংবু ফমখরে,
ইন্দু লমজা মৌপুরা বোর বার্ত্তণ তৌরুরে !!
ঙসি অহিং অতুদা হরাও কুম্মৈ তৌখরে,
শাবী শানৌ অপুম্বা নোঙ্-খেন লেপ্লরক্লে,
ইন্দু মাগীদমক্ত হরাও কুম্মৈ তৌখরে,
ইমুং শোইবা অতুমা চাকচা-হৈজানখরে
হরাওবগী মথক্তা কয়ামুক্তি হরাঙরে,
মুরা মাবু য়েংদুনা কয়ানস্থ লংনরে।
হায়নরকই কনানা মুরা মাবু য়েংদুনা,
"ঙসি উসব অসিদি লাইখৌ চাক্তি" হায়দুনা।
"কনা নারুরেদনা"—অমনা হেক হংঙকই,
"লৈরাং ওইবী মহাক্তি"—কনা 'মনা খুম্মকই,
"কোরৌ অম্বুক কুইবসি মুংশি লাইনা চুরকই,
লাইথেৎ মতাং অমদা মুরা খম্মু থেংলকই,
তাংফম কয়া কয়াদা মাইবা মাইবী খুৎখারুই,
অয়ো মমুং হেনবনা শুমাং লাতা থারকই।
লৈরাং কুচু মাঙঙরে, মীগা লাইগা য়েংবদা
খোয়ুম মানা ভম্মুরে মুরা মাগী কাহুদা।
কংলা ফম্বাল লাংদগী শিদ হিদাক থুংলোইবা,

লাইব্‌ খোইৰা মাইবনা সনা খুংনা লাইয়েংবা
মুরা অরা পোত্থারে হান্দক মতাং অসিদা,
থংবিহৌরো ওসিসে তুগী লাইখো চাকনিদো”
কনা ’মন। হায়রকই—“লাইখো চাক্লি শোইদ্রেকো ?
লাইচুরোইদ্রা ঐখোইবো ঐদি কিতুম কিদকো ?”
লৈরাং ওইবী অমনা মরক থংনা লাওরকই,
মাগী মরা তাবদা ময়াম হৌন নোকলকই ;—
“লাইখো চাক্তি নত্তেকো দশা চাক্লি য়েংঙুদো
লৈরাং ওইবী ঐখোইদি ভাকথোক রাস্থ হৈতেদো.
শিংঙেন ইন্দুই দশাসে চুরক্ল’দি মাঙডেদো,
তরা-চরা অমগী ঐদি খনবু খল্লুদে,
থংলেন কায়ন—লাইচুবা শাবী শেংন-তিঞ্জবা,
অহল ওইবা তৌবিয়ু ওমজরোইবো চাজবা।”
ভাংঙকইবী মঙোন্দা লৈরাং ’মনা ওন্সিল্লে,
চিক্ফেন ফবী চেপ যানা শিঙেঙন মানা খুম্লক্লে,—
“রাবিরুনু লাইচুরোই শিংঙেন ইন্দুই কর্ম্মনি
অমুক লাকলরোইদবা ’তুগী সোরাং কুম্বনি।
পিঙেঙন ইন্দু কোলোইদো ইতারণ্ড··লৈররোই,
সেগা মাইগা হায়নবা অমুক হন্না তাগ্ররোই ;
ম্যাওহঞ্জনিংদনতুক মতৌজবা হায়ঙনি,
মতিক্কিদি চাজদে চিংনদনা হাবিনি।”
রাফম তুমা তারগা রাবু লাওনা নোকলকই,
খোইমু ওইবা কনানা লৈরাং লক্তে ভাংলকই,—
“করি রানো লৈরাংশা তিনফদবা লৈবরা ?
মৌগী কোলোই ফংখ্রেদি লৈরাংশিংনা শাওবরা ?”—
লৈরাং ওইবী অমনা—“করি কল্লকচরুনি;
মুরা কোলোই হাম্ববু মৌনা করি হেল্লুনি,

কোম্ন—তাগে ইনিঙনি লৈরাংশিংদি ইখানি
তালোই কোন্দা চনবদি মীগী মনাই ওইবনি ।”
খোইমু ওইবা অচুনা তম্ন'মুক্কা খুমনকই, —
“লৈরাংশিংগী মরাসে কোংগাই'মত্তা মচুমই ।
লমন ওইনা তোল্লবা মুরায় মথং মিংথোননি,
শিনৈদমক পোকপগুম, শাওকচুনা কমদৌনি—
ধর্ম্ম চেনবা কনানা ‘অরাববু কোকচগে,
তাইবং মপোক লান্দুনা অরাম থুবম ফংজগে’—
মুরাশিংনা যোগীনা, লাইনিংবগুম নিংনরি,
লাইথোং থুদিং চংদুনা লৈপুন খয়োম লাক্করি ।
অপাম কাদা থুংজগে, লাইসোন ওইনা শোম্নরি,
মুংশি কাদা য়ৌজগে দুগী ব্রত তৌনরি ।
লৈরাং ময়াম তিন্দুনা ঙসি কোরৌ মুমিত্তা
শিঙেঙন লৌশিং থোকখরে য়াম্না চাওথোক্লরেদা;
নিংজদেদো ঐখোইনা সুম্না চৌনি হায়দুনা,
লৈরাংশিংগী মবুক্কি খোইমুশিংনা খংবনা ।”
“—খংবিরিনি ইবুংঙো ! —পাত্তা শাংপা থম্বাল্লা
মোংদে লোইবী থক্তবু লৈদো পাত্তা লেংদনা ।
লোইবী থক্তা তোংবনা কয় ব্রানা পাইনবা
খোইমুশিংনা চেম্নবা লেরাং লৈফম থিনবা !
লৈখোং খুদিং চংদুনা মতু ইপেন পোঞ্জবা
মপাঙ্গন্দি থোকচদা কোইরু কোইরু য়েংজবা
করিগীদি মত্তৌনো মুংবু মুংশি খন'বদি
ঙমজদেদো লৈরাংনা মীমুংশি'দু খাংবদি
লৈরাংশিংগী মিংথোন্না খোইমু মহাক থক্কীদি
কয়াদবু থিনবা মুংশি চাওবী লৈরাংদি ।
মীগীদগী য়েংবগী লৈরাংশিংনা মাংবনি

চাওথোকচৰা শাবদো কনাগীদি মাংগনি।"
শুন্না হায়না খুমমকই লৈবাং ওইবী অমনা,
রাকম অন্থ তারগা পাখং ওহবা অত্থনা,—
মালংবনা হুমদনা কবম লেনম চংপাগে,
কোরৌ মশক উদনা, করম থম্বান শাংপাগে
শিঙেওন রাঙাং তোইদবী তুমপক রাতা নোক্লিংবী
হায়রকইদো অমনা রাগী নাতৈ ফজবা;—
"লাংবন হিযাং খোংবান্ন কোক্কাই লুক্তাইনবদি,
লেন্মি পানা মচাগী অতুওম্বা কান্দদি;
কয়া ফজদমাল্লে হান্দক খোংবাল খসিদি,
খংনবদি পামজদে পামজরোইকো ঐখোয়দি।
হায়নরিবা লৈরাংশিং, খোইমু মাগী মরাম্সু,
ইতিন তিন্নদবনি মওং মতৌ পূম্বম্সু,
খ্বাইগী খোইমুশিংগীদি হৌকম ওইনে চিংথক্তা,
থম্বাল ওইবা মহাকম্সু হৌনহৌনৈ পাংতদা।
কলি কৌব যুগ অসে ওন্ন-তৈনরবনি
হান্দক্কীদি থম্বানসে লোইবীথক্ত শাংপনি।
খেঙ্গোং খাদা পোম্লিংই হংঙোই মানা সংলকপা,
ঐগী লৈরাং ওইরেদি লৈরাং সংগা তৌজবা,
খেঙ্গোংথক্ত কাথ্রগা লৈরাং মাগী ওইথিবা,
চিংগী খোইমু শা-পানবা মাগী থম্বাল খোকখিবা,
হান্দক্কীদি লৈরাংসে থোক্কে তুম্বা লৈরাংদা,
খেঙ্গোং খাদৈ হৌজিকফাও থম্বাল মপু হোংদ্রিদো।
চিংগী থম্বান মংাক্কা শাংলবম্সু হৌজিক্তা
মপু সনা কোম্নুংগী লিকলাই লাইজ পুথ্রিদা,
লেপ্পবনা লোইরগা মতাং তৌশিন্নবনি,
লৈপাক্‌মমাং অসিদা লেন্নগেদি তৌবনি।

লৈরাং য়াথোক ওইসনু মখোই 'নিনা সিনবনি।
হায়নিংদ'না তৌবনি হায়দোক্ল'দি চোপকনি
শিঙেঙন ইন্দুই উসবতি য়াযোং থোক্লে হায়তুনা;
য়াওহঞ্জনিং তৌবনি য়ারৌবিনু লৈপাক্লা।"
লৈপাক কুম্মৈ ওইনৈদো সঙ্গাই অতুক চাওবদো,
পোকখাইদৌগুম থোকখরে নোকপদনা নিনখিদো।
'মনা'মদা থৈগৎলি মমৈদা হেক তাসিনবি,
অমনমুক হেকথুম ইন্দুদবু লংনবি ।।
লমতা থাগী মাকমৈদা শজিবুগী থাজিন্দা,
লৈরাং য়াম্বা মাধবী-ললিতাদি লৈরাংদা
লৈরাং য়েৎপা পামেন থক মনানদি ইশং-শং;
পামেল মাইকৈ মরিদা অতিয়ানা মুন-শং,
লৈরাংনদি পুমঙৌ ঙৌ শংন-ঙৌবা মরক্তা,
খোইমুনদি ইমু-মু লৈরাং লৈকা থক্তুদা,
করি মনিংথিজনো শকফম অতু উবদা,
করিগীদি পুন্নলো মানা শেম্বা খুৎশেমদা
উনা লৈরাং খুদিংদা মালংবনা যৈরকপা
'মাগা মাগা থেংনবা জুম জুম জুম জুম হায়রকপা,
তোঙঙম্বনা পাইথোকপা কয়া'মনা পাইরকপা,
'মদা অমুক তোংখিবা খোইমুশিংনা ঙংঙকপা,
মতৌ অতুগুমতুনা শঙ্গাই পামেল থক্তুদা
মুরা পাখংশিংতুনা থনখ্রে অহিং অতুদা,
খোইমু লৈরাংশিংসিবু য়েংউবদা নিংথিরে,
মপু সনা কোন্নুংদো পাখং লৈরাং তিনখরে,
নোকপ খেৰ কুম্মৈনা ইনুংসিমা লেনখরে.
লৈরাং খোইমু পেন্নখি পুংজা কয়া ওইখরে ।
কোরৌ হেনবা লাইমিংথৌ অঙান সবোৎ হাপখরে,

ইনুং মমাই খিখরে সোরা নাতৈ কাংলক্লে,
নোংপোক চিঙ্খে কাচিন্দা কোরৌ সমাই থারক্লে
চরোই তেতু খোংলক্লে কাক্কা লাম্বাও চেল্লক্লে।—
কাংখোন খোইজা খোন্নৌবা ইনুং শোইনা পাইরুবা,
কোরৌ মঙান লাক্লিক্তৈ কাচিন কোয়া থরকপা
থোংগী নাতৈ কাংবদা কাঙলেন ভাঞ্জা অতুদা,
পাইসিন্নবা মতৌগুম ইমুং মরুম থুপ্পদা,
ইনুং শোইৰা কোইরুবা মুন্না পাখং পুম্বনা,
চংনখরে তৌজিক্তি মাগী মাগী কাহুনা।
কাংথোন য়াইবি পাবন্তক তেরা মোম্পাক থকতুদা
ইনুং মৈচাক কোক্লবা পোত্থানরি হৌজিক্লা।
"সেসে তারিবরনে! ইনুং শোইবা তুমদরে,
ঙাহাক তুমজখিসনু কোরৌ মতম ওইরক্লে।
চেংহি শম্বাল লাংনবা থৌরাং পুম্বা তৌবিয়ু,
লৈম্বাং মানা শেৎলুৰা চরৈশিংসি থুপচিল্লু
মীগা মীমান্নরোইকো লৈপাক নিংথৌ তিনবনি
মনিংমনা হেনখিনি মপীজানা লাকচনি।"
লাংনবগী লোইনরে, মতৌম্বুন্না তৌহুনা,
সনা লুপা লৈ ওইনৈ চরৈ ফীন চিংবনা।
মচা মনাই ওইৰনা পলেম পম্বৌ খিবিক্লা
লোইনা থৌরাং তৌরক্লে লৈরাংশিংগীদমক্লা।'
মপু সনা য়াথংনা হংবিরক্লে ইন্দুবু
সনা থৌগন সেলুংবা হৃজিঞ্জরে পাওহুবু,—
"মপু সনা কোন্নুংদা অঙম মচা মথৈনা
লৈরাং ওইবী ঙাকনা লুহোংবগীদমক্লা;
ভরাংদগী হৌহুনা তিন্নে মুরে খোংখোংনা,
মাগী মাগী লোইনবা থৌরাং পুম্বা তৌহুনা;

মিৎলেং চংই ময়ামগী ননাও বেশ্মশিংনা”
ময়ক-মরক অতুদা হুঞ্জিল্লি পাও তংতনা।
মহারাণী যাথংনা হৌদোকখরে নুরাশিং,
ইরুকরো হায়তুনা থোক্লুরক্লে লৈরাংশিং ॥

১০

নিংথৌবেনগী মশাহকোন মনুং পুখ্রি মপান্দা,
কোরৌ নুংশা লাংলবা পামেলশিংগী মথোংদা
ইনুং লিক্লা হৈনবী যাত্তি কৌবী লৈরাংনা,
কোরৌ মৈশা খাংবগুম নুরা ওইবীশিংতুনা
ফল্লি পুখ্রি মপান্দা ইরুগনি হায়তুনা,
ইনুং মিশেং খাংবগী মৈচাক অতু খাংতুনা।
চেক্লা শিবি চল্থখি পন্তক অনি রাংখৎলি,
ফমফম তনান তনাল্লি লাইজ তনিক তনিক্লি।
তিংথৌ থুংনা থারগা শেন্মি লম্বী মরক্ত,
হৈরাং লৈরাং খিবিক্লা হৌরি লমদম অসিদা॥
পরেং পরেং শেম্বগী কয়া রায়েন নাইনরি,
পামেল মাসু'তু মভাই থাংজো রারক মচারি।
চেকপন কোয়না থাবনা লৈরাং মপান রাংতেদো,
মপু কোন্দি ওইবনা পামেন মমা শামদেদো।
পুখ্রি লমদম নিংথিবা, মতম তুনা নুংশিবা'
হনা লৈনা শাংলিবা নুরাশিংনা লৈরিবা,
তৌ অমা ওইবনি মনিং তম্বা লমদল্লি,
পু কোন্দি ওইবনি অরাম কনা চংগনি।
রা.শিংনা লৈবদো কনা 'মত্তা উরুদে,
নিং মথা তৌরকই কনাগীসু খল্লুদে।
ম্বাল্লাংদা চওরবা মপু কোন্দা তোয়রবগ

চিংজাও খোইমু লৈপাম্বা খোইমু নহা খ্বাংজেংবা
পুথ্রিতুগী মপান্দা থুংঙরেদো খরনা,
পাখংশিংনা নোকপদো উঁত্রি মুরা কাঙবুনা।
কনাগুম্বী মুরানা উদা 'ঙানা ফম্মাম্মি,
লুখোক অনি খনবগী শম্লাং ইচাই চাইরম্মি।
মুরা পাম্বোম কোমগোম্না-খাংচেৎ ঙকথি চপ্লম্মি,
মনম লমথাং য়াওরমদে খাংচেৎ মনিং তম্লম্মি।
মনম লায়োন মানবীশিং পাগেল উগা তাইনরি,
থম্বাল মানবী মখোংদো মুবা পূমতিং তিংথোক্লি,
"ঐবু করম তাসিগে' খাংচেং মানা খাংঙম্মি,
থবাক ঙানফম লৈথন—চবৈ কোমগোম য়াল্লম্মি,
সমু খুৎকী শরুক্কা ফৈবাকথক্তা থারম্মি।
মুরা 'মনা মায়োক্ল উপ্রাক্লনা হিপ্লম্মি,
মুরা খুনিং অনিনা লৈপাকথক্তা শৌরম্মি,
খুৎনা খদাং শৌতুনা খুৎশ চুবা ফারম্মি।
খাংচেৎ খোংখা ফীবাম্না খুবোম থুংদে কুপ্লকই,
খোংথক ফিবান মখেনা চবৈ কোমগোম তারমই।
অথাপ-পদৈ য়েংবদা তুমিন ফম্বোই মনিংনৈ,
ঙাহাক ঙাহাক লৈরগা হাইফেৎ হাইফেৎ মনোরৈ।
কুন্দো পাম্বী অতুবু মালংবনা হুম্বগুম
মুরাশিংগী য়াতুনা মনালকী কুন্দোগুম,
খোইথোই নোকপা চিন্দগী য়ানা ঙোনা উরকই,
খেঙোং শক্তী থম্বানগুম মায়খোং চাওহাইনরকই।
কনাগুম্বী মুরানা খাবাংননা লেপ্লকই,
লৈরাং হেক্ল শান্নবা মুরা কাঙবু য়াওরকই,
চোমশক ফম্বা খরম্ল রাব-মাইখোং ওইন উই;
লৈরাং মখল কয়ানা লমদমতুদা শাৎলমই।

খোইমুশিংগী মিৎতুদা লৈরাংশিংনা শাৎপবু,
পামেন মান-খন্দ্না উদে শাওং সুনবু
পাখংশিংসু অদুম্মা মুরা ওইৰীশিংতুগী,
লৈরাং শাওং উনদে চরৈ মান খুম্বগী ।
মালংবনা ছুম্বদা পামেল মনা হাইদোকপা,
লৈরাংশিংগী শাওংবু খোইমুশিংনা উনবা,
লৈরাং মতৌ অতুগুম পাখংশিংগী মমিত্তা,
উরুই মুরাশিংতুবু পুত্রি লৈকোন নুংতুদা !
মুরাশিংনা লৈরকপা পাখংশিংনা উরকপা,
মিকুপ পুংগোই খিৎতনি মতৌসুম্মা লেল্লুৰা ।
মুরাশিংগী লকুদা শিংঙেন ইন্দু য়াওরকই,
কনাগুম্বী অমনা "নত্রে নত্রে" হায়রকই,
"বেরা ওইনররনি কয়া থেংখরবনো,
লাকও লাকও লুরসি, লাকও হায়'নি করিনো"
সুম্মা মানা ঙাংবদা হৌগৎনরে ময়ামদো,
পুত্রি সিরি মনাক্তা চংনরক্রে মখোইদো ।
সিরি থক্তা লৈরম্মি মুরাশিংগী চাইথসেন,
চেংছি থঙ্গোক ঙাক্তনি ফজরবা অয়ৈসেন ।
চেংহি মনম মুংশিবা হায়নিংঙাইদি লৈনদে
করিনবু ফুৎলিবা অরাম মিৎনা উনদে,
মপু কোনগী থবকনি নিংথিবদা শরুকনি
চেংহি মচন লাংবদা 'চৌবা থোক্তাও অমনি ।
সিরিথক্তি অতুদা লোইনা পরেং ফম্মুরে
সমু থুৎশিং অতুনা মুরা শমু নাম্নরে ।
কনাগুম্বী অমনা লুতুং শম্লাং মাংদা থাই
কনাগুম্বী মুরানা লুমাং শম্লাং তুংদা থাই ।
মত্তাং অসি য়ৌবদা পাখংশিংছু চংলক্লে,

মুরা কাওবু অতুনা পাখংশিংবু উরক্লে,
নোক্ল খেন লৈরম্বা লৈরাং শককম হুজ্জিন্নৈ
লৈরাং অম' অমগা মুরাশিংনা ময়েংনৈ ।
চনৈ কোম্বা শেমজিন্নৈ সম্লাং ফাব-লোইশিন্নৈ,
মুরাশিংগী মখুজিন মিংনা পাওবু মহায়নৈ ।
পাখংশিংহু উবদা মুরা 'মনা নোক্লকই,
মিংনা— মরোন হায়রকই মুরা 'মদা য়েংলকই ।
মুরা অমনা শাওবকই লৈরাং মমাই লৈথোকখি,
অনি ওনসিন্নহৌই অমুক মোমোন মনোকখি ।
অহুমশুবী অমদা অনি চংনা হৌদোকই,
অহুমশুবী অতুনা অমুক মরোন হায়রকই ।
মরিশুবী অমনা অহুমশুবী খাম্লকই,
মঙাশুবী অমনা মরিশুবী য়েংঙকই ।
মরিশুবী মহাক্কী মিংকী মরোন তারুরে,
মঙাস্নুবী শাওতুনা মরিস্নুবী ইস্থরে ।
তারে সিরিথক্তুগী লাইজথক্তা লৈথরে,
মুরা ময়াম লোইনমক থিকথিক মোমোন তৌনরে ।
তরুকস্নুবী অমনা লাইজ তাবী, হায়রক্লে—
"খোইনৌ ইতা ইবেম্মা ! মুজা করি খম্লুরে,
হাম্ন-ইরুথোক্লগা কোম্ন শম্বাল লাংগেরা ?
নতা ঐদি খংদেনা অতুনতুম ফবরা ?"
মুরা খুম্বা নংদ্রিঙে পাখংশিংনা হংলক্লে,
লাইজ তাবী য়েংতুনা পাখং 'মনা হায়রক্লে,—
"মুজা করি তাখরে লাইজনুংদা কুম্ববো,
য়ারোইদবো ঐথোইনা মুরা মাহু খুনববো ?"
মুজা খুম্বা নংহৌদে খুমখি মতা অমনা,
মুজা অশাই শাওখিবী তুগী মমিং পন্দুনা,

“খোইনৌ ইতা মহাক্কী নুজা খুৎনিংথৌদগী,
তাখরেদো ঈশিংদা খুদোপ অমা সনাগী,
নুজা মাদি ঙমজদে চুনা ’খোইনা থিবনি,
পাখং নংনা থিরগা খুদোপ লেপ্ন ফংগনি,
মপা অসিন্নাইদনি. ইতা নংবো তাকওনে,
নুংশিদরা খুদোপ্তো পাম্মদরা নংবুনে ?
শকফম লোইনা চঙ্জিনৈ নুরা মথৈ মান্নেদো,
পাখং ওইবা মহাকপু থাজরুরে ব্রাফমদো।
পাখং চরৈ তাখৎলে কুমথখরে ঈশিংদা,
লুপথখরে পাখংনা তাখি হায়বা মপাদা।
নুরা ওইবি শিংচু'দ চিনবু খুৎনা খুম্নখি
পাখং মতৌ ’য়ংবদা ’থিকথিক লাওনা নোক্লখি।
মতা অচু উবদা ইকাইরেদো মহাক্তি—
অশাই শাওথিবিচুনি পাখং মাগীদমক্তি।
নুরা ওইবী অমনা ইথেন থেনবা ’মদগী
খুংগৎলকলে খুদোপ ’মা শিরিচুগী নাক্তগী।
ময়াম ব্রান্না নোক্লরে “খুদোপ লৈরে” হায়চুনা,
পাখংচুম্নু কাখৎলে—“ফাবে ফরে” হায়চুনা।
নুরা ওইবী অমনা—“মরুপ সংগ ফবগী,
মাংদবনি খুদোপাস নুজা মাগী ওইবগী”
রাতা সুম্না ঙাংঙকই মহৈ মহৈ য়েংনৈদো,
মিৎকা মিৎকা খোয়খোইনৈ ব্রারম পুম্বা হায়নৈদো
পাখংশিংদি অমনা চাইসেন অমা লৌশিল্লি,
চেংহি শম্বাল-লাংগোদ ওম্ন-থৌন্নাং তৌথৎলি।
নুরা ওইবী অমনা “মাচু নত্তে” হায়রকই,
নুজা ’মগী চাইসেন্দো “সিদ-লৈরে” তাক্লকই,
নুরা খুৎনা লৌচুনা পাখং মাংদা থাংজিল্লি,

পাখং সমু খুৎতুনা হরাও—হরাও লৌশিন্নি।
তিন্নরকপী ভাক্তনি খংনন্নিৰী মশেন্নি,
হোত্রোং—হোদ্রোং উনবা ত্তরেৎনিগী লম্বিনি
নাৰৈ অম মমতুনা ভারত-কুম্না চাওনরি
মিংমৈ খিত্ত লৈবনা পুরান অমা লীবনি।
ৱাহৈ মচেৎ অমদা কাব্য কোটি লৈনরি
খোংকাপ অমা হনবদা নাটক কয়া কন্নানি
থম্বান মানবী শক মক্তা আগ্নি মানবী খুৎতানি
খুৎত-থিনদোরকপদা কলা কোটি কয়ানি
মিংমৈ খিত্ত লৈবনা পুরান অমা লীবনি।
ৱাদি ইহায় হায়নদে য়েংনৈ মিংকা মিংকদা
ময়োন পুম্বা খংনখি মিংকী মিংয়েং অতুদা।
কনা 'মনা হরাওই কনা 'মনা শাওহৌই,
ইকাই নুংশি চৈবোইনৈ লৈরাং খোইমু তিল্লকই,
ইনুং মীশেং থাংৰগী ৱারি পুম্বা শানরে,
ভাংনিং-ভাংনিং ভাংতুনা ময়ামপুম্বা ইরুৎ
নুমিৎ থেংগ্রে হায়ববু খোইমু লৈরাং কাওনয়ে,
মুন্না পাখং পুম্বদো ইরুজবা লোইখরে।

১১

কালেন থাগী মচিন্দা সজ্জিবুনদি লোইরকপা,
চয়োন অনি চুপ্পদা কোরৌ নোংনা তাখিবা,
তুরেন লাইজ ইহৌবা তুখুন খাংতপ নাখয়ে,
তোর্ব্বান চাংদোন অনিনা সংৰা চয়ৈ থোনখয়ে,
হমক্রু লৈদি লৈরাংনা শিঙেঙন মপুং কাৰনে,
অতৈ পামেন খিবিক্লা উয়ুং তলা কৌবনে,
মুব-তুরেন লোকনুংদা হাইথ হাইথ হৌৰনে,
তুখুল লৈদি উদৰা তিংথৌ শংনা কুপ্পনে।

পামেনশিংগী মথাদা শংৰা তিংথৌ থক্তুদা
লাইজ ইঙৌ তাত্নুনা ভৌনা লৈন-চেনবদা,
খাগী ফ্রাংজী শংব থক লুপা তারা তাগুম্নে,
তোর্ব্বান লৈরাং খিৰিকসু মকা ফম্ন শাংলক্লে,
মখুং হৈবা নিপানা তুরি পায়ন য়েক্লুম্নে,
শকফম অসি উষদা তাইৰং পুক্লিং হুরকলে ।
মতোন লৈটিন খেংলবা সনা খোংনাং পাম্বীনা,
কনাগুম্বা অমনা সনা মচু মান্দুনা,
নৌনা ময়োন চোংলিবা মচু ইঙাং ঙাংত্নুনা,
মনা সংত্রিক শংইবা মনা নাপুং ফাত্নুনা ।
য়ুম্লক খুম্লক খুদিংদা মথং মথং শম্নবা,
তলা শাংথোই হৈবনা খম্ন-খম্ন হৌরিবা,
পোইরৈ প্রজাশিংগুম্না নেম্নেম নেম্নেম তৌত্নুনা,
পিক্ত পিকপা ওখাকপা তলা মখন নাইত্নুনা ।
ইহাং হাংবা নোংদোন্দা ’মুবা ফিজং খাত্নুনা ;
থাপুক-লোইবী চিঙদোম্ন পোইরৈ মাইকৈ মরিদা
পরেং পরেং তাম্নিবা অনেম অম্নাং নাইত্নুনা,
নিংথিজবা মাণ্ডবকী কম্লাং মরিগুমত্নুনা,
থাপু-থাপ্প চিঙদোম্ন ভৌনা তাম্না উরকই,
ওখাক থাপ্পা কয়ানা সুক্তক মুনা উকই,
’ঙাংবা লংলা লংজানা চরৈ ময়ুং কারগা,
সংবা লংলাশিংত্নুনা চরৈ মফেল ওইরগা,
চরৈ ফীবুম কারগা চরৈ মচু থোরকপা,
ফীজু অত্নু মান্দুনা নকপা চিঙনা উরকপা,
মাণ্ডব মাইকৈ খুদিংদা মখল মখল য়ুখম্ন
ম্নানবগুম্না ফজরি পোইরৈ মাইকৈ মরিনা ।
নিংথিজবা থাণ্ডমৈগুম কোম্নোহ্ননবা মহাক্লা

লৈয়ে মাগুব ময়োন্দা থোক্লে পুন্নং-লংহুনা।
ঙৌরুনবা লন্বীনা খুব্রাই তুরেন মপান্নি
তারি নোংপোক নোংচুপ্তা সনা কোন্নুং য়োবনি।
ঙৌরোক ঙৌনা পরেংশা বর কাংবু অহুনা,
মমাই নোংচুপ পাংলপ্ন ককচেং পরেং চৎ—কুম্না
মশিং লাকপা ঙমদনা সনা কোন্নুং য়োনবা,
খোংশাল্লক্লে মীয়ামদো নুপী নিপা অপুম্বা।।—
মুমিৎ চিঙয়া থাংবদা চিঙয়া খেন্দোং লাংবদা
নোংচুপ চিঙদোন মতোন্দা কোয়ৌ লৈথরকপদা
তময়া কোরি চেনবদা নোংচুপ থংবা ’ত্তিয়াদা
নোংনা ফৈনা তাবদা মুংদাং রাইগী মতমদা;
কোয়ৌ মঙান অহুদা মচু কয়া থোকপগুম,
মচু অহু উবদা ভাইবং পুক্লিং হুবগুম
বর মীয়াম পরেংদো য়েংখিবদা নিংথিরে
মক্রুবদি পৃথিথক নৌনা মচু শংঙরে।
নিংথিজবা লৈকোন্দা লৈরাং মখল কয়ানা
পরেং পরেং শাৎপগুম মচু মখল কয়ানা
নিপা নুপী ফীজোন্না খুড়াই লমজিন্দগীনা
সনা কোন্নুং ফাওবহু লেংলে ‘বর’ রোমগীনা।
লৈরাং লৈকোন নুংদগী কনাগুম্বী লৈরাংসু
শিঙেঙনগুম্না মহেল্লি শিঙেন শক্ল-রাংপসু।
কনাগুম্বী অমনা চেংলৌ শক্ল-মহেল্লি,
লৈরাং শক্লা হেনবনা নুজা গুনদি মরাংলি।
তোমথিন ওইবী কনানা শক্ল, গুল্ল রাৎতেদো,
লৈরাং মাবু উবদা নুজা গুণবু শক্লেদো।
লৈরাং লৈনা অমগী শিঙেন গুনবু থাবদা,
কবি পুক্লিং পেন্দদো কোয়ৌ ‘শিংবুম’ কয়াদা।

লৈরিক অমা য়েকপদা লাইরিক অমা থোকপনি
লৈরাং অস্তুক য়াম্বগী মগুন করম য়েকনি।
চৎলি ময়াম অপুম্বা লৈকোল-লৈখল–লৈরাংনি,
অমমম্মা ফজবা লৈরাং কোটি হেনবনি।
মফমসিদা থাতুনা করম লোইনি কৈদৌঙৈ,
কোরৌ মাদি হৌখ্রনি ময়াম গুনবু থারিঙৈ।—
ময়াম অসি উংদা অউ মথৈ পেল্লরে,
অউবদা নম্বেদো অচৎপস্তু নুংঙাইরে,
উনাশিংনা পুম্বস্তু লাইজ খৌরাং কোক্লবা;
মপুংফাবা মতম্নি বসন্তগী লোইরকপা।
উনাশিংনা জীবযাও অমকপদি লৈনদে
নুমিৎ য়ুংবা মতম্নি উরুম ফাওবা তাখিদে।
মশায় মমি অতুবু থম্নে মাগী মশাদা,
চৎলি সভা অসিদা লৈতে অমুব 'মতা।
বসন্তগী লৈকোন্দা মলযাগী নুংশিংনা,
শিংলি লৈনা ফজনা সভাতুগী থমোইদা।
পামেল মতম কুইবনা উল্লেল হীনা য়েরবা;
মনা লোইনা বেনখ্রবা পামেন মদোম কংলবা,
উক্রোং উরাং তুদগী বসন্তগী মতমদা—
মতোন নৌনা চোংবগম ঋতুগুন্না কনবনা,
চৎলি সভা অতুগী অহল মতম ওইরবা
চৈস্তু পাল্লোইনরবা খুবোম সিংগাই কারবা
দারি মালৈ কাবদা লোইবী কাগুম থোকপস্তু,
খোংকাপ অমা থাংবদা মুংবু থাংগুম রাবস্তু,
ঙসি নুমিৎ সিদদি পুক্লিং ময়োন চোংখরে,
বসন্তদি লৈকোনগী কোকিল খোঞ্জেন তাথরে॥
পুক্লিং লৈরাং লৈকোন্নুং বসন্তদি চংখরে

পামেন লৈশা খুদিংদা লৈবাং খুমু হুনখয়ে।
মতমকুইনা উত্রবা কায়নখ্রবা মুংশিবা,
মরুপ ওইবা মহাকপু অমুক হন্না উনবা;
মরুপ অনি অতুগী প্রেমগী ইশ্বক অতুদি
অমৃতনা কৈদৌনি লাইজ মানা থুম্বদি;
পুন্সি তুরেল নিংথিবা তোৌব তুগুন য়েংবদা,
পুক্লিং হুবা হায়বর থক-খা ময়াই অনুমদা,
মথক থংবা তোৌরৈদি পুক্লিং লাংই য়েংবদা
মাগীদমক খনবদা খ্বাইনা চাক্লি থমোইদা,
মাগী রাম্রি শাতুনা তেংথানৈদা মহাকপু;
খ্বাইনা অরা পোথানৈ মাগী রাম্রি শানবু,
"লাক্লে দকো" হায়তুনা মিৎত পিবু তাবদো,
ওসি কোয়ৌ অসিদা থুংঙরেদো মহাক্তো;
ওসি লুহোংবসিদা য়াওবকইবা মীশিংনা,
হম্নু-হনা নহাহল চোংথনরে পুন্নপ্ন
বসন্তগী ঈচেন্দা তাওরে কাওশিং ওইতুনা।
পুক্লিং ময়োন মচোংই রাম্রি শাবা হৌরকই,
অনি অহুম ওন্সিন্নৈ তুগা তুগা ভাংলকই।
কনা'মনা হায়রকই,—"এস্তোকপদি থবক্লি,
পল্লেম-পস্তৌ মরানয়াই ইপান চুম্না শাৎপনি,
কোম্ন তাগে ইখ্বানম পান্মুইদকো মতমদো;
শাংনা তাগে ইনিংতৌ মুংশিদকো মাঙেঙদো;
শ্রীপঞ্চমী মুমিৎতা বসন্তগী অয়ুকতো
কোয়ৌ মণ্ডান অতুদা থম্বানকম্না শাৎপদো;
খোইমুশিংনা ওংবদা লৈরাং থমোই থুকপদো।"
কনা'মনা থুম্মকই—"লৈরাং থমোই থুকপদো;
চুন্নি মানি ইত্তা-ও, অতুকম্বা মুমিত্তো,

রাখন ইতৌ তৌহৌদে রানি হায়বা খংহৌদে,
সুম্না তৌনি হায়বদি মাংলম চৎত উনদে,
ওসি কোরৌ অসিদা লৈরাং লৈপুন অনিনা;
লৈপুন খয়োম লাক্কনি হারাওরিনি মখোয়না।
ওসি অসি লেল্লগা হয়েং হায়বা লাক্কনি,
তালোই উচুক থারনি মপু কোম্ফে থারনি,
পারি মমোম কোংগোইনা মুজা ওক্তা থুরনি
ওসিগুম্বা মত্তাংসি কুইরোইদবা মতমনি,
খল্লম্মোইদো মখোইদি অপাম মৈনা কুপ্তুনা,
খংদরিবা কৌবগী অপংবদি ওইহুনা।”
রাফমশিংসি তারগা কনাগুম্বা অমনা;
মনিং মমাং য়েংহুনা হায়দোকরই খরনা।—
“হৌনবনি ময়ামসে মীওইনদি পোকপগী
অরা মুংডাই-পুম্বসে তাইবং পোৎচং ওইবগী;
মথোল কারকপহুগী লাইজ ইচেল অহুনা;
বসন্তগী ইপাকতা ইরেন তিঞ্জখিহুনা,
ইপাকসিদা শাংনরি পথাপ মতুং ইন্দুনা,
পামদে ওম্ব নত্তেদো ’খোইনা ইনিং তৌহুনা
শিগে হায়না পোকপনি রাগে হায়না পানবনি,
অসিতনা থবকনি নংগী ঐগী ইথৌনি”
মতৌ সুম্না রারি-শাই মীয়াম লম্বি তেম্নরে,
মপু সনা কোন্নুংদা মীয়াম লোইনা থুংখরে।
কুমৈ অমা ওইখরে ওসি মুমিৎ অসিদা,
বোররোমগী কাংবুনা খুড়াই লমলাং লাকপদা
কোম্ছোং লমতুপ খুদিংদা মীনা ফীভৌ ফৌহৌই,
চৎপবুম্মু য়েংহৌই লকপনমু য়েংঙকই।
মপুই কাদি ওইবগী অওম অথৌ ভিনথরে,

ফম্নাই মচা পুম্বনে তুগী সংগ য়াওবক্রে,
পোইরৈ লৈপাক অসিগী নিংথি মখৈ সুখরে,
সংকীর্ত্তনস্নু হৌখরে থৌরাং পুম্বা লোইরক্লে।
তরেং-তমং চামনি চামনদি খুজিংনি,
মীনা ফুংগা-কাওবনি কাওরেন শন্নচিংবনি;
মশিং অমা চিংথদে লোইনা পুমস্নু সুখরে,
অউন পোংকীমখৈনা লোইনা থেনবা হৌখরে।
সভাতুনা নিংথিবা মাগুবতুগী মনুংদা;
হরি মন্দির মমাংগা মাগুবতুনা ওইবদা,
ভাবোক মাইকৈ মরিদা' চিঙগুম চাওবা অওম্বা
পোইরৈ ওম্বা মখৈনা পরেং পরেং ফম্নকপা;
লোইবী চীওগী চিঙদোন্দা ঙৌনা হৌবা নোংশিংনা,
তুম্পক তুম্পক কারকপা কোকথোল কবোক চাইগুম্না
নিংথিজবা মাইথোংনা চিঙগুম লেম্না লৈথিবা,
খাগী ফ্রাংজী ফীদানা ঙাংনা মঙান চৎলিবা;
"ঐগী ইচাগীনিদো" সুম্না রাখল তৌতুনা,
নোংপাক চিংদোন থক্তগী নোংচুপ চিঙদোন তমতুনা
কোরৌ হনবা লেংবগুম মপু সনা চরন্না,
সভাতুগী ময়াইদা হঙ্গৎ হন্দা লেংইবা,
ইন্দ্র কৌবা লাইতুগী লাইয়াম সভা তিন্নবা,
মতৌতুগুম নিংথিরে সভাতুনা ফজবা।
সংকীর্ত্তনগী পালানা মাগুব ময়োন কোইরিবা;
হরি মাগী নাম-তুনা নিংথিজনা শোল্লিবা,
রাজ পুরিত অতুনা ঘোটপু মাংসা থারকপা,
বেদ মন্ত্র শোন্নবা ময়াইমক্তা ফম্নকপা
মণ্ডাকিনি লাইজগুম শেংনা অমুক উখরে,
থৌদো অতু উবদা মিৎপু পুম্পেনে পন্নরে।

লাইবক চাওবী ইন্দুগী মৌপুন্নাহ থোরক্লে,
পুন্নিত-তুগী ম্যাং ওইনা মাগুব-য়াইদা ফমথরে।
বেদ পাথাপ ইন্দুনা সংকলপদি তৌখরে,
পুরোন পারোন কৌহুনা হুগী শথী তৌরক্লে।
থম্মাল কৌবী লৈরাংনা কোরৌ গুনিং থোকপদা.
খেজোং থক্ত ঙানবগুম মালং মানা হুম্বদা,
লৈরাং ইন্দু কৌবীদো লৈমখুৎনা পায়হুনা
মাগোব ময়াই তান্নবু পুপোরক্লে শমহুনা
পালাং মচিল অহুদা লৈরাং মাবু শিন্নরে;
লৈমসনা খুৎতগী 'মানা অমুক য়াখরে।
লোইদাম মতম কুইনবু য়ান্না তাখিদরবা,
চেংলৌ উজরবস্থ মুরা উবা ফংখিদরবা;
পোকপদগী নেংমতা মিৎনা সুপ্পা য়েংত্রিবা,
পাখং মাগী হুহুনা মুজা মানা কারিবা
লৈমিন্নরে সুপকুইনা, কোরৌ মিকুপ অমতা,
ঙাংনখিত্রি কৈদোংদ রাগী মচেৎ অমতা,
থমোই লৈরাং অনিবু মুজা লৈপুন ওইবগী,
মুংশিবগী লংজানা মুরা চেৎনা পুনবগী
ঙমজখিদবদনি মুজা মানা লেংববু,
মমাংডৈদ হৌহুনা পুবা ঙমদে মমাইবু
পাখং মাগী কাদদি লৈরাং তোঞ্জখ্রবীনি,
ইকাইবনা তুংজুংবী কিজবনা নিকপনি।
ঙসি কোরৌ সিদদি লৈপাক কুমৈ ওইক্লরে,
লৈপাক মীয়াম তিনবদা পাখং নাক্ত ফম্মুরে
ধ্রুব সত্য তোক্লরে পাখং মাগী কাহুদা,
লৈপুন পরৈ কিখরে মুরা খুৎপু অনিদা ॥
মুজা ইকাই খিবিনি শিঙেন ইন্দু কমদৌনি॥

সম্লাং 'মতা তিন্নদে সেম্লৌ উচান মনানি,
মুন-ফবী সম্লাংনা জুমজুম ৱাইৱাই তাতুনা ;
অউপ লাংগী মঙংগুম লুমাং তাবা শম্লাংনা
শাইনোন তাবা অনিনা মোইথেম চেক্কী মঙং ওই,
লুতুং তাবা শম্লাংনা লৌশি হুমদং পান্দোং ওই ।
মুদ মুব শম্লাংথক কজেং লৈনা হাইরক্লে,
চিঙগী লোকচপ অদুদা নোংথাং হাইফেং কুপকুম্লে,
লমথাং ফিজিন নংথিবা চুমথাং মথাং খনগুম্লে,
খাংচেৎ কোঙ্গোন থিনবনে পোংলোই মিল্লেন হৎখরে,
থৱানমিচাক পরেংনা অতিয়াদা চানহাম্লে
হাইফেৎ হাইফেৎ চানবনা ভাদে ক মিৎপু শিংগল্লে ।
শ্লোক-হৌবা উচান গুম মতে ন পুব পামেরি
তোংগাননা ফজবী মুরা মাগী শকঙংনি ।
য়েৎওইনন। কোইনবা শিংঙেন ইন্দু হৌগৎলে,
নুরা মাইথোং অতুবু চিঙথৈ পাংনা ওল্লক্লে ।
থবাক চানফম অনিনা সনায় চিঙহুম ঙাম্লক্লে,
চিঙলাইবক্তা শাৎলবা মাইথোং পম্বান লেংলক্লে ।
লৈরাং মপুং ফারবা শিঙেঙন পাম্বী অদুদা
মালং মানা য়িবদা খঙ্গোন মাগী মমাংদা
পামেন মানা হাইবংগ মউদুগা চেংইনন,
পামেল পান্দম ওইদুনা ইন্দু কৌনী শিঙেঙন্না,
থংলেন মৈনা কল্লবা নুজা মাগী হকচাংদা
সভাতুগী ইকাইবা মাংলবনা য়বদা,
থংলেন য়েৎলোই নাতৈনা কোইরকপগী খোংথাংদা,
লৈম্বাং মউ হাযরল্লে মাঙব মরাই অদুদা ।
ইম্বুং ইচিক হুনবদা সংবাম্লবা নোংদোনা,
থাগেম্বগী কৈম্বাংদা মোংয়াংগুব্বা কৈমিংদা ;

শক্তিক তোনৌ হুনবগুম ইন্দু কে ইষা হৌরক্নে,
থংলেন মাক্না য়েৌথরে লৈরাং খুজোক চাইরক্নে ॥
নুজা মতৌ উবদা বোম্ন ওইবী অমদি,
মৈহৌবগুম চাকথরে নুজা মাগী থম্মোয়দি ।
মহারাণী নাত্তুদা নুজা মামা লেপ্লমই,
ইন্দু চিংমা য়েংতুনা ছিক্লা হিক্লা কপ্লকই ।
নিংথৌ সক্তা ওইবগী নুজা মথোন থোক্কেদো
নুজা মাইথোং অদুদা পিনা পুমথন থনখিদো
মোমু মযুকনিংতুদা নুজা মানা হায়খিদে',—
“ইমা ইবেম্মা ইন্দুও ! অঙাং লাইবক থিবদো,
পাংলম ময়া অতুনা লোইদাম থাবুম মগাদা
কোরৌ নোংগখবরা কাইনহৌবা মতমদা,
নুমা ওইবী নতাক্লা রাখিবদো ইন্দুও !
নমা ঐগী ইবুঙ্গা কাওদরিদো ইমাও ।
মোপম্রাদি অতুনা খোম্লাং মৈনা চাক্তুনা
হুদাই হমগুম কম্লদা নুজা তৌফম থংদনা ;
মতু নিংথৌ যেংতুনা নুজা চেৎমা কোন্দুনা ;
লৈতরবী নমায় নুমা নংনা কৌদুনা
“হাদি ইমা ইবেম্মা ! ইতু নিংথৌ কপ্লেনে,
খোম্মাং খাংবা ওমদরে, ইমা ! ইমা ! লাকওনে,
পম্থৌ পুকচেন কবগা ইমা—ইবেম্মা নংগনা,
তাইবং অমুক চাওবদা ঐগী কনা লৈহুনা
নমোম পিশক ঐঙোন্দা নতু নিংথৌ পিশকপু,
করি মতৌ কৌবগে ইমা ! শিন্নরম্বরু ।’
নুজা কয়া কপ্পুনা ইন্দু সুম্মা হায়তুনা
নতুনিংথৌ থেম্বরু নুজা ওমখিদ্রহুনা ;
মুরা নখুং খুদোম্বী লাইজনদি লুপ্পুবা,

লাইজ ইরোইনদুনা নখুৎ-তুবু চুপহনবা;
ইনুং শোইবা অদুদা নুজা পাম্বোম ঙাইখাংনা
নত্তুনিংথৌ কোল্লকপা মুরা মিশেং খাংদুনা।
ইমাই ইন্দু কৌবিও নুজা য়োকচমন্দ্রদি,
খোয়ুম মানা তম্বিরে নুজা কাদা হৌজিক্তি
পোইরৈ সনা লৈপাক্তা মপু সনা কোনসিদা
সাংলে নুজা নহাক্তা লিক্লাই লাইজ পুখ্রিদা।—
কোরৌ শিংবুম য়ামখ্রবী লৈচিন খোংনেংনথ্রবী,
পায়ম ফবী, ইমারোই! নুজা নুংশি থোইরবী;
কোলোই নংদি তোনসিজ উরিবরা ইতা-ও!
নমোম লুহোংগনিদি তারিদরা ইমা-ও!
নথংলেনগা থোক্তুনা কোরৌ নোংখোং হাংদুনা,
য়েংউগবা ইবেম্মা! ইবুংঙাইবা লোইননা!
নমোমগীনি হায়দুনা নতা ওইবী ঐদস্তু,
মালু খুঙ্গংচুদগী লমদম অম্পুপ তাম্নস্তু,
চিঙলোন মাপল লান্দুনা লাকই ঐস্তু ইচাগী;
নুজা ওইবী নহাকস্তু লাকফম খোকই ইন্দুগী।
নুজা নশক উৎদদো ইতা কৈদা লৈবগে?
নুজা নংনা পোকপনি ইতা কৈদোরবগে।
নমোম লুহোংবসিদি ইতা নংগী নথৌনি;
শাগৈ ঙাইদি কোম্নবা ইতা বনা তৌবিনি!
নংগী করি পুরক্তে নচায় কৈস্তু য়াওরক্তে,
নমা নচা অনিগী অৎত পোংলম তমক্তে।
নুজা নংগী প্রেমদো, ইচা নুংশিজবদো,
পোংশক ওইনা লৌহোরো নতায় পোপ্লাং খুদোম্দো,
নতা ঐনা লাকপসে কৌবিরোবা ইতা-ও—
পলেম কৈদা লৈবগে ইন্দু কৌবি ইমা-ও!

নমায় মতা ওইবগী নংনা ইমা কৌবনি,
ইত্তায় মচা ইচানি অদুগীদা লাকপনি--
পারি লমজা নহাক্না পনেম নচেম অদুবু
খরাই থাদা লৈহাক্না পন্থো মহুৎ সিনবিবু,
লৈরাং লাইদা কংপগুম ওসি কোরো থাসিদা,
নাই কাদা কংলেদো সভা ময়াই অসিদা ।।
নচেমদুনা রারকপা পারি নংগী দমক্তা
খোয়াং ইখে লাংদুনা পাবি নংনা কপ্পদা
নচেমদুনা থেমজবা নুজা ওমদ্র মতমদা ;
নচিন নোপুরাদি 'নিনা নংনা নচেম সেগাদা
কপমিন্নবকপদুগী নচেম লমন শিংবরা ?—
ইন্দু ! সিদা থাক্লবা নত্তনিংথৌ য়োকপরা ?
নুজা অসি খন্দুনা ময়াং চন্দ্র কপ্পদো,
লমদম তাম্না লাকচবি ইন্দুই লৈকাই মমাদো,
লৈমসিজ পুম্বনা লোইনা তিংনা উবক্লে;
নুজ মতৌ উবদা ইন্দুনা মনা নিংশংলে ।
নুমী কাওবু অদুবু ঙসি লোইনা কপখরে,
অমি মতৌ 'মনা হেং ইন্দুই মঙং নংশিংলে
অদুক চাওবা সভাদো তারে 'মংতে পি—দুবু,
ময়াম অদু উবদা মপু সনা মাইথোংবু,
মিস্না থম্বান অনিদা লাইজ পি-না থুম্লক্লে
মুক্তা পরেং তংপগুম [illegible]গী মতুম কেল্লক্লে ।
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব [illegible]জা মতৌ উবদা
"[illegible]ঙ্গল [illegible] মপোক অসিদা
রাবর্[illegible] নহাক্নি লোইদাম [illegible] কুইমবু,
চান[illegible] নম্বাক্লু হরি খোৎ[illegible]নবু !!



